কোঙজবা :—

সহধর্মী ইবেমচা [illegible] [illegible]




অহানবা কোংবা — হাওবম ইবেমপিশক দেবী। ১৯৬৮

কোপী মশীং — ১০০০

অনীশুবা কোঙবা — ১৯৯৮

কোপী মশীং — ২১০০

মমল লুপা — ৬৫/-



নম্ফম : পি. এস. প্রিন্টিং এন্ড ষ্টেসনরি,
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন, ইম্ফাল।

# য়াহৈ অমনীদং

মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎনবা মণিপুর সরকারনা শীনবিরিবা খুৎশীল অসিগী পরেংদা লাইরিক মচা অসি অনুবাদ তৌহনবীরুনা অমসুং ফোঙবগী মতাংদসু মতেং পীবিরুনা সাহিত্য সেবীশিংগী মরক্তা য়াওজবা ফংহনবীবগীদমক মণিপুর সরকারবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

হাওবম ইবুঙোয়াইমা সিংহ

# বিপ্রদাস।

## ১

বলরাম খুলগী লম্পাক্তা লৌমীশীংগী সভা অম ফমখি। নোংমাইজীংগী ছুটী ওইহনা মনাক্তা লৈবা রেলওয়ে লাইনগী কুলিশিং অহুস্থ য়াওশিন্দুনা সভা অহু মপুং ফাহনখি। অহুগা কলিকাতাদগী মমিং চৎলবা বক্তা থরস্থ লাক্তুনা হৌজিক কালগী অচৌ-অপিশক খায়বা অমস্থং অমগা অমগা হন্ন য়েংনদবগী মওং অসি থীনা ভাংহনা ফজরবা ভাষন কয়ামুকস্থ পীখি। থাঙ্গংলকপ বাকম অম্নাম্ব লৌখৎলগা মীয়াম অহু বন্দে মাতরম লাউহনা খূল অহুগী অকোয়ব থুংনা চৎলগা মীতিন অহু লোইশিনখি।

বলরামপুর অসি মুঙাই-য়াইফব খুলনী। তালুকদার অমস্থং মচাক-মরল পায়বা মী য়াম্না লৈ। মখোয়গী মরক্তা যজ্ঞেশ্বর মুখোপাধ্যয়না খ্বাইদগী মরল লৈবা মীনি। মহাক্কী দলান অচৌবা অহুগী মমাঙদা মীয়াম অহুনা ফিব্বাল অঙাঙবা পুহনা লৌমী শিম্মীগী জয় লাওহনা চৎপা মতম অহুদা তোঙ্গানবা মশা-মউ ফব পাখং অম তুইতলাগী মাঙ্গোন্দা লেপতুনা ব্বা ভাঙদনা মথাগী মীয়াম অহু য়েংলম্মী। মহাক উবদা ময়াম লাওরম্বত্ত মীকৃপমুক লেপ্পী। মাঙ, থারিবা লুচিংবশিং অহুনা মঙোন্দা হেক য়েংশিল্লকপা মতমহুদা মহাক মরুমদা লৈশিনখি। মখোয়না মসি কনানো হায়হনা হংলকপদা থরনা বিপ্রদাস বাবুনী হায়না খুমখি। লুচিংবশিং অহুনা অমুক হংলকই— বিপ্রদাস হায়বদো কনানো ? খুল অসিগী জমিদাররা ? অমনা খুম্মী— মানী।

মাঙ, থারিবশিং অহু সহরগী মীঙাক্তনী। অহুনা কনাবুস্থ উশীত্তে। য়াম্না থোওইদনা হায়— এঃ অসি ওইরে। অহুদগী মখুং থাঙ্গৎতুনা লাউরকই— ময়াম হায়য়ো "ভারত মাতাগী জয়" "লৌমী শিম্মীগী জয়" "বন্দে মাতরম"।

মখোয়না লাউবল্থ খোইনা ফল লৈত্রে, অয়াম্বনা খুমত্রে। অহুম মরিদংনা খুম্বত্থুস্থ য়াম্না নেম্না খুমত্রে, বিপ্রদাস তাবরা তাদবরা খঙত্রে। মকোক ওইবশিংত্থ শাউনীংলত্থুনা হায়— খুল মচা অমগী জমিদারবু অম্লক কিব! ঐখোয়গী য়েক্লবদী মখোয় অসিনী, মখোয়নী ঐখোয়গী ঈ চুপ্লিবা। ঐখোয় ময়াম হৌত্থুনা চৎলিবসি মখোয় অসিগা থেঙ্গায়নরগে চৎলিবনি।

মখোয়না য়াম্না ভাঙথগে তৌবা য়াদ্রে। মীয়াম অত্থুগী মরক্তগী অমনা হায়রকই— মহাক্কী ময়াম্বনী।

কনাগী?

খ্বাইগী মাঙদা কিরাল পায়ত্থুনা চৎলিব চহি কুনমঙা-তরুক্লোম শুব পাখং অমনা হায়— ঐহাক্কী ইয়াম্বনী।

ঙসিগী থবক অসি পাখং অসিনা নোমত্থুনা অমস্তং খরচ পুখোক্তনা তৌরিবনী। মহাক্না হৌত্রবদি ঙসিগী থবক অসি অম্লক মপুঙ ফানা থোক্লম্লোইদবনী।

ও— ইবুঙোগী নয়াম্বা ওইরে! ইবুঙোস্থ লম অস্থবাইগী জমিদার ওইবীরিবোরে!

পাখং অত্থু ইকাইত্থুনা বা ভাঙখিত্রে।

---

২

মথংগী অয়ুক্তা বিপ্রদাসনা মনাউনীপাবু মাগী কাদা কৌশিল্লগা হায়— ওরাং নখোয়না শীনবত্থু ফনা নীংথিজে। ময়াম লাউ লাকইবত্থু ফনা ফজে।

দ্বিজদাস তুমিন্না লেপত্থুনা লৈ।

বিপ্রদাস। ময়াম লেংত্থুনা চৎলিবত্থু ঐঙোন্দা ভ্রমশিল্লীবরা ঐবু কিসত্থু হায়ত্থুনা তৌরিবরা?

দ্বিজদাস ( শোল্লপ্পা ) দদাবুদ নত্তে, ময়াম্না তমশিল্লীবনি। কিকম থোকপমধৈ কিসনু হায়রকুনা তৌরিবনি।

বিপ্রদাস ( নোকতুনা ) মখোয়না তৌজবশান্নিবত্তুদা ঐদি করিস্নু নাচুংবীদে। অস্নুম তৌরগা কিবিগদৌবা নয়াম্বা নত্তে। মসি নখোয় চংলিবশিং অয়াম্বস্নু খঙলিবনী। কিরবদী মাঙ্গোন্দা চোংথোকতুনা নখোয়গী জয়ধ্বনি ককাহু তারম্মোইদবনী, ইমুংদগী অত্তুম তাগদৌবনি। নখোয়গী ফিরাল অত্তুগা বক্তৃতাশিংতু ঐ করিস্নু কিবিবা নত্তে; অহাপ্পা য়ানা চৌকপা যাবা নত্তে।

ওরাং মী অযাম্বগী বা ওাঙদনা তোকত্রিব অত্তুগী মরমস্নু খঙনদবা নত্তে। ময়াম্বগী রাঙাঙ অত্তুদা দ্বিজদাস খর ঈকাইরপ তৌই। মহাক অসি কয়া হাদবা মীনী, ময়াম্ববু য়াম্না কিন্না চংলি। রাফম অতৈদদী ময়াম্বনা ঙাওবা খক খুমদে। হৌজিক বিপ্রদাসনা রৈথিবা রাফমত্তুদী মহাক থাঙবা থব রাঙ্গী, শোম্বাংননা হায় — অহাপ্পা য়ানা কদায় ফাওবা শিঙ্জিন্নবা য়াবগে হায়বত্তুস্নু ঐখোয়স্নু খঙজে। দাদাস্নু খঙবিরিবনী সংসার অসিদা হান্নগী চান্নবা য়া অশেংবা মীস্নু ফনা লৈরি। চান্নবা চীকথুদবা য়ারক্ত বদি মখোয়স্নু খরগী মথৈদী চোংথোক্লক্কনি।

অস্নুম্না খুম্নকনী হায়বা থাজরুদত্তুনা বিপ্রদাস ঙকচাননা মাগী মমায় য়েংত্তুনা অত্তুম লৈরে।

দ্বিজদাস কাররিনো অমগা অমুক হায়গে তৌবদগী কিত্তুনা তোকখ্রে। মহাক্না কিরিবত্তুদী ময়াম্ববু নত্তে, মমাগী খোঙ্জেল তাবদগিনী।

"য়ুথল হায়িথত্তুনা থম্মিবসি করিগীনো? চঙবদা লোইনা শন্নবা তারে। য়ুম্বানসি বিলাতী য়ুম্বান্দা তাখ্রে।"

দ্বিজদাসনা য়াম্না থুনা য়ুথল অত্তু চিংশিল্লি। বিপ্রদাসস্নু চৌকিদগী হৌগংত্তুনা লেপ্লি। চঙলক্লিবী নুপী অসি চহী নীফু হেল্লবী লুখ্রানী। শক্তি য়াম্না ফজে, য়াঙ থর কংলপ তৌই। মায়কম্না লুখ্রানী

হায়বদী অত্থম তাক্লে। মচানীপা অতোম্বদা তুং ওস্থোক্লগা মচানীপা অহল্লোমদা ওনশিল্লগা হায়রকই—

বিপিন! পাঞ্জি থুপায়দা হন্দকী থা অসি একাদশীদা ব্রতগী বেরা অম লৈরে হায়নৈ। অস্থুম তৌবসি পঙনা থোক্কবনী।

বিপ্রদাস। লৈক্কমদি থোক্কে ইমা।

নহাক স্মৃতিরত্নহ্ন অমুক্ত কৌরু মাগী মরা অম তাথোকসিদনা।

বিপ্রদাস (নোকতুনা)। হোয় ইমা! কৌববুদি কৌহল্লুগে। মাগী মরা তারগা করিবু তৌগদৌরিবনো। ইমাদী অহানবস্থ অকোনবস্থ মুমীৎ অনীমক ব্রত তৌগদৌব মলৈরে, ঈশিং ফাওবা শোক্লরোই।

মমা (নোকতুনা)। হেনক্কম থোক্কবা হুমিত্তা হেল্লুবদী কাম্ন-দেদনা, উপায়স্থ লৈতে। হেল্লুরে মহৈ লৈতবা, হেন্দ্রে নরক তাবা। মতৈমনা হায়রিবা খবরদা থেংনৈ কলিকাতাদা পণ্ডিত অচৌবা অমনা শ্রীমদ্ভাগবদ ব্যাখ্যা তৌরি হায়। নখোয়স্থ খিৎ হংউ, ঐখোয়গী অসিদস্থ অমুক্তং তৌহনসিদনা।

ইমানা হায়রবদী তৌবা তারেদনা।

অসিবু ঐনা হায়বা অমুক ঙাইবরা? নখোয়দী থক তানীংব্রা? মসি হায়নখিব ফন কুইরেনা।

বিপ্রদাস (নোক্তুনা) থা অহুমদী ফাত্রিনা।

মমা। থা অহুমু য়ামত্রিবরা? হন্দক্তীনে নখোয়না য়াবা য়াদবা খঙদে। ইন্দোল অনীনা চিঠি পীরক্লে, কৈলাস নাথগা মানস-সরোবরগা দর্শন তৌরুদবা য়াব্রে।

বিপ্রদাস (খুংলোক্ষহুনা) ইমা! ঐখোয় অনিগী মুরক্তগী অম য়াওব্রবদী অবোকখোয়গদদী ইমাবু তিব্বত্তা থাবা ঙম্মোই। পৈশা য়াঙখিবা, য়েন্সা য়াঙখিবা য়াই। ইমা কায়নবদী ঙম্মোই।

মমাগ্গা মপি তুরং ত্তরং চেন্দুনা মমানা হায়— করিম্থ চিংনক্ক্ষ নাপ্পা! নমা অত্থক পুন্স চেনবী নত্তে, কৈলাস চংপদা শিজবা

কংগদোবী মুপী নত্তে। শোয়দনা চল্লক্তনা নখোয়বু কোল্লখিপনী। অদুগা নঙবুসু পুবা য়াদে, অসুক য়াবসি নথক্তনীদো। অসিদম্বু নহাক্না য়ুম অসি থাদোকপা য়ারিবরা? তুংদা লেপ্লিবা নীপাসিংগী বৈকুণ্ঠ চংমিন্নবা তারবা ফাওবা পামদে। বামোন্নী হায়রগা আহ্নিক তৌথ্রিবা, লাই খুরমথ্রিবা কয়া কুইরবনো। অদুগা কলিকাতা চৎলবসু চাবা থকপসি য়াই য়াদে য়েংখিদ্রে হায়নে। ওরাং মানা তৌবদু তাখ্রিবরা?

বিপ্রদাস খঙশিন্নদনা হায়...... করি তৌরবগে ইমা! ঐদী তাখ্রিনে।

নঙ তারম্বা য়ারেনা। নহাকপু ফাওবা লঙনরক্লেনে। মাসি থিংদবা য়াদ্রবনী। চাবসু ঐগী শেলনা চাবা, মহৈসু ঐগী ইশেলনা তম্বা। অদুদগী হেক্লিন্নক্তনা ঐগী শেলনা কলিকাতাদগী মী খোয়রগা ঐগী প্রজা ভাওননবা তৌবা। মাগী কলিকাতাগী খরচসি পীরদু থিঙজো।

বিপ্রদাস। করি হায়নো ইমা! লাইরিক তমহল্লমুসি হায়বরা?

মমা। করিবু কান্নরিবগে? নহাল ঐখোয়গী ইকুইবুঙোগী স্কুলদা তম্লিবা ছাত্র ময়াম লাক্তনা মীরৈবাকী লাইরিক মতমসিনা ঐখোয়গী লৈবাক মাঙগদোরে হায়না লাউবা মতমদদী নঙনা অঙাং ময়ামদু য়েঙ্হনা তানবদাই। ননাউ নীপানা মদু কোয়লাউ লাউদুনা চৎপদী নঙ করিসু তৌররোইদ্রা? অসিবু করি হাখমোনে?

বিপ্রদাস (নোক্তনা)। মরম লৈ ইমা! পরিক্ষা পাশ তৌবা ওমদ্রগা অদুম্না লাউবদী ঐ য়াদে। অদুগা দি.জুগুষ্টনা এম, এ, পাশ তৌরগা বিলাতী লাইরিক মতমু মীনা ভাঙবদী ভাঙগে হায়বমখৈ ভাওজসদু।

মমা। অদুবু ঐগী শেল পুথোকতুনা ঐগী প্রজা ভাওইহল্লিবসিনিনে ঐনা শাওনিংলিবা।

ওসাইমখৈ তুমিন্না লৈরুরগা দি.জদাসনা হায় ওরাং ময়াম তিন্নবা তৌখিবদুদা ইমাখোয়গী পৈশা অমফাওবা শোক্তে।

ইমুং চংলকপদগী হৌজিক ফাওবা মমা তুংলোমদা অমুক্তা য়েংলুত্রি,

বিপ্রদাসদা ওন্নশিন্দুনা মহাকদা মক ভাঙনরি

বিপিন। ওক্তবা অসিদা অমুক্ত হংউনে ঐখোয়গী পৈশা নত্রবদি মাদী কদাইদগী কংলুই হায়বগে। কনানোনে মঙোন্দা পৈশা পীরিবসিবো ?

মতম অসিমক্তদা মপাল্লোমদগী খুজি মখোল তাঈ। বিপ্রদাসনা মনা থাঙ্গৎতুনা তারগা হায়— এঃ মতুগী পাওখুম পীগদৌব মী দাক্লে। ইমাগী নমৌনা পীরিব পৈশানীদনা কনানা খিংলুগদগেদো ?

মমা। উম সতীনা তৌরিবগাক্লী। নুঙাই-য়াইফব মচানীদো। চহীদা মপামদগী লুপা লীশীং তন্নক তন্নক লাকই হায়বতুদা কাউবু কাউরুরে। মরম ওকপ মগুন লৈব মনাউনীপাগী শেল মানা পুথোক্লিবনী। নঙগী লুহোঙবগী ব্রা তৌনরকপা মতমদা ঐখোয়গী ভাই অতুনা লাকপদা ঐনা নঙগী বাবাদা কন হায়রিনে— রায় ময়ুমগী নিঙোল ইমৌ ওইনীংদে, মখোয়গী কাঙবু অনাথ রায় হায়বতু বিলাতগী মেম অম লুহোঙলে; মখোয়না তৌবা ভমদব করি অমত লৈতে।

বিপ্রদাস খোইরুম তৌতুনা ব্রা ভাঙদনা অতুম লৈপ্লে। মখোয়গী কাঙবু অনাথ রায়না বাঙ্গালী মেম অম লৌবদগী সতীগী মফমদা হায়ফম অসিমদী অতুম মলৈপ্লে মাসি বিপ্রদাসগী মমানা কাউবা লৈখিদ্রে।

ময়াম ব্রা অমত ভাঙদনা তুমিন্না লৈনখিবতুদা মমানা অমুক হায়— ফরে, মসিগী ব্রা অসি তৌরুসি। কৈলাসগী মবুঙোনা ঐবু কৌরে। ঐ ইবুঙো দর্শন তৌরুখিগে। হল্লক্রগা তৌফম থোকপা তৌরগে। অসি হায়রম্লগা মপান থোকপ্রে।

বিপ্রদাস। দ্বিজু নঙ ইমা পুতুনা চৎপ ভমগত্রা ? ইমানা হৌপ্রবদি খিংবা য়াররোই।

দিজদাস পন্দে, হেক্তা হায়— দাদানা হেন্না খঙবিরিবতুমঙার ঐদী লাই-তীন কয়া থাজদে। অতুগী মথক্তা ঐগা লোয়নবা তারবদী বৈকুণ্ঠ চৎপা ফাওবা পামদে হায়রিবতুনী। থবকসু ওম্ভোক্লা

য়াম্না নৈগ্রে হায়রম্লগা ব্রা মখা তারক্তি ভৈদা অতুম চংম্রে।

ইমানা হায়বসু তৌদব য়াদে কয়ম্রো হায়তুনা বিপ্রদাস কিবম হজিন্দুনা নৈহৌই।

মরক অসিদা মমাগী মশক খিত্তং তাকপা তাই। মহাক অসি বিপ্রদাসবু অপোকপী নত্তে। মাগী মমা অপোকপ শিগ্রবা তুংদা যজ্ঞেশ্বরনা দয়াময়ী অসিবু লুহোঙতুনা লৌবনি। বিপ্রদাস মহাক্না য়োক্লকপনী। মাবু মী ওইনব তৌরকপসি মমা অতোম্বী অসিনী। মমা অপোকপ নত্তে হায়বসি মহাক য়াম্না চাওরবকাওবা থঙদে।

---

৩

ইমুং অসিদা দ্বিজদাসবু লুনা তৌবসি মতৈমনা খ্বাইদগী হেল্লী। মাগী খরচসু মতৈমগীদ চংলী। সতী অসি মতৈম ওইবত নত্তুনা চহীদসু মঙোন্দগী খর হল্লী। অতুনা অয়াম্ব মতমদা সতীনা মাবু মমিং হায়তুনা কৌই। অসিগীদমক দ্বিজদাসনা অঙাং ওইরিঙৈদা মমাদা ব্লাকংপসু মশীং নাইখিদ্রে।

সতীসু চহী তরামাথোইদ শুব কান্দা য়ুম অসিদা লাকপনী। অতুনা মহাকপুসু ইমুং অসিনা হায়নীঙাই নৈতনা লুনা তৌই। নোংমা মনেম্বোক্লা নোক্লতুনা হায়—হায়রিবসিবু চুম্বরনে মুপীমচা! ননাউ নীপাগী মমিং হেক হায়তুনা কৌবসিমক্তী কয়া ফজফাত্তে হৈ।

সতী। করিগী ফজদদগেনে ইমা! ঐনা মঙোন্দগী য়াম্না হল্লীনে।

মমা। য়াম্না হল্লে? কয়া য়াম, হল্লতুনা?

সতী। ঐনা শজীবুদা পোকপা, মানা থবান্দা।

মমা (নোক্না)। হোয়নে, মসি পোকপসি থরান্দনীনে কাউবু কাউরে হৈ। উম,—মানা হন্দকমুক হায়রবদী মনা নৈগে।

বিচারদা মীনা ঙমথোকপ্রতুনা দ্বিজু শাউদুনা চঙস্রে। মা

চঙশ্রব মতুংদা মনেম্মা মমৌবু কোনশিন্দুনা য়াম্না মুংশিনা হায়রে-নহা ওইরিবনিনা ভাব তাদহুনা শাউরিবনিনে। ইনাউ ইবুঙো ককা হায়রবদী হরাউবনা ওকনি। কৈদোবগে নঙস্তু মরক মরক্তা অতুম্না ককা খব মকৌবিয়ুদনা।

সতী। হোয় ইমা! কৌবা তারিয়ে।

মুপীমচা পিশক ওইনা লাকপহুনা ওসিদী চাউরব ইমুং অমা পুম্বরে। লুপ্না ওইদুদগী মনেমদী জপ-তপ ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌহুনা লৈখ্রে। অহুৈঙ মনেম্মা তাকপিখিব ব্রা অহু সতীদা হৌজিক কাম্নরে।

মুমীৎ তরামঙানিরোম লৈরগা অয়ুক অম সতীনা মনাউ নীপাগী লাইরিক পাকম কা অতুদা চঙলক্লগা হায়— ইবুঙো, ইনাউ ইবুঙো।....

দ্বিজদাসনা মখুৎ থাঙহুনা খাম্নগা হায়রকই— খঙেঙ ইতৈমা! লৈশি-লৈথোল তৌদ্রবস্তু য়ারে। ঐ শোয়দনবা তৌগে।

সতী। করিনো তৌগদৌরিবহু হায়দ্রু তাসি।

দ্বিজদাস। নহাক্না হায়বহুদি তৌবা তারেদনা। অহুবু ঐখোয়গী দাদানা তৌরিবসি কয়াদী চুমদে।

সতী। চুমদ্রিবহু করিনো হায়ম্বনে।

দ্বিজদাস (শাউহুনা)। ঐবু খঙেঙাইদবোই নীংব্রা? ঐ হৌজিক্ত দাদাগী কা মমাঙলোমদা শমহুনা লাকপনী। ইমুংদা ইমানে দাদানে ইতৈমনে অহুম শুংজিম্নহোবহু ঐস্তু খঙেঙ, তাঙ্গয়ে। মখোয়দী ঐঙোন্দা হায়বা ঙমদ্রহুনা ঐবু শেল খোম্না চৎহনগদৌবগী ইতৈমা থাজিল্লকইবা নত্রদো? অসিদা দাদানা তৌরিবসি চুম্বরনে?

সতী (নোকহুনা। চুমদে হেক হায়বস্তু য়াদ্রিম্নে ইবুঙো? ইমাখোয়না হেক হায়বস্তু ইথল খন্দনা খুম্মকদৌবস্তু ময়াম খঙলিয়ে।

"ঐগী থবক য়াম্না লৈদ্রে। মুংশাশোর ফাওবা হোনবা ফংজদ্রে" অসিনীদো।

দ্বিজদাস অহুদগী মতৈমনা হায়বদী লৈখোকপা ওদ্রোই। অসিনীনে ময়াম্না খন্নরিবা। চুম্বাও?

দ্বিজদাস। লুরিবসি অসিদনিনে। মখোয়গী পাঙ্গল অসিদা ওইগ্রেনে। করিনো ঐনা তৌগদৌবসে।

সতী! ইমা কৈলাস দর্শন তৌবা চংকনী হায়রয়ে। নহাক্না ইমা পুথুনা চৎপা তারিয়ে।

দ্বিজদাস। অথুদী থা অথুমদগী তাদনা চঙগনি। মথুদা ঐগী কয়া য়ায়া মাঙগদৌরি অথুদা ইৎৈমদী খঙলবরা?

সতী। হোয়নে চুম্মীনে। কয়মদী তৌনি লম অনৌ-অনৌবসু ময়েংলকনী। নশাগীদমক্তী থোইনা মাঙঙাইদা। ইমাগী নীংবসি থুংলসনু, নিঙাই তৌরনু য়ারোকো।

দ্বিজদাস। ইৎৈমনা হায়বনীনা ঐবুদী য়ারনি চংলনিংয়। অথুবু ইমানা নহাল ইলাঙ্গ-হেক লাঙ্গনা দাদাদা ঐগী কলিকাতাদা লাই-রিক তম্বগী খরচ পীরুনু হায়বা। ঐ মথু কাউবা ইয়া য়াদে।

সতী। শাউনীংথুনা পঙহায় হায়বনীদা। অথুবু হায়রিবা মীশক্তো অৈত অতোপ্পা নত্তে, ইমানে। মথুমদী কাউগনু।

দ্বিজদাস। মুখীং অথুদগী পূক্রিংদা অমদী লেপ্লবনী। ঐদী ইথন্তগী, লুহোঙনবগী মতম তাপ্পাসু লৈরেরোই। অথুনা ঐগী খরচদী করিসু লৈত্রে হায়বা। চানবগীদমক্তী অঙাং খর লাইরিক তম্বীরগা ইলাঙ্গ লাঙ্গনা কোননগনি। মখোয়দগী পৈশা অম ফাঙবা তারোই।

সতী (নোক্কনা) তান্নুদবসু মশানা মতোমত লাকচনিয়ে। লাক্কবসু অঙাং খোমথুনা লাইরিক তম্বীত্রবসু য়ানিয়ে। ঐনা শিত্রিৈঙদদী মথুগী ভার অথুদা ঐগী ওইরে।

রাফম অসিদী দ্বিজদাসনু তশেংনা থাজবনী অথুগা থন্দুনসু লৈবনী। মৈতেমগী রা তাবদা মমীত্তা ঈরা চেনগে তৌরকই। অথুদগী থোক ওন্থোক্কনা ইমানা চংকে হায়রিবসিবু কৈদৌঙৈনো হায়থুনা হংই। মথা অমুক তারকই—ফরে চংনীংবা মতমদা চংসনু ঐ শোয়দনা ইমাগী তুং ইনগনি। অথুগা ইমানা নহাল মচংনাইদবা ধর্ম্ম খঙদবা অসিগা লোয়নরবদী বৈকুণ্ঠ চংকনী হায়রসু পামদে হায়বথুদী শোরারেন্দা।

তিল শিংপা হায়বত্রনী—কো—ইতেমা। ফরে অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ ইতেমগী য়াথং ঙাকনী ঐ শোয়দনা চংকনী মুংশা থীবিক্করস্থ হায়বীয়ু দাদাখোয়দা।

সতী ( নোক্কনা )। ঐ চঙ্গে হায়ত্রনা অসোমদস্থ নীঙাইদনা লৈহৌরবনী। ঐনা থেংজৌল হেক কাম্থোরকপদা নখোয়গী দাদানা ইমাদা চঙশিন্দুনা খৌ পোঙথোক্কনা "মহাকপু থাজিনগ্রবদী শোয়র-রোই ইমাগী চংনবা থৌরাঙত্রুম তৌরো" হায়বত্রু ঐ তারকএ।

দ্বিজদাস ( নোক্কনা )। য়াববুদী য়ারে। অস্থুম তৌত্রনা লৌশিং তৌত্রনা শীজিন্নবসি ঈকায়ফম থোক্ক্রা দাদাদা খর হায়বিয়ু।

সতী। হায়রুত্রনা কাম্নদেদা ইবুঙো! মসি প্রজাগী ঈ চুপ্লিবা জমিদারশিংগী হৈনবীনী। মখোয়গী থবকপু পাঙনী হায়রবদী ইকাইবগী রা লৈতে। সম্পত্তি তংখায় অম নহাক্কী ওইরগা মখোয়দগী পৈশা তানবা হঙ্গোই হায়র্বসি তাবদা ঐ কয়া মুঙাইতে। ইমাদা নঙবু শোয়দনা খিলহনগনী হায়দোক্ক্রে ইতেমনা। চংলুরো ইবুঙো! নঙগী অমাঙবা পূন্নমক ইতেমনা মেনথংকনী।

দ্বিজদাস। রা ঙাংদনা হৌগত্তুনা মতৈমগী থৃয়াগী উযুল লৌত্রনা মকোক্তা হাপ্লগা হঙ্গিন্দুনা ফমগ্রে।

সতী। ঙসাইমথৈ মীগী রাদা তৌনত্রুনা লৈরে। ঐগী লম্নাই রা অম লৈরে।

দ্বিজদাস। লম্নাইগী রা ওইরবদী ঐ ঙম্মরোই।

সতী ( নোক্কনা )। হোয়নে, হোরেল তাদেককা হায়দুনা লৈথোকখিরা য়াই।

দ্বিজদাস। তাবদদী তাসিদনা, য়াবা য়াদবনা মথংগী রানী।

সতী। ঐখোয়গী থুরা অম লৈ, বাবাগা হেক পোকমিম্নবদী নত্তে ইপু ঙতোংনা পোকপনী। মহাক বিলাত চংলুরে। রাফম অসি হাম্না তারম্লবদী ঐহাক ইমুং অসিগী মৌ ওইরম্লরোইদবনী। মসি নহাকস্থ ইমাদগী তারম্বা য়ারে।

দ্বিজদাস। এ···মশাং নাইদবমখৈ তারে।

সতী। খুরানা হৌজিক লৈরিবনা বোম্বেদনী। খুরা অসিনা পোকপা ইনাউহুপী অম লৈ। মহাক হৌজিক অহুদা লাইরিক তম্লি। ওল্লকপা চহীদগী বিলাত্তা তমথরুখিনি। মাবু অমুক্তা লৌহিক্ল।

দ্বিজদাস। বদাইদগী? বোম্বেদগী হায়বা?

সতী। উম বোম্বেদগী। মানদী মথন্ত লাকপসু ওমগনি হায়রবই। অহুবু অসুক শাংবা লদ্বী অসিদা মথন্ত লাকউ হায়বা ওমদ্রে।

দ্বিজদাস। মহাকপু থিনবিরক্কবা কনাম্নু লৈত্রব্রা?

সতী। লৈতে, খুরাম্নু ছুটি ফংলোই।

দ্বিজদাস খংম্না য়াবা ওমদে, ওহাক থল্লী।

সতী। ঐগী নুংহাওবা মতমদা মুপীমচা পিশক ওইরি, চহী তরেৎ-নীপান্দা মতায়রি। অহুদগী কলিকাতাদা অমুক উনখি। মতম অহুদদী মহাক ম্যাট্রিক পাশ তৌহুনা আই, এ, তম্বা হৌরে। মতু হৌজিক্কগী চহি ফনা য়াম্নে। ইতৈমনদী মাবু য়াম্না নুংশি। য়ারবম্নু বানা নওনা অমুক্তং লৌবিক্কবদী—অমুক্তং লৌবিরো হায়দুনা চিঠি ইরক্লিবসি য়াম্নে, তাঞ্জা ইচা-চাদবা।

দ্বিজদাস। হৌজিক্তা করম্না তাঞ্জা চারিবা? ইমানবু য়ারবরাও?

হক্কী বাহং অসি সতী পাক খুম্বা ওমদে। ওহাক লৈরগা হায়—ইমাদা হায়বদী হায়রে অহুবু পাউথুম ফংদ্রি। অহুবু তীর্থ চৎপগী বাদা মুনগ্রবনীনা বেরা তৌরকদৌবা কয়া মান্দ্রে! ইমানা থা অনী অহুম লৈত্রিতৈ অসিদা ঐগী ইনাক্তা লৈজবদা থোইনা কায়রোই।

দ্বিজদাস। ইতৈমখোয়গী খুরাহুবু ব্রহ্ম-সমাজগী কাংবুরা?

সতী। নত্তে। হিন্দু সমাজদা চপচানা লৈরি হায়বম্নু য়াদে। মখোয়সি কদোমদা লৈরিবনো হায়বম্নু মেন তাদনা অহুম মলৈরে। তম্নাহনা তৌনরিবসু মসিনী।

দ্বিজদাস (শূকথনা)। ইতৈমনা হায়রিবনীনা ঐবুদী চংকে হায়ববু ইমা লৈরিউৈদদী মা অসিদা লাকহন্দবনা ফগনি। ঐখোয়গী ইমাগী

মতৌদি ইতৈমনা হেন্না খঙলিবতুনী, চাবা-থকপা শোক্ল—পন্নবদা মহা কুয়ৈ অম ওইগনি। হয়েং ইতৈমবু ননাউ মুপী—অতুগী মমাঙদা য়াম্না ঈকাইনীনে। ঐখোয় চংশ্রগা লাকহনবনা ফগনিদা।

হায়রিবসি চুমই হায়বদী সতীসু য়াই। অতুদা লাকউ হায়জিনপ্রব-সিদা অরেপ্পা মতম অম থাদবমখৈ য়েখোক্তনা মানা হনগদৌবা চিঠি মওং অসি থনবদা মম্রে। অতুগা অমুক হায়— ইনাওনী হায়তুনা থাগৎপা নত্তে, কলিকাতাদা থা-মথায়মুক লৈরকপতুদা উই মশক-মতৌ, মরমচত্তা অতুগুম্বী মুপীমচা থর তাঙই। মপান্দগী উবনা অমনী, মহাকপু নোংমা নীনীদং নাক্তা থমতুনা য়েংলবদী ইমাগী বাথল পুমওন ওনবা শোয়দে। মাবু তাথী-তাওইনা তৌ-লাকওই।

দ্বিজদাস। অতুনা কোম্নগী মানী। অহানবদা ইমাগী মনাক নকপা ঈয়া য়ারোইদৌরিবনীনে।

সতী। অতবু শকোমখৈদী উগনীদনা। শক অতুবু উরবদী তথি-তথি তৌগদৌবা মী থর তাঙই। ইমাসু অতুমঙায়। বন্দনাগী মশক উরবদবো!

দ্বিজদাস। বন্দনা হায়বা মিং অসি তাখিবগুম তৌরেদা। উখিবগুম করিগুমসু তৌই। থবরগী চেদরা করিনো— মাগী ফোটো অমা……

বা লোইক্লাগ্রিবৈদা মখোয়গী ইমুংগী মনাইমুপীচু লাক্তনা হায়ররে—ইবেম্মদী অসিন্না লৈরে! ইবেমখোয়গী খুরানী হায়বরা কন্নানো অম বোম্মেগী মচামুপী অমগা লোইননা লাক্তনা লৈছোরে। বাবু অচৌবসু লৈত্তে।

ইথঙ থঙহৌদবমখৈ নঙনা হায়রিসিবু করিনোনে হায়রগা সতী মুপামোমদা থোকখ্রে। দ্বিজদাসসু ইমখ্রে।

———

৪

সাহেবকী পোষাক শেংপ মীয়াঙ্গীচম্বব নীপা অম চৌকিদা ফমম্মী, অহুগা চহী কুম্মাথোইরোম গুরবী নুপী অম মনাক্তা লেপ্লুনা ফক্লাংদা থেংলিবা জগদ্ধাত্রী দেবীগী লাই (ছবি) অহু য়াম্না মুন্না য়েংলম্মী। মাগী ফিজোল অহু অশেংব মেমগী পোষাক নত্রবস্থ বাঙ্গালী নুপীনী হায়রবমকস্থ য়াফাত্তে! কুচু ঙৌরোক ঙৌই, শাবান মৃত্তি অমস্থং মায়ফম হায়নীঙাই লৈতনা নীংথিজে। সতীনা মনাও নীপাদা হৌজিক্তা হাযয়স্থহুনী। মনাউটী শক অসি লেম্ননীঙাইনি।

সতীনা ইমুং চঙহুনা মথুরা খুরুম্নগা হায়— অস্থম তৌহুনা খুবাতোম্না মতাহুপীগী যুমদা য়োৌবীরকনী হায়বসিদি মঙদোনা থোকঈদা।

হৌগৎতুনা সতীগী মংকোক নানবীহুনা মথুরানা হায়—হুস্থরে- দনাসিদে। অস্থক কুইবসি নাংতানবু অমুক্তহু লাকত হায়দে, নশাস্থ ঐগীদা অনুক্ত লাক্তেদনা। ঙসি কৌরনা ঈশানা লাকচরব মতম অসিদদী মাহে রাতা ককা য়াম্না ফজরেনা। মঙদোনা থোকই ককা চাযবদনা। দিগ্রজদাসরোমদা ওনশিন্দুনা পাখং অসিদী কনানো হংই।

সতী তুংলোমদা হম্না য়েংবদা দিগ্রজুবু উহুম্না ঈনাও নীপানী হায়হুনা খুমঈ।

দিগ্রজদাসস্থ খুরুমই। বন্দনানা মচেম খুরুম্নগা নোকতুনা হায— ও-ইচেনা চিঠ্না-হায়রকপহু লৈরিব বাবু অসি ওইরে? শাগৈনাতে কনাগী গোত্র ককা অমতা লৈতে, মহা ওইপ্রবা স্বদেশীনী, মহাকী হাকুম্কা জমিদারী ককা লোইন্না চৎথিগদোরি হায়বদো?

সতী। নংঙান্দমু ঐনা অহুম হায়না কৈদোউৈ ইখিমগেনে। চীম্নকস্থ নাম্নেদা।

বন্দনা। নহান্দা ইরকপতুন্দী কাউরবোব্নে।

সতী। ইথিদেদা।

নক্নব মরী-মতাস্থ নত্তব শক খঙনদ্রিব মথোক্কারকপা ম্নপী অমগী ময়াঙদা করি তৌব হৌনবা, করম ঙাঙলগা ক্জবা করিমতা জ্ঞান তাদহুনা দি.জদাস চঙক্লহুনা লৈরে। অসিগুম্ব মতৌ অসি মঙোন্দা অমুক্ত থোকখিদ্রি। অহুবু লাকপদা ঙায়রিবী ম্নপী অসিনা নীংতম্না অমম্নুং অকিবা লৈতনা ঙাঙবা-শকপা অসিদগী পান্না অমদী খঙলে। ম্নপীবু মহৈ হৈহনগদৌবনী, মনীং তমহনগদৌবনী হায়না মানা খল্লবা অহুগা ময়াগ ময়াম্বগগা ইতত্তনা য়েংনহুনা লাক্লিবা-ম্নপীম্নু মীনি, মথোয়বু নমশিন্দুনা পঙহন্দুনা থম্বা চুমদে হায়বা, অমম্নুং ম্নপী য়াওদনা নীপাতনা চাওখৎপা য়াদে হায়বসি ঙসিদ উনরিব ম্নপী অসিগী মতৌ মওং অমম্নুং ৱাঙাংদগী তংশংনা উরে, খঙলে। অহুগা ম্নপীসিদা ওনশিন্দুনা হায় ইবেমনা হায়রিবহু অচুম্বনী; ইতৈমনা কাউহুন তৌরিবনি। মসিদা হায়-হায়দে য়েংনরুহুনা কান্নদে। অসি হায়রগা য়াম্না চীঙ-লেম্না হায়— ইতৈমনা? ইতৈমনা চিঠিদা হায়খ্রিবহু অচুম্ব-ঙাক্নি। ঐবুম্নু নথোয়না থাদোক্লো: ঐম্নু ঐগী ফংফম থোকপ পূম্নমক থাদোক্লবনী। নথোয়গী জমিদারীসি লেঙদনা কায়দনা লৈরসনু। ইতৈমনদা হায়য়ু, ঙসিমক উকিল কৌহুনা লাইরিক-লাইশু ইহুনা পীগে। মাম ইবুঙোম্ন সাক্ষী লৈরেদনা। ঐ ঙমদবরা য়েংউ।

সাহেব। সতী! নঙগী ননাউ নীপাসিদী অয়ৌবী স্বদেশী ওইরবোইনা।

সতী। খমথেংবীনি।

সাহেব। নঙনবু হায়রবদী মাগী জমিদারী শরুক থাদোক্লগে হায়ব্লিনে।

সতী। ঈলায়-লাঈনা ঙমগনি। মানা ঙমদব খবক লৈতে।

বন্দনা হংনীংবনা খাঙব ঙম্নক্রহুনা হঙকঈ— চান্নুনা লোইনা থাদোকপা ঙম্বীরগদ্রা?

দি.জদাস ঙহাক মুম্না য়েংলগা হায় অশেংবনী, লোইনা থাদোকপা ঙমগনী। ঐ মসি থোইদিং মথায় অমফাওবা পামদে। লৈবাক অসিগী

মী চামগী মন্নুংদা। মরিক্ফু তরামণ্ডানা চন্না অম ফাওবা মপূক থন্না চাবা ফংদে, মুমীৎ থোকপদগী মুমীৎ তাবফাওব শুরবস্নু। অতুগা ঐখোয়না থবক ঈশু শুদনা পোলাউ, রসগোলা। চানীংন্ত্রে, পাপকী চাক অসি য়োৎশিনবা য়াদ্রে, থৌনাউদা পল্লে। সম্পতিককা অসি চংগ্রবদদা হুডাইজগনি— লৈবাক্না শূতুনা নোমতুনা চারিব অসিগুম্না চাজবা। চাবা ফংলে ফরে, ফংদ্রে ফরে। মথোয়ময়ামগা চন্না হেনমিন্নতুনা শিরবদা নোংমত ওইন্নবস্নু স্বর্গ ফংনুবা য়াই। হৌজিক লৈরিব মওং অসিদদা মতুদা মতুগী আশা উদ্রে।

বন্দনাতু মমীৎ কুপ্তুনা অস্নুম য়েংতুনা লৈন্নস্বদগী মুংশাশোর শাংনা হোন্দুনা তুমিন্না অতুম লৈগ্রে।

সতী! মসিগুম্বা ব্রাডাওসিদা হৈনরপোৎনী, লোইনা চংক্ফা পুরে। বক্তৃতাসি কোম্না তৌরসি ইবুঙো। নঙগী মাইবুঙোদা থোঙ খুংস্নু শেংদোক্তি। বন্দনা নঙস্নু নফি নরোল হোংদোক্লরসি।

সাহেব। ইবুঙোদা উদেনা!

সতী। থবক অম চংগ্রি, হল্লকদৌবা থর বাংলি।

বন্দনা। ইচে; ইচেখোয়গী ইনেম্বোকস্নু উদেনা, লংকৈদা চংখিবরা?

সতী। চখোক্তে, য়ুম্মদা লৈ। কৈলাস, মানস সরোবর দর্শন চংকনি হায়তুনা তৌরি। হৌজিক্কী পূজা আহ্নিক তৌরি। ওহাক লৈন্নগা উনসি।

বন্দনা। ধর্ম্ম-কর্ম্মদ তৌতুনা লৈ'মা-লেনে?

সতী। উম

বন্দনা। লুগ্না ওইঙৈদগিদা ইমুংগী থবক-থনা অমত য়েংখিদ্রে হায়নে।

সতী। মতুগী থবক লৈখিদ্রে, পূন্নমক ঐঙোন্দা

বন্দনা। ইনেবেম্মসিবু ইতৈইবুঙোবু হেক পোকপা নত্রনে!

সতী। ঐনা উহৌবা পোত্তি নম্ভেদো। মীনা শোরি-পারি হায়বা ওইরিন্নিদা।

দ্বিজদাস। শোরি-পারি নত্রে। ইরু-মায়থঙ্গরগা বারী কোম্না শাসি, মথকলোমদা কারুসি। ঐহাক অত্তৈ অতৈ করি-করি অমুক্তং শীল্লুখিগে! ইতৈ্মা! মাইবুঙো হকচাং শেংদোক-থোত্তোক্লবা তৌরকও। অসি হায়রগা দ্বিজদাস প্রপ-প্রপ লাকপদা মমাগা গম থেংনরে।

দয়াময়ীনা পাউ তাবদগী আহ্নিক লোইরমদনা চেল্লক্লমালে। লুপ্তা ওইরবস্থ চহী পঙরাম য়ামত্রিবনা খঙন-চামরব নীপাগী মমাঙদদা থক থোক্তে। রা-লান ভাঙনরবস্থ মরুমদা লৈরগা ভাঙনৈ। অদুবু ওসিদা চঙক্লনা ইমুং লমম্যাঙ্গদা হেক্তা লেপ্পরে। কোক্তগী ফি অদুদা লাইবক ফাওবা চিংথে। অদুবু মায়দা ইভাল ভাম্না উই।

সন্তোনা "অসিনা ঐগী খুরানী, অসিনা ইনাউ বন্দনানী" হায়দুনা মনেমদা তাকঈ অদুগা মরেন্দ্র খুরুমই। অসুম তৌদুনা মরম চাদনা খুরুম্বসি চৎনবীস্থ নত্তে, কনাস্থ তৌনদে। দয়াময়ীস্থ ঈঙক ওক্লে অদুবু মম্মৌগী খদাও শোক্তনা খুদোম্বী চুম্নগা আশীর্ব্বাদ তৌবীরে। বন্দনা উবদা মীৎ খিল্লং শুরুক তৌই। মচেনা তৌবদুদা মাস্থ চঙশিন্দুনা খুরুমই। মাবুদা শোক্তে, শম্নী হায়দুনা থোঙকাপ অম তুংরোমদা হন্দোক্লগা শোম্বাংননা পুনশিন্নু হায়। অদুদগী সাহেবকা নমস্কার তৌনৈ।

দয়াময়ী। লেঙবিরক্লিবসি ওম্বোক্না মুভাইজগে, অঙাংশিংগীস্থ মরাইবকফবনী।

সাহেব। ঐস্থ মতমসি ঈফং ফংজদবা। কম্নিমতা ভাক্তনা ফুং কাওরুবঈ হায়দুনা বারৌবা রাজে। মতুংদগী লাকপা তারবদী মাঙজোননা থঙজগরক্তে।

দয়াময়ী। পূজা-আহ্নিক লোইরমদ্রি, লোইরগা বারী শাসি। মুখীমচা! মাম্নী মাইবুঙোবোদা মথকলোমদা কেন্থবনেবা তৌ। অদুগা করি করিনো য়েংদুনা মুভাইনবা তৌকো, বিপিন লাক্লগা ঐগা






অমুক্তং উনসি হায়য়ু। অসি হায়রবগা মমা য়েংলম্বা অতুম খোকপ্রে। মপানগী চংনবী ভৌনবী পুম্নমক করিমতা মাংপা অমস্তুং হোবা লৈখিদে। মস্তুংদদী, থাবল নীংখিনা খোক্লিংভৌদা লৈচিন অমুবা মচেৎ অম পাইরক্কনা লুরবা আকাশ থুংনা শীনখিবগুম্বা অম ভৌরে।

———

৫

বন্দনা ঈরুজহুনা চঙখিবদা মপাদী হাম্না লোইহুনা আরাম্ চৌকিদা ফমহুনা আনোক হাপ্তুনা খবর পাহুনা লৈরম্মী। মনাক্তা টেবিল মচা অমগী মথক্তা খবর-চে ময়াম লৈবস্থু দিজদাস তারিখ য়েংহুনা মথং-মনাউ নাইনা লোম্খত্তুনা থনুম্মী। ট্রেন্দা লাকপগা চে অতৈ লৈবগা ঙসি সুমীৎ নীনি-হুমনি খবর পারক্লে। মচানুপীদা হায়— ঙসি সুংথিল পুং, অনীগী গাড়ীদা কলিকাতা চৎকদৌবনী। নঙনা নচেগীদা থর লৈখিগে হায়রগা হল্লকপদা নঙবু অসোমদা থিঙ্জিনবীরম্লগা ইপাদী চুমত্রিং বোম্বে য়ৌনব চৎথ্রগে। নঙ করি হায়বগে?

বন্দনা। কলিকাতাদা কয়ানি লৈগদৌবনো?

মপা। য়াম্নবদা সুমিৎ নীপাম্নিদগী হেল্লোই।

বন্দনা। ঐবুনা বোম্বে য়ৌনা কনানা থিনবীরকপা?

মপা। অহুগীদী খোইনা লুরোইদা। (ঙহাক থল্লগা) নহাক্না পাম্লগা সুমিৎ থরসি নচেগীদা লৈরম্মো। ঐনা হল্লকপদা লৌবীরগে?

বন্দনা। ইচেদা অমুক্ত হংদোকখিগে।

দিজদাস। ইতৈমদী চাকশঙলোমদা চঙখি, ঙহাক লৈরকখিনি। (মথুক্তগী মমোমদু উত্তুনা) করি পীবু হায়বগে?

বন্দনা। খবরচেরা? ঐনা খবর পাদে।

দিজদাস। খবর পাদবোরে?

বন্দনা। হু-হু! হৈনদে, সন্ধ্যাদা কাবমাদা ভাই; মহুনা অহুম য়ারক্কে ঐগীদা।

দ্বিজদাস। এঃ ঐদী য়াম পাবোই খল্লমই।

বন্দনা। ঐঙোন্দসু হৎনা য়াম্না খন্থবীরম্লেদা।

দ্বিজদাস খুন্ফম খঙত্রে।

বন্দনা (নোক্তুনা)। ময়াম্না লৈবাক্কী ফনবা তৌবীরি, ইংরেজনা মত্থুদা শাউরে, মমীৎ ঙাওলে। অদুগুম্বদু পানীংদে, হৈনদে। বাবাখোয়দী য়াম্না হৈনৈ। খবরদা মুন্দুনা নপশিন্দুনা লৈরিবসিনী। বাবুগী লাইব্রেরী য়াম্না চাউই হায়, অদোমদা লেঙসি লাইব্রিক কয়া য়াম্না লৈবগে য়েংনীংই।

লেঙসি।

লাইব্রেরী-কা তিনতালাদা লৈ। সিড়িদু য়াম্না পাকঈ, কারিঙৈদা দ্বিজদাসনা হায়— লাইব্রেরীদী য়াম্না চাউই, ঐগী নত্তে দাদাগিনী। অকব লাইব্রিক থোরকপা ঐনা য়েংঈ, দাদাগী হুকুম লৌরগা লৈ।

বন্দনা। পাবদী বাবুনা পারিনিদনা?

দ্বিজদাস। লাইব্রেরীমপুনা পাই। অঙকপা মীনী, বুদ্ধিসু কপ্রপোৎনী।

বন্দনা। কনাবো? দাদাবুরা?

দ্বিজদাস। ইউনিভারসিটিগী ডিগ্রীককা অমতা লৈতে। অদুবু মহাক্না খঙবা হৈবা খর তাঙঈ। লৈতে হায়বনু য়াই। ইবেমগিদী ইচে লৌবা ইতৈনী মশক অমুক্ত উত্রিবরা?

বন্দনা। উত্রি কমদৌবগে?

দ্বিজদাস। ঐগা পুমখেন খেন্নৈ। অহিংগা হুংখিলগগুম্বনী। ঐদী মুই, মহাক্কী কুচুদী সনা অহিংবনী। পাঙ্গলসু কল্লী, লম অসোমদা ফাওরিবনী। থাঙ বোংবৈদসু মপা লৈতে। ইমা নত্তনা কনা অমত মমাঙদা লেপ্পা ঙমদে।

বন্দনা। ঐখোয়গী ইচে ফাওবা?

দ্বিজদাস। ইমা নত্তবা কনা অমতা ঙমদে হায়রিবসিনী।

বন্দনা। য়াম শাউগনবরনে?

দ্বিজদাস। শাউগনবস্যু নত্তে। ইংৱাজীদা এরিষ্টোক্র্যাট হায়ব ঙাইহে অম লৈবদাই? নহালমূক্কী মপোক্কা ঐখোয়গী দাদাশি মখোয়গী নিংথৌ ওইরম্মালে। শাউনব মতম-ককাস্যু লৈজব পোৎ নত্তে।

বন্দনা। দাদাবুদী য়াম্না লুনা কিনা ভৌবমালেনে?

দ্বিজদাস ঙহাক তুমিন্না লৈরগা হায়— মসিগী পাউখুমদী য়াব মতমদা পীগে।

বন্দনা। করি হায়রিবনো'হ্নদে? অর্থ খঙদে।

দ্বিজদাস। অর্থদী অসিনীমা— ওসি মতুগী পাউখুম পীথোক-প্রবদী অমুক পীনব তাঞ্জা লৈররোই হায়বনীমা।

লাইব্রেরী অহু য়াম্না চাউই। মমল য়াম্নব আলমারী টেবিল, চেয়ার, অতৈ অতৈ পোৎ মখল মখল য়াম্না নীংথিজনা লেংহুনা থম্মী। বোম্বে সহরদদী অসিগুম্ব লাইব্রেরী পীক থম্না লৈ। খুম্লক্কা অসিগুম্ব লাইব্রেরী লৈরম্বসিদা বন্দনা পুমঙক ঙকখ্রে। অহুগা অমুকস্যু হংঈ— বাবুখোয়গী দাদাবু লাইব্রিকশিং অসি লোইনা পাবরা?

দ্বিজদাস— পাই, অলমারী লোন্দে, হাংলি। লাইব্রিক অম লৌথোক্লগা হাইদোক্কনা হেক্ত য়েংবীয়, দাদানা পাখিবগী খুদম থেংনগনী।

বন্দনা। মতম ফংবরা? অহিং-মুংখিল পাহুনত লৈব্রা?

দ্বিজদাস। মহুস্যু তৌদে। সম্পত্তি ময়াম অসিগী থবকস্যু খজীক-থরাক নত্তে, পুম্নমকতু দাদানা য়েংশিল্লিবনি। মসি ওসি ওন্নাংদগী থবক নত্তে, বাবা লৈরিঙৈদগিনী। মতমসি ফদাইদা ফংলিবনো ঐমকস্যু ওক্লিবনী। পাবগা, উবগা খঙবনা হাল্লী। থর তাঙব মীনী। দাদাগী য়াসি তোল্লসি। শক্তস্যু উত্ত্রি, ঐনা হেজিন্না হায়বা মাল্লী।

বন্দনা। ঐদী মুঙাইরিবা ভাবদা।

দ্বিজদাস। অসিদনস্যু য়াব নত্তেদো। জগৎ অসি মীথোই-মীহেনবশিংগী ওাক্ত ওইরবদী ঐখোয়গুম্বা মীচমগী মফমদী লৈতবা

তারে হায়বনীমা। ভগবাম্না চীন পালহন্নিরুসিংহ মথোয় অসিগী মতীক গুণ শক-শোম্নব ভাকসু নত্তে।

বন্দনা ( নোক্লুনা )। হায়বদী ময়াম্বগী ওক্লে মনাউগী অমুক শক্লসি ফুসিরা ?

দ্বিজদাস ( নোক্লুনা )। অদুদা তারবরা ? অদুবু তাপ্পা মংত্রিয়ে। অথওব মীনদী কয়া তানীওোই। খঙদব মীগী মফমদা খর ওুঃ ওুঃ ওংব তাইদো। ঐদী মতুম হৈতে। ইথংগী ইগুণ শকপদী খর কোই, মরক্তা পনব য়াই, লেপ্পা য়াওরকপসু য়াই।

বন্দনা। পন্দনব হোৎনবিয়ু। নীপাদী মসি য়াম্না হৈনবরাইনে ? কাম্নদে, হৌগৎপিরো !

দ্বিজদাস। মসি তোকসিদা। ইতৈমদা ঐ লাইব্রিক অহুম মরি থাজরকে পাবিয়ু। অসি হায়রগা চৎকে তৌরকপদা বন্দনানা থাম্লগা হায় :—

ঐ ইতোমত থনম্নগে হায়ব্রাও ? লাইব্রিক্তী য়াম পাক্লে, ঐ অনী। বারী লীবিয়ু।

দ্বিজদাস। কয়া বারী ?

বন্দনা। অদোমগী মম্নাই।

দ্বিজদাস। অদু ওইরবদী ওহাক্ত ভাইবিথো; মথাদগী বারী লীব হৈরু অম থাজরকে।

বন্দনা। ঐখোয়গী ইচে থাম্লকে হায়রিবরাও ? মতুদী কাম্নদে, য়ারী বারী চিঠিদা হায়রকনা য়াম্না তারে। মদু চুম্না চুমদবা য়েংনীংঙ্ঙৈ।

দ্বিজদাস। চুমদব ভাক্কী। চামগী মনুংদা মুফতরামঙা আবরবনী। অ ... ইবেম্বু বিলাত্তা লেওগদৌব কুইদ্রে হায়দ্রা ?

মশাগী মা কয়া ভাওনীংদ্রে হায়বসি বন্দনা খঙল্লে। অমুক হায় :— হোয়, বাবানদী অহুম হায়রিয়ে, লাইব্রিক তথসি বিলাত্তা লোইরক্লীংঙৈ। বাবুম লেওম্নিনা।

দ্বিজদাস। ঐ ইশাগিদ্বী রেম্না লৈদ্রে, পৈশাবু কম্বাইদ্রগিম্নো ?

অহুবাইদদী লাইব্রিক তম্বীকমম্ন লৈবপোৎ নত্তে। মহুগী ভার অহু ইতৈমদা নম্বা ওম্মরোই। মহুগী আশা তৌরুবা কারদ্রে!

বন্দনা ( নোক্ত্না )। দ্বিজুবাবুগী রাসি শাউহুনা হায়বা মাল্লী। বাবুগী শেলদী বাবুদ নত্তে, তৌগে হায়রবদী খুল অসিগী মী খাইবোক অম পুহুনা চৎপা ওম্মী হায়বা। ফরে মহু ঐগী দায় ওইরগে বাবুনা লেঙগেবু হায়রবদী।

দ্বিজদাস। মহু য়ারোইদা। পৈশাবুদী য়াম্না লৈ, ঐগী নত্তে দাদাগিনী। ঐদী তাংহুনা লৈরিবনী হায়বা· য়াই।

বন্দনা। ঐস্ন খরমথৈদী খঙজৈয়ে। হায়রিবহুনা হেন্না শাউবা মানপ্রে। ইচেগী চিঠিদগী তাবদী ইশানা তানব নত্তব সম্পত্তি লৌনীংদে হায়বী হায় চুম্না?

দ্বিজদাস। চুমই, মহু মীওইবগী ধর্ম্মগী রানী শাউবগী বা নত্তে। মরমসি অসিদম্ন নত্রি।

বন্দনা। মহুদী তাব য়ারোইদ্রা?

অনীমক ওহাক তুমিন্না লৈরে।

বন্দনা। ঐনা খিজিল্লিবা হংলিবা অসি খর হেজ্জিল্লে হায়বা ঐস্ন খঙই। অহুবু খঙনা খঙনা হংনীংবনা হেজ্জিলক্ত্না হেক্ত হংলিবনী। বাবুগী বা ঐ য়াম্না তারে। অহুনা বাবুনা ওসাই চঙলকপদা ঐঙোন্দা খঙনব্রিবা মীনৌ ওইনা থোক্কে, হান্না খঙন-চান্নরব মীশক্তৌনা থোক্লে। ইচেদী অহুক য়াম্না হায়দোক্লগা ঐঙোন্দা অস্নক থুপ্লিবসি করিননো? ঐস্ন ইচেগুম্বা মমুংগী মী অমনী হায়বা।

দ্বিজদাসম্ন ওকপগা হঙ্গোইবগা য়াম্নহুনা লৈরে। ঈথঙ-খঙনব্রিবী লৈশাবী অমগা রারী শাবসি ওসিগিসিনা অহানবনী। ফম্লাংদগী ঘড়িহু য়েংলুবদা পুঙ অমা হেক্লে। মরক অসিদা কনাগুম্বা অমনা হংলরবদি খুক্ষম লৈরোইদৌরি। মরাম্বম্ন হমক্রম্বা য়ারে, মমাম্ন পূজা-মুংজা লোইরম্বা য়ারে খলুবদা পাখত্না সিঙ্গিয়োমদা চেন্নুরে। অহুদগী অমুক হমক্ত্নো কম্নরে।

বন্দনা। হায়রেদনা ?

দি.জদাস। হায়রবদী অসোয়দা হায়না হায়গনী, ইকৈমদদী হায়রি।

বন্দনা। মামা অমুক শুগায়না তাকপা অদুবু ঐদী তাদনা...

হায়দবমা চুমই হায়বদী দি.জুদু খল্লী। অদুবু তকশিল্লক্লিবদুসু খাওব শুমদ্রে। চমমুত্না শুহাক তুমিন লৈরগা হায় :— থাঙ্গৈশেংবদী বাবানা ঐগী শক্কক করিমতা তম্মদ্রবনী।

বন্দনা। ওইদবা বানী !

দি.জদাস। অওইবনী।

বন্দনা। কয়দোনা ?

দি.জদাস। বাবানা ঐঙোন্দা পীরবদী সম্পত্তি মাঙগনি হায়না খনখালে।

বন্দনা। করিননো'তুদে ? মরম লৈত্রা ?

দ্বিজদাস। লৈ, ঐবু কয়বা তৌবদা লুপা য়ায়া মাঙখিবা অম লৈত্রে।

সতীগী চিঠিদা মসিগী ইঙ্গিত অম উৎখিবদু নীংশিংলক্লে। অদুগী অমুক হংই :— বাবানা ট্রাইল তৌরম্বরা ?

দি.জদাস। মদুদী দাদানা খঙই, মহাক্কদী তৌরমদে হায়।

বন্দনা। অদুদী করিসু লৈতেদবা। ঐগী বাবানা উইল তৌদুনা থাঙ্গৈশেংনা বাবুবু কাইথোক্লম্বরা খল্লুরে।

দি.জদাস। বাবাদী মদু কাওরা খনবা ক্ষাংনী। দাদানা য়াদবমালে।

বন্দনা। দাদানা য়াদবু ! অঙকাপনী !

দি.জদাস। দাদা উৎবদী করিসু ওয়ক্লোই। নোংমা সন্ধ্যাদা বাবাগী কা অদু থাউমৈসু থাক্লমদ্রি, ঐসু হেক শংলেবা কা অদুদা চঙহুনা লাইরিক অম থিরম্মী। বাবাগা দাদাগা বান্নী শারম্মি। দাদানা "মদু চুংমোই" হায়। বাবানা হায় :— করিনো নওনা হায়রিবসিবু

বিপ্রদাস ? ইপা-ইপুনা থনখ্রবা সম্পত্তিসি মাওহল্লসি হায়রব্রা ? ঐনা শিগ্র-বস্থ লাইনবু শাউনিনে। নওনা হায়রিবহু ঐ য়ানীংদে। বাবানা হায়বহু দাদানা ঈয়া য়াদে। সম্পত্তি পুম্নমক নখূত্তা শিন্নরবনী, নও নপানা পীবনা চুম্মী খল্লগা পীয়ু, চুমদে খল্লগা তোকউ। অহুদগী বাখা চহী অনী অহুম লৈরম্মী, মহাক্কী পুক্নীংদী কন্নিমতা হোংখিদে।

বন্দনা। বা অাস অতৈ কনা কনা খঙবগে ?

দিজদাস। কনাস্থু খঙদে ঐদনা লোম্না তাহৌবনী।

ওহাক বা ভাঙদনা লৈরগা বন্দনানা অমুক হায় :— বাবুখোঙ্গী দাদাসিমক্তা অতাঙবা মীনীকো।

দিজদাস। চুম্মী, খাইগা মান্নদে। নুমিৎসি য়াম্না থেঙপ্রে, ঐ কুমগ্রগে। কৌরাক্তুব ফাওবা লাইরিক পাবীথো।

বন্দনা। লাইরিক পানীংদ্রে ঐস্থু চৎলনি। ওসি তরেৎ-নীপাম্নি লৈখিনি ঐস্থু, লাইরিক পানবা মতম য়াম্না লৈরি।

চৎলগে তৌরম্বদগী খংলেপ লেপ্তুনা দিজদাসনা হায় :— ইবেম্বু ওসি বাবাগা কলিকাতা চৎসগদোবা নত্রা ?

বন্দনা। নত্তে, বাবানা কলিকাতাদগী হল্লকপদা ঐবু লৌররগা অহুম বোম্বে য়ৌন চৎগ্রগদৌবনী।

দিজদাস। কলিকাতা য়োক্করগা হল্লকপদা অসিদা নুমিৎ খর লৈহৌবা য়ারিদনা।

বন্দনা। ঐনা খল্লম্বস্থু অহুনী, অহুদা মহাক্কসু যুগোৎ চাদ্রোই-দৌবমালে। ঐবু অমুক খিনবীনবা মী লৈতেনে। বাবুগী মত কন্নিন্নো ? বাবুনা করম খনবা তাসিদনা।

দিজদাস। মতম অহুদদী ঐস্থু য়ুমদা লৈয়োইদোরে। ইমা পুহনা কৈলাস দর্শনগীদমক নিংথোকাবা নুমীত্তা যাত্রা তৌবা তারে !

বন্দনা। কৈলাস ? এঃ মহুদী য়েংবা, থুক্কম্বা য়াবা মফম্নীনা কনা কনা চৎকদৌরিবনো ?

দিজদাস। অতৈ কনাস্থু চৎলোই।

বন্দনা। ঐস্সু চৎপা য়াগত্রা?

দি্‌ব্জদাস থুমদে।

বন্দনানা শাউবগুম, ওইনবগুম হায়—এ— বাবুনা তীর্থ চৎল্লিঙৈদা ওইরে ঐবু অসিদা লৈয়ু হায়রিবসে?

বন্দনাবু চিংনা য়েংলগা দি্‌ব্জদাসনা য়াম্না তপ্না হায়:—অওইব-নীনে, ঐদী মহুনা ফগত্রা খন্দুনা হায়রিবনী। ইতৈমনা চিঠিদা অচুক য়াম্না ইরক্লগা ঐখোয়গী ইমুং অসি য়াম্না ভৌথিবা হিন্দু-ইমুংনী হায়-বসিদী য়াওত্রমালেনে? মওং অসিমদী করিমতা খঙবিদ্রিনে। ইতৈমনা খজিকুসু উৎলক্কেনে চিঠিদা?

বন্দনা। উত্তে, ফংদে।

দি্‌ব্জদাস। ফনবু ভকইনে। (ভহাক লৈরগা) ঐ নত্তনা ইমুং অসিগী মী অমতসু ইবেমনা পায়বা ঈশিং থক্লোইদবনী।

বন্দনা। দাদাসু?

দি্‌ব্জদাস। উম দাদাসু।

বন্দনা। ঐখোয়গী ইচেদী?

দি্‌ব্জদাস। ইতৈমসুনীনে। ঐখোয় চৎপ্রবদী নোংম-নিনি লৈবদী য়াগনি। ইমা লৈরবদী নোংম কাওবা য়ারোই।

বন্দনা। অওইবরনে?

দি্‌ব্জদাস। কাগি নত্তে, অওইবনীনে।

তাপ্পা অসিমক্তদা সিড়িদগী সতীনা লাউরকই:—

ইবুঙো! বন্দনা! নখোয় অনীদ কৈদৌরিবগে?

লাক্লে লাক্লে ইতৈমা হায়তুনা দি্‌ব্জদাস হৌগৎলে।

বন্দনা। ঐদী নহালমখৈ মসি করিমতা খঙদেদো। য়াম নুঙাইজরে।

---

## ৬

বন্দনানা মথা কুমখিবদা মখোয়গী বাবাদী য়ায়া খোয়দৌ তানা চাক চাবা হৌগৎলম্মে। ফম্ফম-কা অত্থদা টেবিল মচা অমগী মথক্তা লুপাগী পুখমদা চারমই। মনাক ওইরম্না তোঙ্গানবা নীপা অম লেপ্লম্মী। মাগী কুচু শাওং-শাদা অত্থু উবদা বন্দনাসু বিপ্রদাসনী হায়রবা খণ্ডলে। সভীসু মাগা লাকমিন্নে, মনুং চঙদে খোঙ মরুমদা অত্থম লেপ্তুনা খুরুম্নবা ইঙ্গিত তৌত্থুনা মতৈনী হায়বা তাকঈ।

অমুক তাক্লদ্রবসু ওসাই মমা খুরুমখিবহুক্লা মতৈবুসু লৈপাক শোক্লা খুরুম্মগদৌবনী। অত্থবু বন্দনাগী মাখল ওনখ্রে। অত্থগা দিজদাসগী মচৌন্দগী বিপ্রদাস অসি মহৈদা অমসুং বুদ্ধিদা অতাংবনী, খ্বাইদগী হেন্দোকই হায়বসি তারমত্রবদী খণ্ডলমত্রবদী হৌনবী লোনচৎ অসি থুগায়গে খল্লম্মোইদবনী। অত্থবু মচেগী মমাম্ন য়েংত্থুনা খুৎ থাঙ্গত্তুনা নমস্কারদংদী তৌই। অসিদা মাগী পূক্কিং অত্থম খণ্ডলে। অত্থদগী মপাদা হায :— বাবা! নহাক ঐবু কৌরক্তুনা নখন্দা চারবদী কৈদৌরে?

মপা। গাভীগী মতম য়ৌশিল্লক্রে, নঙগীদী করিসু অথুবা লৈতে। ঐ চৎগ্রগা মুডাইনা তপ্পা চাহৌবসু য়াই।

বন্দনা। ঐখোয়গী ইচেনা মমল য়ামগ্রবা লুপাগী পুখম-ককা তৌরিবসিবু করিগিনো? বাবাবুদি এনামেল্লা, চিনামাটিগী পুখমদরা হেক্তা শীজগদৌবদা।

সাহেব চাবা থংলেপ লেপঈ। য়াম্না তুরম্নীংবা মীনী, বন্দনানা হায়রিবত্থগী অর্থ খঙবা পোৎ নত্তে খনবসু খল্লুদে। মানা শোয়রমালে খন্দুনা মথন্তা ঈকায়রে, শোম্বাংননা হায়রকই :— হোয়নে ঐদী য়েংবু য়েংহৌদে। সভীত্থ কদাইদা লৈখ্রে? ঐগিদী ডিসতা হাম্লগা অত্থম য়াগদৌবা। ওস্থোকঈদা!

বিপ্রদাস হাইফেৎ শাউনীওঙী। ওসাইদা লাক্লিবা নুপীমচা অসিনা তৌম্নিবা অসুম তৌনা কনাগুম্বা অমনা মাবু করেম্নবা, ঈকাইহনবা ওম্বা

পোৎ নত্তে। থাঙ্গৈশেংবদী মঙোন্দা তমশিল্লগা চংনবী ঙাক্লিবা ইমুং অসিবু করেম্নরিবনী হায়বসি বিপ্রদাস খঙঙী। অসিগুম্বা কত্তবা লৌশিং অসি কনানা তাকপিরিবনো খঙদে, খনবদা লাম্বা কংদে। বিপ্রদাসনা য়াম্না মুঙাইত্রিবনা মপুক শেংঙ্গবা অহল অসি চেম্নরিবসিনী। অতুবু মসি পুন্নমক নমশিল্লগা মোমোন নোক্কনা হায়:—ইমুং অসি য়াম্না গৌরিয়া তৌবা হিন্দু ইমুংনী হায়বত্তুদী তাক্লিবয়া নচেদগী? অসুম্বাইদদী কনাগী এনামেল চিনামাটি অমতা চঙবা য়াদে হায়বসি হায়ত্রনে মহাক্না?

বন্দনা। অতুবু মমল য়াম্নবা পাত্রশিং অতুদী মাঙবা তারেদো?

সাহেব মুংশা চাম্মনা থীতুনা হায়:— ঘি তৈরগা মৈ ঙহাক য়াইরুবদী করিমতা দোষ লৈত্রে হায়নবগুম তৌবদাইনে?

বিপ্রদাসনা বন্দনাদা কাওননবা হায়রকঈ:— ইমুং অসিদা লুপাগী কোল-লীক য়াম্না লৈঙ্গবা পোৎনী। নখোয়গী বাবাসে ঐগীদী গুরুজনদো, অতুনা য়াম্না লুনা তৌজরিবা অতিথিনী। বাবাগা য়েংনরুরবদী নখোয়গী পুখম অসিগুম্বদী য়াইগুম্বনী। নখোয়না লাকপদা অসিগুম্বা খর মাঙবদী মাঙজসনু। নচেদোনা নঙসু হয়েং য়াম্না গৌরিয়া তৌবা ইমুং অমদা নয়ুম পাল্লুবা থোক্লবদী বাবা লাক্লগা লৈপাক্কী কঙ্গী অমদা শীজো লংথোকপ্রবসু য়ানবা। করি হায়বগে বন্দনা?

বন্দনা। বাবাগীদমক্তী সনাগী পুখম শাতুনা থমগনী।

বিপ্রদাস। নঙ মতু ঙম্মোই। অঙম্বা মী ওইরবদী বাবাগী মঙাংদা নঙনা হায়থ্রিবতু হায়রম্লোইদৌবনী, অতুগা মীবুসু ঈকাইহল্লোইদৌবনী। অতুগা নঙনা মাবু মুংশিরিবতুদগী য়াম্না হেম্না কনাগুম্বা অমনা মাগী খুরাবু মুংশিজরম্বসু য়াই।

মসি তাবদা মানা য়াম্না মুংশা থীরম্বতু কোক্কনা ঈংথনা মুঙাইনা লৈত্রে অতুগা শোল্লরকঈ:— ইবুঙো! নঙনা হায়রিবসি য়াম্না চুমত্রে। ঐখোয়গী দাদা লৈতবা মতমদা সতীসি য়াম্না পীক্লি ঐতু বিদেশতা চাকরী তৌতুনা লৈ। য়ুমদসু পঙনা লাক্তে; লাকপা মতমদসু ময়ামগা তিন্নদে তোঙান্না ইত্তোমতা লৈ। সতীদী ঐগী নাক্না চেন্নক্কনদা লৈ।

বন্দনা। বাবা! মহু কক্না লাম্বশিন্নকনুদা

সাহেব। অওইবনীনে ঐ কাউত্রিনে। নোংমদী চেনশিন্নক্তুনা ঐগী পুথমদা হেক্তা চারম্ববনীমে মাস্তু। মহু উবদা মমানা.........

বন্দনা। বাবানা হায়বিবহু খঙদা ঙমজবা পোৎনীদা। কৈদৌঙৈ ইচেনা বাবাগা......

সাহেব। হে'রা—ঐ কাউত্রিনে। মা থোক্লকপা তারে—হায়রুনা নমা ......

বন্দনা। বাবা ঙসি গাড়ী নাম্থোক্লবনি। পুঙ কয়া তাপ্রবগে খঙব্রাও?

পাখক্তুনা সাহেব ফুরিংখাউদগী ঘড়ি লৌথোক্তুনা য়েংলগা হায়:— মতম য়াম্না লৈরি। নংনা ইপা-পাখৎহল্লে।

বিপ্রদাস। মতম য়াম্না লৈরি। মীংথিজনা তপ্না হাবীয়ু। ষ্টেশন ফাওবা থিল্লগা ঐনা পূম্নমক শীঞ্জগনি। হায়রম্লগা থোকল্লে।

বন্দনা। ইংচ! বাবানা তৌখিবা কুম্মৈহু ইনেবেম্মা তাম্নবদা নঙ ম্রাই থর চিনগনি।

সতী। নহৈনা অহুম অহুম তাইনজগনী, মহু ঐগী থবক নত্তে। (চঙশিন্দুনা) করি করি পুরকখো হায়বগে খূরাতোন?

সাহেব। ওকত্র ওকত্র, ঙমত্রে। অসি হায়হুনা হৌগৎল্লে।

ষ্টেশন চৎপা মতম য়ৌশিল্লক্লে। মথাদা গাড়ীগী বারান্দদা মোটর ড্রাইভনা লৈরে। কমুং ব্যাগ পোৎ-চৈগী মথৈ অতোপ্পা গাড়ীদা ষ্টেশন তাম্না থাত্রে। বিপ্রদাস মকুগী নাক্তা ম্রারী শারিঙৈদা বন্দনা মফি মরোল শেক্তুনা লাক্লে।

বাবা। ঐস্তু চৎলনি।

সাহেব। ঙুংশা অসিদা কৈকাম্নগবনোদা।

বন্দনা। ষ্টেশন্দা নত্তে, কলিকাতা চৎকে হায়রিবনে। অহুদগী অহুম বাবাগা লোয়ননা বোম্বে য়ৌব্রগদৌবমি।

বিপ্রদাস (ঙক্তুনা)। হায়মা। নওবু অসিদা থর লৈখিনি হায়বদাইনে?

বন্দনা। হু-হু। লৈররোই চৎলনি।

বিপ্রদাস। নঙদী চাকস্থু চান্দ্রি।

বন্দনা। হোরেল কলিকাতাদা চারনি।

বিপ্রদাস। নঙনা চৎলনি হায়রিবসিবু নচেদী তারব্রা?

বন্দনা। খঙদে, ঐ চৎপ্রগা হোরেল অত্তুম খঙজরনি।

বিপ্রদাস। নঙ চাক চাদনা চৎপ্রবদী নচেদৌ য়াম মুঙাইহৌররোই।

বন্দনা। কৈদৌদনা মুঙাইরোইদৌরিবনো। ঐবু বার্ত্তোন তৌরক্লনা ঐনা চাদনা চৎপ্রগা পোৎচৈ মাঙহৌগনি হায়বস্থু নস্তবসিবু। মহাকস্থু অত্তুক য়াম্না পঙবা নস্তে। অত্তুম খঙজগনি হায়ররুগা গাড়ীদা চঙহুনা কমপ্রে।

করিনো অম তৌরে হায়বসিদী সাহেবস্থ খঙলে। নত্রবদী মরম লৈতনা অম কোক হেক তৌগদৌবী মুপীমচা নস্তে। তপ্লপনা হায় মাদী মচেগীদা থর লৈহৌখিনি হায়না থনবনী ঐস্থু। গাড়ী কাখৎ-প্রবদী কুমথৌ হায়বা য়াররোই।

বিপ্রদাসস্থু করিমতা হায়দনা ইম্নহুনা মোটর কাখৎপ্রে।

গাড়ী থারে। বন্দনা মথকলোমদা য়েংখৎখিবদা তিনতলাগী লাইব্রেরী কাপ্পী মীহুৎথোঙগী চৌবর পায়হুনা দ্বিজদাস লেপ্লহহু উরে। অস্তুম য়েংনরম্বদগী থুং থাঙ্গহুনা নমস্কার তৌরম্মী।

---

৭

ষ্টেশন য়ৌবদা তাবে কদাইদনো করিনো অম তৌহুনা ওসি ক্রেন পুঙ অম হেন্না থেঙবা তারে। বিপ্রদাসনা সাহেবতা হায়:—
কলিকাতা য়ৌবদা মুমিদাং ওইবা তারে। ওসিসিবু চত্তবা ঈয়া য়াররোইদ্রা?

সাহেব। করিদি য়াদদগে। ঐগিদী…

বন্দনা (থৎতুনা) করিনোনে বাবা। চৎকনি হায়হুনা থোরক্লগা অমুক হন্দিনবা হায়রিবসিবো?

বিপ্রদাস। হন্জিনবা কৈদৌই ছারবগেনে বন্দনা! নঙদী চাকস্থ চাখিত্রে, মুমিংসিমা চন্না পূমহেল হেল্লগেন্না?

বন্দনা। কন্নিমতা লামদে! অমুক হন্জিন্দুনা চংলবস্থ চাক্তী চাররোই।

সাহেব। মখোয়গী শিক্ষা অসি মতা অমনী। অমুকপু ঈনপ্রবদী হন্ন ছাযবা য়াররোই।

বিপ্রদাস মথা তাদ্রে, তুমিনা লৈব্রে।

ষ্টেশন অছু পঙচাউ চাউদ্রবস্থ পীকতক তৌবা তরু তরুবা ৱেটিং-রুম অমদী লৈ। চপী কয়া য়ামদ্রিবা বাঙ্গালী সাহেব অমনা মাগী মুপীগা কা অছু অয়ুক্তগী পায়শিন্দুনা লৈরয়ে। সাহেব অসি ব্যারিষ্টর নত্রগা ডাক্তর নত্রগা বিলাত্তা পাশ তৌরকপা প্রোফেসার অম ওইবা য়াই। আরামচৌকিদা মখোঙ তিংখোক্তুনা উইরমই। ময়াম চংক-পত্নদা সাহেব অছু ব্যবহার অমতা উন্তে। মুপী অছুদা চৌকিদগী হোগত্তুনা লেপ্পী। থাজৈশেংনা মেম সাহেবমক্তী ওইফাত্রি। খোঙুপ খূনীংৱাংবী অছুগা ফিজোল মতাতু য়েংবদা উরে, মহাকস্থ মতু য়ৌনবা ফনদী হোৎনজরে!

কা অতোপ্পা অমদা আরাম চৌকি অম লৈবা অছুদা ফমহল্লগা মহাকস্থ বেঞ্চ অমদা ফম্নগা বন্দনানা হায়:—

ইতৈ ইবুঙোস্থ অসিদা ফম্বিয়ু বেঞ্চ অসি ফনা শাংই, উতুপকুম্বা অচৌবদদী দোষ লৈতে, জাং করিস্থ তারোই।

বন্দনাগী মপানা নোক্তুনো হায়:— শোক্না পমবা মাই য়াদেগী মাসি ইবুঙোস্থ য়াম তৌরিবয়া?

বিপ্রদাস। চাক চারক্তস্থমা মহাক য়াম্না শাউত্রি। মুপীনা শাউরিঙৈদা ঙাঙবসি খরক্তুনা কামদে।

বন্দনা। ঐদী কম্নিস্থ শাউদেনা।

বিপ্রদাস। য়াম শাউরি পোৎনী।

শাউত্রবদী মুমলোঅদা হন্নখোইদ্রদো? অছুগা জাংকীবা অছুদী

ঙসাইনা গাড়ী অমদা তোংমিন্নতুনা লাকএ, জাংপু তারবদী ঙসাইদগী তারেনা। হৌজিক্কী বেঞ্চতগী বা অসিদী কোচি হায়বতুনী।

বন্দনা। শেংনা হায়বিয়্ন ঐখোয়গা শন্নরুরে হায়দুনা হোরেল য়ুম য়েৌরগা অমুক ইরুজবিরোইদ্রাও ?

বিপ্রদাস। ফরেনে, য়ুমদা লাক্লুনা য়েঙরো চৎসিনে।

বন্দনা। ঐনা ইমা খুরুম্নদা শন্নগনী হায়তুনা চন্দোকখিবতুবু খঙবিস্রা তাবিদ্রনে ?  অসি হায়রগা শাউবগা ঈকাইবগা য়ানতুনা মমায় ঙাঙতুনা লৈরে।

বিপ্রদাস। য়াসি চুম্মীস্নু করম হায়সিগে লাল্লীস্নু করম হায়সিগে। মরম অশেংবদী মনাক্তা হেক লৈরগা খঙগনি। অতুস্নু ওইগদৌবা মান্দ্রে।

বন্দনা। ওইররোই, ওইররোই।

বন্দনানা কন্না য়াখিদবসিদা বিপ্রদাস কয়া মুঙাইতে। হন্দকী য়াকমসি মমাস্নু খর য়াওঈ, মহাকস্নু খর য়াওঈ। মসি মচা খায়না তারুবা তাঙ্গাস্নু লৈত্রে। তাকপা অক্ন খোয়দানা তানবা মীস্নু লৈতে। তুমিন্না লৈবনা ফরে হায়দুনা বা ঙাঙখিদ্রে

সাহেব মচা অহু মখোঙ মখাদা খাংখরগা হাকাম চন্দুনা হংলকঈ :— অদোম্ন, জমিদার বিপ্রদাস বাবু ওইবীরব্রা ?

বিপ্রদাস। মানী হোয়।

সাহেবমচা। অদোমগী মিং তাঈ। থংনবা খুল অসিদা ঐখোয়গী কুপীগী মামা লৈ। বেঙ্গল য়োরক্লবসিদা মখোয়গস্নু অমুক্তং উনহন্নীংঙ লতুনা অসোমদা হাইজিঙ্গরক্লিবনী। ঐদী পঞ্জাবতা প্র্যাক্টিস তৌজরি।

সাহেব অসি বিপ্রদাসগী লেঙ্গানী, অমনা হন্নবদা থা তরুক মঙায়।

সাহেব মচা। ঙরাং অদোমগী বা ঙাঙনৈ, য়াম্না শাথোবা জমিদারনী হায়নৈ। বামোন পণ্ডিত খরনদী য়াম্না গোরিয়া তৌবা হিন্দুনী হায়রতুনা খাগৎলী। ঐনা হৌজিক উজবসিগদী মখোয়না হায়বস্নু

চুমদোরিমালে। ঐস্থ লেকচর ইতগুগুনা তৌজে। চপচাবা শিক্ষা পামই। অদোমস্থ ইউরোপ অমুক্তং য়োবীরুবা কে। অসোমগী ঈরাং, কিদবা, নীংতম্বগী মুংশিং অহু মংত্রবদী চাওখংপা য়ারোই, অশেংবা freedom লাকপা য়ারোই ; পূকচেল পীকপা কোকপা য়ারোই। ঐহাক্তী চহী মণ্ডা পুল্লপ অসোমদা লৈজরুরে।

বন্দনাগী মপাস্থ মুণ্ডাইরহুনা হায়রিবসি অচুম্বনী হায়।

সাহেব মচা অহু মথোই কারহুনা অমুক হায় :— হৌজিক Democracy গী যুগ অসিদদী মী পূম্নমক চপমান্নৈ, অচৌ-পিশক লৈতে। মী খুদীংমক মশাগী অধিকার assert তৌগদৌবনী। ঐগী শেল লৈরবদী অদোমগী জমিদারীগী প্রজাশিংসি ইউরোপ কোয়হনগনি। মশাগী right করিনো হায়বহু খঙহনগনি।

বন্দনা মথরায় কয়া মুণ্ডাইত্রমালে শোম্থাংননা হায় :— ইতৈ ইবুঙো জমিদার অসিনা মাগী প্রজা য়ান্না নৈরে হায়হুনা অদোমদা হায়রবা য়াওরব্রা ? অদোমগী মেমসাহেবখোয়গী মামদদী পঙনৈ নৈরম্মোইনা।

সাহেব। ও—জমিদার অসি ইবেমগী ইতৈ ওইরে ? ঐঙোন্দা ব্রাকংলবস্থ লৈতেদা। ইবেমদী বিলাত য়োবীরুদ্রিবরা ? য়োরুদ্রবদী অমুক্তং চত্তুনা freedom, থোনা পাঙ্গল কদাইবু কৌবগে হায়বহু য়েংবিরু। হন্দকমুক চংপা তারবদী মাস্থ পুবীবা তারিয়ে।

ট্রেন য়োরক্লে, মন্নাম প্লেটফোর্মদা কাথংনরক্লে। গাড়ীহু মীনা পীক থল্লী। ফার্ষ্টক্লাশ অমগা সেকেণ্ডক্লাশ অমগতা মঙায়। রেলওয়ে সরভেন্ট ফিরিঙ্গী কাঙবু অম কলিকাতাদা শান্নবা লাকই। সেকেণ্ড ক্লাশতা লাকপদগী চন্দহুনা থরদী ফার্ষ্টক্লাশতা ফয়ে। য়ু, বিয়ার থকচিন্দুনা শক্তাস্থ য়েংবদা কিরে, ব্যবহারস্থ য়াওদ্রে। থোঙ খিংজিন্দুনা মী অমত্তা চঙহদ্রে।

ষ্টেশন মাষ্টর লাক্তুনা হান্নরে, মনানা তাদে। গার্ড সাহেব চঙক্তুনা হায়রে, য়াদ্রে।

সাহেবমচা। কমদৌবা তাদ্রিবা ?

বন্দনা। য়ুমদা হল্লসি।

বিপ্রদাস। কদ্রিপি হনগনি ?

বন্দনা। অদু ওইরবদী মুমিদাংগী গাড়ীদা তারেদনা।

সাহেব। অদুদা তারে, থম্ম মারবদু ৱাবা হায়বদুমতাম্লরে।

বিপ্রদাস। মদু তৌরোই, গাড়ীদা মী মাল্ল-মণ্ডাতমক লৈ; মরি-মণ্ডা অমগী মফমগা লৈতবা ম্লাদে।

বন্দনাগী মপাদী লুংশা থীদুনা হায়:— অদুবু মথোয় অসিদা য়ু ভাওয়ে।

বিপ্রদাস। অদুনা চৎনবপোৎ নত্তে। লেওথৎলু ঐস্তু চঙগনী! থোঙ অদু কন্না ঈন্দুনা হাংদোক্লে। বন্দনাগী মথুৎ পায়দুনা চিংশিল্লে। সাহেবমচাদা হায়:— Right assert তৌবয়ু, ইবেমদুম্তু প্রাশনবীরক্লো। মী-নৈবা জমিদার য়াওব্রি কম্নিমতা ফিফম লৈত্তে।

য়ুঙাওবা সাহেবশিং অদু বিপ্রদাসগী মশক মুন্না য়েংলগা থৈদোক্তুনা বেঞ্চ লৈরিবা অদোমদা ফমথ্রে।

———

৮

তৌমল্লিবা ঈয়াং অদু তাদুনা থংনবা ফাদা ফম্লিবা মথোয়গী কাওবু সাহেবশিং অদু ক্রুমথরক্তুনা ওলেদুনা কম্নি তৌমবগে হংলকঈ।

বিপ্রদাসনা ইঙ্গিত তৌদুনা গার্ড সাহেব কৌশিনগা হায়:— মথোয় অসি ফার্স্ট ক্লাসগী প্যাসেঞ্জর নত্তে। মথোয়বু ভকথোকপা মহাক্কী ডিউটিনী।

গার্ড অদু অমুক সাহেবনী অদুনা থম্ন কিরপ তৌই মাদ্রাজী ষ্টেশন মাষ্টর অদু কৌশিন্দুনা লুপা মণ্ডাগী নোট অম পীরগা বিপ্রদাসনা হায়:— নথোয়গী নবুঙোশিংদা ঐগী মিংদা তার অম তৌথো—

য়ুথকপা কিরিঙ্গী কাঙবু অম ফার্ষ্ট ক্লাশতা নমজুনা কাথংলে, কুমথৌ হায়বা য়াত্রে। অদুগা গাড়ী অসিগী গার্ডসু কুপৈ য়েংজুনা লৈ করিমতা তৌদে হায়খো। ঐগী মিংদি চাকরশিংদগী লো।

গার্ড অদু নুংশা থীরে চঙশিন্দুনা হায়রুরে :— Don't you see they are bigpeople ? মখোয়দী রেলওয়ে সরভেন্টনী রেলগী পাশতা চৎলিবনি— be careful.

য়ুগী নিশা লৈরবসু রা অদু কিদবা য়াদে। মখোয় লোইনা কুমথজুনা থংনবা কা অদুদা চঙখ্রে, ভুং ভুং ভংজুনা কয়া দুভাইতনা চৎখি। পঞ্জাবকী ব্যারিষ্টর সাহেব অদুনা গার্ডপু থাগংলী।

"সাহেব লৈরমত্রবদী ঐখোয় চত্তবা তারম্নবনী"

গার্ড। Oh. no. মসি ঐগী ডিউটিনী।

গাড়ী থানবা শরীক থাংলক্লে। বিপ্রদাসসু কুমথগদৌবগী তৌরগা হায়রকই :— ঐ য়াওত্রবসু য়াবনি, মখোয় করিসু তৌরক্ররোই।

ব্যারিষ্টর। করিসু তৌরক্ররোই। চাকরী চংকদৌরিবপোৎনী কিদবা য়াবা নত্তে।

বন্দনানা থোঙ ভাশিল্লগা হায় :— মজুনা শোয়ত্রে করিসু হায়নীভাই লৈতে। মুখর্জী মহাশয়সু লেঙদবা য়াদে। চাকরী চংপগী রা অদুনা guarantee ওইবা য়াবা নত্তে।

বিপ্রদাস। নীপা ওইরম্নবদী মসিদগী হেনবা guarantee লৈত্রে হায়বা খঙলমগদৌবনী। নঙনা মুপী ওইধনা চাকরীবু লাঙনা খল্লী। চাকরী তৌবা নীপাদদী থবক লৌখোকপা হায়বসি মীগী মপূর্ককপনী। অদুগা নঙনা ঐবু চত্তবা য়াদে হায়বসি ঐদী করিসু চারক্রি।

বন্দনা। ঐসু চারক্রেনা।

বিপ্রদাস। অদুদী নঙনা তৌজবনী। ওহাক লৈরগা হোটেলওয়ালা লাকনী, ষ্টেশন অচৌবনী। চানীংলবদী অদুদা চাবা য়াগনী।

বন্দনা। ঐসু চরা হেনবা ঙমগনী।

বিপ্রদাস! ঙবজুনদী করিসু তোংজদে। ঐহাক কুমগ।

ব্যারিষ্টার সাহেব য়াওবিরিদো, খর-খর য়েংবীয়ু। তঙাইফরক্লবা কান্দা ............

বন্দনা। চেন চিংজুনা গাড়ী থামউ। গাড়ী থাম্বজুবুদী ঐস্থ ঙন্মী।

মীহুখোঙদা মঙক লীখোক্লগা বন্দনানা চাকরশিংদা হায় :— ইতৈইবুঙোস্থ লেঙপ্রে হায়জুনা নখোয় ইমাদা তম্ম্। হয়েং নপ্রগা হংচিং লাক্কনী হায়য়ু।

ট্রেন থারে।

বন্দনানা বিপ্রদাসগী নাক্তা চঙশিন্দুনা হায় :— ইতৈ-ইবুঙোনা ঐখোয়বু গাড়ীদা থাঙ্গৎপত্রদা য়ুথকপশিং অজুনা কুম্ম্ হায়বা য়াদজুনা ফুন-চৈনবা খোক্লবদী কমদৌনি ?

বিপ্রদাস। মখোয়গী চাকরী চৎপসিমঙাম্বদনা।

বন্দনা। ঐখোয়গিনা শক্ল নাকথং। মসিনা হেন্না লুইদা, চাকরীনা লাঈ।

বিপ্রদাস, বন্দনা মুপী অমত্তুস্থ নোকঈ। পঞ্জাবকী ব্যারিষ্টার অজুদী য়াম্না চীং-লেম্না লৈ।

বন্দনাগী মপা। খবর-চেদা থেংনৈ, ট্রেন্দা অসিগুম্বসি য়াম্না তোঈনা খোকঈ। মুমিদাংগী গাড়ীদা চৎলম্বনা কগদৌবনী।

বন্দনা। মুমিদাংদস্থ য়ুঙাওবা সাহেব থেংনরবদী কমদৌনী বাবা ?

মপা। মতুগীবু খল্লুরবদী ট্রেন্দা ভদ্রলোক চৎপসিদী ইয়াবু য়াদ্রবনীমা। অসি হায়রগা চুরুট অচৌবা অম পায়থৎপ্রে।

বন্দনা। বাবাদা ভদ্রলোক্কী অর্থ অমুক হংবীরুরম্বকো।

বিপ্রদাস। হংলোই, ঐ ভাব তারে।

বন্দনা। মীনা হায়নরিবা ইতৈইবুঙোদী লৈবাক্কী মরামদা Terror নী হায়। ইমুংগী মীনস্থ কৈমুক কিনৈ হায়।

বিপ্রদাস। কনানা হায় ?

বন্দনা। ইচেনা।

বিপ্রদাস। অতৈ করি করি হায় ?

বন্দনা। কিবনা হৃকচাংগী ঈ-মখৈ ঈশিং ওল্লো হায়।

বিপ্রদাস। করম্বা ঈশিং? য়ুভাওবা সাহেবশিংদু উবদা ঐথোম্ন ময়াম্ন। তৌবা অদুম তৌনা?

বন্দনা। অদুগুমই হায়বা তারেদনা।

বিপ্রদাস। মদু তৌদবা য়াদবনী। অদু নত্রবদী নুপী লাকপা য়াদে। নঙগী লুহোঙবা কান্দা ইনাউনীপাহুদা মসিগী মহৈ অসি তম্বীরমগনী।

বন্দনা। মহৈদুসু মতম পুন্নমক্তা শীজিন্নবা য়াদে হায়বসিমসু মখঙজিনবীয়ু ইচেদী অরুবা মীনাদো, ঐবুদী ময়াম্নদুম কিনগদৌবনী।

বিপ্রদাস। কিবনা ইমুংগী ময়ামদুগী ঈ লোইনা ঈশিং ওনবা তারেনে। মদুসু থোইনা ঙককম লৈতে। নমুনা উব্রে, থাজদবা য়াদে। ইমাদী মদু খংকাউ কাউরোইয়ে।

বন্দনা! ইতৈ ইবুঙোখোয়গী ইমানা তৌখিবদুদী খঙবিরব্রা? ঐনা খুরুমগে তৌবদা তুংলোমদা হন্দোকখি।

বিপ্রদাস। নঙদী অসিদা মউরি, অতৈ উরক্তি। খরগা উরবদী নঙনা চাক চাদনা লাক্লিবসি য়াম্না লাল্লো হায়বা খঙলমগদৌবনী।

বন্দনা মীওইবগী মশাগী সম্মান হায়বা অমদী কৈদনা?

বিপ্রদাস। অদুদী স্কুল কলেজগী লাইব্রিক অথাবা ময়াম অদুদগী ফংবনী। ইমাদী ইংরেজীসু হৈতে লাইব্রিকসু পাদে। ইমানা খঙবগা নঙনা খঙবগদী কদাইদগী মাল্লগদগেদো?

বন্দনা। ঐদী ঐনা খঙ্গিবদুগী মতুং ইন্না অদুম চংলি।

বিপ্রদাস। মীরৈবাক্তী লাইব্রিক্তগী ফংবদুনা মলোইরে হায়না চংলবদী য়াম্না শোয়বা লাকনী ঙসি শোয়ব্রিবা অদুগুম্না। গুরুজনবু থৌওই-উশিত্তবা তারিবদুনী। নত্রবদী মশাগী সম্মান হায়বদুনা করিনো, থোইবা হায়বদুনা করিনো হায়বদু খঙলমগদৌবনী। ইমানা তৌরিবদু নহাক নশাবু মুংশিদদুনা তৌবা নত্তে। ইমাগী মশাগী নিয়ম অম ঙাক্লা চংচবতনী। অনীসিগী থেম্নবা নঙ খঙত্রে।

অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু মহাক্না তৌখিবহ্ বিপ্রদাসস্তু কয়া হুন্ডাইতে হায়রবসি মখৈদা বন্দনাস্তু থঙলে।

বন্দনা। ইতৈ ইবুঙোস্তু য়াম্না গৌরিয়া তৌত্রা? শোরু-শরবগী বাখল অসি য়াম্না তৌবা জাংলা? মীন খুরুমজগে তৌবদা হেক থৈজোকপরা?

বিপ্রদাস। মকম অমসুং মতম য়েংহুনা তৌবা তাই।

বন্দনা। ইচেবুস্তু অসুম্না শুহত্তনা থম্নিবনীকো।

বিপ্রদাস। মহুদা নচেদা হংউ। অহুবু ইমুংগী চংনবীদা ঙাক্না চংপা তাঙ্গদনা।

বন্দনা। হোয়নে, কৈবু কিরোইদবদা কনাগী মতীক্লোদো?

বিপ্রদাস (নোক্তুনা)। মতীক লৈতে। হুংখিলগী গাড়ীদা চংপদা কৈ কি হায়রহুনা হুমিদাংগী গাড়ীদা চংপা কৈ থম্নকইবহুনীদনা। মসি সংসারগী মহোশাগী নিয়ম্নী।

বন্দনা। হুপীদা মপাঙ্গল শোনবনীনা পুনীংবা মায়কৈদা পুবা য়াই। দ্বিজু বাবুদা ইমুংগী নিয়মহু লোইনা ঙাক্তে হায়, অহুদা কৈ ওইবীরিবা অদোমগী করি মতনো?

বাহংসি মী মতীং থেকে হায়রহুনা হংবনী। অহুবু বিপ্রদাসনা কল্লিস্তু থোশাবীদনা হায়রকই :— মহুগী পাউখুমদা হায়বদা ১ ১, অর্থ অহুদা মশাদা হায়দনা অতোপ্পদা হায়বা য়াদে।

বন্দনা। দ্বিজু বাবুদা তাবা ফংগদ্রা?

বিপ্রদাস। মতম চারকপদা ফংগনী। কৈদা শদূম থেংনবা কান্দা মীচঙ মীথায় নাইদে হায়বদা অহাউ-হাউতা থিদে।

দ্বিজদাসগী বা ঙাওঁবা ঙমদহুনা বাকৈ অম অমুক হৌদোক্তুনা বন্দনানা হায় :- ঐনা চাক চাদনা লাকপহ্ ইচে য়াম্না হুণ্ডাইরম্নরোই।

বিপ্রদাস। ইমানা ইকাইবহুদগী নচেনা হুণ্ডাইতবহুনা হেম্না লূনা থম্লেনে নঙনা। মরু ওইবা পোৎ থঙদবদগী মীওইবনা বাখল ওমবা য়াম্না তৌনৈ।

বন্দনা। অসিবু করম্মা ওন্ন-ভৈনবা হেক্তা হায়গদৌরিপনো। ফরে, ঐখোয়গিসিদা স্কুল কলেজগী লাইব্রিক পাবদগিনী হায়রো। ইনেখেম্মদী স্কুল কলেজস্ত তমদে। মহাক্কী য়াখল অহুনা কদাইদগীনো? ঐখোয়না অতিথি ওইরক্লিবহুদা মীরৈবাক্কী লাইব্রিক পার্বদগী ফংবা শিক্ষাদী নত্তে। খঙলেদা, নহানী হায়হুনা ঐনা ইকাইবা, চোম্না অহুদী কম্লিস্থ খনবিত্রেনে। অহুষু নহানীনা ঐনা লানবা হায়বহু তারে।

বিপ্রদাস। ইমানা নঙবু ঈকাইবা পীবা চোপহনবা নত্তেদা। মসি ইমা মশানা তাক্তনা মীনা তাকপা ওগ্বা পোং নত্তে। নোংমা ইমাগা বাবাগা করিস্থ লৈতবা মরম অমদগী য়াম্না, কম্না থংনখি। মহুদগী খঙই—লাইব্রিক্তী হৈত্তে হায়ববু ইমানা খঙলিবা আত্ম-মর্য্যাদা হায়বদী মশাগী ঈকাইখুম্নবা, মশাগী সম্মান অসিদী য়াম্না য়াংনা লৈখ্রে। অহুদগী য়াম্না কুইরবা ভুংদা নোংমা ইমাগী মশাগী সম্মানগী জ্ঞান অসি কদাইদগী ফংবনো হায়হুনা হংলুরে।

বন্দনা। ইমানা করি হায়?

বিপ্রদাস। নঙস্থ খঙলম্বা য়াই, ঐ অসে ইমাসিনা হেক পোকপা নত্তে! ইমাগিদা মচা অনীদনী—দ্বিজুগা, কল্যানীগা। ইমানা হায়খি :— নখোয় অহুম অসিবু ফমুং অমদা পুল্লপ হীপহল্লগা মখোয় অসিবু মী ওইনবা শেম্মকউ হায়হুনা শিল্লরম্বা মীশক অহুনা পীরম্বা মহৈনী। অহুদগী ইমানা মসি কনাদস্থ হায়দোকখিত্রবনী। ভহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক হায় :— খুরুম্বা মতমদা খুং কয়া য়াম্না থাঙংপা, কয়া য়াম্না হন্দোকপা, অহুদগী ওকপা মতমদা কোক কয়া য়াম্না নোনবা, মসি ভাঙম-শামথসিদা লৈবাক পুম্নমক্তনী। তৌত্রিবা অসি য়ুমগী মবেম্মা ওইবগী চাউখোকপসু নত্তে, য়ুম অম পুবগী চৈরাকসু নত্তে, মমা ওইবগী মশাগী সম্মান্নী। মসি য়াম্না য়াংবা থাক্তা লৈপ্রবনী থৌওইদবা য়াবা নত্তে। অহুগা মসিগী ধম্মসে ঐখোয়গী লৈবাক্তদা লৈবনী। মীরৈবাক মচানা খঙবা পোং নত্তে। অহুগা মখাদা অন্নপূর্নাগী মূর্ত্তী লৈরিবহুদা মীনাই-মীশন্না উত্রবস্থ নখোয়দী উবা য়াইদনা? নখোয়স্থ উত্রবরা?

ব্যারিষ্টর সাহেবনা ট্রেন হাওড়া প্লেটফোর্ম চঙশিল্লক্লে হায়রুনা লাউরুকই।

বন্দনাগী মপা উইরম্বদগী দশা কোক্লেন্দনা হায়রকই।

বন্দনানা শোম্বাংননা হায়— ঐদী কলিকাতাসি হৈনদে কুম্নীংদে। ইমাগী নাক্তা হুন্নসিবা। ঐ লাল্লে বাক্লৌবিরম্ব হায়জগে।

বিপ্রদাস নোকপদা মনোকই, বা অমতা ভাঙদে। কুমথরগা হংই:— কদোম্‌দা লেঙগনি?

রায়সাহেব। ঐদী মহৌশামথৈ গ্র্যাণ্ড হোটেলদা লৈ, তারম্ব তৌব্লে, অদোমদা চৎপা তারি।

গ্র্যাণ্ড হোটেল হায়রকপদুদা ভসিদী বন্দনা বিপ্রদাসগী মমাঙদা থর ঈকায়রপ তৌই।

পঞ্জাবকী ব্যারিষ্টর সাহেবতি গাড়ী থেঙবা অদুদা য়াম্না শাউনা হায়:— বি, এন, লাইন্দা চৎপা তারবনীনা ওয়েটিং রুমদা নত্তনা মকম অতৈদা চৎপা য়াত্রে ঐদী।

বিপ্রদাস বা ভাঙদনা লেপ্তুনা লৈ।

রায়সাহেব (শোল্লপ্না) বিপ্রদাস নহাকস্ব ঐথোয়গা ........

গ্র্যাণ্ড হোটেলদা হায়রগা বিপ্রদাস নোকই। অদুগা হায়রকই: ঐগিদী করিমতা থনবীরুগনু। বৌবাজারদা দ্বিজুগী য়ুম লৈ, ভসিদী অদোমতুম লেঙভসিদনা।

বন্দনা (হরাউদুনা) এঃ করেদা। অদুদা পুল্লপ চৎলসি ভসিদী।

ব্যারিষ্টর সাহেব মতৈ মনাউবুস্থ হৌদুনা য়াম্না হরাউনা মন্নাম মোটর তোঙ্খংব্লে।

---

৯

বন্দনানা অয়ুক্তা হৌগৎলগা য়েংবদা য়ুম অসিগী মানা খল্লম্বত্তুগা ওয়রে। মহাক্না খল্লম্বদী নীপানা লৈবা য়ুম্নীনা কাচিন-কোয়া য়াই-থুনাময়গনী, সিড়িদা পান কোদাং তারমগনী, কোল-লীক অকায-অত্তোই খর লৈরমনী, ফমুং-ফান্নুং মোৎলমগনী, মফম খুদীং মিরাং থুবমগনী। পূম্নমক ঘুগোৎ অমতা চারম্মোই। অহিংদদী মৈ ভান্দবনীনা শেংনা উদে, অযুক্তা য়েংবদদী মহাক ওকপ্রে। পূম্নমক য়াম্না ফজনা লুনা লৈরম্মে। ইথোল চাউই, যুম য়ামই, তরু-তরুবা মাঙ্গোল য়াম্না লৈ। থোঙ্গান্দা মীয়াই চম্নবী ন্নুপী অম লেপ্পুনা লৈরমই। য়েংবদা অচৌ-অশাংগী ইমুংগী মী মাল্লী। মঙক্কা ফিজিত্থ য়েংশিন্দুনা মাবু থুরুম্বত্তুদা বন্দনা ইঙক ওকপ্রে। ন্নুপীত্তুনা হায়:— ইবেম্মদা ঈরুজফম-কা তাক্কে হায়ত্তুনা লৈরম্মিবনী; ঐহাক ইমুং অসিগী মীনাইনি।

বন্দনা। ঐখোয়গী বাবা হৌগৎলবরা?

ন্নুপী। হৌগত্রি, ওরাং তুম্বা খর থেঙপ্রে।

বন্দনা। ঐখোয়গা লাকমিন্নবা অনীত্তুদী?

ন্নুপী। মখোয়সু হৌগত্রি।

বন্দনা। নখোয়গী বাবু অচৌবদী?

ন্নুপী। বাবুদী গঙ্গাস্নান, আহ্নিক-পুজা লোইত্তুনা কচ্চরিকাদা চৎপ্রে, কৌহন্নু হায়বরা?

বন্দনা। হুঁ-হুঁ, হায়দে

ঈরুজফম-কা অত্থু খিত্তুং চখোক্লগা বারাণ্ডা অম লাম্থোক্লগা লৈ। চৎলিঙৈদা বন্দনানা হংই:—

নখোয়গিসিদদী বাথ-রুমগা হীপফম কাগা তাইননা থমদ্রা?

ন্নুপী। থমদে। কালীদর্শন তৌবা ইমা কলিকাতাদা মরক মরক্তা লেঙকঈ অত্থুনা হায়রিবত্থ তৌবা-য়াবা পোৎ নত্তে।

বন্দনানা খল্লী:— মসি য়াই, মসি য়াদে, হৌনৈ হৌনদেগী ইমাগী চৈয়াক অত্থু অসিদসু অত্থুম লৈদনা! হুম্থনা ফুরৌৎ গমছানচীংবা

ফিরোল লৌরুরগা অমুক হায় :— অসিদা ঐথোয় নোংম-নিনি লৈবা তাৱবদী নহাকপু কৈম্বি হায়না কৌগনি ? অসিদা নহাক মত্তবা মীনাই অত্তে লৈত্ত্রবরা ?

সুণী। লৈবদী লৈ, অহুবু মাগী খবক য়াম্মী। মথক্‌লামদা লাক্লবা মতম ফংদে। হায়মীংবমথৈ ঐঙোন্দা হায়বীয়ু। ঐগী মিংনা অন্নদা কৌই। থুম্রক্কী মীনী। মীংবদী কথা থুংঙাই, থুং কয়া চারোই।

মাগী য়াঠৈ-য়াতা ফজবত্তুদা বন্দনা পেল্লে।

অন্নদা নঙগী য়ুম কদাইদনো ? কনা কনা লৈরি ?

অন্নদা। ঐস্থ বলরামপুরগী মীনী। ইচামীপা অম লৈ। ইম্মুং অসিনা লাইরিক তমহন্দুনা খবক তৌহল্লে। মাগী সুণীগা য়ুমদা অত্তুম লৈ।

বন্দনা। অহুদী মহাকস্থ চাকরী তৌদনা নচাগা নমৌগা কোন্দুনা য়ুমদা লুঙাইনা লৈবা য়াত্রা ?

অন্নদা। য়াবনী, ঐনা য়াম্না ৱারিহৈঙদা ইম্মুং অসিদা চীল পুথল্লে— ঐগী ইচাবু মী ওইহল্লবদী মীগী মচাবুস্থ মী ওইনবা তৌগনি। অঙাং খর মযুম থাদোক্ক্‌না অসিদা লাইরিক তম্মি, ঐ নত্তনা মথোয়বু য়েং-বীনবা কনা লৈতে।

বন্দনা। মখোয় অসিদা লৈত্তুনা লৈবরা ?

অন্নদা। অসিদা লৈত্তুনা কলেজ তম্মি। ইবেমা খেঙপ্রনি, ঐ মপান্দা অস্তুম লৈগে। হেক কৌরকপদা তাগনী।

বন্দনা বাথ-রুম চঙত্তুনা য়েংবদা য়াম্না ফজনা লৈবত্থ উরে। মনাক্তা য়ুম অহুম-মরি লৈরিবা অহুগা শম্নদনবা য়াম্না ফজনা শেম্মী। পুম্নমকসি ইমানা শিজিন্নবনী হায়বসি বন্দনা খঙলে। মুঙনা পাকা চল্লী, মুঙগী কম্ফম লৈ। গঙ্গাজল হাপ্লবা ওইরমালে অচৌবা পাত্র অনী অহুমস্থ লৈ, নিতিগী ফৈংদোকপদৌনা ঈলং-লংই। কৈদৌঙৈ লাকদৌবা অহুস্থ খঙদে, অহুবু অসিদা লেঙদনা লৈবগী মওংগুম য়াম্না চেকশিন্না থম্মী। নিয়ম অম নইহিনা ফজনা চংগ্লে, হুকুমদনস্থ নত্তে। সুণী অসি ময়ামদগী

হেঙ্গংনা ফনা বাংনা লৈরে হায়বসি মহাক ভাব ভারে। ভারতকী চুপীশিংগী অন্নাবা ন্নারী কয়া তাগ্রে। মখোয়না তোম্না লৈখিবত্থু খল্লুবদা ঈকাইবনা চুপী ওইনা পোক্লীংখিদ্রে। অত্থুবু ঙসি কা অসিদা মথন্তা লেপ্লগা মাগী বাখল অত্থু ওনগ্রে।

মহাক্না থোরকপদা অন্নদানা নোক্তনা হায় :— পুঙ অনীরোম ফারে, য়াম্না থেঙগ্রে। চাফম কাদা ময়াম ঙাইত্থুনা লৈরে, চৎলসি ইবেমা।

বাবু অচৌবত্থু কচ্চরি কাদগী থোরক্লব্রা ?

থোরক্লে মথাদা লৈরে।

বাবুবু ঐখোয়গা চামিন্নগব্রাও ? থাজদে।

অন্নদানা নোক্তনা হায় :—চারবত্থু হোরেল নুমীৎযুংবা মতুংদা ঙসিদী অত্থুত্থু ওইররোই, একাদশীনী। সন্ধ্যা মতুংদা হৈ"ন্না থর চারবা য়াই।

চুপী অসি ইমুং অসিদা মীনাইদগী হেন্না লৈ হায়বসিমত্থু বন্দনা খঙলে।

বন্দনা। বামোন লুপ্রাবীত্থু নত্তুনা একাদশী চন্না হেনগদৌরিবদী করি বাখন্নগিনো ? ঙরাং গাড়ীদা একাদশী নত্রবত্থু দশমীগী চন্নাদী হেনগ্রেদনা।

অন্নদা। অত্থু ওইরবত্থু চারাহেনবনা করিত্থু শোকপা মীতা নত্তে। ইমানা হায়বা লৈ — বিপিন্দী নহালমুক্কী মপোক্তা লাই নীংজরকপনা হন্দকী মপোক্তা চবাহেনবগী বন্ন ফংলে !

বন্দনা মথাদা লাকপদা উরে — টেবিল মথক্তা মখোয়গী হৈনবী, চা ভল, য়েক্কন্নচিংবা ফজনা থেন্দুনা লৈরে। পঞ্জাবকী ব্যারিষ্টরখোয় য়াম্না লামনা লৈরম্লে। থবন্নগী চে ককা ঈস্থোক্তনা সাহেবনা হায়রকই :— অসুক থেঙবদী করিগীনো ? অয়ুক্কদী থবক করিত্থু লৈতেনা।

বিপ্রদাস খিত্তুং লাপথোক্না লৈ।

বন্দনা। ইতৈইবুঙোদা চারোইব্রা?

বিপ্রদাস (নোক্ত্না) ঐগী চা থক্কে, ঐগিদী চাকা এঙ্খাগবা লোইরে। অচুম্বা বাংলি, হৌজিক নত্তে। নঙ ফন্নুরো।

বন্দনা খুমদে, ময়ামদা ওনশিন্দুনা হায়:— ঐনা শোয়ঙ্কে, হেক কৌবিরকপদা ফগদোরা। ঐখোয় চানীংজি, ময়াম হৌগৎপিরো ঐ চা শেমজরকে। (চা শেমই)

চাকর অদু নাকল অমদা লেপ্তুনা লৈ।

সাহেব। নঙবু নশা মুঙাইজরবরনে?

বন্দনা। করিস্থু তৌদে, চানীংজিদুনা তৌবনী।

সাহেব। ঙরাং মুমিদাং থেঙনা চাবদুবা তুম্ফাওদুনা তৌরবনি।

বন্দনা। অদুনা ওইরমলে। হোটেল ইতৈইবুঙোগা চাক ওইনা চারগে। ইস্কুং অসিদগী মতুনা হুজম ওইবা তাইয়ে।

চাকরদুনা মফম-মরাং থঙদনা থোক হায়দোরক্লে — ঙসিদী একাদশীনী। হোটেল অথেঙবদা হৈ-রা থর হারগা লোইরে, অতৈ করিস্থু হাররোই ঙসিদী।

বন্দনা হৌজিক্তা তাদুনা লাকরবনী অদুবু থঙজিনদনা হায়— হৈ-রা? মতুদী পুক-বাংশ্রবপোৎনী য়াম কৈনে। চুমজনে ইতৈ-ইবুঙো?

বিপ্রদাস নোক্ত্না মঙক্কমক নোমই। মাবু লায়না লঙনবা ওন্নেদা খন্দুনা বা ঙাওদনা লৈ। বন্দনাস্থু মতু কাওই।

থবক অতৈ অতৈ লোইরগা বন্দনা মপা-মচানা মথোয়গী কা-রোমদা চঙকপদা চুমীং ফনা থেঙজিনরক্লে। ব্যারিষ্টার মতৈ-মন উমু যাদুঘর, চিড়িয়াখানা, ভিক্টোরিয়া মেমোরিয়েলনচিংবা য়েংবা চৎখিবা হুয়ক্তি। মুমিদাংগী গাড়ীদা চৎকদৌরনী অদুবু রৈথোক্লে। রায়-সাহেব মাগী কা মদুংদা কি হোংদোকপা চঙদি। বন্দনাসি কাদা অমদা লাক্তুনা হায়:— ইবেমা ঙসিগী করিমতা চাজি, হৈ ফনা পুরক্তুনা লৈরে, মায়-মীৎ তাথোক্রো খুংগা হায়দোক্লে।

বন্দনা। ইতৈইবুঙোদী কদাইদা লৈহৌই ?

অন্নদা। ইবুঙোদী মহৌশাগী অসিমগায় শল্লুন্নু। চাক চাবগা চাদবগা চাদবনা নম্মী।

বন্দনা। কদাইদবু লৈহৌরগে ?

অন্নদা। দক্ষিনেশ্বর কালীদর্শন চৎল্লি! লাক্লনি কুইররোই।

বন্দনা। করে ইতৈইবুঙো লেঙকখিসনু। অদুগা অতৈ ময়াম-গিনা কয়দোরিবা। নখোয়গী চাকশঙ অমুক্তং য়েংউসি অন্নদা।

অন্নদা। লেঙসি, হৌজিকী ময়াম চানবদী চাকশঙদা তৌদে: হোটেলদা তৌরি। মতুংদগী লোইনা পুরকনী।

বন্দনা (ঙক্ক্না)। কৰি বানো'ছুদে ? কনানা হায়রুনা তৌরিবনো ?

অন্নদা। বাবু অচৌবনা।

বন্দনা। ইমুং অসিদা চানবা পোৎমু য়াওরি। অদুবু য়ুম অসিদা হেক্তমক চারগদ্রাও ? ইমানা তারবদী করি হায়গনি ?

অন্নদা (চঙক্লহুনা)। তারোইদা। মথাগী কা অসিদা লোইনা শীন্দুনা লোইরে, কোল-লীকসু হোটেল কাঙবুনা পুরকনি, করিসু কায়রোই।

বন্দনা। হকুম্ব্দী পীগদোবা মীশক্লা পীরম্রে। ময়াম অসি শীন্নিবা মীশক অদু কনানো ? মহাকা অমুক্তং উনগে, মাগী মনাক্তা ঐবু অমুক্তা পু।

অন্নদা। অদুদী করিস্থ লৈতে, লেঙঙসি লাকও।

বন্দনা। চৎসি চৎলো।

মুখর্জীখোয়গী শেল-থুমগী কারবার কলিকাতাদা য়াম্না চাউনা চৎথরি। মথা কা মরি মতুংগী অফিস ওইনরি। কেরানী ম্যানেজর, পিওন লোইনা গুনা লৈ। বন্দনা চঙখিবদা ময়াম হৌগৎলি। চঙী মতাং অমত্তুং ক্রিবম য়েংবদগী মথক থঙলহুনা বন্দনানা ম্যানেজর অদুবু ইঙ্গিত তৌহুনা মপান্দা কৌথোক্লগা হায় :— হোটেলদা চান-থকরবী

হুকুক পীরগসি বাবুনা ওইরব্রা ?

ম্যানেজরন মানী হায়রবত্থদা "অহুনী অমুক্তা চত্তুনা হায়দোকপিরু" হায়না বন্দনানা হায়।

ম্যানেজর ঙে ঙে শংহুনা হায়ঃ— বড়বাবু হল্লক্তি্রবা ফাও-বদংদী ...............

বন্দনা। মতম অহুনদী হায়দোকপা য়ারেত মুখর্জীনা শাউরগা ঐঙোম্বা শাউংসনু থীনবীরমু হায়রগা পাউথুম ঙাইদনা চংকে তৌরে।

ম্যানেজরনা খল্লী— হায়রিবসি ফবদী ফৈ। অহুবু বিপ্রদাসগী হুকুম ইন্দবসু লু, ওইথোক্তবনী হায়বসু য়াই, অহুগা ইখঙ খঙনব্রিবী মুপী অসিনা করসু কিরমু হায়হুনা য়াম্না থোনা হায়রিবসিসু তাদবা লুই, অহুসু ওইথোক্তে হায়বফাওবা য়ারে। ঙহাক চৎরনা কৈরগা নীংজিংমাওজিংননা হোয় খিংজরুরগে হায়।

ফরে পনথবীরসু হায়রমগা বন্দনা হল্লক্লে।

সন্ধ্যামতুংদা বিপ্রদাস হল্লকপদা পাউ অসি তারে। মহাকসু হরাউগদ্রা শাউগদ্রা খনফম থোক্তে। চাবশঙ চঙহুনা য়েংলুবদা থবক পুর়বক লোইরম্মে, বন্দনানা তুগ অমদা ফয়হুনা চাকথোংবা বামোন অহুগা কম্না লাঙঙম্মী লেপখত্তুনা হায়রকই :— ম্যানজের বাবুহুবু য়াম লাউবীরম্নবরাও ?

বিপ্রদাস ঐবু অহুক শাউগল্লী কনানা হায়বগে !

বন্দনা। কৈগী মনমদী য়ুথক অম লাপ্লিভৈদগী ফাওই হায়নৈদনা।

বিপ্রদাস ( নোক্তুনা )। অতিথিশিং অসিদী কমদোদগে ? মথোয়দী ডিনর তৌই।

বন্দনা। মহু তৌদবা য়াদবমখৈ হোটেলদা হেক থাবীখো। মথোয়গী বিল ঐনা পীগনি।

বিপ্রদাস। ফাগি নত্তে বন্দনা। তৌরিবসি কয়া ফল্লে।

বন্দনা। পোৎ-চৈ-ময়াম অহু য়ুম অসিদা পুরক্রবদী করমগদ্রা ? ঈমানা তারবদী করি হায়গনি ?

বিপ্রদাসনু মহু থম্বদী নত্তে। অতুম্না থোক লৈমত্ত শুমহে। ওহাক লৈরগা হায় :— ইদানু থওত্তোইদা।

বন্দনা। থওগনি, ঐনা চিঠি ইগনি।

করিগী ?

করিগী হায়বনু অমুক্তা তৌরক্তি্রবা থবকপু মপামগী মী মোংম-নীনিদং লৈরে হায়ত্নুনা হেক্তমক তৌরগত্রা ? ময়াবা পোথমত্তেদা।

বিপ্রদাস মুওাই, ওকনু ওকই। ওহাক তুমিন্না লৈরগা হায়:— নওদী ওরাংদগী করিস্ত চাত্রি, শাউত্রিবরা ?

বন্দনা। শাউমথা শাল্লিবদী করিগীনীমা ? ইতৈইবু ভোগী চানবা হৈ'রা ককা লোইনা পুরক্তনা লৈরে। পূজা-পুংজা লোইথোকপিরম্নো। ঐনা শেমগনি, অতৈ অমনা শেমবদী ঐদী ওদিনু চারোইদৌবনীকো।

করে হায়রম্নগা বিপ্রদাস মথকলোমদা কাথৎথরে।

পুও অমরোম লৈরগা হৈ, অথুম-অহাও, নুপীগী পুথম পায়হুনা বন্দনা বিপ্রদাসগী কাদা চওক্ত্রনা লেপ্লরে। অমদানা কিদাথন ঈশিংগী মাসগা পায়। পুন্নমক্ত ঈশিংনা কজনা থীক্তোক্লে।

বিপ্রদাস। নওদী হৌজিক অমুক ঈকজরিবরা ?

হাবহুম হারো হায়হনা ময়াম অহু থাংথহুনা থরে।

---

১০

ফিদাদা কমথরগা বিপ্রদাসনা অমুকসু হংঈ :— নওবু অমুক ঈকজরুরবনে ? নশা ককা শাগৎলক্ত্রনা !

ঈশা শাগৎলক্রুসনু, লাইহৌ তৌরবসু করে। চাদনবা লৌশিংদদী পুথোকহুনরোই হায়হুনা ঐ বাশকরে। নওদী মেহগী ইমুংগী মুপীনী নওনা শোকপা পোং চারোই হায়রবা তশেংনা হেক্কা হায়দোক্লপিহু।

বিপ্রদাস (নোক্লুনা)। মী কত্তবনা লৌশিং পুখোক্কে হায়রবদী হাংপা লৈতে হায়রবসি নঙবু লাইরিক্তা থক থেংনজিল্লরনে ?

বন্দনা। থেংনরে, পাল্লে। অদুবু ইতৈইবুঙোদী মী কত্তবস্থ নত্তে। ঐখোয়গুম্না দোষ-গুণ ঈতোং-তোংলবা মীনী। নত্রবদী ঙসি ময়াম অসিগী ডিনর তোকহল্লম্মোইদবনী।

বিপ্রদাস। কর্‌ম্না ?

বন্দনা। ইতৈইবুঙোখোয়গী ইমুংদদী মত্থ চৎনদে— অসিদস্থ, য়ুমদস্থ। অদুবু করম্না তৌগদৌরিবনো ?

বিপ্রদাস। অদুবু মখোয় অসিদী বিলাত চৎলুদবা ওাক্সী, অসিগুম্বা চাকচা অসিদা হৈনপ্পবনী মখোয়দী।

বন্দনা। ফন হৈনহুনস্থ মখোয় বাঙ্গালীনী। ডিনর চাবা ফংদহুনা বাঙ্গালী অতিথি অমতস্থ শিখিবা য়াওজ্রি অদুনা মহু য়াবা চুমদে। অদুগা ইতৈইবুঙোবু চৌনগা পুরুীংগা মায়দ’মালেনে।

বিপ্রদাস। কমদৌনা ?

বন্দনা। ইমা খঙহন্দনা তৌনি হায়দুনা তৌরিবসি তৌকম খোক্তবনী। মীনা ইতৈইবুঙোবু কিনাল্লবাস লাল্লে। কিগদৌবদী ইহাবুনী !

বিপ্রদাস। ইমা খঙহন্দনা তৌরম্লিবসিদী কনানা তাকঈ নঙোন্দা ?

বন্দনা। ঐনা হংদুনা খঙবনী। মসিবু মতৌরম্লবদী ইচেনা ঐবু মপোক অসিগী য়াররোইদৌবনী। বন্দনানা থোকহল্লিবনী হায়-দুনা শাপ তৌরগদৌবনী।

বিপ্রদাস। ঈফোং-ফোংনা নঙগী নখুৎ চাবা য়াত্রা হায়বসিদী মাওোন্দা হংহৌবরা ? হংউখো চৎলু, ঐ ওাইরমগে হায়দুনা অচাপোং হাম্না পুথম অদু থর ঈম্থোক্লুনা থল্লে।

বন্দনা ইকাইবনা মমায় ওাংশং ওাঙথল্লে। শককম হঙ্গিল্লগা হায়:— ঐ হংলুবা ওম্মোই চাবীরোই হায়রবস্থ য়াল্লে।

অবুন্থ ঐখোয়গী য়ুমমক্তুদা নওবু চন্না হেলহনবদী ঐ ওম্মোই হায়রগা বিপ্রদাস চাবা হৌগৎখরে।

বন্দনা। অহুদগী কমদৌবা ?

বিপ্রদাস। য়ুম য়োরগা শস্থী চাহুনা প্রায়শ্চিত তৌরুবা হায়বহুনী। মসি হায়রগা নোকই।

হায়রিবসি অওইবরা ফাগিরা হায়বসি বন্দনা ভাব তাবা ওমক্রে।

বিপ্রদাস। ইমাগদী খর লাউনবা তারে। নচেনদী য়াবীরনি, ওভওরোই। মসিমক অফবা অমনি। নোক্তুনা অমুক হায় :—থাজদ্রা ? লুহোংখো। অহুগা মুখর্জীগী বা অসি ভাব তাগনি। অসি হায়রগা পাত্রদগী পোৎশিং অহু লোইখোক্লে।

ডিনরদী তৌদ্রে হায়ববু অহাউ অহাউব পোৎ ওক্তা লাওহুনা হোৎনবদা ময়াম অহু য়াম্না পেল্লে। থবক পুম্নমক লোইরগা বন্দনানা ফমুংদা হীপ্তুনা খল্লী। বিপ্রদাসগী মতৌসি অস্নুম তৌন্নমগনী হায়বা হান্নস্থু খওদে। মসিমক চুমদেস্নু হায়বা য়াদে। লমলানবা হায়বহুমক থোক্তুবস্থু হায়বদী মখোয়গী মরী-মতা ওইরবস্থু য়াম্না তোৎনবা অমতা ওইবা হায়বা অহুদী থোক্তে। তোৎনরবগী মরমস্থু পরেং অম চাউনা লৈথ্রে। মতম কুইনা লৈরক্লবা মখোয়গী চৎনবী অসি হোৎবস্থু লুরে। খুরুমগে তৌবদা শয়নরনি হায়হুনা হন্দোকপা। অহুদগী চাক চাদনা লাক্লে। লাইরিক হৈতবী মুপীনা তৌবসিদী লায়না কাউথোকপা য়াই। বিপ্রদাসনা তৌগ্রিবহু য়ানীংদে হায়বসি করম্না উৎসিগে খনবদা লাস্বা কংদ্রে। মহাক্না শোকপা অথুম অহাউ চারে, চানীংহুনা চাবা নত্তে বলরামপুরগী থৌদোক অহু অমুক হজিল্লকপা তারে হায়হুনা তওাইফদহুনা চাবনী। অওাওবনা কুরকনি কিহুনা চেনগুম চেনবনী। ময়ুম য়োরগা প্রায়শ্চিত তৌরুনি হায়রি। ময়াম অসি খল্লুবদা বন্দনা তুম্বা য়াদ্রে। ওহাক তুম্নরগা মীকপ থোক্লে। কমুংদা অহুম লৈবস্থু ওমক্রহুনা মপান-থোরক্তুনা রেলিওদা ওাহুনা লৈরিওদা নোং ওাফ্তুং ওাফ্তুং তৌরক্লে।

লম্বীদা মী চংনব্রি, অরাপ্পদা সড়ক অচৌবদা গাড়ী অমম্ম-অনী চেনবগী মখোন্দী মরক মরক্তা তায় । ইখোল অদুম পূচীক চীকই । দুইস্কলাগী মথাদা দাসগী পূজা তৌফম কা অদুদা থাউমৈ থাল্লী । মতুগী মণ্ডাল অদু মীহুৎকী অহোবদুদা থোরক্তুনা মানা লেপ্লিবা মকমদুদা য়ৈরে । অহানবদদী চাকরশিংনা থাউমৈদু মূথংপা কাউরম্মমালে থল্লুরে । অদুগী বিপ্রদাস পূজা তৌম্লিমালে হায়না খল্লে । চত্তুনা ভাংদাংবা অম খঙদোক্লীংলে । হোরেল কোক থেংনদুনা অহিংদা মথাদা কূমথরক্লিবদী কম্বিগিনো হংলবসু খুম্ফম লৈতে । অদুবু য়েংনীংবনা, খঙনীংবনা লৈবা ঙমদ্রদুনা কূমথরক্লে । ধ্যানগী রাসিদী মাদী লাইরিক্তদা পাবনী, অয়েকপা লাইদা উবনী । মমীৎমক্তদী অমুক্তসু উদ্রি । ঙসি চীক্রবা অমম্বা অহিংদা মদু উরে । বিপ্রদাস মমীৎ অনীমক উইশিল্লী, আসন অদুদা লেঙদনা ফম্মী । মথক্কী থাউমৈ মণ্ডাল অদুনা মমায়দা য়ৈরি । মুন্দুনা অসুম যেংলম্বদগী জ্ঞান তারকপদা নোং পুমণ্ডাল ভাল্লদুদা থবক নোম্বা মীনাই মীশলশিংদী হৌগৎনরে । মরাইবক ফদুনা কনামতা মানা লৈবা অদোমদা লাক্তেু । মাসু প্রপ-প্রপ লাক্তুনা মাগী কাদা চঙদুনা হীপ্লরে, অমুক তুমথব্রে ।

অন্নদানা থোঙ থীন্দুনা থেঙলে হায়দুনা হৌদোক্লরে ।

বন্দনাসু থোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোরক্লে; ইকাইদুনা ময়াম ঙসিসু ঙাইরিবরা হংই । থর ঙমা হৌদোকপিরদী কৈক্সৌবগে ? ঈরু-মায়থজরিঙৈদা পুঙ অমা হেম্না চঙখিনি ।

অন্নদা । ঙসিদী সুংশা থীকরসু ইবেমা ! মথোর ঙসিদী ঙাইরমদ্রে, লোইখ্রে । পুঙ কয়া চঙনা লৃজগে হায়বগে ভৌবিকল্লো । আম্বদী লামল্লাও ?

বন্দনা । লামকেং ফরে, ঐ পুনা লমকে হায়রম্লদা চংখ্রে ।

পুঙ অমীমৌম লৈরপা মথাদা বিপ্রদাস থেংনরে মহাকসু কাওরি কাদগী থোরকই । বন্দনানা নমস্কার তৌই ।

বিপ্রদাস। চা থক্লবরা?

বন্দনা। থক্লে।

বিপ্রদাস। মখোয় ওাইবা ওমল্রে। অদুবু নওগী …………

বন্দনা। ঐসু করিসু হায়রক্লে।

বিপ্রদাস। পুকচেলবুদী চাউইদা। অদুগা নচীম্ননাউ অনীসিদী খেম্নক্লেদা। নওবু বিলাত্তা লাইরিক তম্বা য়াম্না থুনা চৎলনি হায়বদাই? চৎলুরো, হল্লক্লগা চিঠি অমতংদী পীরকউ, মুত্তিতু অমুক্তা য়েংলগে। অদুগা মখোয়গী লৈবাক্তদী পুঙ তরানীথোই তাবফাওবা তুম্মী হায়নৈ। মদুদী কনা লুবা নিয়ম্নী অদুবু নওোন্দদী পঙলু লুনা থোক্লরোই অসিদগী হৈদোক্লবনীনা।

বন্দনা (নোক্তুনা)। মখোয় ময়ামদী কদাইদা চৎথ্রবগে? অমতা উদেনা।

বিপ্রদাস। অহুম্মক হাওড়া ষ্টেশন্দা গাড়ী রিজর্ভ তৌবা চৎথ্রি।

বন্দনা। ব্যারিষ্টর মতৈ-মনাউগিদী রিজর্ভ তৌবা য়াই। বাবাদী করিগী তৌরিবনো? ছুটি লোইগদোবা তরানিমুক য়াৎলিনা। ঐওোন্দসু তাক্লমদে।

বিপ্রদাস। তাক্লম্বা নওওরিরোই, হল্লক্লগা তাক্লবা য়াই। অয়ুক্তা বোম্বেদগী অথুবা টেলিগ্রাম অম লাকপনী। চত্তবা য়াদবা ওইরমালে।

বন্দনা। ঐদী করিগী অসুক থুনা চৎকদগে?

বিপ্রদাস। হোয়নে, করিগি অসুক থুনা চৎকদগে? নচেদা টেলি তৌখো মনাউনীপাগা মখোয় অনী লাক্লবা। অদু ওইরবদী ঐসু অত্তিথি সেবাদগী ছুটি ফংলনি।

বন্দনা। হায়রিবদুবু ইমানা কদাইদগী য়াগদগে? ঐবুদী ইমানা য়াদ্রি, শক কাওবা য়েংনীংদ্রি।

বিপ্রদাস। অদুবু অমুক্তং হোৎনদুনা য়েংউ হায়বা। টেলিগ্রামগী ফোর্ম থারক্লগে, করি হায়রবগে?

বন্দনা। ঐ ওমজরোই বাবাগা চংহৌগে।

ফরে হায়ত্তুনা বিপ্রদাস চংখ্রে।

চাবগী টেবিল মথক্তা মখোয়গী বাবাগী টেলিগ্রাম অমত্তু লৈরমঙ্ঈ। বন্দনানা হাংদোক্লগা য়েংই— বোম্বে অফিসতগী, য়াম্না অথুবনা, থীনবা য়াবা নত্তে। ওহুদগী মাগী কা চংত্তুনা ভুজঙ্গ বকা শেংদোক্লরে। মখোয়গী বাবাগী হল্লক্লি। খুন্ড অমরোম লৈরগা অমদা চংলে— ইবেমগী টেলিগ্রাম অম লাকইসে (টেলিগ্রাম গী)।

বন্দনানা হাংদোক্লগা য়েংঈ। বলরামপুরদগী ঈমানা মভোন্দা থোরকপনী। মহাকপু বাবাগা হনখিনবা হায়রক্লি। দ্বিজুগা মতৈমগা হুমিদাংগী গাড়ীদা লাকনি।

---

১১

হুমিদাংগী গাড়ীদা মচেগা দ্বিজদাসগা লাক্লনি। বন্দনা মুঙাইবনা লোইরে। মচেগী মমুমদা তৌখিবত্তুগী মহাক য়াম্না ঈকাইত্তুনা লৈরিবনি, করি তৌরগা ফগদগে হায়বত্তুসু খন্দুনা থোক্তে। চংনীং চংনীংদনা মপাগা বোম্বেদা হনবা তারবনী। মুঙাইরত্তুনা টেলিগ্রাম অমত্তু মপাদা ঊংকদোবগী ওাইত্তুনা লৈরে। বিপ্রদাসমু চংখোকখ্রে। থবক অসি মানা শীনবনী অমত্তুবু তাকপদদী তাকপনা চুমই। মভোন্দা য়াম্না মুঙাইরে হায়রক্লগদোবসু ইকাইয়ে। চিঙ্হাই কনবা পৌখিয়া তৌবা জমিদার অসি মচানৈনগী মাদী ঈহৈ হৈনজদবনি। অমত্তুবু হাম্নগী নত্রে, খিত্তংদী অম ওইরে। মরী-মতা, ইমুংগী মী, মনাই-মশল অমসুং অফিসগী কাওক্লনসু মহাকপু লুনা তৌই, কিবসু মহাকপুনা থাইদগী হেন্না কিনৈ। মখোয়গী বাখন্দা— বড়বাবুনা খ্বাইগী মপুক থারকঈ বড়বাবুনা ওাকপি-শেনবীবা মীশক্নী, অন্না-অনা মতমদা ময়ামগী চঙজকমী অমত্তুগা বড়বাবু কনাগনসু করিনু থোক্লদে।

খঙহৌদ্রনা মথাদা মিন্নরক্কই। মী অম চেল্লক্ত্না মাগী বাবা চৈশনবী খোঙ শোক্ত্না লাক্লে হায়রে। বন্দনানা মীহুখোঙদগী উয়ে— মখোয়গী বাবাগী শেগ্রাক অনীদা ব্যারিষ্টর মতৈ-অনাউনা কোন্দুনা গাড়ীদগী থাংখ্রে। খোঙ নাম মোজা য়াওক্রে, রুমাল অহুম-মরিনা রেংশিল্লী। চৈশনগী মীয়াম ঈরবত্তুদা খোঙদা উপু অরুম্বা অম তারক-পদগিনী হায়। ময়াম্না মথক্তা পুখত্তুনা ফমুংদা হীপহল্লে। ভাক্তম্ন কৌহুনা রেংহনবদা করিস্থ খোইদোকপা লৈত্তে, মুমীৎ খরদংনী চৎপা-খোৎপা য়াখিরোই হায়।

মতুংগী অয়ুক্তা সতী থুংলরে। বন্দনানা য়াম্না লাভহুনা চেন-শিন্দুনা ওকঈ, মোটরদগী কুমথরকপদা মচেদা দংলমল্লে; মনেম্বোক দয়ামমীসু য়াওরক্লে। ময়াম লাওম্বহু তোকঈ। তাশিন-খোমজিনহুনা থুরকগা বন্দনা নাকল অমরোমদা থৈদোক্ত্না লেপ্পী। দয়ামমীনা চঙশিনক্ত্না বন্দনাগী খদাং পায়রগা চুপ্পী। মোক্ত্না মুভাইরিদনা হায়হুনা হংই।

বন্দনা। মুভাইরি। ইমাদী মফম ঈখঙ-খঙহৌদনা লেঙক্লে।

দয়ামমী। লাক্তবা য়ারিবরদো? অঙাং অঙাওবী অমনা চাক চাদনা শাউহুনা চংথ্রে। মাবু থেমহুনা য়ুমদা অমুক্তং পুহুনা চত্রবদী ঐ মুভাইগদৌবা লৈত্রে।

বন্দনা। ঐ শাউঈ হায়বদী ইমা করম্না খঙই?

দয়ামমী। নচা হান্না পোকখো, অহুদগী ঐদৌনা মখোয়বু চাউ-নবা য়োকও। অদুদগী নচানা শাউবা মমানা করম্না খঙঈ হায়বসি নঙস্থ খঙলক্লী।

মা অহুনা মুংশিনা ভাওমনহুনা বন্দনা থুরুম্মে অহুগা হায়:— ইমা! ঐখোয়গী বাবা মশা ভমল্লে।

দয়ামমী। করি ভইনা ভমল্লে?

খোঙদা শোকপনি, ছোগৎপা ভমল্লে হীওত্না লৈরে হায়রগা শোকপগী বারী অহু লীহুনা তাহল্লে।

দয়াময়ী পাখত্তুনা হায় :— হীদাক-লাংথক তৌত্তুনা নীংথিনা য়েহিঙদনা ? বাবা করম্বা কাদা লৈ ? চৎসি চৎলু। অমুক্তা য়েং-উথিসি অতৈ লায়রি।

বন্দনাগী মতুং ইন্দুনা সতীগা দয়াময়ীগা মথক কাত্তুনা রায়সাহেবকী কাদা চঙখ্রে। খোঙ-নাবা থর ফরত্তুনা হৌগত্তুনা কমুংদা ফমগা নমস্কার তৌই।

নমস্কার ওল্লগা দয়াময়ীনা নোক্তুনা হায় :— মাগী মাইবুঙো খোঙ তেক্রে হায়ববু কদাইদা চঙলুত্তুনা তৌরিবনো ?

সতীগা বন্দনাগা মমায় লৈখোকঈ।

সাহেব। কৈদম্ব চৎলুবা নত্তে, ষ্টেশনগী প্লেটফোর্মদা মফম থঙহৌদনা শোকপ্রিবনী।

দয়াময়ী (নোক্তুনা)। শোকপ্রবনীনা কমদৌনি। হৌজিক্তি নচাগী য়ুম অসিদা থর লৈবিখো ! অমতনা নীংবা থুংদবা য়াই হায়ত্তুনা অমসিমম্ব চিংত্তুনা পুরক্লবনী; মখোয় অনী পালি নাইত্তুনা সেবা তৌহনবীরো।

সাহেবতী য়াম্না তুররীংবা মীনী। হায়রিবত্তু চান্নুনা থাজত্তুনা য়াম্না নুংঙাইজরে হায়।

অমুক লাক্কে খোঙ থুং হামদোক্লথিগে হায়রম্নগা দয়াময়ী মাগী কারোমদা চংখ্রে।

মোটর অমদা দ্বিজদাসগা বিপ্রদাসগী মচানীপা বাসুদেবগম্ব থুংলরে। বন্দনাদী মচেগী মচাসি উরক্ত্রে। নহান্দী স্কুলদগী হল্লক্ত্রিদ্রা মহাক লাকপনা হাল্লে। বাসু অসি মবেম্বোক্তা ইথা-থানদে, অমুক হনমিল্লখিনি। মতোলনা তাক্তুনা বাসুদেব মন্দোনবু থুক্লে। বন্দনাগী মখোঙদা খোঙপ য়াওবত্তু উবদা বাসু ইওক ঙকঈ, বাদী করিম্ব হায়দে। চহী নীপাল-মাপন্দা ঙায়রিবা অঙাংসিম্ব লোইনা জ্ঞান তাই।

বন্দনানা কোল্লগা হংঈ :— বাসু নঙদী ঐবু খঙব্রবরা ? ঐনা অহানবা উবত্তুদদী নঙদী চহী মঙারোমদা ঙাঈরি, কাউরিরিনি।

বাসু। খঙভী ইন্দোমচা! নহাক্তী নহাল শাউডুনা চংথ্রে হায়। ঐনা স্কুলদগী হল্লকপদা লৈরমদ্রে।

ঐ শাউডুনা চংথ্রে হায়বদা কনাদগী তায়?

খুরাতোম্না অবোক্তা হায়বা।

বন্দনানা দ্বিজদাসদা ওনশিল্লগা হায় :— ঐ শাউঈ হায়বসিদা বাবুদা করম্না খঙলিবা।

দ্বিজদাস। ঐ ইথন্তা নত্তে, পুম্নমক লোইনা খঙভিনা। ইবেমনসু মী খঙদনবা তৌদে।

বন্দনা। ঐনা শাউবসি ময়াম খঙলে, মরমদা খঙব্রা মথোয়?

দ্বিজদাস। ময়াম্না খঙব্রবসু ঐদা খভিঙ। রায়সাহেবপু মতোমতা টেবিলদা পীজে হায়দুনা।

বন্দনা। মরম অদু ওইরবদা ঐনা শাউবা চুম্ব্রা? করি খনবিবগে?

দ্বিজদাস। চুম্নবসু, মথোয়সু তৌফম খঙদবা।

বন্দনা। বাবুগা চামিন্নবদা য়াব্রনে?

দ্বিজদাস। ঐদা য়াই, দাদানা য়াদবা, থিংবা।

বন্দনা। দাদানা থিংবা ওম্বরনে?

দ্বিজদাস! মদু ঐগী থবক নত্রে। ঐদা দাদাগী য়াথং হীক্তোক-পদা চুমদে হায়না খল্লী।

বন্দনানা। তৌফম থোকঈ হায়না খঙলবা অদু তৌববু কিবরা?

দিজদাস ওহাক তুমিন্না লৈরগা হায় :— মসি কিবা কিদবগী বা নত্তে। থাঈশেংবমক্তী ঐহাক অসে পাঙদবা, কিগনবা মীদা নত্তে। অদুবু দাদানা তশেংনা য়াদবা অমসুং অথিংবা থবক তৌবগী রাযম অসিমদা ঐ থক খল্লুব্রিয়ে। অঙাং ওইরিঙৈদসু বাবানা হায়বা তাদবা য়ামখ্রে। মদুগী দণ্ড ফংদবসু নত্তে। অদুবু ঐথোয়গী দাদাসি মীতা অমনী, মহাক্তী বাদা কনামতসু হীক্তোকপা ঙমদে।

হীক্তোক্লগা কমদোবা?

মদু ঐ খঙদে। ঐথোয়গী ইমুংদা রাহং অদু লৈতে।

বন্দনানা অমুক হায় :— ইচেগী চিঠিদগী খণ্ডি, বাবুনা লৈবাক্কী-দমক দাদানা পামদবা তৌহন্নীংদবা থবক য়াম্না তৌই অহুদী কমদৌনা তৌরিবা ?

দি.জদাস। মহু তৌহন্নীংদবা ওইরবস্থ অথিংবদী নত্তে। থিং-লবদী ঐ তৌরোইদবনি।

মিনিট অহুম মরি লৈরগা বন্দনানা অমুক হায় :—

ইচেগী চিঠিদগী ঐনা বাবুবু খল্লম্বহুদী নত্তে, ওন্নরে। হৌজিক্কি মখোয় করিস্থ নুংশা থীরুরম্নু হায়বিবা য়ারে, হায়বিথরগে ? বাবুগী স্বদেশ সেবাগী পর্ব্ব অসিদা মুখর্জ্জী-ইমুংগী সম্পত্তি মচেৎ অম ফাওবা মাঙগদৌবা লৈত্রে। ইচেগী নুংশা থীনীঙাই করিস্থ লৈত্রে।

দি.জদাস ( নোক্‌না )। ইচেগী মাঙবা পান্বরা কৈনো ?

বন্দনা। অহুদী ঐদী করিগী পামগনি ? ঐনা পান্বদী মখোয়গী অকিবা অমস্থং নুংশা থীনীঙাই লৈতবা।

দি.জদাস। মখোয় করিমতা কিফম লৈতে। দাদাগিদী ঐনা হায়রিবসিনী অকিবা হায়বহু মশক খঙদে; মহু মতোন্দা লৈতরনী।

বন্দনা ( নোক্‌না )। অহুনা ভাকপদী অকিবা হায়বা পোৎশক্‌-ইমুংগী মী ময়াম্না য়েম্বরেনে, দাদাগী শক্তী থুংদ্রে, অসিরাও ?

দি.জদাসস্থ নোকই— মহুদা তারে। থক্কিং লেমহৌরিবহু ইবেম-গিস্থ থুংলকনী বাবীরুম্নু। ভসি হুর্মনি মরিনি লৈমিন্নবসিদা দাদাগী মশক খঙবিত্রিবরা ?

বন্দনা। খঙজত্রি, বাবুদগী তমজগে খঙরি।

দি.জদাস। অহুদী অহানবা পাম্না লৌবিরো খোঙ্‌পস্নি লৌ-খোকপিরো।

চাকর লাক্‌লা মখোয় অনীমু ইমানা মথক্তা কৌরি হায়ররে।

চৎনা চৎনা বন্দনানা হংঈ :— ইমানা ইঙও খঙহৌজনা লাক্লিবসি করিগীনো ?

দ্বিজদাস। অহানবদা কৈলাস চৎপগী মরমদা ইন্দোলখোয়গা মা ভাংনবা, অনীশুবদা ইবেমবু বলরামপুরদা অমুক পুবা। ফন্মু হায়-লাক্কি্রৈভেদা ফম্বিরুম্নুকো।

বন্দনা। খঙজরে।

দ্বিজদাস। ইমাগী মাঙদদী মিস রায় ককা হায়বা য়াদে। ইবেমবুদী চহীস্থ ঐনা হল্লী, ইতৈমগীস্থ মনাউনী মিং হায়দুনা হেক্তা কৌগে, অমুক শাউদুনা মা য়ামহল্লম্নুকো।

বন্দনা (নোক্নুনা) করিগি শাউরুগদগে। মিং হেক্তা কৌবিয়ু। ঐদী বাবুবু করি হায়না কৌগনি ?

দ্বিজদাস। দ্বিজুবাবু হায়দুনা অদুম কৌবিয়ু। দাদাবুস্থ মুখর্জ্জী মহাশয় ককা হায়না কৌবিরুম্নু। লৈবাক্তা কৌনবা অম খন্দুনা ইতৈ হায়গেরা দাদা হায়গেরা অম হায়বিয়ু। অসিনা অনীশুবা পারা।

বন্দনা। ঐবুদী মরক মরক্তা ইতৈস্থ কৌইনা।

দ্বিজদাস। য়েৎলবদী হৈবা য়ারোই। হান্না চীক্ফা পুখো। মরম কোম্না হায়গে। দাদানবুদী করিস্থ হায়রোই, ঐনা হায়রিবসি কৌরগা ইতৈমখোয়দী য়ান্না হরাউজগনি।

বন্দনা। ফরে।

সিড়িগী নাকল অমদা খোঙ্গুপ থনম্নগা দয়াময়ীগী কাদা বন্দনা চঙখ্রে, তুংদা দ্বিজদাসগা বাসুদেবগা তুরল হাংদুনা করিনো অম তৌরম্মী, নাক্তা লেপ্তুনা অন্নদান্না ঈ-পাউ তম্নম্মী। দয়াময়ীনা বন্দনাবু য়েংলগা ইশম শম্না হেক্তা হায়রকই — নহাক ইরুজরব্রা; ফি-রোল হোংদোক্লবরা ?

বন্দনানা তৌরে খুমই।

অদুদী চারুশঙদা অমুক্তা চৎলু ইবেমা। মীয়াম অমিগী বামোন অদুনা করি করি তৌরমগদবনো। ঐস্থ আহ্নিক-পূজা তোইখোরুগে।

বন্দনা তুম্মিন্না য়েংদুনা অদুম লৈরে।

বন্দনাদা য়েংলুদনা দয়াময়ীনা হায়রকই :— দ্বিজুসি মশা

মুতাইতে হায়রুনা অয়ুক্তা করিস্থ চারক্তবনী। মাগী চানবা খরদং হান্না তৌবিয়্। অসি হায়রগা বন্দনানা খুম্মকপা ওায়দনা অন্নদা পূহনা পূজাগী কারোমদা চংঙ্গে।

বন্দনা। করি ওইনা ওমত্রবগে?

দিজদাস। হবচাং খিজুং শাবুং শাবুং তৌই।

করি চানিহুদে?

সাগু বার্লি নতুনা পীবমথৈ য়াই।

বন্দনা। ঐ চাকশঙদা চংলগে। বা অমুক থোক্লরোইনকো?

দিজদাস। থোক্লরোই। ইচে অন্নদানা ইবেমগী ভারী লোইনা শারমগনি। ইমানা মাবুদী চানগ্রবনি, মানা হায়বমথৈ লোইনা লৌবনি। ইবেমথোয় ম্লেছনী মেমনী ককা হায়বহু তোকপ্রেদনা।

বন্দনা। ঐদী ঈওকপু ওকলেনে।

দিজদাস। মরক অসিদা ইবেমনা করি করি তৌগ্রবা; ইচেনা ইমাদা করি করি হায়না তমগ্রবা ঐনা হেন্না ওকগ্রে তৌরিবসে। পনবিরহু চান-থক্নবা হায়বহু শীনবিরুরো। অমুক কোন্না উনসি।

অনীমক মমাগী কাদগী থোকগ্রে।

---

## ১২

কৈলাস চংপগী বা অহু লম্বী কয়া ফত্তবহুদা মন্দোনশিং অহু খর হজ্ঞানরে। দয়াময়ী মশামকস্থ কয়া হৈনীংদ্রে। দক্ষিণেশ্বর, কালীঘাট দর্শন তৌহুনা গঙ্গাস্নান তৌহুনা কলিকাতাদা মুমীৎ মঙা শুরুক্লিদী লৈরে। থবক্তী অতৌবা মী অমনা পুম্নমক তৌরে। য়ুম অসিগী থবক অয়াম্বা বন্দনাগী মখুত্তা তারে। সতীদী করিস্থ তৌদ্রে, থবক পুম্নমক মনাউদা ঈম্বোরুগা মনেমগা কোয়হুনা লৈরে। অহুগা খর লাপ্না চংপা তারবদী বন্দনা কৌহুনা হায়:—

"নঙস্থ চৎলুসি লাউনে। নঙ য়াওরবদি মীঙোন্দা ৱা-লান অমুক হংলুত্রবস্থ য়াই"।

বিপ্রদাসস্থ ময়ুমদা হন্ত্রে। বিপিন চৎপ্রবদী মাবু য়ুমদা খিনবী-নীঙায় লৈত্তে হায়হুনা মমানা খিংহুনা থয়ে। নোংমা সন্ধ্যাদা ভিক্টোরিয়া মেমোরিয়েল য়েংউরগা হল্লকপদা বিপ্রদাস কৌহল্লুরগা দয়াময়ীনা হায় :— বিপিন! নঙনা হায়বগুম্মদনা লাইব্রিক লাইগু হৈবী নুপীমচাশিংগী কায়দাসি ঈতোপ তোপ্লী।

বন্দনাগী ৱা ওইরিনি হায়বসি বিপ্রদাস খঙই। কৈদোরবগে ইমা হায়হুনা ঈতপ তপ্পা হংই।

দয়াময়ী। ওসিদো মমায় ঙাংশঙ ঙাঙবা সার্জেন হায়বরা কনানো অমনা ঐখোয়গী গাড়ী ফাহুনা চৎহন্ত্রে। ঐখোয়গী নুপীসিনা ইংরাজীদা ৱা অমনী হায়রগা থাদোকঈ। নত্রবদি ঐখোয়বু থানা ফাওবা চিংহুনা পুবা তারম্বনী। নঙগী ড্রাইভর অনৌবা পঞ্জাবী অসিদি শনগা চপ মান্নে।

বিপ্রদাস। করি তৌরুরে? গাড়ী থেংনরুরব্রা?

বন্দনাস্থ য়েৌরক্লে।

মঙক নোমহুনা থেংনরুরে হায়বা উৎলগা দয়াময়ীনা হায়রুকই :— বিপিন্দা নঙগী ৱা ভম্মীবনি। নখোয় লাইব্রিক হৈবী নুপীসিদা ময়ামদগী ঈতোপ তোপ্লী। ওসিগীহু নঙ য়াওরমত্রবদী য়াম্না খুদোং চারম্মোই। মরান্দী মেম (নুপী) অহ্যাগনী। থৌবদী হৈতমা মানা মতৌ মালহন্দুনা পঙথৌদা থৌঈ।

বিপ্রদাস (নোক্তুনা)। লাইব্রিক হৈবীশিং অসি অহুম তৌই ইমা। মেম সাহেবতুস্থ লাইব্রিক হৈরিগনি।

মমাগা বন্দনাগা নোকমিন্নে।

বন্দনা। মুখর্জী মহাশয়! ইহে — ইতৈইবুঙো? মহু মেম সাহেবকী মরাম্নী, লাইব্রিকী নত্তে। ইমা! ঐ চাকশঙ অমুক্তা

য়ৌরুখিগে। ঙরাং বাঁমোন্না দিত্তুবাবুগী আতাগী তেল অহু য়ান্না কলহনরে। নীংথি-মুঙাইনা চাত্রে, খুগোৎ চাখিন্দ্রে হায়রন্নগা চৎত্রে।

দয়াময়ীনা মুখশিনা য়েংহৌই অহুগা হায়:— মানা উদবা লৈত্তে। লাইরিক্কা নত্তে বিপিন! মামা হৈতবা খঙদবা খবক লৈত্তে। মচীমখাস্তু মুংশি। মতাম্দা শিন্নখিবদগী ঐ ঈকায় কোমত্রে, ইমুংগী করিমতা য়েংশিল্লুত্রে।

বিপ্রদাস। স্নেহনী হায়রতুনা তুকচত্রবা?

দয়াময়ী। কমদৌনা স্নেহ ওইগদৌরিবনো? মমাতু বিলাত চৎলুরবনি হায়রতুনা মাবুস্ত মেম সাহেবনী হায়জিনবীবনি। মাস্তু ঐগুম্বী বাঙালী মুনী অমনী। বন্দনা খোঙ্প তোংই খোঙ্প তোংলগা করি তৌই হায়রবগে? খাইস্তু তোত্তিঙবা, করি দোষ লৈ? বোম্বেদগী মায়খুম খুম্নদে অহুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী তৌরকপহু অহুম তৌজবনী ইমৌ মুনীসিগা অন্ধানী মপাগা লোয়নহুনা চৎপ্রনি হায়বসিদা মুঙাই-তেনে।

বিপ্রদাস। মুঙাইতে হায়রতুনা কমদৌনি? মহাক ঐখোয়গীদা লৈগে মাকপদী নত্তে। ঙসি নত্রে, হয়েং। নোংমদী চৎখিগদৌবা মলৈরে।

দয়াময়ী। মতুবুদী চুমই। অহুবু থাদোক্লীংদে, অসিদা অসুম থম্লীঙ্ডি।

বিপ্রদাস! মতু হেক য়াবা নত্তে ইমা। মীগী মচাবু অর্তুকনু তাম্নরুগহুদা। নোংমা নীনি লৈরম্মে অহুমঙায়দনা। অসি হায়রম্নগা বিপ্রদাস চৎখ্রে।

বিপ্রদাসগী বাঙাং অহু দয়াময়ীনা কয়া পেন্দে। অহুমকপু তৌম্নিবসি ঙহাক ঙহাক্কী হায়বহুনী। বলরামপুরদা হন্নবা মীশক্তী অমতা থানত্রি। মখোয়গী মতম অয়াম্বদী বারী থর শা, থর কোঙ্গ, তৌহুনা হৌখ্রে। দয়াময়ীনা নোক-খেহুনা লৈবসিদী অমুক্তা উখিত্রি।

সতীগা মনি-মমৌ প্রমান-পান্থেনা, ইঙ্গিতনা থর ঙাঙনবদুসু মথোয় অনীদমক থঙই, অমদা অম ভাবনা থর থর থঙঈ। পঞ্জাবকী ব্যারিষ্টার মতৌ-মনাউ লৈরম্বদুসু ঙরাং চৎথ্রে। রায়সাহেবকী মথোঙসু করদুনা লাক্লিবা চয়োলগী মনুংদা বোম্বে চৎপা লেপ্লে। দয়াময়ীনা মপাগা ঙাঙনদুনা বন্দনাদী য়ামল্লবদা থা অমদী মচেগীদা লৈহোবা তারে।

মুখর্জীখোয়গী কেশ য়াম্না হাইকোর্ট্‌তা লৈ। অচৌবা অমদী তারীখ নকশিল্লকদুনা মতু লোইথোক্নবগা ময়াম পুদুনা মপুংদা পুক্লপ চৎলগে হায়না বিপ্রদাস লেপ্লে। থবকী চথোকপনা মহাক ময়ুমদা লৈবা ফংদে। ঙসীদী নোংমাইজীংনী।

দয়াময়ী লাক্লুনা নোক্লুনা হায়রে :— ঙসিদী মুঙাইবা থবক অম তৌরে, নঙদী তারিরোই বিপিন!

বিপ্রদাস কেশগী চে য়েংলম্মী। মমা লাকপদা চৌকিদগী হোৌগত্লুনা হায় :— করি তৌরে ইমা?

দয়াময়ী। দিংজুংখোইগী মিটিং অরুবা অম তৌগনি হায়। পুলিশ ককা অমতা য়াওহল্লোই মথোয়না অহুম ঙাক্নী হায়। করিগুম্বা ফুন-চৈন তৌদুনা কোক-লু কাঈনরকদরা কিবনা ঐদি..............

বিপ্রদাস। মাবু চংথ্রবরা?

চত্তে, মসি তমগে লাক্লিবনী। হৌজিক মাবু থিংনবা মী লৈতে, মতৌমগী রা ফাওবা তাখিদ্রে। বন্দনাগী বাদা মঙায়রে হৌজিক মানা তারিবা।

অঙইবরনে ইমা।

হোয়, বন্দনাগা লেপ্লে হায়য়ে,— অসিদা থোঙ্লপ তোংবা য়াদে, ইমুং অসিগী চৎনবী থুগায়বা য়াদে, অহুগা মানা (বন্দনা) হায়জবপুম্বী য়াগনী। বন্দনানা দিংজুগী কাদা লাক্লুনা হায়রে হায়রে "নহাক লেপ্নখিবদু কাউবা য়াদে, ঙসি চথোকপিবা য়াদে"। অহুদগী দিংজুসু অহুদী চংলরোই হায়দুনা তোক্লে চত্রে হায়নে। ঐনা মুংশাথীরম্বদু ফরে। মমাঙৈদদী লাইরিক তৌবা, পরিক্ষা থাবা হায়বা অম লৈরম্বনীনা

মশাগী শংলমদেদো হৌজিক্তি থবক লৈত্রবনীনা অম অম কোক হেক তৌরক্ত্না ইমুং অসিগী বদনাম ওইগত্রা থনবদা ওম্মোক্লা মুংশা থীরে।

বিপ্রদাস। তৌরোই ইমা মুংশা থীবিরুমু। দিংজু শাগৈ চেম্বা থবক করিসু তৌরোই।

দয়াময়ী। জেলদা হেক চঙপ্রবদী লোইরেদো।

বিপ্রদাস। জেল চঙবদী বদনাম নত্তে ইমা! বদনামদী থবক্তনীনে। ঐনা হৌজিক করিগুম্বা জেল চঙপ্রবসু ইমুংগী অমদি শাগৈগী বদনাম করিসু ওইরোই।

মসি তাবদা দয়াময়ী শ্বাই লাউই। বিপ্রদাসবু মুন্না খঙই মহাক। অচুম্বগীদমক্তী শিবা কিদবা মীনী। চহী তরানীপান্দা ভায়রিঙৈদা মুসলমান ইমুং অমগীদমক লৈবাক মীয়ামগা তৌনখিবা! মথন্নায় মাঙবা য়াবনী। অতুদগী হন্দক্তা ইকুই কুইদনা টেন্দা সাহেবশিংগা তৌনখিবমু বন্দনানা তম্বা তাবদা পাথংগ্রে। মহাক্লা মুংশা থীবা রাজবসি মচানীপা অহনগীনা হেন্নী।

বিপ্রদাস। ইমা! জেলগী য়াদী খল্লুমু। ঐসু নোংমা চঙবা য়ারিপোৎনী।

দয়াময়ী। অতুগুম্বা তাবদা তুচুংবা য়াম্নু হায়গন্নুনে বিপিন। ঐনা হিংলিঙৈদা নঙনা জেল চঙবা। ঐনা লাইশোন্নিবা, পুক্তা তৌন্নিবসি করি কান্ননি'তুদে। সম্পত্তি লৈরিবসি খোখোৎপা য়োম্মোককদৌবনী, মতুংদদী মথোকহন্নরোই।

বিপ্রদাসনা মমাগী পদধূলি লৌই। দয়াময়ীনা মাবু মনাক্তা চিংশিল্লগা হায়:— দিংজুদী মানা তৌনীংবা তৌজসনু। নঙবু উত্রবদী ইমাদী গঙ্গাদা চোংথতুনা শিগদৌবনী খঙউকো বিপিন। অসি হায়রগা মমীক্তগী পি চতুম চতুম তাই।

"ইমা হৌজিক কাওবা" হায়তুনা বন্দনা চঙকঈ। বন্দনা উবদা দয়াময়ীনা নোক্ত্না

ইচাগে পম্লবা কুইরহনা কাউশিন্দোরে হায়রহনা নোংশিংজম্মোরব বন্দনা। হন্নবা নচাদো? ঐদী ময়ামদা হায়রদোকনি।

দয়াময়ী। হায়দোককে হায়রবস্ হায়দোকচৌ। হন্নবা হায়বহুদি হায়গন্। তাওনে-ঐগী লুহোঙবা মুমিংকী ঐন্না শুমাঙদা লেপ্লিঙৈদা, মতম অতুদা ঐখোয়গী ইতৈ ইবুঙোগা পোকমিন্নবা ইমাতু লৈরি। ইমানা বিপিনসি পমহুনা পুরক্লগা ঐঙোন্দা পীরগে-সে লৌজরো নঙগী নচানীপা অহুলসে; লুহোঙবগী লাঙলিঙৈদা করিমতা ইনবীত্রবনী। হান্না খর পীজরগা শুমহুনা তুমহনখো, খুবক অতৈ কোম্না তৌগদৌবনী। ঐগী ইশুণ য়েংগে, ঙন্দরা ঙমদবরা য়েংগে তৌরিমাগে। ঐস্ ঙন্দরা কৈনো খঙদে—অমুক নোকঈ।

বন্দনা। অতুদগী ইমানা কৈদৌবা।

দয়াময়ী। ঐনা মায়খুম মনুংদগী য়েংবদা সনানা শাবা লাইকন্নিবী অম মমীৎ ঈলাও লাওবা পাওহনা ঐঙোন্দা য়েংহুনা লৈরে। ঐনা কোননিংশিন্নে। ময়াম্না ঙাইখো চৌনরে, লাই-চীন খুরুমগদৌবা য়াম্না য়াংলি হায়রবনে করিনে য়াম্না হায়। ঐন্না মহু নাক্না হাপ্তে। মতম অতুদদী ঐদী কদাইদা করি লৈবা, কদোমদা চঙগদৌবা করিমতসু খঙদ্রি। ইমা অসিগা নাকমিন্নবা মীনাই মুপী অহুনা ঐনা চঙগদ্রোরা কা অদু তাক্কঈ। মঙোন্না ঐন্না হায় "অঙাংগী শঙোম তেঙোৎ পুরকঊ, মাবু খর পীজন্নিবমখে ঐ অসিদগী করিগুম্তা লেঙঙরোইদবনি"। কৈরোই লৈকাইগী মুপী ময়ামহুনা হা অদু অদা য়াম্না হায় ঐনা করিমতা তাদে। হায়নীংবমখে হায়জনস্ হায়না অদুম লৈখোরে। ঈথাদা হাপ্লরবা মনি কনা অমতনা মুনথিবা য়ারোই। হৌজিকসু মাগী মশক অদো অদুম উরি। নঙন্না হন্নবা হায়জবা শারিয়ে।

চহী কুন্থ্রাগী মমাঙদা তৌখিবহু নীংশিংবদা কম্লগা নোকপগা য়াম্নরী দয়াময়ীগী মমায় অদু বন্দনানা মুন্না য়েংই। অসিগুম্বা মুংশিবগী খমথেংবী অসি মহাক মপোকঙৈদগী উবা ফংদ্রি। মমীৎ

কুপ্তবমখৈ ওহাক য়েংলগা হন্থরক্তনা হায় :—ইমাগী নচা অনী অসি করম্বনা হেন্না নুংশি ?

দয়াময়ী (নোক্তনা)। ওইথোক্তবা অচুম্বা ওইরবস্ মথু হায়-হৈদে শাস্ত্রনা য়াদে।

বন্দনা মপানগী মীনী খঙনবদা মঙাররি মাগী মমাওদা মমাইগী বারী লোইনা শাদোকপসি বিপ্রদাসনা কয়া পামদহুনা হায় :—হায়রবস্ নঙ ভাব তারোই বন্দনা। অসিগুম্বা মমুংগী বা অসি নখোয়গী ইংরেজী লাইরিক্তা য়াওদে। নংনা খল্লগা হেন্না ঙকশিল্লকনি, মসি তোকসি।

বন্দনা। ইতৈ ইবুঙোস্ ইংরাজী লাইরিক য়ান্না পাবীরবনি। ইংরাজী লাইরিক্তা মসি য়াওদে হায়বহুস্ চুম্বা য়াই। ইতৈইবুঙোদি মসি কদাইদগী খঙবিরিবা ?

বিপ্রদাস। ঐস্ খঙদে। মসিদি ইমাগী লাইরিক্তা য়াওবনী মহুগী লোল তোঙাল্লী, ময়েক তোঙাল্লী, ব্যাকরণস্ তোঙাল্লী। ইমাতনা খঙবনি অতৈ অম খঙদে। ইমাবু করিনো অম হাল্লগনি হায়দুনা লাকপা নত্রা ?

বন্দনাস্ ইঙ্গিত খঙহুনা হায় :— ঐস্ হৌজিক করি থোং-থংকলগে ইমাদা হঙ্গে লাকপনি। ঐ চংলে ইমাস্ কুইবিরল্লস্ ইচা পমহুনা লৈথোকপীরস্ হায়রগা বিপ্রদাসতা মুনা য়েংলম্লগা চংখ্রে।

দয়াময়ী। বিপিন! নঙদি ধর্ম্ম খঙবনি ইমাদা নমথাক্তী তৌগস্।

বিপ্রদাস। বাহৌদোক য়াওত্রবস্ ইমানা তাকপিগদৌবহু হেক্তা তাকপিরো।

দয়াময়ী। নঙস্ জেল চঙবা য়াই হায়বদাইদো ? কৈলাস চংকে লেপথিবহু তশেংনা তোকপমক্তী তোক্ত্রী। অহুবু হৌজিক্তী থাঙ্গ-শেংনা তোল্লনি, খুবৈ অমতা চংথোল্লরোই।

বিপ্রদাস (নোক্তনা) কৈলাসবুদী ঐস্ চত্তবা য়াদে হায়দে। অহুবু চত্রগা হয়েং ঐঙোন্দদী তাইনবীরকস্। ইমানা দিংজুগী বা

হৌদোকপত্নদা ঐদি চুম্না জেল চঙবনা শাগৈ চেষ্টকগী ন্না করিস্নু লৈতে ছায়বতনী।

দয়ামরী। ন্না চনৈনত্নুনা কায়দে, নঙনা করি তৌরুবগে করি তৌগে খল্লিবগে ইমাদা শেংনা হায়ু।

বিপ্রদাস। ঐ করিস্নু তৌদেনে ইমা। শেংনা হায়রিদসিনি। অত্নুবু মীওইবগী পুক্লীংদা ঋাখল মওন মওন লাকপত্নুবু অমদা তং তানা মত্নুনী হেক হায়বস্নু য়াদে।

দয়ামরী। হোয়, অত্নুস্নু হেক য়াবা নত্তে। অত্নুবু হন্দক মরক অসি নঙ হেক উবগা ঐগী পুক্লীংসি কৈনো অম তৌই। নঙবু ইমানা মী ওইনবা শেম্মে, শিরমদাইদা ইমাবু কাওথোকপদি তৌগন্নু। হায়-রগা মমীত্তা পি তরং তরং চেল্লী।

বিপ্রদাস। ওন্থোক ওন্থোকপা ঋাখল ভাক্তা তৌত্নুনা ইমানা মুংশা পঙথীদা থীরে। ঐবু কৈদৌ হায়বগে ? ইমানা খঙলিবত্নুমঙায়, ঐদৌ ইমাগী ন্না য়াওদনা করিগুম্বা অমতস্নু তৌদেনা।

দয়ামরী। অত্নুবুদী চুম্মীনে। অত্নুগা নঙনা ঙরাং দি.জু. কৌরগা থবক পুন্নমক লোইনা খঙজিল্লো হায়রিবত্নু করিগিনীনা ?

বিপ্রদাস। চাউরক্লবদী ঐগী ইত্তেং থর পাংবা য়ারেদনা।

দয়ামরী (শাউত্নুনা)। মাবু কয়া হৈ-শিংলত্নুনা ? কায়দে বিপিন ! নঙ কয়া কারত্নুনা মাগী মত্তেং পাম্নিবা ? নঙনা খল্লিবত্নু ইমাদা শেংনা হায়ু।

বিপ্রদাস তুমিন্না লৈ।

মমানা মথা তারকঈ :— ঐখোয়গী ইমুংদী ধর্ম্ম-পুন্যগী ইমুংনীদো। কারল-তুরল য়াবা নত্তে, পুন্নমক নিয়ম্না কারিবা। ইমানা নঙবু লুহোঙ-বিবসি নঙগী চহী তরা-তরেৎতনী। মঙগী নবাস্নু লোদে, ঐনা নীংবদা তৌখিবনি। দি.জুদী লুহোঙেঙাই হায়রি। এম, এ, পাশ তৌরে, অক-কত্তা খঙবা ওম্মে, মঙোন্দা অসি তৌবা য়াই অসি য়াদে নম্ম.বগী ঋাস্নু লৈত্রে। ময়ুম পাঙ্গ্রবদী ঐ মাবু থাজদে। নবুধোগী সম্পত্তি অসিদা মথুং থিংজিলহনবা য়াদে

বিপ্রদাস। মাম্মা নুংহোঙেংতাই হায়বসি কয়া কুইরে ইমা ?

দয়ামযী। ইতত্তত্তনা হায়নে। নখোয়নদী ঐবু কোয়ত্নুনা লৈরে মুন্তাইনা লৈরে থনি, ঐ মুন্তাইতে ঈংবা য়ামদে। মঙনসু পুক্নী হায়দুনা অতৈ অম লৈত্রবদোনা জেলগী থুংদম শীশিন্নে। ঐনা হায়খিবসি মঙসু মনগুলাকনি।

বিপ্রদাস। মতৈমবু হুকুম ওইনা তৌহল্লু, ময়ুম পান্দবা য়াদে হায়হল্লু।

দয়ামযী। মাগী য়াম্নু তারেহিয়ে।

বিপ্রদাস। তানি তানি, মতম ওইরবদী তাগনি। (নোক্কনা) ইমাগী য়াথং লৈরবদী মাগী মুপী ঐসু থিবা ওম্মী।

বন্দনা চঙক্ননা হায়রে :— কৈদৌয়ে ইমা য়োরক্নবদে? ঐ কয়া কুঈনা ঙমছুনা লৈরবা ?

লাকএ লাকএ চংলসি।

বিপ্রদাস। অক্ষয়বাবুগী মচানুপীদুবু ইমা কাউরব্রা ? মহু হৌজিক্তি চাউরে, মশকা মগুণগা চপমান্নে। ঐ চত্তনা অমুক্তা বারী শারুগেদনা। দিংজুম্নু য়াদবা তৌরেইদা।

ঙাইখো ঙাইখো হায়রগা বন্দনা য়েংহুনা হায় :— সতীনা নীংবা.................... য়াদ্রি বিপিন ! মতৈমগী মবা হংদনা মহু ককা তৌবা য়াদ্রি।

বন্দনানা মখোয় অনীমকপু য়াম্না ঈংথনা য়েংলগা হায় :— করি কায়বা লৈবগে কলিকাতাসিদনী লেঙ্সি। ইচেম্নু পুরগা ময়াম চত্তনা য়েংথোক্কউসি।

দয়ামযীদি খুক্লম থঙদহুনা লৈরে।

বিপ্রদাস। হায়রিবদি অকবা বানী। অক্ষয়বাবু হায়বহু ধর্ম্ম থঙবা পণ্ডিত ব্রাহ্মণ, সংস্কৃতকী ওঝাসু ওইরি। মচানুপী অহু স্কুল কলেজদা তমহন্দোদে হায়রবু নীংথিজনা তম্বীরবনী। নোংমা মখোয়গী বার্তোন অম ফংহুনা চংলুই। মুপীমচা অত্তুদা ঐ য়া য়াম্না হংলকই।

মমা-মপানা মৈত্রেয়ী খোনবহ্ন চপ চায়। ইমা অমুক্তং য়েংথোকপিরু। মহাক্তা নঙনা মশক কজবা মুপী অতৈস্নু লৈরি হায়বসি ইমাগী নমৌ অসিনু খঙজসনু।

দয়ামযী নোকে হোংনবা নোকপা য়াদ্রে, য়া ঙাংনবা লৈত্রে। বন্দনানা অমুকস্নু হায়:— কৈদৌবগে ইমা! মৈত্রেয়ী হায়রিবসি ঐখোয় মরাম চত্তনা অমুক্তা য়েংথোক্লসিনে, লাপ্পসু নত্তে।

দয়ামযীনা বন্দনাগী মমায় অহু অসুম য়েংবদা মাগী হান্নগী কুচু ওইদবগুম, থর মকশিনবগুম উঈ। হন্দক্তী পাউথুম লৈরতুনা হায়-রকঈ:— কাম্নদেদা, লাপ্পবুদি লাপ্তে, অহুবু ঐগী মতম লৈতে। চৎসি হৌজিক করি থোংগদৌবা শীল্লুখিসি। অসি হায়রতুনা বন্দনাগী মখুং পায়রতুনা থোকখ্রে।

---

১৩

সন্ধ্যাগী লাই থুরুপ্পা লোইরতুনা বিপ্রদাস মাগী লাঈব্রেরী কা চঙরতুনা ফমখ্রে। অয়ুকী ডাক্তা য়ুমদগী লাকপা দলিললচিংবা মরাম অহু য়েংগে তৌরিঙৈদা মমা চঙক্লে।

দয়ামযী। বিপিন! নঙদী য়াম্না হেঙ্গৎ হেঙ্গৎনা হায়রেনা।

বিপ্রদাস (চৌকিদগী হৌগৎলনা) কৈদৌরবগে ইমা?

দয়ামযী। অক্ষয় বাবুগী মচানুপী মৈত্রেয়ী অহু য়েংউরে।

বিপ্রদাস। কমদৌই ইমা! কত্রবরা?

দয়ামযী। অঙাং অহু মরামদগী থর হেল্লী হায়রদা চুমই। অহুবু নঙনা ঐগী ইমোগা চাংদমজবা শারিবা। মতৈমদগী থমখো, বন্দনাগী মনাক ককা নকপা য়াবা পোৎ নত্তে।

বিপ্রদাস। মৈত্রেয়ী নত্তবা অম য়েংলুররিনি। মা ওইরম্লরোই।

দয়ামরী। হি— ঐখোয়গী বারী য়াতাই কয়া শারে। মতৌম-খোয়বুসু য়াম্না নীংখিনা পীজ পীথক তৌরে। অদুগা বন্দনাগসু লাইব্রেরি লাইগুগী য়া, করি করিনো অতৈসু য়াম্না ঙাওনরকপনি। অদুগা নওনা মৈত্রেয়ী ওইররিরোই হায়রি।

বিপ্রদাস। বন্দনান: হংবা পুম্নমক খুদ্বা ঙম্মদবা য়াই। বন্দনাদা স্কুল কলেজ তমদুনা পাশ তৌরবনী। অমদুদী ময়ুমদা মপাগী নাক্তা কয়তুনা তমজবনী। অদুদী ঐগা ইমাগী নচানীপা অতোম্বগা খেন্নরিবা অসিগুম্বনী।

দয়াময়ী। তুমিন লৈয়ু, অসোমথংবা কাদা ম্বিজু লৈ। মা তারবদী ইকায় হায়দুনা চেনগনি, য়ুম অসিদা লৈয়ু য়াররোই। ঐনা হায়বদী মাবু কলেজ পাশ তৌদে হায়বসু নত্তে, লাইব্রেরিকপুদী হৈবু হৈমনগে। বন্দনাগা মাগা ঙাওনবদু তপ্লপ তপ্লপ লোইনা মখুমজৈ। লম্বীদা লাকপদসু বন্দনানা মহাকপু য়াম্না খাগংলী। য়ুম পানবদবু লাইব্রেরি হৈতবা য়াদে হায়বা লৈবরনে? লৈরিবা ইমৌ অসিগুম্বা অম ওইরগা লোইরে লাইব্রেরি হৈরবনীদো হায়দুনা মনেম-মকু গুরুজন উশিং থওই-দবদী ঐ পামদে।

মম্নানা ওতৈ-পাতৈ ঙাওবদু বিপ্রদাস ভাব তারে। নোক্তনা হায়:— মহে কয়া হৈফাত্তবনা হেন্না চাউখোকপনী। মপানা তম্বীদুনা খরবু খওজ-হৈজরক্রবদী লমচৎ ব্যাবহারদা মানবু ইহন হম্বনা লৈরনি য়েংউ।

দয়ামযী। নওনা হায়রিবদুসু চুমদে হায়দে। ঐখোয়গী লৈকাইদদী লাইব্রেরি হৈব হৈতবগী বাদী ইতৌবু ঙৌনদে হয়েং মখোয়না মৌ য়েংবনী হায়দুনা লাক্লগা হায়রগদৌবদুদী নও খওলকরা? হায়গী মমৌ অসিগী মমাঙদা মমৌনী হায়দুনা পুজয়কপা শারিবসিবু দুপীসিবু মমীংপু পাপ্রবরা কম্নিনো অশিনী মখোয়না হায়গদৌরিবা। ঐ মদু তাবা ওমজরোই।

বিপ্রদাস। ঐখোয়না হান্না আশা পীরুরবনীনা অক্ষয় বাবুদা বা অমদী হায়খিবা তাইদনা।

দয়াময়ী। হান্না মখোয়দা করিমতা হায়রমদবনা ফবনী। অতুবু মতৈমগী বা অমতং তাখিসি, হায়দোক্লবসু কোল্লা হায়দোকসি।

বিপ্রদাস। ইমাগী নচানীপা অমগী নমৌ থিবা কান্দদী ইমানা নীংবহুদা তৌখি, কনাগী মরা লৌখিদে। চন্দক্কী অসিমদী মী খুদোং-মক্কী মরা লৌবা তারবরা?

তর্ক দা মচানীপানা ওমগ্রতুনা দয়াময়ীনা নোক্তুনা হায়:— হৌ-জিক্তী চহী য়ামশিল্লক্লেদো, কয়া কুইনা ছিংখিনি। য়ুম পুহৌগদৌরিবা মাগী মরাসু লৌদবা য়ারিবরদো? নোংমা নীনিদং থনখিগে। অসি হায়রম্লগা মপান থোকখ্রে। মহাক্কী কাদা চংদনা ভাইগী কারোমদা চংখ্রে। সুমীং থর লৈমিন্নরকপদগী কয়াসু কোইনরক্তে। মরক মরক্তা মথন্তা চক্তুনা ঈ-পাউ লৌই। সন্ধ্যা মতুং ওইরে, পূজাদা ফমগ্রবদী হৌগংপা য়াররোই হায়তুনা রায়সাহেবকী কাদা চংখ্রে। "কমদৌ-বিরিবগে" হায়না হৌগংলকপা বা লোইহৌত্রে, কা অতুগী মচি অমদা মশক-মতৌ ফজবা, সাহেবকী পোষাক শেংপা শকথংদবা পাখং অমগা বন্দনাগা য়াম্না তপ্না বারী শারম্বা উবদা হঙোইতুনা হনগে তৌবদা রায়সাহেবনা লাউরকঈ:— মনেবেন্মা! লেওওগেরা, ঐখোয়গী সুধীরনী হঙোইবীরসু! বিপ্রদাস দিৱজদাস খোয়গুম্বনী, নচাগুম্বনী। ঐ হকচাং ওমদে হায়বা তাতুনা মাত্রাজদগী অনাবা হংবা লাক্লিবনী। সুধীর! বন্দনাগী মচেগী মনেম্বোক্কী খুরুম্মু।

সুধীরসি খুরুম্বা কয়া হৈনদে, পোষাক অতুদা খুরুম্বসু বারে। মকোক খিত্তং নোম্থরগা কাবক-কাবক অতুম তৌরে।

রায়সাহেব! ঐনা নচামী হায়রুবদী অসিনিমা। সুধীরগী মপাহু বিলাট্টা পাশ কন-য়াম্না তৌরে। হৌজিক মাত্রাজগী শিক্ষাবিভাগতা থবক অচৌবা অম তৌজরি। বন্দনাসি মঙোন্দা থাজরগে হায়তুনা তৌরি। মখোয়গী লুহোঙবা লোইরগা সুধীরনা বন্দনা পুতুনা বিলাট্টা চংপা, বন্দনানা লাইরিক তম্নীংলগা কলেজদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্ব-হৌবা, অমরোই হায়রগা মবানী অতুম হনমিন্নরকপা। তারিবরা সুধীর!

নখোয়না আগষ্ট সেপ্তেম্বরদা চৎপা লেপ্লবদী ঐস্থ থা অহুমলোম ছুটি লৌরগা চৎনীংই, অমুক্তং কোইনীংই। করি হায়বগে। সুপীমচা ফজ্রনে?

বন্দনা ফম্লিবা মফমতুদগী হৈনীংদনা খুম্মকঙ্গ :— বাবানা কৈ হায়না খল্লবদী ফরম্বা য়াই।

রায়সাহেব। মতুদা খুদোংচাবা অমনা, নখোয়গী লুহোংবা মতুংদা থা অমরোমস্থ লৌরিয়ে। অতুনা নখোয় চৎপদা য়াম্না লৈরাক-লৈচিন ওইগদৌবস্থ লৈত্রে। ভাব তারবরা সুধীর?

সুধীরনা মঙক নোমতুনা য়ানীংলে হায়বা উৎলী। পাথং অসি রায়সাহেবকী মমাক ওইগদৌরিবোরে হায়বতু দয়াময়ী হৌজিক্তা ভাব তারিয়ে। পূক্নাং খর লাঙলে, কয়া নুঙাইত্রে। অতুবু বিপ্রদাসগী মমানী, বলরামপুরগী ফাওরবা মুখর্জী ইমুংগী মবেম্মনী খন্দোক্তনা মথন্তা মপূক ফাজরতুনা হায়রকঙ্গ :— সুধীর নখোয়গী য়ুমদী কদাইদনো।

সুধীর। হৌজিক্তি বোম্বেদা লৈজরে। বাবানা হায়বদী ঐখোয় হান্নদী দূর্গাপুরদা লৈরম্মী হায়। হৌজিক্তী অতুদা ঐখোয়গী মী অমত্তা লৈত্রে।

দয়াময়ী। দূর্গাপুর হায়বদী বর্দ্ধমান জেলাগিরা?

সুধীর। অহোয়, বাবানদী অতুম হায়। কালনাগী মনাক্তা খুল মচা অম লৈবতুদা। হৌজিক্তি ম্যালেরিয়ানা খুল অতু মুৎখ্রে।

দয়াময়ী। নখোয়গী বাবাগী মিংনা করি কৌবা?

সুধীর। শ্রীরামচন্দ্র বস্থ।

দয়াময়ী। নবুধোগী মিংনা হরিহর বস্থ কৌব্রা?

রায়সাহেব। হাইমা, মনেবেম্মদী লোইনা খঙবিরম্মীনা।

দয়াময়ী। দূর্গাপুরদী ঐখোয়গী মামগী য়ুম্নী। অঙাং ওইরিংঙৈদা ঐদী হনেগী নাক্তা লৈতুনা খুল অতুগী মী লোইনা খঙই।

সুধীর। রারী অতৈ শান্নবা মতম লৈত্রে, ঐগী পূজাগী মতম থেঙখিদৌরে! নঙ করিস্থ চাদনা চৎখিন্নুকো, ঐনা লোইনা থোরাং তোগনি।

সুধীর (নোক্তুনা)। বিপ্রদাস বাবুনা হান্না লোইনা শীনবিরে।

দয়াময়ী। ও— করে তুদী ঐ চৎলে হায়রম্নগা চৎপ্রে, বন্দনাদা করিমত্তা হায়রমদে, য়েংবা কাওবা য়েংলমদে।

নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা স্নান-পূজা লোইরগা বিপ্রদাসনা নিত্তিগীদৌনা মমাগী পদধূলি লৌবা লাকপদা পোৎ-চৈ লোইনা য়োমশিন্দুনা লৈরম্বতু উবদা পুম-ওক ওকপ্রে।

করিনো ইমা! কদাইদা চৎকদৌরিবনো?

দয়াময়ী। নঙখিবা ফংদতুনা দন্তদা হংহল্লুরে। হৌজিক পুং মাপলগী গাড়ীদা চৎপ্রবদী সন্ধ্যা ওইদ্রিঙৈদা য়ুম য়োৗগনি হায়। হংচিৎ নঙগী কেশ থোকপনীনা চৎপা ওম্মরোই দিংজুদা ঐখোয় থর থিন্নবা হায়য়ু।

বিপ্রদাসনা য়েংবদা মমাগী মমীৎ অনীতু ঙাওই, মায়মু থর কংশনবগুম উরে। ওরাং অহিং থবায় মুঙাইতব অম তৌবদৌনা উরে। মমাদা হংঈ:— ইমানা খংহৌ হৌরিবসিবু করম্বা অথুবা অম লৈরবগে?

দয়াময়ী। মুমীৎ নীনিদগী লাকপনী, ওসি তরানিমুক শুরে। অসোমদা ঠাকুর-সাহবনা করম তৌরমগবা, শন্থী অতুম মচা পোক্কদৌবা অতুমু মতম ওইশিল্লক্লে, পাউ অমতমু ফংব্রে। বামু ক্ষুল কাদবমু কুইরে। ঐ থীম্বা য়াম্রে।

হায়ব্রিবশিং অসিমু লারথোকপা য়াবা অমতা নত্তে। অশেংবা মরমদী হায়দোক্তে, হায়বসি বিপ্রদাস খঙলতুনা হায়:— ওসিমক চপ্রবদী য়াম্রবরা ইমা?

দয়াময়ী। ইমাবু খায়র ইমা পনবা য়াম্রে। দিংজু চৎলু য়াম্রগা কনানো অমবু থিলহল্লু।

অতুমঙায়রে হায়রম্নগা মমাগী পদধূলি লৌতুনা মকোক্তা হান্নগা চৎপ্রে, মাগী কা চঙকপদা সতী য়াম্না তুকিং-তফিং লৈরম্মী। অমদা

চঙশিল্লক্ত্না সন্দেশ, হৈ-রা অঙাংগী শঙ্গোম য়োমশিন্দুনা পুনবা শেম্মী।

বিপ্রদাস। ইমানা তৌরিবসি করিনো? ইচে অদু নঙ খঙব্রা?

অন্নদা! ঐ করিমতা খঙদে। অয়ুক অঙনবদা ইমানা ঐবু কৌরগা ইমা পুঙ মাপনগী ট্রেন্দা চংলগনি গাড়ীদা বাম্নগা মামা মচা চানবা খর য়োমশিল্লু হায়।

বিপ্রদাসনা সতীদা হংবদসু মাসু করিসু খঙদে হায়।

অন্নদা খঙদবদী য়াই। মমানা তৌবা খবক সতীনা খঙদে হায়-বসিদী বিপ্রদাসদা ওক্লা থোকঈ। ওহাক রা ভাঙদনা লেপ্লগা মথাদা কুমথ্রে। চৎনা চৎনা খল্লী— ইমানা হন্দক তৌরিবসি মহৌশা তৌদবা মওংনী, করম্বা মুঙাইতবা অম লৈরবনো করিমতসু হায়দোক্কে।

দয়াময়ীনা যাত্রা তৌদুনা মথাদা কুমথরকপা অদু ট্রেনগী মতম য়াম্না বাৎলি, অদুবু য়ুম অদুদা ওহাক্তা পন্থনীংস্রে, খোঙ থাংদোকগা লোইরে অসিতা খনথ্রে। মাঙদা মোটর থাদুদা লৈরে, গাড়ী অমদা মাল-চাং হাপ্পুনা চাকরশিং কমদুনা লৈরে। ব্যাগ অম পায়দুনা বিপ্রদাস লাকপা উবদা দয়াময়ী ওক্তুনা হংই:— দিংভুদী কদাই?

বিপ্রদাস। মা চংলোই, ঐনা থিনবা তারে।

দয়াময়ী। কৈদৌরে? মা চৎলু য়াদ্রবরা?

বিপ্রদাসনা খেমজিন্দুনা হায়:— য়াদবা নত্তে ইমা! ইমানা হায়রবু মানা হীক্তোকপা মতীক্লা? অমুক্তবু হীক্তোকখিদ্রিনা।

দয়াময়ী। অদুদী করিগী চত্রিবা?

বিপ্রদাস (নোকমি নোকমি তৌদুনা) ঐনা চংলু হায়রবনী। লাইসেবাগী, শলগী দমক ইমানা মুংশা থৌরিবদু ঐসু ইশা চত্নুনা য়েংনীংলে, অদুননী।

মহৌশাদী মমা-মচা রা ভাঙনবা মতমদা নৌক্ত্না ভাঙনবনা নপী। ওসিদী অমতা নোক্কে।

অন্নদানা বন্দনাবু কৌক্লই। মাস্থু ইকুজহনা মপাগিদা চৎকে তৌরম্বদগী প্রণ—প্রপ লাকপদা মথাদা তৌয়হহু উবদা পূমঙক ঙকপ্রে।

দয়াময়ী। ঐখোয়দী ঙসি চৎলে বন্দনা।

বন্দনা। য়ুমদরা ইমা? য়ুমদা করি তৌরে?

দয়াময়ী। করিস্থু তৌদে। নোংমা নীনিদংগিনী হাযহনা ঙসি অম্নানিমুক শুরে, য়ুম থাদোকপা কুইরে। নখোয়গী বাবাগস্থ উনরমদ্রে, হৌগত্রিমালে শাউদনবা হায়ু। দ্বিজু লৈরে, নঙ লৈরে। নখোয়নী চঙহনা বাবাগী সেবা নীংথিনা তৌ। নীপামচাইমমা থেঙপ্রে লাকও হায়রম্নগা গাড়ীদা চঙহনা কমপ্রে।

তুংদা লৈরম্বদগী সতী চঙশিল্লক্তনা মনাউগী মখুৎ পায়বদা কপথোকপ্রে। ঐখোয় চৎলগেকো বন্দনা হায়রম্নগা মমীৎ নোইহনা গাড়ীদা মনেমগী নাক্তা ফম্রে।

বন্দনা চপ লেপ্তনা মুঙগী মূর্ত্তিগুম্না লৈহৌরে।

বাস্থু চঙক্তনা ইন্দোমচা ঐখোয় চৎলগে হায়হনা খুরুম্মী। মাদী কনাবুস্থু অমুক্তা খুরুমদ্রিবনী। বাস্থবু চূপ্লগা গাড়ীদা চঙশিন্দুনা দয়াময়ীগা মচেগগী খুয়াগী উফুল লৌরে। সতীনা বাদী ঙাঙদনা মনাউগী মথদাঙ শোকঈ। দয়াময়ীনা মখোল থোক্তনা আশীর্ব্বাদ তৌই, করি হায়না তৌরিবনো অহুদী থঙদ্রে।

মোটর থাপ্রে।

অন্নদা। ঐখোয়স্থু মথক্তা চৎলসি।

বন্দনা। নঙ চৎলো ইচে। ঐ চাকশঙগী থবক অমুক্তা লোই-থোক্লখিগে হায়রগা চৎপ্রে।

রায় সাহেবনা বোম্বে চৎপ্রগা ময়াম পুম্নপ বলরামপুর চৎপা হায়হনা ঙম্নাং মুংথিদ্দস্থু ঙাঙনবনী। ঙসিদি মহুগী থ্বাস্থু অফতা পম্লমদ্রে। থর লৈরগা নোংমতং লাক্কউ ফাওবা হায়রম্নদ্রে।

পুঙমুক লৈরগা চাগী মপোৎ মচৈ পুহনা বন্দনা মম্পাগী থাদা লাক্লে। মপানা য়াম্না মুঙাইতনা হায়:— ঐনা হৌগাঙ্হিংদো

ননেবেম্মথোয় চৎখিরম্লে, উনহৌদ্রে। ঐবু করি হায়রিগবা।

বন্দনা। বাবা। বোম্বেদা ঐখোয়দী কৈদৌইঙ চৎকনি?

মপা! নঙ বলরামপুর চৎকনি হায়বতুদী কৈদৌরে? চৎ-লরোইদ্রা?

বন্দনা। বাবাদি চাম্লনা ফত্রি। বাবা থনম্লগা করম চৎকনি।

মপা। ঐ ফরেনা। নঙসু বলরামপুর চৎপা য়াগনি হায়প্রবনী! চপ্রবদী ঐনা বোম্বে চৎপদা খিঞ্জিন্নম্বা তারেদনা। করি হায়বগে?

বন্দনা। মহু য়ারোই বাবা। লম্বী অমুক শাংবদা বাবাদা করম চৎকদগে। ঐ মহু য়ারোই।

মচাগী বা তাবদা নুঙাইরতুনা চৈরকঈ:— চরোদা হয়েং উনবা মতমদা নখোয়গী ননেতুনা মপা হনুবতুবু ঙহাক্তা উদবা ঙমদ্রে হায়রবা হায়তুনা লঙনরোইদ্রাও?

বাবা চ'রম্মো ঐ লাক্লগে হায়রম্লগা বন্দনা চৎখ্রে।

— —

১৪

সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে। বন্দনা লাক্লনা দ্বিজদাসগী থোঙজীন্দা লেপ্তুনা হায়:— অমুক্তা চঙকপা য়াগদ্রা দ্বিজুবাবু?

অমুক্তা নপ্রবসু লাইশীঙলক য়াই হায়তুনা খুম্মকঈ।

থোঙনা অনীতু থমথেংনা হায়দোক্লনা বন্দনা চঙকঈ। থাওমৈ অরৈবমথৈ লোইনা থাঙ্গৎলগা চৌকি অম চিংথোক্লনা থোঙ মপা অতুমক্তদা ফম্মী।

দ্বিজদাসনা পায়রম্বা লাইরিক অতু উপশিন্দুনা থম্লগা হায়:— করম্বা হুকুম?

বন্দনা। করি পাবীরম্লিব্নো?

দ্বিজু। ভূতকী ৱারী।

বন্দনা। অতিথিগা ভূতকী ৱারীগা কনাম্না চাউই?

দ্বিজু। ভূতকী ৱারীনা চাউই।

বন্দনা (শাউনা)। ফাগিসি মতৌম পূন্নমক্তা তৌবদী কজো। ঐখোয় বাবুখোয়গী য়ুমদা অতিথি ওইরি হায়বসি কাউবীব্রিদনা?

দি.জু। নাখোয় দাদাগী য়ুমদা অতিথি ওইরি হায়বসি য়াম্না ফজনা খঙই। নখোয়গী ফজনা য়েংননবা য়ুম্ব.না শিন্নরম্মী। ভূতকী ৱারীদা মুন্দম্না খনক খর শোয়রবস্থু ৱারৌবিগন্থু।

বন্দনা। ঐনা ওসি ঙুমীৎচুপ্পা খরায় লুতাইতনা লৈরিবসি খঙবিদরা?

দি.জু। খঙই।

বন্দনা। খঙেও? অদু কোক্লবদা খক খনবিদরা?

দি.জু। মহু তৌদবগী অতানবা মৈরমদী নহাম্না হায়খ্রে। অনীশুবদী মসি কোক্লবা তৌবা ঐগী শক্তি লৈতে।

বন্দনা। করিননো?

দি.জু। মহু ফাকপা চুমদে।

বন্দনা। মকম ঈখঙ খঙহৌদনা ইচেনা চৎখ্রিবসি করিননো?

দি.জু। নখোয়গী ইচেনা চৎখিবদা মতৌক লৈবা মানেনম্না হুকুমনী, মহাক্কী দোষ নাত্তে।

বন্দনা। ইমানা চৎখ্রিবসি করিননো?

দি.জু। মহু ইমানা খঙই।

বন্দনা। বাবুদা কবিমত্তা খঙদে।

দি.জু। ঈখঙ খঙদে হায়রবস্থু মীনম্বা তাগনি। ইতৈমা হাইফেৎ খঙবগুম তৌই, ঐস্থু মহুগী নাশোল খিক্তং ফংই।

বন্দনা। নাশোল থক্তিং ফংবহু ঐতৌদ্দা তাকখোকপিবা তারে।

দি.জুদসি ওহাক তুমিন্না লৈরগা হায়:— অদুদা ঐবু ৱাংলে।

বা অসি তাদবা ইয়া য়াপ্রবরা ?

বন্দনা। য়াদে, হায়দবা ইয়া য়াদে। ঐথোয়না হায়নখিবত্থু কাউবিরবরা—বাবুনা হায়বমখৈ ঐনা য়াবা ঐনা হায়বা মখৈ বাবুনা য়াবা। ঐদী বাবুগী য়াথং অমতা হীক্তোক্তি হায়রম্নগা মমীত্তা ঈরা চেন্নে।

দ্বিজদাস নুঙাইত্রত্থনা হায় :— বা অসি অর্থ লৈতবা ৱানী, অত্থনা হায়নী'দে। ইমানা চৎখিবসি নঙবু শাউবদগিনী। নঙগীনা দোষ লৈজদবা। দোষদী পুম্নমক ইমাগিনী। ইতৈমগীসু খিত্তং লৈ। মরমদী কোংনা য়াওপ্রবসু মনুংগী চক্রিসি থর য়াওবরা হায়না ঐ চিংনৈ। অত্থুগা মরাল ঈলৈ লৈজদবনা দ্বিজদাস মশা।

বন্দনা। চক্রি হায়বত্থু করিগিনো। মত্থু য়াম্না থুনা হায়বিয়ু।

দ্বিজু। চক্রিমক হায়বসু কয়া চুম্ফাত্তে। ইমানা আশা অমা চাউনা তৌরম্মী, মত্থু কায়রে। মত্থুগী নুঙাইতবনে, ওইনবনে, থোঙ্গবনে পুল্লপ তিনপ্রে। ইমানা নঙবু পাম্মুবগা নুংশিবগা য়াম্নবনী। শক্তা, গুন্দা, মহৈদা, বৃদ্ধিদা, থবক্তা মীনুংশি খঙবদা ইতৈমা নত্তনা নঙগা পাবীনীঙাই লৈতে ইমাগী পুক্নীংদা। কনানা মাবু ম্নেছনী হায়-রিবনো, অসুক চাঙ্খানবী ব্রাহ্মণবী অসিগুম্বদী ভারতবর্ষদা থিত্থনা ফংলোইদ্রে অসিনী ইমানা নঙবু হায়রম্নিবা। অসি হায়রগা দ্বিজদাস থেক্লা নোকঈ।

নোকপত্থু তারগা বন্দনা মথরায় নুঙাইতে। নুঙাইত-নুঙাইতনা মহাকসু নোক্লে'।

দ্বিজু। নোকপত্থুনা কায়ুরিবনী।

বন্দনা। করিগী কায়রিবা ?

দ্বিজু। মুন্না তাওকো। দয়ামময়ী. মচানীপা অনীনী। অহল অত্থুবুনা য়োনা থাজবা আশা পুম্নমক মঙোন্দা থম্না। অতোপ্পবুনা খমথেংনা চিংনবা, কিবা। অত্থুবু মচানীনা হুন্দোকিপা য়াদে। করম তৌরগা মাবু অমুক্তং শেমগৎসিগে হায়ত্থনা ইমাগী পুক্নিংদা লেপ্লে-নহাক্কী নরেংবান্দা। মচানীপা অতোপ্পবু থাজৎলদ্রাং সংসারগী মরুভূমিদা লায়না

লালহনগে। অদুবু বিধাতানা তমদে বন্দনাগী মরেংপান্দা মচানীপা অতোপ্পগী মকম লৈত্রে হায়বসি ওরাং সন্ধ্যাদা খঙলুরে। দয়াময়ীনা শাগৎলম্বা আশা পূম্নমক কায়হন্দুনা সুধীরচন্দ্র কৌবা নীপা অমনা মকম অদু কন্দুনা থমগ্রে, মহাকপু ঈপ্লোক্লবা কনাগী শক্তি লৈত্রে। অসি হায়রগা দ্বিজদাস কা পোকথায়না হোৌনা নোকগ্রে।

বন্দনা। অনুক থৱায় তানা নোক্লিবা অসিগী মরম্না করিনো ইমানা নীংজবা কায়রে হায়দুনা নোক্লিবরা? নত্রগা অদোমগী দশা কোক্লে হায়দুনা নোক্লিবরা?

দ্বিজদাস (নোকমি নোকমি তৌদুনা) খুবম শোয়বদগী ইমানা নীংথেংননা তুরিবা মুত্তিদো কুম্মৈগুম থোক্লবনিমা। অদুদা ইমাগী থোইদোক হেন্দোক্লা মাঙবদী লৈতে। রাখল হায়বসি ঐগী অসিনা লোইরে হায়নীঙাই লৈতে, মীনম্নু অমা হায়জিল্লকপা রাই হায়বা অসিমদী ইমান্নু খঙহৌরে। ঐঙোন্দা নত্রগা দাদাদা ইমাগী পুক্লিং অসি খিন্দুং হৎলম্বা থোক্লবদী ইমাগী ফিবম অদুক থৌরম্মোইদবনি। দাদাগা ঐগদী খঙডে, নহাক অসি য়াথং থাদুনা থাজগ্রবা মুপীনী। অদুগা নখোয় মশেনম্নু মুংশিনরবনী। অদুনা মসি ওম্নোক্লবা তৌবা ওই-থোক্লে, চুম্বম্নু চুমগ্রে।

বন্দনা। কনানা হায়দুনা তাবগে?

দ্বিজু। নখোয়গী বাবাদগী তাবনী। ঐখোয়না লাকপা মুমীৎ অদুমক্তদা নঙগী বাগদানগী রা ঐখোয়দা লোইনা তমগ্রে। শাউরুম্নু, তুররীংবা অহম্নীনা মরী-মতানী হায়দুনা ঐখোয়দা লোইনা হেক্তা তমথোকপনী।

বন্দনা। অসিনা ওইরে মুখর্জী মহাশয়না মৈত্রেয়ী য়েংঙৈ হায়দুনা ঐখোয়বু থারিবদো?

দ্বিজু। মদুদী ঐ হায়বা ঙমদে। মরমদী দাদাগী পুক্লিংদী লাই কাওবনা খঙদে হায়বদুনী। ঐনা খঙবা হায়ববু দাদাগী পুক্লীংদা মৈত্রেয়ী হায়বী মুপীমচাসি য়াম্না চথোনবী মুপী অমনী; বলরামপুরগী ইনাকখুল্লবা

অমসুং মীনা ইকাইখুম্নরবা মুখর্জী মযুমগী মৌ ওইবদা মতীকচাদবা মন্ত্রে অসিনী।

বন্দনা। অদোমদী মৈত্রেয়ীসি করম খল্লী ?

দ্বিজু। ঐখোয়গী ইমুংদা ৱাহং অতু লৈতে। ঐহাক্কী মীথাও অহুম শুবনী, অহানবগা অনীশুবগনা ইমাগা দাদাগনী। অনী অসিনা মখোয়গী সেবা তৌবা য়ারগনি খনবা নুপী অতুনা ঐগীদি অতুম লোইরে। মসি ইমুং অসিগী লেঙব্রবা নিয়ম্নী।

বন্দনা (নোক্তুনা)। হায়রিবা নুপী অতু বন্দনা ওইরবদী কমদৌবা ?

দ্বিজদাস মরাইবক্তা থুতুম্না শুতুনা হায় :— মতুগী আশাতু অরেম্বদা তাখ্রে বন্দনা। ফত্রবা রাহুনা পুনিমাগী থা উমখ্রে। কদাইদগীনো সুধীর হায়বা অমা চোংশিল্লক্তুনা দ্বিজদাসগী সনাগী লঙ্কা ইমাওমক্তদা মৈ থাতুনা উৎ ওলহনখ্রে। মসিগী ৱা অসি তৌরসি। হায়বা বন্দনা। ঐগী থম্মোয়সি কায়রে।

দ্বিজদাসগী নাটকী (লীলাগী) ৱাঙাং অতুদা বন্দনা থংমোক নোক্লগা হায় :— সনাগী লঙ্কা লোইনা চাকথিদ্রিয়ে দ্বিজুবাবু। অশোক বন লৈহৌরিয়ে। থম্মোয় কায়দবা য়ারি।

দ্বিজদাস মঙক হায়তুনা হায় :— মতু অরেম্বা আশানী। শ্রীরামচন্দ্রগী লাইবক্তা ঐগী লাইবক্তা মাম্নবা য়ারোই। ঐগী লাইবক্তী তান্থি তানা চাকথ্রবনী, মতুগী মৈ অতুনা আশা অপুম্বা চাকখ্রে, লৈত্রে, মাঙখ্রে।

বন্দনা। মাঙদ্রি।

দ্বিজু। কদাইদা মাঙদ্রিবা ?

বন্দনা। মাঙদ্রি লৈরিয়ে। দ্বিজদাসনা মরাইবক থীরগা বন্দনাসু লাইবকথীবী হেক্তা ওইগদ্রা ? ঐগী লাইবকপু চাকথেক্তুনা উৎ ওইহনবা সুধীরগী মতীক লৈতে। সংসার অসিদা কনাসু ওম্মোই, ইমপু ওম্মোই দাদাসু ওম্মোই।

মানা অয়োবীদা হায়রকপত্থদা দ্বিজদাস বা ভাওদনা য়েংহুনা লৈরে।

বন্দনা। কৈদৌরে তুমিন্না লৈরবনে। ঐগী পুক্নীং খওশিন্নদ্রিবা নত্রবদো?

দ্বিজু। খওশিন্নদবা নত্তে বন্দনা। হাইফেৎ খওবগুম তৌই! অহুবু য়াম্না চিংনরি।

বন্দনা। ওসিদগিদী চিংনবা য়াদ্রে। (ওহাক দ্বিজদাসবু মুন্না য়েংলগা) ঐনী করিমত্তা চিংনদে। ইহান হাননা উনবা মুমীৎ অহুদগী চিংনদে। ঐনা চৎলগে থোরকপদা মথক্কী কাগী মীহুখোঙদা লেপ্লুনা খুৎ থাজহুনা ইঙ্গিতনা বিদায় তৌরকপা অহুগী অর্থ ঐ খঙেঙাই হায়না খনবীবরা?

দ্বিজদাসনা অহুম য়েংহুনা লৈবা অহুদা বন্দনানা হায়:— চিংনবা লৈররিরোইনা চৎপ্ররিনিনা?

দ্বিজু। থিজুংগা কন্না তান্নবদী চৎপ্রনি।

বন্দনা। য়াকোইসি খিৎ তোকও। খওলবসু খংশিন্নদনা লৈরি- বহুবু খওনবা তাক্নবা ঐগী লম্বী লৈতে।

দ্বিজু। ঐবু তাকদোবা নত্তে ইমাবুনে। ইমাবু কমদৌনা তাকদগে?

বন্দনা। ইমাদী তাক্লবস খওবনী। ইমানা ঐবু মচাম্নুপীগুম্না মুংশিবনী। ওসিদি ইমা থর ফিংপ্রে। ইমানা খনপ্রিবহু অয়ানবনী হায়হুনা ইমাদা হায়বা ওমত্রবদী ঐ করিগী আশা অমুক তৌরুখিগনি। ঐগী বাথল করিসু লৈতে দ্বিজুবাবু নোংমা নত্রে নোংমা বা অসি ইমাদা শেংদোকখিগনি হায়রম্লগা লোইরমদাইদা মপি তরং চেন্দুনা খোনকম কায়না কপপ্রে।

থর থর চিংনবগুম লৈরম্বা অহু মাগী খোনকম কায়রকপা অমসুং মমীৎকী পি অহু উবদা পুমকোক কোকপ্রে। অসিদি তাৎ নত্রে খন্দুনা মহাকসু থরায় শোক্না হায়রকঈ:— বন্দনা নও কপ্লবোরে?

বন্দনা খুমদনা পি তৈথোক্লুনা অমরোমদা য়েংহুনা লৈরে।

দ্বিজদাস ওহাক রা ভাওদনা লৈরগা য়াম্না তপ্না হায়রকঈ:— সুধীরদী নওগী নকমদা করিসু লান্দে।

বন্দনা (মমায় ওনশিল্লক্তনা) অচুম-অরানগী ৱাদী করিস্থ লৈতেনা। মহাক ঐঙোন্দা লানথ্রে, লমন খুমখিগনি হায়রিবরা ঐবো ?

মসিগী বা অসিদী কান্নদে হায়বা খঙলহুনা দ্বিজদাসনা হায়রকঙ্গ :- সুধীরদী নখোয়গী সমাজগী মীনীদো। শিক্ষাদা চৎনবী ব্যবহারদা মুখর্জীখোয়গী ইমুংগী নহাক্কা করিমতা চান্নরোইদো। করিগিনো মখোয়গী কৈশুমশঙদা পুনশিচুপ্পা লেল্লগদৌরিবসিবো ? ঐগীদমক্তরা ? হৌজিক্তি খঙঙোই, মতুংদা নঙনা শোয়খিবাসগী অনুতাপ লাকনি। নঙনা ঐবু করম্বা মওংদা করম্বা ফিবমদা উরিবনো খঙদ্রে। ঐহাক্তা, ইতৈমা ইমা, দাদা ঐখোয়গী লাইশঙ লাই, অতিথিশালা, মরীমতা পুক্নমক অসিগী মনুংদা লৈরিবনি। ময়াম অসিদগী লাপথোক্লা, তোঙান্না ঐবু কৈদোঙৈদস্থ থেংনরোই। অসিবু নঙ হৈনগদ্রা ? খাঙবা ভমগদ্রা ?

বন্দনা। খাঙবা ভমদ্রবদী শিনবা লম্বীস্থ মক্কম পুম্নমক্তা মতম পুম্নমক্তা লৈনা। ঐবুস্থ করম খনবীরিবনো খঙদ্রে। ঐহাকস্থ ঐগী ইপুরোইববু ইনেম, ইতৈ, ইচে, লাইশঙ লাই অতিথিশালা মরীমতা, ময়াম অসিদগী তোঙান্না লৈবা করিস্থ পামজদে ময়াম অসিগী মরক্তা লৈরগা ঐগী ওইজবা পামঙ্গ, ঐস্থ মরক অদুদা য়াঙশিঙ্গবা পামঙ্গ।

দ্বিজু। মসিগী ৱাখল অসিদী নখোয়গী নত্তে কনাদগী তম্মুই ?

বন্দনা। কনানস্থ তম্বীদে। ইমাগী নাক্তা লৈহুনা ইতৈইবুঙোবু য়েংবদগী ইশা ইথন্তা থংজবনী। ইমুং অসিদা থবক পুম্নমক্তা ইমানা প্বাইদগী চাউই, মথংদা ইতৈইবুঙো, মথংদা ইচে, মথংদা দ্বিজুবাবু। অম্নদাগীস্থ ইতোপ তোপ্পা মক্কম অম লৈরি। ঐনা করিঙম্বা ইমুং অসিদা খোঙদাকম ফংলবদী ময়াম অসিগী মমৈদা ফংগনি, মত্থ অচুম্বনী হায়না লৌগনি।

বন্দনাগী ৱা তাবদা দ্বিজদাস ওঙ্গোক্লা পেংনথ্রে, থবায়স্থ হুঙাই। ৱাখল অম তৌরুবদগী অমুক কল্লপ্পা হায় :— ইমাদা ময়াম অসি হায়রুহুনা কান্নদে। ইমানা নঙবু মচাম্নপীদৌনা হুংশি ঐ খঙই।

ইমাগী আশাদী নহাকপু ইমুং অসিগী মৌ অতোম্বী ওইহল্লমগা নচীন্নাউ অনীদা পূম্নমক শিন্নরম্নগা কৈলাস চৎকে, অমুক হল্লকপা ঙমদ্রবস্থ ফরে, লম্বীদা শিধা থোক্লবস্থ ফরে অসিনী। অদুবু হৌজিক্তী মহু থোকপা য়াদ্রে। ইমাগী মম্ভা বাগদান তৌগ্রবা হায়বসিদী পীঙ্কবনী লোইরে, নশানস্থ য়াগ্রবমীনা মহাক অদু মপুরোইবনী। লুহোঙবগী মন্ত্র শোগ্রি হায়দুনা নঙনা থাদোক্কে হায়বদী য়াই। অদুবু অহাঙবা যক্ষম অদুদা দয়াময়ীগী মচানা চঙদুনা ফম্ন্বদী ঙম্মরোই।

মসি তাবদা বন্দনাগী শকক্তম ওল্লী অদুগা হংই :— দিজুবাবু! ইমানা অসিমক য়েৌনা হায়রম্বরা?

দিজু। হায়বস্থ ওইথোক্কবা নস্তেনা। ইতৈমনা হায়রম্বদী— ইমানা খ্বাইদগী হেন্না থবায় শোকপসি সুধীরগা নথোয়গা জাত তিম্নদবা অসিনি। অশেংবদী মথোয় অসি জাত য়েংদে। মসিদী লৌথৎপা য়াস্রবা পোৎ অমনী।

দিজুবাবুগী মতম্ভ অহরনে?

ঐদী হায়গ্রিবদুনী, মীথাঙ অহুম শুবনী। ঐগী ম্বা চত্তে।

রায়সাহেবকী চাব মতম ওইশিল্লক্লদুনা বন্দনা হোগৎলগা হায়রকঈ :— বাবাগী ছুটি লোইরে, হয়েং চৎলগনি। ঐবু বাবাগা চৎখ্রো হায়বরা?

দিজু। ঐবু কম্নি থুম্মু হায়বগে বন্দনা? চৎলবস্থ ঐবুদী লাম্না লৌগম্বকো মুন্না থঙঙ হায়বা। নঙগী ম্বা পূম্নমকসি মহুৎ শিন্দুনা ইমাদা লোইনা হায়গনি, করিমতা ঈকাইরোই। অদুদগী ঙসি সন্ধ্যা অম্নিনে, ঐথোন্নগী বন্দে মাতরমগী মন্ত্রনে অনী অসি অদুম কাউদনা লৈগ্রগদৌবনি।

বন্দনা করিস্থ থুম্নমদনা তুমিন্না থোকখ্রে।

---

১৫

মাগী কাদা হল্লক্লগা বন্দনা মথল্লায় য়াম্না মুঙাইত্রে। ইকাইবা খঙদবী মুপী অমগুম্না মাগী থম্মোইগী বাস্থু লোইনা হায়দোক্লরে।

দিবজদাসনা হৈনীংবস্থু উত্তে, হৈনীংদবস্থু উত্তে। মঙোন্দা মুঙাইবা বা অমতস্থু তাহন্দে, মপূক ফাজিনবীরকপস্থু তৌদে। লঙনবাদোনা ঐদী মীথাঙ অহুমগুবনী হম্না হম্না হায়রকঈ। ইমানা হায়বনী হায়হুনা মানা হায়রকঈ:— বাগদানগী অর্থদী সম্প্রদাম্নী— য়াথং থাগ্রবদী কংগ্রবনী। অহুগা সুধীরগী অহাঙবা ফম্ফমদা দয়াময়ীগী মচাদী ফম্মোক্ত।

মহাক্না কপ্না উরগা চানবীরক্তনা বন্দনাগী বারীসি মমাদা হায়গনী অসীদং হায়রকঈ। অসিদস্থু নত্তনা ইমুং অহুদা লৈরিবা ময়াম অহুদগী খাইদগী তোম্না লৈগনী হায়রুবা। পুম্নমকসি নীংশিংলুবদা ইকাইমুংশি য়ামহুনা বন্দনা লৈফম খঙদ্রে।

মপান্দগী কনানো অম চঙক্তনা রায়সাহেবনা কৌরি হায়ররে। মপাগী কাদা চংগ্রে। বিপ্রদাস হল্লক্লগা রায়সাহেবকা মাগা বোম্বে চংপা হায়হুনা লৈবনী। অহুবু মানা কন্না ভকপদগী রায়সাহেবস্থু হয়েং চংপা তারে। মহাকস্থু কপ্না কপ্না অহুম তুমথখরে। লোঙাল্লগা হোংগক্তনা মপাগীগা মহাক্কীগা পোং-চৈ য়োমশিল্লে। টেলিফোন তৌহুনা গাড়ী রিজার্ভ তৌরে। বোম্বেদস্থু তার তৌগ্রে। সন্ধ্যাগী ট্রেন্দা চংকদোবনী, অহুবু ঙাইঙমদ্রে।

পুঙ মাপল তাবদা অম্নদা চঙকপদা ইঙক ঙকগ্রে।

বন্দনানা মাগী ফি অমোংপশিং অহু তুরঙ্গ মম্নুংদা হাপচিল্লমই অম্নদা উবদা হায়:— ইচে! ঐথোয় ঙসি চংপা তারে।

হয়েংনীনা চংকদোবদী ইবেম্মা!

নত্তে, ঙসিনী ইচে হায়রগা মাগী থবক অহুম তৌহুনা মমায় হাঙ্গীগত্তে।

ঙহাক বা ঙাংদনা লৈরগা অম্নদানা হায়:— নঙ রামরিনি, ঐহাক থুপচিনবীগেদনা ফি-রোন্দো।

ঐগী ব্বাবা থনবিরুনু, ইচেগী থবক্তুম তৌরু।
মহাক ইমুং অসিগী মী থুদীংমকপু হঙ্গোইবগুম তৌরে।

মরমদী থগুদে, মন্নাম পঙশাউদা শাউনরে হায়বসিম্মদি অন্নদাসু থগুত্তি। ইমানা ঙরাং থগুহৌদনা চৎখ্রে, ঙসিনা বন্দনা অমুক চৎক-দৌরে! অন্নদাদী মী শাউরে হায়দুনা শাউবা মী নত্তে, য়াম্মা ঈংবা নুপীনী। য়াম্মা নুঙাইতনা হায়:— ঐনা ঙসি হৌগৎপা থর থেঙগ্র-মালে, ঐনা লাল্লবনী শাউন্নুকো ইবেম্মা।

বন্দনা মমায় হায়গক্তুনা হায়:— নংনা থেঙনা হৌবগী মরম পীধু হায়দে, পীকম থোক্লগা দ্বিজুবাবু মাগী কাদা লৈবনী, মঙোন্দা পীরু, মানা মপুনী।

মথন্তা পোক্তুনা বন্দনাসি য়াম্মা কেনা য়োক্লকঈ। অদুনা মীনা মঙোন্দা খোল অকনবা শীজিন্নবসু হৈতে। অন্নদাদা কল্লপ হায়দোক্লরগা ঈকাইরক্লে। অন্নদাসু ঈকাই-ঈকাইনা শোল্লপ্না হায়রকঈ:— ডাক্তর চৎখিবদগী ঐ তুম্মরাই থনবনী। তুম্বসু তুমদে হায়বসু য়াই; ফক্লাংদা ঙাদুনা ফংবদগী ঙহাক উইরুরমালে অদুনা থেঙদোকপ্রবনী। নঙনা মপুগী ব্বা হায়রিবদুব্ব নহাক্কী মপু নত্রা? ঐবু কয়ারক শোয়প্রবগে? হৌগৎলুনে, ঐ লোইশিনগে পোৎ-চৈদো।

ব্বা অদু মুন্না স্তাহৌদদুনা বন্দনানা হংলকঈ:— ডাক্তর চৎখ্রে হায়বদী করিনে'নে ইচে?

অন্নদা। ঙরাং অহিং দ্বিজু মশা য়াম্মা ঙমদ্রে। অদুননী অসিদা লাক্তুবা। ইমাবু মানা থিনগদোবদু মশা ঙমদদুনা "ইমা থগুহল্লুরনু, দাদাদা হায়দুনা মহাক চত্তনবা শীল্লু ঐ য়াম্মা শোনথরে হৌগৎপা ফাওবা ঙমদ্রে" হায়বদগিনী। দ্বিজুসে ঐহাক্লা য়োক্লকপনী হায়বা য়াই, অদুনা মানা হায়নীংবা পূম্নমক ঐঙোন্দা। ঐদী নুংশা থীদুনা নশা ঙমদ্রগা করিগি ঐঙোন্দা হায়দে, করিগী লোক্তুনা থমই হায়। মাগিদী অসি মঙায়, অরুবা ব্বা লৈরবসু নোক্তুনা তোকথোকঈ, করি-মত্তা থৌ-ব্বা শাদে। নোক্তুনা ঐঙোন্দা হায়:— চৎলো ইক্লে। নহাক মখোয়বু বিদায় তৌরুরো মখোয় চৎপ্রগা হৌগৎকে

ঐদী। মহাকসি ইমাগা কম্না পক্লদে, লোয়নথুনা, চংপাককাসি পামদে। অত্থুনা ওইরমালে খন্দুনা ঐস্মু মথা তাক্লদ্রে। বড়বাবুনা ময়াম থিনবা চংদ্রে। অসোমদা দিওজুনা মুমীৎ অত্থু হীপ্তুনদা লৈরে, করিস্মু চাদ্রে। মুমীৎয়ুংবা কান্দা ঐনা চঙথুনা হংলুবদা করিস্মু তৌদে হায়। মশক য়েংবদদী য়াদ্রে। ডাক্তর কৌরুগে হায়বস্মু য়াদে দাদাগী শেল চংহনগনু ইচে! শেল অরেম্বদা মাঙহল্লী হায়থুনা নঙবু ইমানা শাউনি অসিনী মানা হায়রিবা। ইমাগী মফমদদী মহাক য়াম্না থোঙ্ঈ, ওইন-চাওই। করিস্মু চাদনা ফমুংদা অত্থুম লৈরে। মুংথিন্দা অমুক হংলে— করিস্মু তৌদ্রবদী ফমু'দা অত্থুম হীপ্তুনা লৈরিবদী করিগিনো? অত্থুদা মানা হায়:— "হীপ্তুনা লৈবগা মান্নবা পূন্য লৈতে হায়না শাস্ত্রনা হায়রি ইচে। নঙ করিস্মু মুংশা থীরুনু।" মাগী ফাগি-ফরাং অত্থুদা শাউ-নীংথুনা ঐস্মু অত্থুম লাক্লে, মুংশাদী অত্থুম থীরি। মাস্মু লাইরিক অম লৌথুনা পাহৌঈ।

ওহাক লৈরগা অম্নদানা অমুক লীথরকই অহিং নোংয়াঈগী অত্থু-রাইদা ঐগী থোঙথীল্লরে। ঐনা কনানো হংবদা ঐনী ইচে থোঙ হাংদোকউ হায়রক্লে। অহিং অস্মুক থেঙবদা দ্বিজুনা লাক্লিবদী করিগিনো হায়থুনা ঐস্মু য়াম্না কিংনা হৌগত্তুনা থোঙ হাংবদা মাগী মশক অত্থু করিনো অম তৌরে য়েংবা য়াদ্রে; মমীৎ অনীথু কুশিং কুৎপ্রে, মখোল শোক্লে, মশাস্মু নীকঈ অত্থুবু নোকপদী অত্থুম নোকঈ, মমীৎ অনিথু হস্নবা য়েংলগা হায়:— ইচে ঐগিদী হায়ফম লৈতবনীনা নহাক্কী তন্বা থুগায়রে, শিরবস্মু নঙগী নতম্পাক্তা মোন থাঙলগা শিগে হায়-থুনা লাক্লবনী। অসি হায়রগা অম্নদা হীক্লা হীক্লা কপথরে। কপ্পথু তোকপা ওমদথুনা ওহাক হীক্তুনা লৈরে অত্থুদগী অমুক মথা তারকঈ:— মাবু কোল্লগা মাগী কা তাম্না পুরে, হন্দোক্লে (ওগে) ইত্তুক্তনা তৌই, মপূকস্মু অমুকমুক নমঈ। নোংঙাল্লরোইদোবোই নীংশ্রে, মুংশাশ্বর হেক থিংপ্রবদী হায়থুনা শ্বাই শ্বাই লাউরে, ঐ লৈফম খঙদ্রে। ডাক্তর কৌহল্লুথুনা লাক্তুনা হীদাক পীজরে। ঈশিং অশাবনা হীগা য়ৈরে,

চাকর ময়ামস্থ অত্থম ফমত্থনা লৈরে, অমতা তুম্মদ্রে। নোং ঙাক্ফংং ঙাক্ফংং তৌরকপত্থদা দিংজুসি তূমথথরে, ডাক্তরস্থ করিস্থ তৌররোই হায়রগা চংগ্রে। অহিং তৌখিবদো ইমাইপেমা! খল্লবদা মমঙ্গ, মঙদৌনা তৌগ্রে। অসি হায়রগা অন্নদা ফিজিনা মপি অমুক তৈথোকঙ্গ।

বন্দনা। ঐদী করিমতা তাহৌ-খঙহৌদদো ইচে? ঐবুদ কৈদৌদনা হৌদোকপিরক্তে?

অন্নদা। অধূক্তা করিনো অম তৌখিবত্থদা ইচেনা নঙোন্দা তায়রদ্রবনী ইবেমা। দিংজুদী তাকউ মহায়জবনী।

বন্দনা। দিংজু বাবুনদী ঐবু তাকউ হায়বোরে? (ঙহাক তুমিন্না লৈরগা) হৌজিক্তী কমদৌহৌরি ইচে?

অন্নদা। ফরে তংমহৌরি, ডাক্তরনা সন্ধ্যাফাওবা মীকপ থোক্লোই হায়বমঙ্গ। বড় বাবুদং লাক্লবদী ঐ লোইরে।

বন্দনা। তাকপদী তাকগ্রবরা?

অন্নদা। দত্ত বাবুনা তাক্লংদবস্থ লাক্কদৌবা লৈরে হায়।

বন্দনা। হৌজিক্তী মনাক্তা মী লৈহৌরিবরা?

অন্নদা। অনী ফমহৌরি।

ডাক্তরনা করম্বা মতমদা লাকপা?

সন্ধ্যা য়ৌত্রিঙৈদা লাক্কনি করিস্থ হুংশা থিরুম্থ হায়রমঙ্গ।

ডাক্তরনা করিস্থ তৌরোই হায়বত্থদা বন্দনাস্থ নুংশাথীবা থিত্তং ফৈ। অত্থগা হৌজিক মাগীস্থ করিস্থ তৌরুনীংঙাই লৈতে।

বন্দনানা মপাদা দিংজদাস মশা ঙমদ্রে হায়ত্থনা তম্মংই। অতৈ থোইদোকপা হায়দে।

রায়সাহেব (পাখত্তংনা)। কদায়, ঐদী করিমতা তাদেনা

বন্দনা। হৌজিক্তী তংমহৌরি হায়, থুগায়রুবা চুমদ্রে।

রায়সাহেব। টিকেট লৈরু হায়ত্থনা মী থাগ্রে, গাড়ীরিজর্ভ স্থ তৌগ্রে। চংপসি য়ৈথোকপা তারিবরা?

বন্দনা। করিগী তোল্লংগদগে বাবা! ঐথোয় লৈরগা করি তৌনি হায়বগে?

রায়সাহেব। করিবুদি তৌরুগদৌবা লৈতে। অদুদা……….

বন্দনা। কায়দে বাবা! অমুক য়েংথদুনা কায়দে, পুক্নীং অমুক ওল্লক্লসু। হাঁয়রগা বন্দনা থোকখ্রে।

সুমীৎ ফন কারে। অন্নদা বন্দনাগী কা চঙদুনা ফম্লে। মখোয় যাত্রা তৌগদবা পুঙ অনীরোম রাংলি। বন্দনানা হংঈ:— দিজুবাবু করিসু তৌরেদনা ইচে?

অন্নদা। করিসু তৌদ্রে, তদ্মহৌরি।

বন্দনা। ঐখোয়না চংলমদাইদা কনামতা উনদনা চৎপা তারেদো। অমনা তত্মদগী মীকপ থোক্লি, অমনা থুংলবা মতমদদী ঐখোয়দী ট্রেন্দা অা — য়োরনি।

অন্নদা। চুম্মী, বড়বাবুনা লাক্কদৌবদী সুমিদাংগী পুঙ মাপনগী অদুরাইদনী। বড়বাবুদবু লাক্লবদী নুংশাথীবা কোক্লে।

বন্দনা। নুংশাথীফমদী করিসু লৈত্রেনা।

অন্নদা। অদুবুদী চুম্মী, ঐনা হায়রিবসিনা রাখল অমদগিনী। মহাক লাক্লবদী দায় পুন্নমক মাগী ওইগ্রেদনা। লৌশিংদা, থৌনাদা, বিচারদা লেম্বদসু করিমতা নোপ্তবা নীপানী। মহাক লৈরবদী ঐখোয় পুন্নমক খোংনাংমথাদা উরুমদা ফমদুনা পোথাবগা চপমান্নেয়ে।

মতম অম ওইরবদী মখোয়গী মপু থাগৎলী হায়রমগদৌবনী, অদুবু ঙসিদী হায়দ্রে

অন্নদা। দিজুনা ঈতোপ-তোপখ্রে। অনী অসি পুক্নীংসু শাজংসু অমমম্নী।

বন্দনা। কমদৌনা?

অন্নদা। হায়রিবসিনীনে। দিজুদা মখৌ নৎপা নত্তবা, চোপ্পা লেম্বা, অরুম-অয়াং লৈতে। ইবেম্মখোয়গী ইচেবেম্মনা হায়বা লৈ, দ্বিজুদী শরৎকী লৈচিন্নী, নোংথাঙসু কুপ্তবা, নোংসু তাদবা, কোয়পাই পাইদুনা অদুম লৈবা। থবক্তা নুরবদী মাদী নোক্তুনা লৈ, করিসু থৌশাদে। যুগ্নানবসু নত্তে, লম্বোইবসু নত্তে। মীনা শেল পীরম্নে,

ফংলে হায়রতুনা সহি হেক্তা তৌথোকঈ, মঙোন্দা হিসাব ককা লৈতে। মঙোন্দগী মী কয়াস্থ হিংনখ্রবনী।

বন্দনা। ইতৈইবুঙোনা করিস্থ শাউগ্রা, চৈত্রা?

অন্নদা। য়াম শাউরিপোৎনী, ইমানা অমুক হেল্লী। খর ভাণ্ডারে হেক্তা মাঙখি থিবা ফংদে। মতৈমনা কপ্পনে লাউবনে তৌরবতদা ময়াম চঙতুনা থিহনা পুরকঈ। অসিনদী য়াবা পোৎ নত্তেদো। ময়ম পাল্লকনী মচা পোক্লকনী, মতম অতুদা অসুম্না লৈরবদী মীগী শেল তোল্লকনী, য়াম্না মতা চারোই।

বন্দনা। নথোয়দা থক হায়বীগ্রা?

অন্নদা। য়াম্না হায়রিপোৎনী তাবীদে। নথোয়না করিগী রাবীরিবনো। ঐনা শেল পুথরগা ইতৈমা দৈদ্রি কৈদৌনি, মঙোন্দা ময়াম চঙতুনা তাইনরগা লোইরে।

বন্দনা (নোক্তুনা)। ইচেদী করি হায়?

অন্নদা। মনাউনীপাবু লুনা তৌমনগ্রহুনা হায়তুনা কাম্লদে, মহাক্না হীকথোঙভী। নথোয়গী নচেনা হায়বা তাউনেসে—ঐথোয়না চারগা দিজুনা চরা হেনবা য়াবরা? ঐগী লুপা লাকই, মসিনা হৈনা হোৎনহনা অতুম পাননী। বড়াবুনা মাগী সুপা লাখতু পায়রতুনা সুঙাইনা অতুম পাঙ্গসনু, মঙোন্দা করিস্থ নিঙ্গোই হায়দোকঈ।

মচেগী রা তাবদা বন্দনা সুঙাইজে। মথোয়গী সমাজদদী অসিগুম্বা উবদী হায়রুনু, রারী ওইনফাওবা তাদে।

মথোয়গী ইমুং অসি চাকখুম অমতনী। অন্নদা অসিমক চুম্নগী মনাই সুপী নত্তে, দিজদাসগী মচেনী। ভাওঈ হায়রিবা দিজদাস মচীম্নক্না হায়থিবা "ইমুং অসিদগী ঐবু তোঙাম্না তোপ্পা থেংনরোই" হায়বহু মুম্না ভাব তারে। অন্নদা অসিস্থ মচানীপা অতু থবক তৌতুনা ফজনা য়ুম পুবা ঙম্লে। মচা কোন্দুনা সুঙাইনা লৈথোকপা রারবনী অতুবু সুংশিনখিবদগী ইমুং অসি থাদোকপা ঙমত্রে, ইমুং অসিস্থ মা রাওদনা পানবা লুরে মাবু অতোপ্পনী থনখিত্রে। মথোয়গী ইমুংগী

রারীসি বন্দনা মখা অমুক তানীংলি। অতুবু মপানা চৎপা মতম ওইরক্লে হায়তুনা মী থাহ্নুনা কৌরক্লে।

মথাদা কুমথরক্তুনা রায়সাহেবনা মচাবু কৌরক্লে। মশানা তক্রুবদগী বন্দনা ঙসি ইচৎ চৎনীংদনা চৎপা তারে। তাঙ্গা চাবদা অমুক্তং লাকখিগে চপযুংনা থনখি। ইমুং অসিদা মানা সুঙাইবগী মঙ অম মঙখিবতু কাউদ্রি। করিগুম্বদস্ত্ কাউররোই। লম্বী অচুম্বা চঙনা দিজদাসকী মাঙ্গোংল্লোমদা শমতুনা লাকঈ। মানা য়েংশিনখিবদা হাংলিবা মীল্লুংথোঙ অতুদা দিজু উবা ফংদ্রে।

মোটর মনাক্তা দত্ত বাবুস্ত্ লাক্লে। রায়সাহেবনা চাকর ময়ামদা য়েনবীনবা লুপা য়াম্না পীরম্মী। চংলমদাইদস্ত্ উনদ্রে, য়াম্না সুঙাইত্রে দ্বিজদাসগী পাউ য়াম্না থুনা পীরকউ হায়রম্মী।

দাড়ী কারমদাইদা বন্দনানা অম্নদাবু নাকল অমদা কৌথোক্লগা হায়ঃ— ইচে নঙদী দ্বিজুবাবু য়োক্নকপনীদো, হয়েং নমৌ লাক্লগা খুদোপ অসি মথুত্তা শিবীয়ুকো হায়রগা মথুত্তগী থুদোপ লৌথোক্তুনা অম্নদাদা পীরম্লগা গাড়ীদা চঙতুনা মপাগী নাক্তা ফমথরে।

মোটর থারে। চাকর ময়ামগা দত্তবাবুগা নমস্কার তৌহৌঈ।

বন্দনানা লোম্না মথকলোমদা য়েঙ্খৎলী। মী উহন্দনা রা ভাংদনা ইঙ্গিতনা বিদায় তৌনবা দিজদাস লেপ্লমদ্রে, ঙসিদী ফমুংদা মানা চৎপা থঙদনা লৈহৌরে।

— —

১৬

দয়ামযীনা বন্দনাবু ঈংহোকখিবসি সতীনা মথরায় শোক্না সুঙাইত্তে অতুবু মনেমদা করিস্থ হায়জবা ঙমদে। চিঠি অম ইরগা মনাউদা থর

পীবিষ্ হায়ত্না মবুঙোবু ইমুংদা কৌশিল্লগা হায়জৈ। মতম অসিদা দয়ামরী চঙকঈ। মমাইংদা অপুম্মা অমুক্তা তৌদে, অদুনা মচাগা মমৌগা ঈঙক ঙকঈ। সতীনা মপাল থোক্কে তৌবদা মনেম্মা খামদুনা হায়:— ঙাইখো সুপীমচা! নতুংদা ননাউগী ৱা ঙাঙনীংদে। বিপিন! ঐনা য়ুমদা থংহল হল্লকপসিগী মরম নহাক খঙবরা?

বিপ্রদাস। থাঙ্গেশেংবদী খঙদে করিনো অম তৌগ্রমালেদী খল্লী।

দয়ামরী। রায়সাহেব হয়েং বোম্বে চৎঙনী, মহাক চৎঙগা, বন্দনাদু অসোমদা লাক্কনী মচেমগী মনাক্তা মতম খর লৈরনি হায়। মানা শিংলবদী অসোমদা করিসু লাকনীঙঙ্গরোই। মপাগা অদুম চৎথ্রনি। সুপীমচা নঙ সুঙাতবা তৌগনু নঙগী ননাউদু অসোমদা পুরক্কপা য়াবা মী নত্রে।

বিপ্রদাস ঙক্তুনা ৱা ঙাঙদনা লৈরে।

দয়ামরী মখা তারকঈ:— মাদো য়াম্মা সুংশিবনী, ইমুং মনুংনী হায়না খনবনী। চাল-চলন্দা খর কায়বা, শোয়বা য়াওই, মদুদি স্কুল কলেজ তম্বগী ফলনী, অদুম ফরক্কনা খনবনী, ফরবসু ফত্রবস্ সতীগী মনাউনা লমলানবা নত্তে। অদুবু কায়স্থ শাগেগী নীপা অমদা লুহোঙগনী হায়বদু ঐনা য়ানীংদবা থেংগ্রে। মহাক বামোন্নবৌনবু অদুম তৌবা হৌনবরা?

বিপ্রদাস। অদুগী ওইরে, ইমানা ফং হৌরক্লিবসে। মখোয়দী জাত য়েংদে, লৌনবা য়াবা য়াদবা লৈতে। ইমাবু তাত্ররনে?

দয়ামরী। তাবদী হাইফেং তাঈ, ইমীংমরুদী উদ্রি। অমবু ওইরবস্ অমবু ওইরবস্ মহাক ঐগী যুমদা লাকপ য়াদে (বিপ্রদাস তুমিম্মা লৈরুদা) কৈদৌবে খুমত্রবদে?

বিপ্রদাস। করিসু খুম্ফম লৈতেনা। ইমাগী য়াথং লাকপা য়াদে হায়রে লোইরেদনা।

বিপ্রদাসগী ৱা তাবদা নীংজিংমাঙজিংনদুনা দয়ামরীনা অমুক হায়:— অদুবু য়াথং অদুবু চুমফাত্রবরা হায়বনী?

বিপ্রদাস। কয়া চুম্মোইদমালে। মশাদী করিস্নু লাঞ্জদে। মখোয়গা ঐখোয়গা চাল-চলন মায়দে, মখোয়গী সমাজদী জাত য়েংদে অদু খঙনা খঙনা লাকউ হায়রদুনা ইমানা কৌবীরুরে। ইমানা থল্লম্বনা মখোয় মচৌন্দদা হায়বনী, চায়না তৌরম্মোই। মসিদা ইমানা শোয়ধবনী। অদুনা হৌজিক সুঙাইহৌদবনী।

দয়ামযী। অদুবুদী চুমীনে। অদুবু মাগী লুহোঙবগী রাকম অসিবু নঙবু তুক্কচ্রনে?

বিপ্রদাস। চায়না হোঙখিবমক্তী নত্রিদনা। হোঙথবস্নু ঐখোয় করিস্নু শাউফম থোক্তে। মখোয়না পামজবা, থাজবা অদু তৌজখিবনী, কনাবুস্নু নমথাক তৌদুনা চেন্নরমদে। মখোয়সিদী, ঐদী য়ানীঙঙী। কলিকাতাদা কাঙব্ অম লৈরিয়ে, মখোয়স্ জাতকী রাখল তৌদে। হায়নখিবা, ঙাঙনখিবস্ করিস্ থোশাদবা, থবক্তা হেক্তা থোক্লবা মখোয় অদু ওইরে ঐনা য়াম্না য়ানীংত্রিবদী। ইমাগী দ্বিজুসি মখোয়গী জাতনী।

বিপ্রদাসগী বা অসি দয়ামযীস্ য়ানীংদবা নত্তে। ফরে বিপিন! বন্দনাবু নঙ হঙ্গোইদ্রবদী মানা শোকপা পোং চাদ্রিবদী করিগীনো? ঐনা মাবু চাকশঙদা চঙহল্লুই হায়দুনা চাকশঙদা চাক চাত্রে, ঐগী কাদা চারে। মদু ঐ খঙেঙাই নীংত্রা?

বিপ্রদাস। অদুব্ খঙত্রবদী ইমা নত্রেদনা। ইমা! ঐদী জাত য়েঙঙী, অদুনা মানা শোকপা চাদবনী। জাত য়েঙঙরোই থনবা সুমীত্তদা মাগী মখুং হেক্তা চাগনী।

দয়ামযী। মহাক লাকে লাকসনু, লাকওই হায়বস্নু তোকসনু। রাকম অসিদী মহাক খঙহনবা য়াদে মথরায় সুঙাইখিরোই। মানা নঙব্ য়াম্না লুনা নীঙঙী।

বিপ্রদাস (নোক্ত্না)। মা ঐব্ লুনা তৌত্রা তৌদত্রা অদুদী ঐ খঙদে। অদুগা মানা শোকপা ঐ চাদে হায়বসিদী মাস্ খঙঙী।

অতুক থোঙ্গৈবী সুপীমচা অদুনা মতু খঙলবকাওবদা নঙব্ অতুক লুনা তৌরিবদী করিগিনো ?

বিপ্রদাস। মহাক য়াম্না শিংবী সুপীমচা অমনী। ইমাখোয়না মাব্ খঙহন্দনবা তৌরিবা পূম্নমক অসি মা লোইনা খঙঈ।

দয়াময়ী। অদুনা ওইরে মানা ঐখোয়গী দমক অতুক য়াম্না লুনা হোৎনরম্লিবদো ?

বিপ্রদাস। করি হোৎনবীরম্লবগেনে ?

দয়াময়ী। ঐদী লুপ্রাবীনী, চাক অম এঙ্খাং অম চারগা লোই ঃ মানা মতু তৌদে। কৈথেন্দা থোকপা অনৌ-অনৌবা এঙ্খাং—নাপী মথৈ লৈহল্লগা বামোনব্ মথেল তরা তরা লোঙহল্লী। থোংহল্লী। মানা হেক লাকপা ফত্তে হায়দুনা এঙ্খাং অদু মীব্ হেক হেক থিলহল্লকঈ। নঙস্ চাবদা খঙদ্রনে ? অসিগুম্বা মথেল মকোয় অসিব্ অহল্লমন লৈরিভৈঙদব্ তৌগ্রবরনে ?

বিপ্রদাস (মোমোন নোক্ত্না) ঐদী মতুব্ মুম্নব্ য়েংশিল্লুদ্রিয়ে। ঐদী ইমাগী অতিথিশিংগী চাকশঙদগী খর য়াওবরা হায়দুনা চিংনক্করে। মসি অফবা বানী। ইমাগী হুকুম অম পীরো, গাড়ী মতম ওইরে, ঐ চৎপা তারে। ইমাগী বার্ত্তোন অদুব্ হায়দোক্কদৌরিব্রা থমগদৌরিব্রা ?

দয়াময়ী। সতী নঙ করি হায়রিবগে ?

নহা ওইরিভৈঙদদী মনেমগী মাঙদা সতী মপুরোইবদা বা ঙাঙ লাকই ঃ হৌজিক্তী মতু তৌখিদ্রে, চথোকখিবা অম, নাক্তা লৈরগনা বা ঙাংদনা লৈবা। ঙসিদী ঙাঙঈ।

তোক্লসিদা ইমা ! মহাক অসিদা লাক্ত্না করি তৌনগবনো ?

পাউখুম অদু মনেম্না কয়া পেন্দে। মহাক্না পাম্বনা অম মতু মশানস্ হায়নীংদ্রে।

দয়াময়ী। অচৌবা মচাগী থোঙ্গৈবা হায়বত্তুনীদনা নত্রা ?

সতী। নাত্তে, নত্তে ইমা। থোঙ্গৈবা চাউথোকপগী বা নত্তে। ঐখোয়না

তৌরম্বিকা অহৌনা অমুক কৌরুবগী কান্নত্রে হায়রবনী।

দয়াময়ী। কৌবা ঈয়া য়াত্রবরনে? লানবর অমুক চুমথোকপা য়াত্রকনে?

সতী। য়াদে হায়বা নত্তে, কান্নবর কান্নত্রে হায়জবনী। মমাগুদা লাকে কন্না হায়জত্রে ঐখোয়না য়াখিত্রে। হৌজিকসু অদু মগায়। মা চগঈ হায়ত্তুনা চাকশগ চগদবা য়াওরে, অসিবু মা পুরক্লগা করি তৌনগদৌরিবনো?

বিপ্রদাস। অদুদী মশানা হায়জগদৌবনী। মশানা বাকচ্চগ-দৌবনী নহাক্না নত্তে। নোক্তনা অমুক হায়।— অদুবু বন্দনানা ঐব য়াম্না লুনা কিনা তৌই হায়বসিদী ইমানা সাক্ষী ওইরিয়ে।

মনেম লৈ হায়বা কাউথোক্লরমালে। সতীনা মমায় লোংখত্তুনা হায়রকই:— মতুগী সাক্ষীবদো ঐহাকসুনে ইমাদা নত্তে। মনেমদা ওনশিন্দুনা অমুক হায়:— বন্দনানা ইমাবসু য়াম্না লুনা তৌবনি, সুংশিরবস সুংশিরবনী; মহাক্না ইমাগী কাদা চানবা শীনবতুব মহাক মথন্তগিনী হায়না থনবীরা? নত্তে ইমাগা মহাক্না অনীমক্নীনী, অনী-মকপু সুংশিবনী মহাক্নী! ইমানা মগোম্বা চাকশগী থবক শিন্নরে, ময়াম্ব শীর-শীথক তৌবগী থবকস শিন্নরে। অদুগা করিগিনো মাবু অমুক ঈস্থোক-ঈনশিন তৌরিবসিবো? পাম্নবা অদু শোয়ত্রে, নাস্থোকত্রে আশা লৈত্রে. মহাক অমুক হক্লরোই হায়রম্নগা সতী য়াম্না থুনা চৎত্রে।

মমামচা জ্ঞান ভাদনা লৈহৌরে। সতীনা অস্নবা ভাঙশকপসিদী অমুক্নস তৌখিত্রি।

বিপ্রদাস। তৌরিবসি করিনো ইমা?

দয়ামম্নী। ঐস খগত্রে। সতী অসি মথরায় য়াম্না খুভাই-খিত্রমাক্নে।

বিপ্রদাস। করিগীদমক বন্দনাব পাম্মুরিবা?

দয়ামম্নী ঈকাইত্তুনা মানা হায়গে নীংলম্বক্না অম্নতা হায়বা ভমত্রে। ময়াম অদু কোম্না ভাগনসি বিপিন হায়রগা তোকখ্রে।

বিপ্রদাস। ইমা! অক্ষয়বাবুগী মচানুপীগী মাতুদী কমদৌবা? পাউ অমদী হন্দোকখিবনা চুমই।

দয়ামযী। ঐগী না করিসু লৈতে নখোয়না খোকপা তৌরো। দিজুনা করি হায়বগে, মাগী মবাদংদী হংবিয় হায়রমগা দয়ামযী খোকখ্রে। বিপ্রদাসনু মেন তাব্রে, বা অমতা পেংহৌব্রে পেংদোরুবদী মতমনু লৈব্রে।

বিপ্রদাস কলিকাতাদা অমুক লাক্লে। মানা থুংবদা যুম ঈহাও হাওলল্মে। বন্দনাগা মপামচা চৎখিরম্মে। মহাকনু মসি তৌরমংত্রা হায়দুনা খর খর চিংনদুনা লৈরমমি। অন্নদানু মরম খঙদে। মানা খঙবা হায়ববু বন্দনানা অয়াম্বা তক্ত্নো মপাবু পুশ্রিবনী হায়বসিদনী। বন্দনাদনু করি হায়রুনীঙাই অমদী তাইননীঙাই লৈতে। মাদী যুম অসিদা চুম্না অতিথি ওইনা লৈবনী। অদুদী ওইরগা দিজদাসনা মশা ঙমদদুনা লৈরিঙৈদা চৎখিবা অসিমতংদী কয়া মুঙাইতে। অদুবু মুঙাইতবা শাউনীংবা ফোংদোকপা হৈবা মী নত্তে, মুঙাইতবা অদু পুক্নংদা অদুম লৈখ্রে।

মুমীৎ মরিনিরোম লৈরগা নোংমা বিপ্রদাস হাইকোর্টগী লাইহৌ তৌদুনা হল্লকই। মমায় ঙাওঈ মকোকনু চীকঈ। অন্নদাদা হায়:— ঐ পঙনা হীগুবনী, লাইহৌ ককাসিদী লওনদুনা লাকপনী, হন্দক্তী মদুগী লম্বন থুমদৌরিমালে, খংথা খারোইদৌরিমালে।

অন্নদা মুংশা থীরগা থীদবা শারদুনা হায়:— করিনু তৌরোইদা। অদুবু খোশাদবদী য়াদে, ডাক্তর কৌহল্লুখিগে।

কৌহল্লু হায়রমগা বিপ্রদাস ক্ষমুং চঙখ্রে

অন্নদা বারে, বাসুদেব মশা ঙমব্রে হায়দুনা দিজদাসনু ওয়াং চৎখ্রে, দত্তনু থবক্তীদমক ঢাকাদা চৎখি। মথন্তা ঙায়রদুনা তৌকম খঙব্রদুনা অমুক্তা হায়রে।— বিপিন বা অম হায়গে নঙ শাউগদ্রা?

বিপ্রদাস। নঙনা হায়বদা ঐবু কায়ারক শাউগ্রবগে ইচে।

অন্নদা। অনারগী সেবাদী থরায় থারমথৈ তৌবা ঙমগনী। অদুবু মুপী অপঙবীনীদো। অঙাং মশা ঙমব্রিবদুনা যুমদনু পাউ থাবা

হঙ্গোইরে, মচা হন্দোক্তনা ইবেম্মসু করম্না লাকনি ? বন্দনা তাকখিগে হায়ববু নঙ করি হায়বগে ?

বিপ্রদাস (নোক্তনা) করি বানোনে ইচে। বন্দনাবু অসুবাইদা লৈবসু নত্তে। মতু নাতৈ কয়া চাদেদা।

অন্নদা। বন্দনা বোম্বে চৎখিদ্রি কলিকাতাদা লৈরিয়ে।

বন্দনা কলিকাতাদা লৈরি ?

লৈরি বালিগঞ্জদা মন্দোনগী ময়মদা লৈরি। মাগী মথুরা অতু পঞ্জাবকী অচৌবা ডাক্তর অমনী। মচামুপী লুহোঙবগী মখোয় লাকপদা হাওড়া ষ্টেশন্দা বন্দনাখোয়না বোম্বে চৎকে থোরকপদা থেংনতুনা লুহোঙবফাওবা লৈতবা য়াদে হায়তুনা মন্দোন্দুনা নমতুনা পুরক্লে। মপাবুদী নোংমা খাম্নগা অতুম চংহনখ্রে।

বিপ্রদাস। নঙদী কমদৌনা খঙলুরিবা ইচে ?

অন্নদা। ঙরাং দিংজুগী পাউ হংবা লাক্লম্মী বন্দনাদো। নীপানে মুপীনে গাড়ী অম থম্না লাক্লমঙ্ঈ। মহাক্না বারী শারমতুনা খঙবনী। মহাক কলিকাতাদা থামুক লৈখিনি হায়রমঙ্ঈ। মুঙাইনা লৈগ্লে হায়য়ে, সিনেমাবু য়েংবনে থিয়েটরবু য়েংবনে করিমতা হাঙখিদ্রে হায়।

বিপ্রদাস। বাসু মশা ঙমদে হায়বদী তাকখিব্রা ?

তাকখি, কৈসু তৌরোই হেক্তা ফনি হায়রমঙ্ঈ।

বিপ্রদাস। ঙহাক তুমিন্না লৈরগা হায়:— মঙোন্দা তাক্লরগা কৈদৌদগে ইচে ? ঐসু ফরনি। নোংমা নীনিদং নঙ ঐবু য়েংবা শেন্নবা ঙম্মোইদ্রনে ?

অন্নদা। ঐবুদী করিগী ঙম্মোইদৌরিবনো ? ঐ ঙসাইনা হায়খ্রেনা। অমুক্তং তাকপীরুদ্রবদি হয়েং বামুগী মমানা মথরায় মুঙাইরোই। ফরবসু ফত্রবসু মনাউনীদো।

বিপ্রদাস। লৈফমদী খঙবরা নংবো ?

অন্নদা। ঐখোয়গী ড্রাইভর খঙভী, নহাক মখোয়বু থিন্নুবনী।

বিপ্রদাস। হোয় তাকউরো; অতুবু হরাউ কুম্মে তৌতুনা লৈরিবতু থাদোক্তনা লাকনী হায়বা থাজদেদা।

ঐসু কয়াদী থাজদে। লাকওই হায়বসু তোকসনু থোইনা অকায়বা লৈতে, তাকপদদী তাকহল্লুরগে।

বিপ্রদাস (হৈনীংদন্) হোয়, ইচেনা কৈ হায়রবদী তাকহল্লুরো।



১৭

বন্দনাগী মন্দোন্না মাবু হাওড়া ষ্টেশন্দা থেংনবদা বোম্বে চংপা তোকহন্দুনা মখোয়গী য়ুমদা পুরকপগী শক্তি লৈতে। মহাক্সু মপুরোইবগী থবক মফম অমাং নোংচুপ লোমদগী লাকপনী। লুহোংবা য়াওখো হায়বা বন্দনানা য়ারিবা অসিগী মরম অনী লৈ। অমনা :— মহৈ তম্বগীদমক মহাক্তী অঙাং ওইরিঙৈদগী মীরৈবাক্তদা লৈ। মখোয়গী সমাজগী মাদি অয়াম্বা কলিকাতাদা লৈ। মখোয়গদী তিন্নবা ঈকং ফংদে। মখোয়গী মরমদা খর খঙবা অহু থবন্ন-চেদগী উপন্যাস লাইব্রিরগী ঙাকুনী হায়বা য়াই। অহুনা কলিকাতাদা নুমীৎ খরদং ওইরবসু লৈরগা মানা পাউজেল-চেদা, থাগী চেদা অমসুং লাইব্রিরক্তা অয়েকপা লাইশুম ফংবা অহু মমীৎমক্তা অমুক্তং ম্বেংগে থন্দুনা মন্দোনগী মচা প্রকৃতিগী লুহোঙবা য়াওগে হায়বনী। প্রকৃতি অসিমক মফম অসিগী স্কুল-কলেজদা তমহুনা বি, এ, পাশ তৌবনী। অনীশুবা মরম্না :— মন্দোন্না মাবু পুবসি ইরুজনীংবগা থোং তেকপগা মান্নগ্রে। মুখর্জীখোয়গী ইমুংদা নোংম-নীনা লৈবদগী বন্দনাগী পুকচেল অমসুং রাখল পুমওন শুনগ্রে। মপানা মাবু সুধীরদা থাজগনী হায়হুনা তৌরিবা আশা মহাক্তা মঙনী হায়না থমগ্রে। মসিগী মরমদা মপানা মঙোন্দা তকশিল্লকনী কিবদগী মপাগী মনাক্তা ঙহাক্তা লৈনীংগ্রে, থাপ্পা লৈনিংলে। অহুগা মাগী তুংগী থল্লুবদা শারবা কোক অসিসু অনৌবা মরূপ মপিজাগী মরক্তা লৈরগা খর ঈংগত্রা থলী।

অনাথ রায়দী বোম্বে চৎখ্রে, সুধীরদী কলিকাতাদা লৈদুনা লুহোংবা অসিগী মরমদা হরাউ-কুম্মৈ তৌবদু নিতিগী য়াওরি। নহাক ময়াম পিকনীক চৎলুবদগী হল্লকপদা লম্বীদা দ্বিজদাসগী পাউ লৌবা য়ুম অসিদসু চঙঙমঈ।

মন্দোনগী য়ুমদা ময়াম নিতিগী চা থকঈ, ময়াম ফমদুনা য়া লান তান্নৈ। অতিথি ময়াম চা থক্লিঙৈদা বিপ্রদাসগী মোটর মখোয়গী থোঙান্দা থুংলরে। অন্নদাদী কি অচম্বা অম শেংঙী, খোঙুপ তোংদে, মখুত্তসু করিমত্তা শিদে। থোঙদা লৈরম্বা নীপা অদুনা বন্দনা মথক্তা চা থক্লি মতুদা চঙদুনা ফম্বিরু হায়। অন্নদানা ঐ অসুম লেপ্পমগে বন্দনাবু অমুক্তা কৌথোকপীরকউ, বিপ্রদাসগী য়ুমদগী অন্নদা লাকঈ হায়বীরু হায়রবদা নীপাদুনা তারুদুনা বন্দনা মথাদা কুম্মক্তুনা মখোয় অনী উনয়ে। বন্দনানা অন্নদাগী খুৎ পায়দুনা চিংশিন্দুনা মাংগী কাদা কমছল্লে। সমাজগী চৎনবীদদী অন্নদাদী লুপ্রাবীনী। বন্দনাগা য়েংনরুরবদী য়াম্না হুইখরে। অদুগা ইমুং অমগী মীনাইনী হায়বদুসু বন্দনা কাউখোকল্লে। মমীত্তা মপি তল্লং তরং চেন্দুনা বন্দনানা হায়:—

ইচে নহাক্তা ঐবু খিরল্লনি হায়রবসি থাজরুদেদা।

অন্নদা। কাউ-লাকপা পোৎ নত্তে। ইবেম্মা কৌরু হায়দুনা থাররিবনী।

বন্দনা! ইচে নঙনা ঐবু ব্যবহার অদুক য়াম্না তৌরবদী ঐ না অমতা খুম্মরোই।

অন্নদা (নোক্তুনা)। মখোয়বু ঐনা চাউনবা য়োক্লকপদুনা মখোয়নবুদী "নঙ, মা" হায়বনী। অওইবদী ইমুং অদুগী মীনাইনী ঐদী। মীনাই ঐনবু..............

বন্দনা! ঐঙোন্দসু অদুমঙাইনে ইচে। ইতৈ ইবুঙোসু কলিকাতাদগী লাকপা মঙা-তরুকীরোম্ব গুররিনি। নোংমতসু অসোমদা য়োকরকপা য়াইদনা ঐ অসিদা লৈ হায়রা তাররুদ্রা?

অন্নদা। ঐনা তমত্তুনা মত্তুদী তাম্রে। নঙগী খঙলিবত্তুমঙায়। থাক্লা ঙহাক্তা চথোকপা ঙমদেনে।

বন্দনা। থবক লৈতবা মীবু লৈবরনে ইচে? ঐনা নহাক য়ৌ-রক্লবা অত্তুদা ফজন্রে হায়ত্তুনা নঙবু থারক্লিবনিনে। অন্নবদী মীংশিংবীবা পোৎ মত্তে। ঐখোয়গী ইন্দোন্দী মখোয়দগিদী য়াম্না হইঙৈ, অত্তুবু য়ুম অসিদা খোঙ অত্তু থাংজিল্লকপদা মগুন ময়েং করিত্তু ত্তারোই হায়বনিমা। ঐদী খোঙকাপ অমতা চথোকপা য়াদ্রে; হংচিৎ ঐগী ইনাউগী লুপ্তোঙবনী।

ত্তাঙ্গাসিদা অনাবগী পাউ পীবা চুপ্মোইদমালে হায়ত্তুনা থল্লিংলো বন্দনানা হায়:— দিজু বাবুস্ লৈতে, ঐবু কৌরিবসি বড়বাবুনা ওইবা ত্তারেনে। ঐদী মানা থাকপিবা মীস্ নত্তে, মাগী জমিদারীগী প্রজাস্ নত্তে কৌগে হায়রগা মশা লাক্নুনা কৌরগদৌবনী। ঐখোয়গী ইচেমী কমদৌরি হায়বগে, অনা-অয়েক লৈতবরা?

অন্নদা। করিস্ত ত্তৌদে।

বন্দনা। নহাক নঙনা হায়রবু বাস্ত মশা ঙমদে হায়বদাই? মচা মশা ঙমদব-ককা থন্দোনে শেলগী য়থেন্দদা লৈরেনে।

অন্নদা। শেলগী য়াথক নত্তে, মশা ঙমদবা ঙসি নীনী গুরে। অহাং নাম্নিনা য়ুমলোমদস্ত পাউ পীত্রে, দত্তবাবুস্ ঢাকা চৎখ্রি। মুগী অঙাঙবী ইথন্তা ঙায়রে অত্তুনা মুংশাথীরে। লুহোঙবা লোইরগা অমুক্তুগী চৎপা ঙমগনিদনা।

বন্দনা (নুংশা থীত্তুনা)। ডাক্তর য়েংলবরা, করি হায়?

ডাক্তরনদী করিস্ত ত্তৌরোই হায়। অন্নদাগী মমীৎ অনীত্তু ঈরা চেল্লী। বন্দনানী মথুৎ পায়রগা হায়:— ঙসি নীনীসি অক্তুম হোৎ-নরগে লুহোঙবা লোইরবস্ত চৎলয়োইদ্রা? ঐখোয়বু শাউনা অক্তুম লৈরগদ্রা? নখোয়গী করি করি ত্তৌনখবজ্রী ঐ খঙদে। করিগুম্বা অশোয়বা অয়ানবা লৈরবস্ত, মত্তু বিপিন্না ত্তৌবা নত্তে মসিমদী খঙঙ্।

বন্দনা ঙহাক তুমিন্না লৈরগা হোগন্তুনা হায়:— চৎলসি ইচে।

অন্নদা। হৌজিকমক? য়ুমদা হায়রম্মোইব্রা?

বন্দনা। হায়রুরদী থীম্বগনি। হায়রগা মোটরদা চঙতুনা কম-খরে। নাক্তগী চাকর কৌরগা বিপ্রদাসবাবু মশা ঙমদতুনা মচেখোয়গী দা চংখ্রে হায়তুনা মন্দোন্দা খর হায়য়ু হায়রম্মগা অন্নদাগা লোয়নতুনা চৎখ্রে।

বন্দনানা বিপ্রদাসগী কা চঙকপদা মুমীৎ তারে, থাউমৈ থাঙৎপা মতমমক্তী ওইখ্রি। মোন ময়াম থোর্মজিন্নগা ভাতুনা বিপ্রদাস কমুংদা কমন্মী। বন্দনানা নমস্কার তৌরগা হায়:— ইচে লৈরম্মবদী খুয়াগী উফুল লৌতুনা থুক্কমদে হায়তুনা শাউরগদৌবনী। শোক্কদৌবসু কিরে।

বিপ্রদাস মোমোন নোকঈ।

বন্দনা। ঐবু কৌরিবসিদী সেবা তৌনবরা?

অন্নদানা হীদাক চাবা মতম ওইরে হায়রৈ।

বন্দনা। করিনো তৌরিবসিদে? ডাক্তরগী হীদাক্না লীক্নী অসিদে। কবিরাজগী গুলি লৈত্রা? কনানা ডাক্তর কৌ হায়রিবনো কবিরাজগী অশেংবা হীদাক্তী পীজক্রতুনা? কববুদী থুনা কগনি। কমুং মনাক্তা চৌকি অম চিংশিন্দুনা কম্নগা খর করবরা হংঈ।

বিপ্রদাস। লাইহৌ খজিক্তং লৈরি। মুমিদাংদা খর হেন্নকত্রা খল্লী।

বন্দনা। ঐবু কৌরিবসিদী করি কান্নগনি?

বিপ্রদাস। ঐগিদী থোইনা কান্নরোই। ইচেনা মুংশাথীহনা তৌরিবনী। নওগী ননাউগী লুহোঙগনি হায়রবদাই, লুহোঙবা লোইরগা নোংমা লাকউ। অতুদা নচেনা হায়রকপা পাউমু হায়গে।

বন্দনা। ঙসিদী য়াত্রা?

বিপ্রদাস। ঙসি হায়রোই কোন্না হায়গে।

বন্দনা। অনাবদী নোংম-বীনিদা মরাইনা ফজরগনি, ঐদী চংলরোই ঐগী তুরঙ্গ লৌরুনবা মী থাগ্রে। অনাবগী সেবাগী অসুম লৈরনি হায়গ্রে।

বিপ্রদাস। লুহোংবা য়াওররোইদ্রা?

বন্দনা। য়াওররোই।

বিপ্রদাস। অদুদী কলিকাতাদা করিগি লৈহৌরিবা?

বন্দনা। তোঙাল্লা লাপা লৈদুনা ঐখোয়গী কাওবুগা তিন্নদ্রে। ইন্দোল্লা কৌরিংদা লম অসিগী লোনচৎ-শাজৎ অমুক্তং য়েংহোগে তৌবনী, সাইরিক্তা পাবদগী হেদ্রে।

বিপ্রদাস। লুহোঙবদী লোইদ্রি, নখোয়গী বাংবুদী ঈংথসু খঙনরিরোই, তাল্লা ফংলিরোই।

বন্দনা। লোইনদী খঙনদ্রি, মপুংদী ফাবাদ্রি হায়ববু খর কংলকপত্নুনা ওরে।

বিপ্রদাস। কদাইফাওবদী য়ৌশিল্লক্রবগে অমুক্তা তাসিদনা।

বন্দনা। অনাবা ফখো, নোংমা মচা থায়না তমগে।

চাকর লাক্লুনা থাউমৈ থাঙ্গৎলরে। লুখুমগী মীহুৎ অদু থিংজিন্দুনা হীদাক পীজরে অদুগা ফম্বা কুইমল্লে হীপথরে' হায়। অদুদগী ফমুং-ফাম্নং ঈচাই-চাইরিবদু শেমজিল্লে, মোনশিং অদু খোমজিন্দুনা থমে। হীপথহল্লগা খোঙদগী থবাক কাওবা ফি কুপশিনবীরগা হায়:— অনাবা ফরগা অমুক শেংদোকপদা গঙ্গাজল কয়া য়াম্না শম্বী কয়া য়াম্না চঙগদৌখ্রিবা খঙদ্রে।

বিপ্রদাস। সেবা তৌবসু য়াম্না হৈরিনা।

বন্দনা। হৈদ্রা? অদুনা ককাদী য়ারোই। ঐখোয়বু ভাঙগে চৈগে হায়রবসু মীৎ উইশিল্লগা হায়নীংবা অম হেক্তা হায়বদী য়ারোই। য়াম্না জ্ঞান তানা তৌগদৌবনী।

বিপ্রদাস। ঐখোয় হায়বদী কনানো? নঙনা তাক্লমদনা চেল্লকইবা কাওবুদ্রা?

বন্দনা। ঐ চেল্লকঈ হায়বদী কনানা হায়রিবা ?

বিপ্রদাস। ঐনা হায়রিবসিনী।

বন্দনা। করম তৌনা খঙঈ ?

বিপ্রদাস। নমায় য়েংবদগী খঙঈ।

বন্দনা (ওহাক বিপ্রদাসবু য়েংলগা)। দ্বিজুবাবুনা নোংমা হায়খি :— ঐখোয়গী দাদানা উদবা লৈতে। উদনবা খঙদনবা ফনা হোৎনরবস্থ য়াদে। ঐ নহালমখৈ থাজরমদবনী। অনাবদা খোংদোক্ক্না ঐ থাঙ্গৈশেংনা চেল্লকুবনী। অসিদগী বাবাগী নাক্তা অহুম চৎগ্রনি, মখোয়গী রোমদা হুল্লরোই। ঐনা উনীংলম্বা উরে, মখোয়গী মরক্তা নোংমা ফাওবা লৈনীংদ্রে। ওইদবা রারীনা তৌরিবা, ঐহাক হৌছুনা চেন্নীংগ্রবনী। ফনা মতা চাগ্রে। ইতৈইবুঙোগী সেবা থাদোকপা য়াদ্রে— লোইরুদ্রদো ? মুংশাশ্বর শাংনা হোল্লগা অমুক হায় :— অঈংবা লৈতে, ধর্ম্মগী রাস্থ লৈতে, তর্কদা তৌনহুনা লৈ, অমনা অমবু থাজনদে। খবর পাই, পৃথিবীগী মফম কদাইদা কনা জগোই শারি — মখোয়না খঙদবা লৈতে।

বিপ্রদাস। ঈ-পাউদী নখোয়গী বাবাগী নাক্তা লৈরবদী য়াম্না ফংগনি।

বন্দনা। বাবাদী খবরগী জাত্তি অমতা চীথদনা পাই। ঐখোয় মুপীনবু পৃথিবীদা নিতিগী করি খোক্লিবগে হায়বহু খঙলগা করি কাম্নগদগে ?

বিপ্রদাস। মহু নচেনা হায়গদৌবা রানী, নঙনা হায়বা পক্কে।

বন্দনা। ঐখোয়গী ঈচেদগী মখোয়না করিসু হেন্নবু খঙদেনে। ঈশিং য়াওদবা পুলনা মখোল য়াম্না খোকঈ হান্নবহুনীদা। মীবু মুংশিবস্থ হৈতে, লুনা তৌবস্থ হৈতে। অমগা অমগা কল্লক্কৈ, য়েংথীনৈ।

বিপ্রদাস। নঙনা মখোয়বু অমুক শাউরিবসিবু মখোয়গী মরক্তা নঙগী লুপা হাৎখিবা মী য়াওরব্রা ?

বন্দনা। চান্নরা হাৎখিবদী নত্তে, পুখিবনী।

বিপ্রদাস। কয়ানো ?

বন্দনা। য়াম্মদে, চামথা রোমদনী।

বিপ্রদাস। মখোয়গী মমিংদী খঙহৌবরা?

বন্দনা। খঙদ্মী কাউথোকখ্রে। (নোকঙ্গী) নোংম-নীনিদং খঙনরগা লুপা হেক্তা পূবা ওম্বা। ওম্ফোক্লা তূকচৈ, মখোয়গীদমক ঈকায়বী, মখোয়দী ঈকায়বা খঙদে।

বিপ্রদাস। নখোয়গী নপ্দোনখোয়গী কাওবু অসি নত্তবা মথল অতৈগী মুপী য়াম্না লৈরি, খিন্নবদী থেংনরক্নী।

বন্দনা। মখোয়বু থেংনরবদী ক্রয়ে, ঐ অসি চুমথোকচরনি। ঐনা হন্দক থেংনরুম্নিবা কাওবু অতু লাইরিক হৈবা ওাক্লী, কন্নাই-কানাইনা অচৌ-অশাংগী মচামগু, মরী-মতা ওাক্লী। মপান্দা য়েংবদা য়াম্না ফজে। অহানবদা মুপীনা লাইরিক হৈরবদী পোকপগী মহৈ য়াম্লে খল্লম্মী। অতুবু হৌজিক্তি লাইরিক হৈবীশিং অতুতনা মুপী ওইবা নত্তে হায়বা খঙলে। অময়োমদা লৈহৌম্নিবা ময়াম অতুগী মরক্তগী অচৌ-অপিশক মথল নাইনা লৈরি। অচৌবগী খুদম্না — ঐখোয়গী ইচে, মাগী মনেম্ফোক।

বিপ্রদাস। লুপা হাৎপিখিবদগী মী চৌদ্দোল-লৈতোল ফরেদা, ওাওবা য়াম হৈরেদা!

বন্দনা। লুপা চামথা অতুগী ব্বারা?

বিপ্রদাস। ওইবস্তু য়াই।

বন্দনা (নোক্তুনা)। লুপাগী রাখল নত্তে। লুপা মাওখিবতুবুদী ইতৈইবুঙোগী সেবা তৌবসিগী অরামল ওইনা শক্লক অনী লৌগনিয়ে। অসোমদগী ফংজ্রগা ইমাদগী তানগনী।

অন্নদা চওক্তুনা হায়রে:— পুও নীপাল তাম্নে খিপিন! চাবা মতম ওইরে।

বন্দনা। অতুদী থেঙখ্রে চৎলসি ইচে!

বিপ্রদাস (নোক্তুনা)। চৎলো চৎলো। সেবা শোয়রবদী খুংগুমল করুনিকো।

শোয়রোই শোয়রোই হায়রম্লগা বন্দনাস্তু নোক্তুনা থোকখ্রে।

———

১৮

মথংগী অয়ুক্তা বন্দনা বিপ্রদাসগী নাক্তা লাক্লগা হায়র্রে চানবসি অসিদা হেক্তা পুরকউ হায়বরা ?

বিপ্রদাস (নোক্লনা)। নঙনা ঐবু জাত তাহনগদৌবগীদা হোং-নহনা লৈরে। ঐদী আহ্নিকস্ তৌগ্রি মহুগী হুম হান্না লাঙখো।

বন্দনা। অদুগ্ ঐনা তৌগদ্রা ?

বিপ্রদাস। নঙ নত্তনা তৌবীনীঙাই কনা লৈরিবগে ? ঐ ইমাগী পূজা-শঙ ডান্না চৎপা ঙস্মোই য়াম্না শোল্লি; কা অসিদা শেম্মো লাউ। অদুদা শোয়বা শোয়দত্রা য়েংলগা চাক নঙনা য়াবরা, বামোম্না পুরকত্রা লেপকনি।

বন্দনা। ঐ মতু য়ারে। ঈশানা পাশ ওইজরগা অম হায়ক্তিন্দুনা কেল ওইহনবীগদ্রা ? মতু হান্না হায়রীখো।

বিপ্রদাস। ওইয়ুনে। ঙাইখো — নঙনা পায়বা চারগা নঙগী করি তোংজগদৌরিবনো ?

মতু তাকওই হায়রম্লগা বন্দনা চৎখ্রে।

মিনিট তরামুক্তা মতুংদা ইরুজত্তুনা ঈশিং খুজাই অম পুত্তুনা লাক্লে। নোংপোক থংবা মীহুখোঙদগী লুংশা য়েবা মকম অদু ফজনা য়াই তৈ-থোক্লনা মাগী ফিজিনা অমুক নাম্থোক্লে, পূজা শঙদগী আসন, কুশি-তামি পুরক্লনা মকম চান্না থম্লে, ধূপদানি পুরক্লনা ধূপে থাগৎলে। অদুদগী বিপ্রদাসগী ফৈজোম, গামছা মীৎ-মায় ভাথোকবা ঈশিংগী পাত্র মনাক্তা থম্লগা হায় :— ঙসিদী মতম লৈত্তুনা লৈ হেক্লনা শিরেং লৈংবা ভমহৌদ্রে, হয়েংদী শোয়রোই। পুঙ মাপল তারে হৌজিক। ঐ মাপল মথায়দা লাকনি, পুথায় অমদগী হেনবা য়াদে হায়রম্লগা থোঙ ঙাশিল্লম্লগা চৎখ্রে।

বিপ্রদাস না অমতা ভাওদনা য়েংহৌঈ। পুম্থায় অম লৈরগা বন্দনা হল্লকপদা লাই থুরুম্বা লোইরত্নুনা আরাম চৌকিদা ফমুন্মী।

বন্দনা। পাশ-রা ফেল্লা?

বিপ্রদাস। ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা পাশ। ইমাবুদী নওনা হেনল্লে। নওবু য়েছনী, য়েছগী স্কুল-কলেজদা বি, এ, পাশ তৌবনী কনানা হায়বা ওমগদগে?

বন্দনা। অদুদী চানবা পুরক্লগে?

বিপ্রদাস। পুরকও। কুশী-তামি অসিদংদী হাম্না থম্মুখো।

"ঐসু খওজৈয়ে" হায়দুনা পূজাগী পাত্রশিং অদু হেক পায়-খৎলকপদা মাঙ্গোন্দগী খোঙ্‌প মখোল তাঈ। অম্নদা মওক খিং-জিল্লক্লুনা হায় :— বন্দনা নখোয়গী ইন্দোল............

মন্দোনগা লৈশাবী অনী-অহুমগা মম্নুং চওক্লে। বিপ্রদাস হৌ-গৎল্লুনা ব্যবহার তৌই — লেওশিল্লকউ।

মন্দোল। মথাদগী তারক্লে, বিপ্রদাস বাবু হকচাং মুওাইবীরেদনা।

বিপ্রদাস। থর মুওাইজরে হোয়।

লাক্লিবা লৈশাবীশিং অদু বন্দনাবু উবদা পুমওক ওকল্লে। খোঙ্‌প তোংল্লে, ফুরৌৎ লীল্লে, মশমছু মনঙ্গন্দা জংঈ-জংঈ তারে, শম অচোৎপ-দুনা সাড়ীসু ঈচোৎ-চাৎলে। মথুত্তুনা পুজাগী পোৎ-চৈ।

বন্দনা। ময়াম খজিক্তা লৈথোক্লগা লেপ্লোয়ু ঐ মসি অমুক্তা থমজরুখিগে।

লৈশাবী। শম্নগনি হায়রিব্রাও?

মানী হায়রম্নগা বন্দনা থোকল্লে।

ওহাক লৈরগা চওক্লুনা বিপ্রদাসগী চৌকি মনাক্তা লেপ্লরে।

মন্দোন। নওনা ঐথোয় তাক্লমদনা চৎখিবদু (ঐথোয়) শাউদে। ওসিদী ননাউগী লুহোঙবা য়াওদবা য়াদে চৎসি।

লৈশাবীশিং। ওসিদী চিংদুনা পুনি।

বন্দনা। ইন্দোমচা! ঐ চৎলরোই।

মন্দোল। করি য়ানো? নঙ চন্দ্রবদী প্রকৃতি য়াম মুঙাইররোই

বন্দনা। মুঙাইরোই, অদুবু চংপা ওম্মরোই।

মন্দোন। অসিগীদমক নত্রা নখোয়গী বাবানা নঙবু ঐগী ঈনাক্তা থনম্মিবা? বাবানা তারবদী করি হায়গনি?

লৈশাবী। সুধীর বাবুনসু য়াম্না শাউঈ, চংখিবদু কয়া পামদমালে।

বন্দনা। ঐ চন্দ্রগা প্রকৃতিগী লুহোঙবা করিসু কায়রোই। ঐ চংদ্রবদী অসোমদা মুখর্জীগী সেবা শোয়ররনি কনা অমতা লৈতে। অদুগা সুধীরনা শাউঈ হায়রিবদুবু মাগী করি অধিকার লৈরদুনা শাউজবা শাব্রিবনো?

মন্দোল। অনাবদী ফরে, মাবু চংহনবীবনা চুমঈ।

বিপ্রদাস। চুম্মীনে, চত্তবা লাল্লি।

বন্দনা। করিগী লানগদৌরিবনো? ফরে চংলগে। ঐদী অহিংদা অদুম তন্না হল্লকনি, মখোয়গী অদুদা ঐ লৈবা ওম্মোই।

মন্দোল। অহিং অম কাওবা লৈবা ওম্মরোইদৌবা?

বন্দনা। ওম্মোই।

করে করে হায়রম্লগা মন্দোল ময়াম পুদুনা চংপ্রে।

বিপ্রদাস। নন্দোল অদু শাউদুনা চংপ্রেদো!

বন্দনা। শাউপ্রে থওঈ। মখোয়না ঐবু কয়া তাম্নরি। মখোয়গী মরক্তা লৈরগা অইংবা, মুঙাইবা করি অমতা লৈতে, চেনপ্রগে থন্দুনতা লৈ। থেঙপ্রগনি চানবা লৌকিরগে হায়রগা থৌরকপদা থোঙময়াদা থোঙপ মথুনগা থোঙপ্রগী তাব্রিকপা লৈপাকঙাক্তা লৈরম্লে

বন্দনা। ভইহাক্তং ভাইবীবতারে। তৌব্রিবা অসি চাকিরবু অমুক্তা থাদোকহনখিগে হায়রগা চংকে তৌবদা বিপ্রদাসনা হংঈ:—

কাচিন-কোয়া য়েংশিনবসিদী কনাদগী হৈখ্রিবনো?

বন্দনা। কনানা তঙাইবনো কাউরে।— ঐ ইতৌমতা হৈজবনী। মসি য়েংশিনবা য়াংলবদী সেবা শোয়গদৌরিবনে হায়রগা চংপ্রে।

মুমিদাংবাইদা মাগী হান্নগী কিজেৎ-লৈতেং অদু তৌদুনা বিপ্রদাসগী খোঙময়াঙদা লেপ্লগা হায় — লুহোঙবা চৎলুখিগে। ইন্দোমচানা মুঙাইররোই হায়দুনা চৎলবনী।

বিপ্রদাস। ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি. নঙগী মহাক্না ওৎলিবা অসি খুনমক লমন খুম্বা ঙম্বা ওহয়ু, মাবু চিংদুনা বোখে তান্না হেক পু।

বন্দনা ইন্দোমচাবুসু শাউনীংদে, ঐনা চিংগদৌবদী অদোম্বুনী। গাড়ী-ভাড়া ককা ঐনা তৌনি কিবিকন্থু। (নোক্নুনা) ঐনা হল্লকপদদী থেঙলগনি। ঐনা লোইনা শীন্দুনা থনম্নবনী, হোরেল শোয়রম্নবদী ঐ শাউনি। আহ্নিকতৌদমক মথা কুম্বা য়াদে। অন্নদানা অসিদা লোইনা পুরকনি. মতুং পুম্নায় অম লৈবগা বাম্মোন্না চাক পুরকনী। অদুদগী পুঙ অম লৈরগা ঝাড়ুনা হিদাক পুরকনি। হিদাক চাহল্লমগা থাউ মুখত্তুনা খোঙ থিংজল্লগা চৎখিনি ময়ামদা হুকুম তৌরম্নবনী. খঙবীরেদনা?

বিপ্রদাস। খঙে খঙে।

বন্দনা। অদুদী ঐ চৎলে।

বিপ্রদাস। চৎলো চৎলো য়াম পকচরে। নঙনা হায়রবসু অমতা হীক্তোক্লোই। নঙনা ছৌজিক শেৎলিবা পোষাক অদুনা নশাগী অওইবনীদো। ঐগী অসিদা শেৎপা অদুনা অশাবনী, অশেন্দনী।

বন্দনা। মুপীনা খোঙপ তোংবসি ইতৈইবুঙোনা পামদে হায়নৈনা।

বিপ্রদাস। মদু অরানবনী. নঙনা পায়বা চাদে হায়বদুগা অন্নানী।

বন্দনা। করিগী লাল্লুগদগে? ঐনা পায়বা চাও য়ারমদেনা।

বিপ্রদাস। চুম্মী য়ারমদে। য়ারমদবদুনা অচুম্বা ওইরবদী ঙসি কাঙবা চাইশ্মোইদবনী।

বন্দনা। হায়রিবদু ঐ ভাব তাদে। দ্বিজুবাবুনা নোংমা হায়খিনৈ "দাদাগী পুরীং কনাসু খঙবা ঙমদে, খন্ন খঙবদুদী মপানগিঙনী।"

বিপ্রদাস। নঙ চৎকদৌবা লৈরবদী চৎলো থেঙত্রে। অদুনা লৈনীংত্রবদী হেক হল্লকউ।

হল্লকনী হায়দুনা বন্দনা কুমখিখরে।

নোঙাল্লগা অয়ুক্তা নখোয়গী ননাউগী লুহোঙবত্থ অকায়-অতোই লৈতনা লোইশ্রেদনা হায়ত্থনা বিপ্রদাসনা বন্দনাদা হংই।

বন্দনা। থোইদোকপা অকায়বা লৈখিদে।

বিপ্রদাস। নঙনা ঙমত্থনা মুমিদাং অত্থম হল্লক্লে, পুঙ কয়াদা লাকই ?

পুঙ অহুম তাবদা। লৈরম্বদী পুঙ খরদনী। থবক্তী চহী অমগী পাঙথোক্লক্লে। সুধীরগা রা লোইথোক্লরক্লে।

বিপ্রদাস। করি হায়বা ?

বন্দনা। মাবু অসুম তাউত্থনা লৈহন্ত্রে, মাগী পোথাংকম অম থস্বীরম্নে হায়বনীমা। ঙরাং অয়ুক উখিবা লৈশাবীত্থ হেমনলিনী কৌই। হেমনলিনী রায়গী মখুত্তা সুধীর শিন্নরম্নে।

বিপ্রদাস। করি তৌরবগে ? সুধীরগা নঙগা রা লোইথোক্লে হায়রিবসিনা করম তৌরিবা মওংনো ?

বন্দনা। লোইনবা হায়বদী লোইবনীদনা। সুধীরনা ঐবু কৌরগা হায় — ঐনা কনা অমতা তাক্লমদনা হায়বদী মঙোন্দা তাক্লমদনা অসিদা লাকপত্থ য়াম্না ফজদে, মরুওইনা য়ুম অত্থদদী বিপ্রদাস নত্তনা অতৈ কনাস্থ লৈতে। ঐনা ইচে অম্নদাস্থ লৈ হায়বদা, সুধীরনা মীনাইনী হায়। ঐনা অমুক মাবুদী ইমুং অত্থদা ময়াম্না ইচে ইচে কৌই হায়বদা হেম হায়বীত্থনা হায়, খুম্নক্তদী অসুম কৌনৈ। অসিদা মীনাই মীশলনা চাউথোকপা হেল্লী, থাঙ্গশেংনা চাউবদী করিস্থ হেঙ্গস্তে। সুধীরনা অমুক হায় — নঙ নথম্ভা য়ুম অত্থদা লৈরুবা ঐখোয় অমম্ভা পাম্নদে, অত্থগা বাবানা তারগস্থ করি হায়গনী; ঐনা হায় — বাবানা করি হায়গদগে হায়বগী রাখন্দো ঐগীনী নঙগী নত্তে, ঐনা আদা লৈবা পামদে হায়রিবশিং অত্থগী মরক্তা নঙস্থ য়াওরিবরা ? হেমনা হায় য়াওরিবমক্লী। মখোয়গা চবেৎ চবেৎ ঙাঙবত্থদা ঐনা সুধীরদা হায় — নঙগী রা অসিগী পাউখুমদা ঐস্থ হায়রম্বা রাবনী নঙস্থ অরেম্বদা ছুটি লৌত্থনা কলিকাতাদা লৈবসিস্থ ঐ পাম্নে অত্থবু

হায়রম্মোই। মচি ময়াদা কোঙ্না মী মুঙাইজনবা ঙাংবসি অতোনবা হুম্বা সমাজদা চৎনবনী, অদুবু নখোয়গী অচৌবা কাংবু অসিগুম্ চৎনৈ হায়বসিদা ঐদী হাপ্পী খঙমদে। অদুবু ঐগী মতম লৈরক্লে, গাড়ী ঙাইহৌনা লৈরে ঐ চৎলগে হায়বদা লৈশাবীহৌনা হায় কজলবু চমহুবু ঙাংনবা হায়বসিদী অচৌব-অশীকপা থীজে কাংবু পুন্নমক্না তৌরে। হোয় তৌনগে নৈনগে হায়বমখৈ ঙাংনবিহৌরে হায়হৌনা হৌগৎলকপদা সুধীর শকহম হজিন্দুনা হায় — নন্দোমচাবু তাক্রমদনা চৎলগন্না। ইন্দোমচাদদী হান্না হায়হৌনা লৈরবনী মুহোঙবা হেক লোইবগা থেঙ্গলবসু থেঙনা ঐ চৎকনী হায়হৌনা। অতুদগী সুধীরগা ঐগা ওহাক অওক-অথোং তৌনরে।

মানা হায় — হয়েং অমুক্তা উনবা য়াগন্রা ?

ঐনা। য়ারোই।

সুধীর। হংচিৎপ্রী ?

ঐনা। হংচিৎসু য়ারোই।

সুধীর। মথংদী।

ঐনা। অদুসু য়ারোই।

সুধীর। অদুগী করম্বা মতমদা য়াগদগে ?

ঐনা। ঐগী মতম ঈথৈ লৈহে।

সুধীর। অথুবা য়ু অম ঙাওনগদবা লৈরে।

ঐনা। নঙগী লৈরবসু য়াই ঐগী লৈতে হায়রগা ঐ গান্ধীদা চঙহৌনা ফমে, মহাক খজিক্তকাওবা চঙশিল্লকপা ঙমদনা চৎকনা লেপ্লনা অদুম লৈহৌরে।

বিপ্রদাস। নোক্লনা হায় — অসিগী লোইনরা নত্তে নিঙাই মত্তেক অম তৌনবা হায়বক্নী। চিংনুবগী মুখ্নোমগী নুচেদা হংঙু।

বন্দনা। শকহম হজিন্দুনা হায় — মৈচুঙাঙা হন্দুবগী দরকার লৈতে। ঐ ঈশানা খঙই, লোইরে অমুক হন্দক্লোই।

বিপ্রদাস। অসুক লুবা রাবু অতুক লায়না লোইথোকপা য়াবরা ? সুধীরনা মুঙাইরিরোইদৌবতু অমুক্তা বন্দনা য়েংঙু।

বন্দনা। য়াম্মা খল্লে। মসিনা মঙোন্দা করিস্তু শোক্লোই। হেমনা মাগী নম্বী ভাকচগনি। ঐদী ঈশাগী খঙ্গবনী; ঙরাং গাড়ীদস্ু অহিং ফমুংদসু মসি খনবদা তুমত্রে। কয়াদী ফজদে তৌগ্রিবতু অতুবু ঐ থোইনা রাক্লদে।

শাউরবদী শাউরকপা মতমদা নহাক রাগনি। মতম অতুদা সুধীরবু নীংশিংলকনী। অসি হায়রগা বিপ্রদাস নোকই।

বন্দনা ইনোক নোক্কনা হায় — ঐ শাউদে। ঐনা মুঙাইতবদী ঐনা লাকপা মতমদা রা খিত্তং কল্লা ঙাঙলম্মে। মাগী মরালদৌনা থোকহনব্রে। মসিমতংদী খিত্তং মুঙাইতে।

বিপ্রদাস। সুধীরবু নঙ ঈনুং মুংশিত্রবরা ?

বন্দনা। মুংশিন্নে।

বিপ্রদাস। নহালমথৈদী মুংশিরম্লগা অসুক লায়না মাঙখিবা।

বন্দনা। লাইনা মাঙখিবতুনা পাউখুম থুনা ফংলিবনী। অতু নত্রবদী মীনম্বা হায়বা তারম্লবনী। ঐ মাবু মুংশিরম্মী। মী অম উরুবদগী সুধীরসু মঙোন্দা অহুম তিনব্রে। অতুম মাঙব্রে, হৌজিক্তি মী অতুসু মাঙব্রে মুংব্রে। মসি তাবদা চঙ্গোইবীরম্বা য়াই, পূকচেল লেপ্তে, য়াংমল্লী খনবিরম্বা য়াই। মসি মুপীশিংনা ঈকাইগদৌবা য়ানী ঐ খঙই। মরমচৎ কজদে হায়খিনি হায়তুনা মুপী অমতসু মসি য়ারোই হায়দোক্লোই। ঐসু অতৈদদী হায়দোক্রমদবা য়াই অতুবু করিননো খঙদে অসোমবুদী করিমতা ঈকাইদে।

বিপ্রদাস রা ঙাংদনা লৈ।

বন্দনানা অমুক হায় — মসি ঐগী ঈশাগী কোম্নরকপা ওইবা য়াই, চহী মতাংগী হৌনবা ওইবসু য়াই। অতুগা মুপী হায়বা জাত অতুগী হৌনবী ওইরম্বসু য়াই — পুনর্শীচুপ্পা মুংশিনবা পাত্র অতু খিবা ইকং কংদবা। ঙহাক করিনো অম খনগুম লৈরম্লগা অমুক হায়— খিতুনা কংলরোইদৌবা পোৎ ওইরম্লে।

বন্দনাগী পূক্সীং লোইনা হাংদোক্লে, অমুক হায় — স্নীরগা ঐগা লুহোঙবগী, নখা অসি চহী অমগী মমাংদা লোইনঙবনী, মাগী মমাগী অনাবনা য়ৈথোকখিবনী। ওরাং য়ুম্দা হল্লক্লগা খল্লী — মতম অহুদা হোঙলম্লবদী মাবু ঐনা হৌজিক থাদোকপা ওমগন্ত্রা ? মন অসি কমদৌনা কাগনি ? ধর্ম্মগী বাথম্না ফাবা ওমগন্ত্রা ? চৎনবী শেমদোক শেমজানগী বাথন্না ওমগন্ত্রা ? ঐগা মতম থর তিম্নকরিবা ময়াম অহুগুম্না তৌসিরা ? কেকুলোৎপী শান্নবগুম্না নোকশিনহুনা মীবু শুমহত্তুনা ভাওহন্দুনা কোয়চং চৎলসিরা ? কৈদৌরবগে নখা অমতা ভাঙদ্রবসিবো ?

বিপ্রদাস। নোং-নুংশিৎ অম কম্না হৌরকপগুম্না নঙগী পূক্সীং লাঙলিবতুগা ঈরোয়ননা চৎকম থোকপ্রা থোক্তবরা খল্লিবনী।

বন্দনা। অহুম তৌহুনা নাম্বোকপা ম্নারোই পাউখুম অম পীগদৌবনী।

বিপ্রদাস। ঈংথত্রিত্রৈদা পাউখুম পীবগী করি কাম্নগনি ? ওসিগী নঙগী ফিবম অসি মহৌশাগী নত্তে। নখা অসি নঙ ভাব তাবা ওম্মোই ?

বন্দনা। করিগী ওমদনি, ঐ বুদ্ধি মাঙত্রিনা।

বিপ্রদাস। মাঙবদী মাঙত্রি হায়ববু থর ফকচিল্লে। হৌজিক্তী তোকখিসি। সন্ধ্যা মতুংদা নঙগী থবক-কক্তা লোইরগা ঐগী ইনাক্তা য়াম্না ঈংথনা ফম্নবা মতম অহুদা ঙাংনসি পাউখুম পীবা ওম্নবদী মহুদা পীগে।

অহুনা ফরে, ঐগীসু মতম লৈত্রে হায়রগা বন্দনা মপান থোকখ্রে। থাঙ্গৈংশেংবসু মাগী থবক্তী য়াম্না লৈপ্রবনী। অয়ুক্তগী ছুটি লৌহুনা অম্নদা কালীঘাট চৎখ্রে, মাগী থবকসু বন্দনাদা তাহৌরে। চাকর ময়াম স্কুল-কলেজ ভর্ম্নিবা অঙাংশিং অহুগীসু মানা লোইনা য়েংশিনবা তাঁরিবনী। থবক য়াম্মনখিবনা, ওরাং অহিং তুমদে হায়বতুসু কাউ-থ্রবনি।

সন্ধ্যা মতুংদা বিপ্রদাসগী চাবা থকপা লোইরহুনা মথাগী থবক ঈথাং লোইখোক্লম্লগা বন্দনা মহাক্তী ফমুং মনাক্তা চৌকি অম চিংশিন্দুনা

যম্মগা হায় — বা অম লৈরে, মসিগী পাউথুম শেংনা পীবিগদ্রা ?

বিপ্রদাস। পাউথুম অশেংবা পীহুনদ্রা লৈ ঐদী বাহং অদু কল্লিনো তাসি।

বন্দনা। ঐখোয়গী ইচেল্ল তশেংনা মুংশিবরা ? দুহোঙবদী মহা ওইরিবৈদনী, কুইরেদো ? হৌজিকসু হায়গী অদু মঙাম্বরা অদুম মুংশিল্লিদনা ?

বিপ্রদাস পুম্মণক ঙকখ্রে। অসিগুম্বা বা অসি মী অমনা মঙোন্দা হায়রুগনী হায়বসি মঙগুম খোকখ্রে। অদুবু নীংথিজনা তপ্না হায় — নঙগী বা অসিদী নচেদো হংউ।

বন্দনা। অদুদী ইচেদী কুমদোনা খঙগনি। অদোমগী পুক্নীংদী কনামত্তা খঙবা ঙমদে হায়। হায়বিরোই হায়রগা তোকপিয়, ঐনা খঙননবা অদুম হোৎনজগনি। হায়দুনা হায়রবদী অশেংবা হায়বিয়।

বিপ্রদাস। অশেংববুদী হায়গনি। নঙ ঐবু চিংনবরা ?

বন্দনা। চিংনৈ। মুখর্জীদী য়াম্না চাউবা মীনী। অদুবু মীদী মীনী। অদুবু য়াম্না চীরা কনা অমত্তা য়াওদবগুম উই। অসি চুম্বরা ?

বিপ্রদাসনা মহুদী খুমদনা হায় — ঐগী মুপীবু মুংশিবদী ঐগী ধর্ম্মনী বন্দনা।

বন্দনা। ধর্ম্মনা অদোমম্বু শেংহল্লে। মসিদগী হেন্না চাউবা অম লৈত্রবরা ?

বিপ্রদাস। ঐদী উত্রে।

বন্দনা। ঐদী উই। হায়ুরা ?

বিপ্রদাস শকফম হঞ্জিন্দুনা খুং থিংথোক্লনা হায় — বা মখা থাম্মু বন্দনা। ঙসিদী চৎখো নঙগী কান্না। হয়েং ওইরবসু হুংচিংপু ওইরবসু নঙনা জ্ঞান তাহুনা অচুম-চুমদা, অফ-ফত্তগী বাখল ফংবা মতুং অদুদা মসিগী পাউথুম পীগে। নখোয়গী নদোমগী য়ম্মদু নঙগী বুদ্ধি বল্লা পুম্মাক মাঙহনবা, কাদুদু অদুদা নত্তনা ধর্ম্ম শারোয়কপা থাদবদ

কাওবু অমসু জগৎ অসিদা। লৈরি হায়বসি মতম অমদা নঙ খঙগনি। অমুক য়েংবনহুনা কান্নদে, নঙ চৎলো।

হন্দকী অসি হুকুম্না, ইন্দবা য়ারোই হায়বসি বন্দনা খঙই। ইমুংগী মী পুন্নমক্না কিন্নরিবহু মসি ওইবা তাই। বন্দনা তুমিন্না থোকক্লে।

———

১৯

মথংগী নুমীৎ অহুগী নুংথিন্দা বন্দনা লাক্লুনা হায়রে- ইন্দোমচাগী য়ুমদা অমুক চৎপা তারে। হন্দক্তী ঐবু ইন্দোমচানা বোম্বাইদা থাগ্রিবফাওবা অহুম লৈরগনি।

বিপ্রদাস। করিগীনো?

বন্দনা। বাবাগী হুকুম অর্জেন্ট টেলিগ্রাম অম লাক্লে, হুন্নেং অমুক ইন্দোমচানা গাড়ী থারকনী।

বিপ্রদাস। খঙলে, নখোয়গী নন্দোমচাগী লৌশিংনী, নত্তোন্দা লমন খুমগে তৌরিবনী। জবাব হল্লক্লবা খরচ হাপ্লুনা থাবা টেলি-গ্রামগী রিপ্লাই ওইরমগনি। কদাই চে অহু য়েংগে।

বন্দনা। মসি য়েংহনবা য়াদে।

বিপ্রদাস। ওহাক তুমিন্না লৈরগা মোমোন নোক্লুনা হায়—চাউ-থোকপা হায়বসি ঈশ্বরনা য়াদে হায়বহুগী খুদম্নী মসে। ঐবুদী থোপচিনবা য়ারোই হায়না খল্লম্বনী অহুবু শোয়রে। নখোয় নন্দোমচা অরায়বা তুপী নত্তে। কদাইনো কয়া য়াম্না হায়জীনবগে য়েংগেনে। (খুৎ তিংথোকই)

বন্দনানা চে অহু পীরে। রায়সাহেবকী টেলিগ্রাম অহু য়াম্না শাংই। লোইনা পান্নগা বিপ্রদাসনা হায় — নখোয়গী বাবাদী থোইদোকপা

অকায়বা ছায়দে। মীগী উপকার তৌবসিন্থ শাথীরিয়ে। অদুগা অনাবগী সেবা তৌবা লাকপসিন্থ অরাঙ্গীবা থবক নৎলমদ্রে।

বন্দনা। ঐবু ইন্দোমচাগী য়ুমদা চৎলু হায়রিবরা ?

বিপ্রদাস। মতুদী নখোয় বাবাগী য়াথংনী। মসি বলরামপুরগী মুখর্জীগী য়ুম নত্তে, হন্দকীসিদী মুখর্জীনা হুকুম তৌগদৌবা নত্তে— নন্দোয়নী। অদুগা য়াথং থারকইবনা, বাবানী। ইনবা তাই।

বন্দনা। মতুনা চুম্নগী য়াহৈনী। বাবাদী করিস্থ খঙবা নত্তে অদুবু য়াথং হেক্তা তৌরকই অদু ওইরবস্থ অচুম চুমদদী থনবা তাই। ইন্দোনগী য়ুম অদুগী মওংদী হান্না মখঙবীরবনী।

বিপ্রদাস। ইশামক্না খঙবদী নত্তে, নঙগী নচীন্দগী তাবদদী অকবা মকম নত্তে। ঐনা হকচাং কন্নবদী ঐ ইশামক চত্তুনা নঙবু বোম্বাইদা থিনগদৌবনী। অদুবু খোক্তে।

বন্দনা। অবস্থা অদুদা হন্দোক্তুনা চৎকত্রা ? ইন্দোনগী চক্রীনা কনবা তারে ?

বিপ্রদাস। উপায়দী লৈত্তে।

বন্দনা। উপায় হায়ববু ঐ চৎলরোই।

বিপ্রদাস। ফরে লৈরে। বাবাদা টেলিগ্রাম অম থাগ্রো। নখোয়গী নন্দোয়া লৌবা লাক্লবদী নঙ করি হায়গনি ?

বন্দনা। চৎপা ওম্মরোই হায়রগা লোইরে বা অতৈ লৈতে।

বিপ্রদাস। নখোয় নন্দোলো অসিদা তোক্লোই। হন্দকমক্তা ঐখোয়গী ইমাদা টেলিগ্রাম তৌরবা য়াই।

বন্দনা। তৌরম্ববু য়ারেমে। অদুবু করিগীনো ?

বিপ্রদাস। রাখল অম লৈরম্বা তাই। নঙগী ফনবা ওঈরমগনী হায়রবদী থাজদে।

বন্দনা। রাখলদু ঐ খঙুই। মবুংশিংগী মচা অম ব্যারিষ্টরী পাশ তৌদুনা লাক্লে। মহাকপু ঐগী থম্মবিরিব্রে। ঐদী বাবানা ইত্তোমত্তা পোক্পনীনা বাবানা থনম্বমথৈ মখোয়না কংলগনী অসিনীদনা।

বিপ্রদাস। মখোয়গী মরীমতানী অহনা তৌজবনী মহুদী দোষ লৈতে। নীপাহুদী মশক-মতৌ কমদৌই?

বন্দনা। কৈ।

বিপ্রদাস। ঐদৌনা তৌবরা?

বন্দনা নোক্লনা হায় — মহুনা শক ফটজ হায়হুনা চাউ-খোকপনী। অশোকসু ফজদে হায়বদী য়াদে। পুঙ মতা তারে, বালি চাবা মতম ওইরে, লৌরুরগে অশোকী বা অহুসু মখনবিরম্মু হায়-রম্নগা চংথ্রে। মিনিট মতারোম লৈরগা লুপাগী তেঙ্গোত্তা বালি পুরক্লে, উন্দা (বরফতা) থমহুনা ঈংহল্লবনী। চম্প্রা মহীসু শুমজিল্লগা হায় — খব অসিদি লোইনা চাগদোবনী লেমম্বা য়াদে। সেবা শোয়রে ককা ঐভোন্দা হায়বসু য়াদে।

বিপ্রদাস। বা ভাংবদা কিং নমহুনা ভাংবদী হৈরে।

বন্দনা। কনাগুম্বনা হংলগা মুখর্জীনা তম্বীবনী হায়গনী।

চাবা লোইহনা কোল-সীক পুখোক্লনা চংথ্রবদগী লৈশিল্লক্লনা বন্দনানা হায় — বা অমতং হংজগে, খুম্বীগত্রা?

বিপ্রদাস। করি বানো?

বন্দনা। সংসার অসিদা মুখর্জীবু হুংশিবসি কনানা ঈহেল হেল্লী? হায়রা ওহীবরা?

বিপ্রদাস। ওক্নী।

বন্দনা। মমিং করি কৌবগে?

বিপ্রদাস। বন্দনা দেবী।

মহু ভাবহা বন্দনা থোকক্লে। মিনিট তরামতারোম লৈরগা অমুক চতক্লনা চৌকি অম চিংশিন্দুনা বিপ্রদাসগী ফমুং মনাক্তা ফমরে।

বিপ্রদাসনা হংই — করিগীনো অহুক থুনা চেনথ্রিবনে?

বন্দনা। ঐ লৈবা ওম্মক্লবা। হন্নাবা কাম্লেনে।

বিপ্রদাস। অহুনরা নমায় হাইগংপা ওমত্রিবা

মমায় লোথক্লনা বন্দনানা হায় — বা অহুদী করম হায়না থঙবিরুরিবা?

বিপ্রদাস। ঐবু মুঙগী মর্ত্তিরা, করিমতা খঙেঙাইদ্রা ?

বন্দনা অমুক মরু লুকথখরে।

বিপ্রদাস। নমায় ছাইগৎলকউ। করিসু ইকাইকম লৈতে। ঐঙোন্দা ঈকাইবা য়াবা থবক অমতসু নহাক তৌখিদ্রিনা। রা হায়গে তাও।

বন্দনা। ঐবু য়াম শাউবিরমালে ?

বিপ্রদাস। নোক্কনা হায় — করিসু শাউদে। অসিবু শাউবা য়াবা রারনে ? মসিগী অরানবা অসিদা নশা নথগুনা ফাজরকনী; মহুদা মসিগী প্রতিকার।

বন্দনা। মসি অরানবনী হায়বা খঙলক্ত্রবদি ?

বিপ্রদাস। খঙলকনী। মসিনা সংসার অসিদা অরেম্বা কান্নদবা পোক্লকই হায়বসিবু খঙদ্রবদা নঙ ঐবু মুংশিদে। নঙনা মুংশি হায়রিবদা সুধীরবু মুংশিবা অহুগুম্বনী।

বন্দনা। সুধীরগদা চাংদম্নবাগম্নু মহুদা ঐ তাবা ঙমজদে. মসিনা কান্নদবা ফত্তবা পোকই হায়বহুদা ঐহাক য়াক্তে অহুগা মসি মীনম্বনী হায়বদা য়াবা ঙম্মোই, অসিনবু মীনম্বা ওইরম্নবদা অদোম্বন্ মুংশিজবা ফংলম্মোই, অদোম্নসু ঐবু মুং শিবীরম্মোই চুম্বরা ?

বিপ্রদাস। ঐসু নঙবু মুংশি অহুনবু ঐনা নখুত্তগী পোৎ চাবনী, অহিং-মুংথিল ঐবু সেবা তৌহনবনী। অহুমক ওইহুনসু ধর্ম্মনত্তবদা পাপকী থবক্তা ইশাবু চিংথবা ঙম্মোই, নহাকপুসু চিংথবা ঙম্মোই। নহালমথৈ ঐবু থাজবগী মীৎয়েংনা য়েংহনা লাক্লিবশিং অসিবু ঐবু উরগা মমায় লৈথোকহল্লসিরা ?

বন্দনা। ধর্ম্মনত্তবা হায়ববু করিনো। ধর্ম্ম নত্তবা হায়বসি মীনা শেম্বনি, মীনা অমুক থুগায়। মসি মীগী খুৎশেম ওইরমালে।

বিপ্রদাস। নঙগী অসিগুম্বা ঙাওচৎনবা অসি কনানা তাকপীরিবনো ? নঙবু ঙাওহল্লিবসি কনানো ?

বন্দনা। অদোম্না।

বিপ্রাদস। অহুদা ধর্ম্ম-নত্তবা রাথলসি ঐম্না তৌহনবা তারে ?

বন্দনা। মানী, অতৌ কনানম্ভ নত্তে। ধর্ম্ম নত্তে হায়রিবত্নদী ঐ য়াবা ভমদে অহ্নগা ধর্ম্মনী হায়রিবা তদুদী মুৎজ্জীগী ইশাগী শাজেন্নী।

বিপ্রদাস। মানী মসি ঐগী লেঙত্রবা অচেৎপা শাজেন্নী। নহাকপু মুংশি মুংশিবা অদু ঐগী পূক্লংদা অহুম লৈ। মসিবু ঐ ইথন্তনা পুবা ভমত্রবা মতমদা নঙবু কৌরক্কে। নঙ লাকত্রা ?

মপি তৈথোক্তনা বন্দনানা হায় — লাক্লবা পাঙ্গল লৈরবা, লম্বী ফজনা ফাত্তনা লৈরবা অদু ওইরবদী লাকনী।

বিপ্রদাস। লম্বী ফজনা লৈরবদী লাকউ, ওইনহুনা নমায় লৈথোকখিগনুকো।

বন্দনা। মমীত্তগী পি অমুকম্ভ তৈথোকক্লগা হায় — ঐ করিগুম্বা অমতংদী নিজগে। ঐগী বা অসি মী অমদা হায়দোকপিগনুকো।

বিপ্রদাস। হায়দোক্লোই বন্দনা। হায়দোক্লবা মীম্ভ লৈতে।

বন্দনা। বা অমতংগা হংজখিগে।

বিপ্রদাস। করিনো ?

বন্দনা। মুপী মুংশিবা হায়বসি খঙদেনে, ইথত খঙত্রবরা নত্রগা মসি করিম্ভ লৈতবা পোৎনি হায়হনা থাপ্না থম্বীগ্রবরা।

বিপ্রদাস নোকপদমক নোকই, খুমদে।

মথাগী মাঙ্গোন্দা গাড়ীগী মথোল তায়। দ্বিজদাসগী মথোল তায়ে। ওহাক লৈরগা অন্নদা চঙক্লনা হায়ররে — দিজু লাক্লে বিপিন।

বিপ্রদাস। মথন্তরা অতৌ য়াওরকপরা ?

অন্নদা। মা মথন্তনী।

বন্দনা। মাগী চানবা শীল্লুখিগে হায়হুনা চৎত্রে।

অয়ুক্তা দিজুনা ময়াম্বগী খুয়াগী উফুল লোইহনা খুরুম্নবা মতম অহুদা কাগী নাকল অন্নদা বন্দনানা পূজাগী পোৎ-চৈ শেম-শাহনা লৈরমই। দিজদাসনা হায় — হুন্দকী মঙানি পানবদা ইমাগী পুত্রী হোঙবা তারি। থবক য়ান্না চাউগদৌরি।

বিপ্রদাস। ইমাগী থবক্তী চাউনী হায়রগা নোকই।

দি,জু। কাসুগী অনাবা ফবগী পুজাগা খোকমিন্নয়ে — অতুমমু চাউগদৌরি — অশ্বমেধ-যজ্ঞ হায়বতুনী। ইতৈমনা ওঝাশিং বার্ত্তনগী মী অতৈগী চাউরাকপা মীকোক অমদী চাম্না হায়বা তারে। হন্দক্তী দাজাগী শেল থরদী চৎপা তারে।

বিপ্রদাস। হন্দক্তী নওগী পালিনী। থরচ মওনা তৌবা তারে।

দি,জু। অতুদী হন্দক্তী থৌশীল থর হোংদোকপা তারে। টোলগী পণ্ডিত ময়াম অসি রাওদবা তারে। মপান্দা লৈবা কাংবু অতুমক রাওহনবা তারে।

বিপ্রদাস। নোক্তনা নওনা টোলবু অসুক শাউরিবদী করি-গীনো? মীনদা মথোয়বু ভাংবিবনী মহাক নমীৎনদী করিসু উত্রি। মথোয়পা ভিজরবদী নওনা পানবা মতমদদী ঐসু চন্না হেনবা তারিবে।

দি,জদাস মরাম্বগী পদধূলি অমুকসু লৌরগা হায় — মাতুম তাকপিগনু। দাদাদী কাওবু অনীসিগী মপান্দনী। দাদাবুদী ঐখোয়না বিচার তৌবা ওস্না মীশক নত্তে।

বিপ্রদাস। ঐনা হকচাং ওমদবা ইমা তাদ্রা?

দি,জু। তাদে। তাদবা করো, তারবদী পুথী হোওবা অসি কায়রগনি।

বিপ্রদাস। মী কনা কনা পাউ হায়কা তারি।

দি,জু। অক্ষয়বাবুদসু বার্ত্তম য়োৌরে। হন্দকী থবক অসিদা মৈত্রেয়ীগী মগুন খওহোগনি হায় ইমানা। মথোয়সু ঐনা লৌরবা তারি।

বিপ্রদাস। ইমানা অতৈদী হায়দ্রা?

দি,জু। ইচে অন্নদাবুসু গুরুকউ হায়, অতুগা কলেজগী ছাত্র চনীংবা রাওরবদী পুবীরকউ হায়রকই।

বিপ্রদাস। নতৈমনদী করি করি হায়রকই।

দি.জু। করিস্নু হায়রক্তে।

মথাদা গাড়ী মখোল অম তাই। চোর্ন মখোল অদু বন্দনানা খঙবা গাড়ীনী। মীহুত্তা য়েংবদা মশোল উত্তুনা মথাদা অমুক্তা কুপ্সুখিগে, পুজা অহ্নিকনু লোইরখোকপীয়ো হায়রম্লগা বন্দনা চংখ্রে।

ঐনু মায়শ্মীং তাখোকউখিগে অমুক লাক্কে হায়রম্লগা দি.জদাসনু চংখ্রে। অমদানা হৈ-রা পুরক্লে, বন্দনাদী মী অরাকপশিংহুগা বারী শাহৌই তমই।

দ্বিজদাস হল্লক্ত,না গাড়ীদা থাখিগদৌবা পোৎ চৈ ময়াম অদু শীন্দোক-শিল্লিন তৌতুনা মচীম্নাউ থবক য়াম্না চিঙ্ৎহৈদা মপান্দগী হায়রকঈ — ঐ অমুক্তা চঙজরকপা য়াগদ্রা, খোঙ,পেতি য়াওরে?

বিপ্রদাস। য়াওসনু য়ানি।

অহানবা উবদা মানা বগয়ামপুরদা শেংখিবা পোষাক অদুদা বন্দনাবু উবদা বিপ্রদাস ইঙক ঙক্ত,না হংই — কদাইদা চংকাদৌরি বন্দনা?

বন্দনা। ইন্দোমচাখোয়গীদা চংপা তারে।

বিপ্রদাস। কৈদৌউ হল্লকনী?

বন্দনা। হল্লকপগী য়াদী ঐ খঙদ্রে হায়রগা বিপ্রদাসপু খুরুম্মী, খোঙদী শোক্তে। লাইবক্তা খুং থাঙহুনা দ্বিজদাসবুসু নমস্কার তৌরগা বন্দনা খোকখ্রে।



২০

দি.জদাস। হংই — বন্দনানা অশুক থুনা চংখ্রিবসি করিনমো, ঐ লাকপনরা?

বিপ্রদাস। মত্তে, বোম্বাইদা লাক্তি,বফাওবা মন্দোমচাগীদা লৈয়ু হায়তুনা মপানা টেলি তৌরকই।

দি.জু। মন্দোল হায়বসিনা কদোমদগী থোরক্লিবনো? বন্দনাহুবু ঐঙোন্দা ঙা-লান অমত্তা ঙাংদে, লৈথোক্ত্না ঙাক লৈ। মমায় লৈথোক্ত্না নমস্কার তৌরম্মী। ঐবু করি মুঙাইতবা লৈবনো?

হংলিবহু অমরোমদা লৈথোক্ত্না বিপ্রদসনা থূমই — ঐনা হকচাং ঙমদ্রিঙৈদা মন্দোল অসিগী ময়্মদগী ঐগী সেবা তৌনবা কৌহল্লুবনী। সেবা য়াম্না ফজনা তৌরমই, নথোয় মাবু কাউবা য়াদে।

দি.জু। কাউজরোই, থাঙ্গৈশেংবদী কাউরোইদৌবদী মহাক্নী ঐথোয় নত্তে। দাদাগী সেবা ফংজবসি মাগী মরাইবক ফঙবনী, মহুগী মমল অহু মানা থঙজরবদী পুন্সিসিমা মাদী ঐথোয়গী লমন তোল্লবনী।

বিপ্রদাস (নোক্ত্না)। নঙসি লাইমা মথোঙ চাদেদা।

দি.জু। ঐ মথোঙচাদে, অহুবু পঙবদী পঙদে। ঐগীবুদী তোকপীরো। মহাক্না সেবা তৌরম্বা অসিবু ইমানা তারবদী ইমাদী মাগী ঙইগ্নে, মানা লৈগ্নে। অসিবু মাগী মরল নত্রিবরা? তান্দুনা ফংবা নত্তে হায়জবনীমা।

বিপ্রদাস। নঙ ইমাগী শক হৌজিক্তা থঙলিবোরে।

দি.জু। ঐনা ইমাগী শক থঙই হায়বসি দাদামক থঙজিনবীয়। ইমাদী ঐ অসি ফত্তবনী, শাগৈ চেম্বনবনী হায়বসিদা অহুমক লৈসন্ন

বিপ্রদাস। করিগিনো, ইমানা নঙবু য়াবা, ইমানা নঙবু থাজবসিবু নঙ থক পামত্রবরাও? অসুম্না থোয়বসিদা নঙগী করি তোংজবা লৈবগে?

দি.জু। অতোংবদী থঙজদে, অপাম্বদী লৈত্তে। দাদানা মুংশিবীরি, ইতৈমনা চানবীরি, মসি ঐগী মপোক তরেৎলক্তা তৌজরকপগী মহৈনী। হায়দোক্লরগা দি.জদাসগী মমায়-মমীৎ পুমঙাং ঙাংথে ইকাইবনা। মাদি অসুম তৌনা মপূক্নীংগী ঙা ককা হায়দোকপসি থক তৌদবনী। অহুদগী হঙিন্দুনা হায় বন্দনা চৎথ্রিবহু শাউহনা চৎপা মাল্লী। মসিবু করিনো?

নঙ লাক্লবনীনা মাগী মথৌ লৈত্রে, সেবা লাংবা তৌবসি নঙগী ঙইগ্নে অসি ঙইরমালে হায়রগা বিপ্রদাস নোকই।

দ্বিজু। দাদানদী কাগি তৌবিরম্বা য়াই। অহু মখোয় ইংরাজী হৈবী লুপীমচাশিং অসে মখোয়গী পোঙবা অসিদা নোংমদী শিন্নখিগদৌবনি। হন্দকী অহুগুম্বা অনাবগী সেবা তৌবগী মতাং অহু অমুক থোক্কবনা কগনি, থোক্লবদী মহাক চোপকনী, অসিগুম্বা থবক্তা বন্দনা তরানা দ্বিজদাস মথন্তগা পাবা মতীক নত্তে হায়বসি মা খঙজগনি। মসিমতংদি মঙোন্দা তাঞ্জা চাবদা তাকপীয়ু।

বিপ্রদাস য়াম্না লুংশিব-মীৎয়েংনা — তাকপীগে। অহুবু থাজগত্রা থাজরোইত্রা খঙদে। মসিগী পরীক্ষাদী নমাম্বনা লৌপদৌবা নত্তে — ইমানা। নখোয়নসু থর তমশিন-খোচ্চিন্দবা য়াত্রিবনী, ভাব তারত্রা?

দ্বিজু। হায়রীবহু ঐ ভাব কয়ামুম্না তাজদে। ইমা লৈরিবনীনা নোংমদী তৌরবা য়াই, কম্বিগীদমক্কো হায়বহুমদী ঐ খঙদে। ঐগী লাইবক্তদী ওম্ন-তৈনবা ঙাক্তা ওইত্রে। বাবানা ঐবু পোকপীরমই, থোইদোং মথাং অমগী সম্পত্তি পীরমদে —দাদানা পী। ইমানা ঐবু গর্ভদা পুক্কিরকই, য়োকপনা ইতৈমনা, ঐবু মী ওইহল্লকপনা ইচে অমদানা। পিতা স্বর্গঃ পিতা ধর্ম্মঃ অহুগা জননী স্বর্গাদপি গরীয়সী (ইপানা স্বর্গনী, ইপানা ধর্ম্মনী অহুগা ইমানা স্বর্গদগী হেন্না য়াংই) হায়বা শ্লোক অসি কমদৌনা ওয়াইগদৌরিবনো অমুক্তা তাকপীয়ু।

বিপ্রদাস। ইমাগী য়াদী নৈনকহুনা কায়দে; বাবাগী মরমদা নঙনা থল্লিবা য়াথল অহুদী লায়ে। সম্পত্তি থাইবোক অমগী মপুদী নহাক্কী।

দ্বিজু। মহুসু ওইরম্বা য়াই। বাবা লৈত্রবা তুংদা দাদানা থোঙ লোনশিন্নগা বাবাগী উইল অহু মৈ থাদোকখিবা নত্রনে?

বিপ্রদাস। নাঙোন্দদী কনানা হায়?

দ্বিজু। ঐবু কোনবীরিবা মীশক অহুনা।

বিপ্রদাস। হোয়, মানা তাক্লহসু য়াই, অহুবু নতৈমদী উইল অহুদী পাহুনা য়েংখিদেনা। বাবানা নঙোন্দা লোইনা পীখোক্লম্মে হায়হুনা পাউহুনা ঐনা মৈ থাদোকখিবসু য়াইনা।

দ্বিজদাস মনাদগী মাতাম্বুদা থৌনা মোরুগা হায় — ওইদবদী হায়বিগনুদা। দ্বাপুরদা বেদব্যাসনা যুধিষ্ঠিরগী মীনয়মথে মোট তৌরশিল্লী, কলিদা দাদাগী মীময়মথে দ্বিজদাসনা থওজিন্দুনা থম্লগনী, অনী অসি চপ মান্নগনী। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐবু পাপতী পুহনবিরগনু। করি তৌজো হায়বগে তাকপীয়ো।

বিপ্রদাস। ঐখোয়গী সম্পত্তি নাচিংবা পুন্নমকসি নওমা য়েংলগদৌবনি।

দ্বিজু। করি মনমগী ঐনা কোকথোং অসি পুগদৌরিবনো মতু হান্না তাকপীখো। দাদানা পুথা ওথোক্রবরা ? মতুসু ওইথোক্তবনী। ইমানা ইংলেথসু ঐদী মীরেমী, মীরেম ওইদুনা অসুমমক লৈজগে হায়বীরু। লুপা শংবগী থবক ঐ পুবা ওমজরোই। মমৈদদী য়ুম্বানবদা কুপশিল্লকন্না মীনা হায়মরকনী— "দ্বিজদাসগী ঈদী মকোক্তা চেন্দে, লুপাদা চেল্লী।" ঐবু অসিগুম্বা থবকসি তৌহনা লৈয়ো, ঐগী পাম্‌জবা লৈবাক্তী সেবা অসি থাদোক্লো হায়বিরিবরা ?

বিপ্রদাস। ঐনা নওয়ু দেশ-সেবা তৌকরগনি হায়বা নত্তে, মতুসু অতুম তৌ বুন্মসু পুদবা য়াদে।

দ্বিজু। মসি হায়বীরিবসি করিগীনো ? মরম অত্ত থওত্রবদী ঐ য়াবা ওমজরোই।

বিপ্রদাস। মরমদি করিসু লৈতে, ঈলায়-লায়। ওসি ঐ লৈরি, হয়েং ঐ লৈরসু করম তৌনি ?

দ্বিজু। মতুম হায়বিসু; ঐ মতু তাবা ওমজদে। থনবসু ওমজদে।

বিপ্রদাস। অদুবু সংসার অসিদা ওইথোক্তবা করিসু লৈতে। মসি থনবা ওমদবা কাওবুনা মমৈদা বায়। অদুগা ঐনা লৈরবসু বাহনা ছুটি লৌবা তারবসু ছুটি পীরোইদ্রা নহাক ?

দিজু। ছুটি পীবা ওমজরোই। মতুগী মতুঙা দাদাগী য়াথং তাকচবনা কৈ, কৈদৌরৈদগী ঐবু করি তৌজো হায়রা হেক্তা তাকপিয়ু।

বিপ্রদাস। ওসিদগী থবক পুরগদৌবনী।

দি.জু। গুসিদগী ? অস্তুক থুনা ? ফরে, দাদাগী য়াথংদা হীক্তোকচরোই হায়রগা চৎখ্রে।

দি.জুদাস থবক পায়থংখ্রে। মমাগী পুথ্রীহোংবগী থবক মথং-মথং ফজনা শীনবা হৌগৎলে। অমুক্তংসু তৌরক্তিরবা থবক অসি অস্তুক নীংথিজনা পুবা ঙমগনি হায়বসি বিপ্রদাস খাজরমদে। পোৎ পুম্নমক লাওডে। গাড়ীদা থাগদোবনা থাখ্রে৷ মশানা পুগদোবনা তোঙাম্না থম্মে। শাইগে-নাইন্তে মন্ত্রী-মতা চৎকদোবনবেইস্থ চৎহনখ্রে। মহাক চৎ-কদোবা মুমীৎ অতুদা ময়াম্বনা কম্নি কম্নি ভাকদোবা লৈরিবা হংতুগা চঙলকপদা বন্দনা লৈরম্মে। নহাক চৎথিবা অতুদগী অমুক্তা লাক্তির। থবক্তী বাখল্দা মহাকপুদী পুমকাউ কাউরুরে। ব্যবহারগীদমক নমস্কার অমতং তৌরগা হায়— ঐদী ঙসী চৎচরগে। 'অক্ষয় বাবু মাগী মুপী মৈত্রেয়ী থোয়সু ঐগা লোয়নরগনি। কলেজ-ছাত্রশিংদী হয়েং চৎকদৌরিমালে৷ মথোরগী গাড়ী-ভাড়া পীরম্মে। ইচে অমুদী লোয়ন-বীরকে হায়বরা ? থীজরবদা মুমীৎ হুম্নী মরিনিদগী চেম্বীরক্নু।

বিপ্রদাস। ঐসু চৎপা তারিবরা ?

দি.জু। চৎপিবা তাই। চৎলোই হায়রগা খুরুম যোডা অমতং লৈরগা পীবিয়ো৷ মচু পুথ্রগা ভয়ঙমা তৌথিবগুম সিংহাসন্দা থাজংকে।

বিপ্রদাস (নোক্তুনা) থবক্তী ফনা ফয়ে। অক্ষয় বাবুদী কমদৌ-না চৎকদৌরিবনো মাগী ছ্রটি লৈন্তে, থবক য়াম্না হোহৌরমনি।

দি.জু। মাগী করিসু মাঙতোই। মুডাই-য়াইফবা ইমুংদা মচানুপী থাজবা ওম্নবদী অছুনা হেন্না তোংখ্রে। পৈশা লৈবা মমাক ফংজবদি য়াম্না কাম্নবা বানী। মাগী কলেজগী অকক্নবা ভজবনা কৈদৌদগে ?

বিপ্রদাস। (শাউনা) নঙগী য়াঙাঙসি ফজখিত্রেদা। মীবু ব্যবহার তৌনা ভাঙবসি হৈহে-হৈত্রবরা ?

দি.জু। হৈবরা হৈতবরা ইতৈমদা হংলবদী খঙবীগনী। অয়েক্লা ব্যবহার তৌবসি ঐ কয়া হৈজদে৷ মদি ঐদী পোষনী।

বিপ্রদাস। নতৈমসি নঙগী অকবা সাক্ষিনীনে, নঙগী সাক্ষীদী মানা লোইরেনে।

দি.জু। ইতৈমঙ্গা চুপী থম্ব তাঙগী ঐনা মহাকপু হেন্না থাগৎ-লুবগী বা নত্তে। মসি মীনদী খঙবা ঙম্মোই।

বন্দনা মতোমতা নোকই।

দি.জু। ইবেম্মসু ইন্দোলগীদা লৈবগী মহুত্তা ঐথোয়গী য়ুমদা লুমিং থরদং লৈরবদী ঐনা হায়রিবসি ভাব তাগনি। অসিগী মাসি তোক্লসি। দাদাবু য়ুমদা কৈদৌঙৈ চৎপিগদৌরিবা ?

বিপ্রদাস। ঐ য়াম্না বারে, ঙমদ্রে হায়বসি ইমাদা হায়বা ঙম্ব-রোইদ্রা ?

দি.জু। হকচাং ঙমদবত্তু ফজ্রিবরনে।

বিপ্রদাস। করে।

দি.জু। অতুমক্তদা ইমাগী থবক য়াওরোই চৎলোই হায়বিরিব-সিবু ইমানা করি হায়গদগে। সুংশা খীত্না ইমা অসিদা অমুক লাক্লবদী থবক পুমকায় কায়রনি। ঐবু অমুক লাক্ত.না লৌজরো হায়বরা।

বিপ্রদাস। নঙ অমুক হল্লক্তবসু ঐ হেক্তা লাক্লগে।

দি.জদাস চংগ্রগা বন্দনানা হংঈ — য়ুম চৎলোই হায়রিবসিবু করিগিনো ?

বিপ্রদাস। মরম নঙসু তারেদনা।

বন্দনা। পাউখুমদুদী ময়ামগিনী ঐতোম্দা নত্তে। মরম অশেংবত্তু হায়বীদবা য়াদে।

বিপ্রদাস। ঐ বারে ঙমদ্রে। হায়রিবসিনী।

বন্দনা। নত্তে।

বিপ্রদাস। করিগী ওইরোইদৌরিবনো ? ঙমদ্রে য়ারে হায়বা য়াজরা ?

বন্দনা। য়াই, অশেংবা ওইরবদী ঐসু থাজগনি। ময়ামগী মীত্তা

উং চাইবা য়াই, বন্দনাদদী য়ারোই। ইচেদা চিঠী ইগনী, অনাবা শেংঈ শেংদে খঙদ্রবদী ঐবু কৌরকউ হায়রমগনী।

বিপ্রদাস। নচেনা খঙদ্রগা মঙনা খঙগনী হায়বসি নচেনা তাবদা মুঙাইরোইদা।

বন্দনা। মপান্দা মুঙাইত্রবসু মনুংদদী হরাউগনী। ঐখোয়গী ইচে হৌজিক কালগী মী নত্তে, নীপা (মপুরোইবা) থিবী জাং নত্তে, ঈশ্বরনা হেক্তা পীবিবনী।

বিপ্রদাস মা ঙাঙদনা নোকপদমক নোকঈ।

বন্দনা। করিগিনো নোক্লিবসিবো?

বিপ্রদাস। নোক্লাঙঙী। নীপা থিদবী জাং লৈ হায়বসি নঙ মুন্না খঙদ্রি। সংসারদা চৎনরিবা অসিদগী ইতোং তোঙানবা লৈ হায়বসি নখোয় য়ানীংদ্রি। মসিদা লৈবনী পূন্য, ধর্ম্ম কাব্যসাহিত্য লেঙদবা ভক্তি অমত্তুং থাজবা।

বন্দনা। চৎনবীগী রাংমদা লৈরিবসিদী মুখর্জ্জী ওইরে। নহান্দী ঐবু মুংশি হায়বদাইনে?

বিপ্রদাস। মুংশি হায়বতুদী ঙসিসু হায়রি ঐ। নখোয়না উবসি মুংশিবগী লম্বী অমত্তনী, লম্বী অতৈ উদবা অতুনা ঐনা হায়বা ভাব তাদবনী। দিঃজুগা মতৈমগদা অমুক্তং য়েংউ, মুংশিবা, থাজবা, লুনা নীংবা পুম্নমক লোইনা তিনগ্রবনী। মতৈমসু ওই, মরূপসু ওই, মমাসু ওই। নঙগা ঐগগী মরীসু অদ্ধানী। নঙন ঐবু মতুগী রাথন্দা লৌবা ঙমদে পুশিনবা ঙমদেনে বন্দনা।

বন্দনা মরু লুকথতুনা মুন্না তারগা মমায় হাইগদ্‌না হায়—নহালমখৈ ঐনা লাম্না খঙলুবনী। ইচেবু তশেংনা মুংশিবীরদি ঐ য়াম্না মুঙাই অত্তুবু মুংশিবীদমালে। তৌরিবসিদী ধর্ম্ম ঙাকপা, তৌফম থোকপা তৌবতনী, কনাবুসু মুংশিবা লৈত্তেদনা। ঐগী অরানবা অশোয়বা খঙজরে। ঙসিদগী হৌনা অহাঙবদা খুৎ তিংথোক্ত্‌না মী থিবা চত্তবা আশীর্ব্বাদ তৌবীয়ু।

বিপ্রদাস খুৎ থাঙ্গত্তুনা আশীর্ব্বাদ তৌঈ — মতু ওইরসনু। নঙগী ওইগদৌবা মীশক অদো ঈশ্বরনা পুরক্তুনা শোয়দনা নঙোন্দা পীরগনী। মসি তোল্লসি। নঙগী বোম্বে চৎপগী মুমীৎ লেপ্লবরা?

বন্দনা। লেপ্লি।

বিপ্রদাস। নহাক নখোয়গী নন্দোলগী মপাগী মচা অশোকী রা হায়রম্বদাই। নঙনসু মহাক অতু কৈ হায়বদাই? কমদৌরে রা খর চপ্পরব্রা? নবানী লৈপুন ওইসনু ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি। নখোয়গী নন্দোল অতুদী খর মুন্না য়েংনা চৎলুকো। ঐদী হংচিং য়ুমদা চৎলগনি। মুমিৎ নীনি-হুন্নীদগী হেন্না লৈরকওই। ঐনা হল্লকপা ফাওবা নঙ কলিকাতাদা লৈরবদী নোংমতং লাকউ।

বন্দনানা মরু লুকথত্তুনা খুমখিবত্তুগী মরোল খঙহৌত্রে।

বিপ্রদাস। নঙসু তাররিনি ঐসু ছটি ফংলে। দিজুনা থবক লোইনা পুত্রে। নহা ওইরিঙৈদগী ঐবু বাবানা থবক পুন্নমক পুহন্দুনা ঐ ওন্থোক্না য়াথ্রে, অহাঙবা অমতা ফাওবা ফংদবা। হৌজিক্তী য়াই শংলে। নঙনা ঐগী সেবা তৌখিবত্তু দিজুদা তম্বদা মাসু য়াম্না হরাউত্রে। মখোয়না নঙনা তৌবত্তুগী তথ্যায় অম ফাওবা তৌবা ঙম্মোইদবনী। দিজুনা নঙবু থাগৎলী অতুগা দাদাগী সেবা অমুক্তং তৌমিন্নরবদী বন্দনা তন্নানা মানা তৌবা ফংলোইসু হায়।

বন্দনা। ঐ মতু য়াই হায়বীয়ু। অতুগা মতু চাংয়েংনবা তারবদী অমুক্তদী উনহনবীয়ু।

বিপ্রদাস। উনগনি বন্দনা। চেনবা মী নত্তে মহাক। নঙ মাবু মশক মুন্না খঙত্রি।

বন্দনা। ঐ য়াম্না নীংখিনা খঙভী হায়রিবা থবক অতুদী মাগী লাম্বা পাবা ঙম্মোই।

বিপ্রদাস। বন্দনা! ঐগী দিজু পুকচেল শেংবা মীনী।

বন্দনা। মুখর্জীদগী হেনব্রা?

বিপ্রদাস। উম ঐঙোন্দগীসু হেল্লী। অতুগা নঙনা মাবু শাউমালে হায়রম্মী। রা ঙাওব্রবদী কৈদৌরে?

বন্দনা। ঙাঙবা কাম্নদ্রে হায়দুনা ঙাঙত্রবনী।

বিপ্রদাস নোক্কনা অদুদী নও মাবু শাউই হায়বসি শোয়দ্রে। অদুগা ওসি বা অমগা হায়গে বন্দনা। দিজুগী ব্যবহার অসি কন্দ্রক কন্দ্রকঙ্গ, বাহৈ-খোনফমস্থু থোং-মেঙদে। মাগী মপানগী চবৌ চবৌ লাউবা অসি হায়দোক্লগা য়েংলবদী মহাক মূক নীংথিজবা অথোংপা মী লৈতবনী। ঐনা হায়বসি থাজো মহাকন্না মী থিবা ফংলোইদবনী।

বন্দনা বা ঙাঙদনা ঙহাক লৈরগা গাড়ী ঙাইদুনা লৈবা কুইরে, ঐ চংলগে। কলিকাতাদা অসুম লৈরবদী নোংমা লাকে নম্রবদী অসিনা অরোইবা নমস্কারনী হায়রগা খোঙ শোক্লা খুক্মগা চংখ্রে।

বন্দনানা সিড়ি কুমথরকপদা সিড়ি মচান্দা দিজদাস মথুং লোয়দুনা লেপ্লম্বা থেংনবদা ইঙক ওক্কনা হায় — অমূক লৈরম্লিবসিদী কৈদৌরে ?

দিজু। হায়জগদোবা অম লৈরে। দাদাগা লোয়নদুনা ঐখোয়গী য়ুমদা অমুক্কং লাকপীদবা য়াদ্রে।

বন্দনা। করি মরমগিনো ?

দিজু। নোংমা বার্ত্তোন তৌদনা লাক্লম্বা অদুম তৌনা অমুক্কংগা চানবীবা তারে।

বন্দনা। ঐথু ওসি বার্ত্তোন তৌরিবসিদী কনানো ? ইমারা, দাদারা, অ.দামরা ?

দিজু। ঐনা তৌরিবনী।

বন্দনা। অদোমদী মীথাঙ অদুম ওবনী হায়বদাঙ্গ, বার্ত্তোন তৌবা ওম্বরা ? মদুগী অধিকার লৈবরা ?

দিজু। বার্ত্তোন তৌবগী অধিকার লৈত্রবস্থু হিংনবগী অধিকারদী ঐগিস্থু লৈ। মদুতনা হেক্তা হায়জরিবনী। য়াবীরেদনা ? তঙাইফদবা হেনফদবা মতুনদী কনাগুম্বগী মফমদা হায়জরি।

বন্দনা ঙহাক অমত্রোমদা য়েংহুনা লৈরগা ফরে ঐ লাক্লগে। অদুগা অচোপ অরেমগী ৱাদী অদোম্না পুবীরেদনা ? চোপহনবীরোইদনা?

দিজু। ইঔক্তী নত্তে অদুবু মহুগী ভার অহু লৌজরে।

বন্দনা। হয়েং লুরবা মতমদা কাউথোকপিগনুকো।

দিজু। কাউজরোই।

———

২২

বিপ্রদাস মাগী অফিসদা ফমদবা য়াম্না কুইরে। টেবিল মথক্তা য়েংত্রিবা চে মপে অম লৈরে। মশাদী শোল্লি অদুবু দিজুদা লোইনা ঈস্থোকপনু য়াদে। বই অচৌবা অম হাংদোক্লুনা য়েংলিঙৈদা মপান্দা মোটর মখোল তাঈ মীকুপ অমগী মতুংদা বন্দনা চঙক্লে। ঙসিদী মথন্তা নত্তে, শক খঙদবা পাথং অমসু য়াওরকঈ। ফৈজোম শেংলী, ফুরীৎ খুদাং অরাওবী লীংলী, লৈরোং হাপ্পা খুদোল-খোঙুপ অম তোংঈ, মঙক্তা অথাবা চাদর অম য়াল্লী, চহী কুন্থ্রাগী মথানী, মরেপ থজিক্তং হাপকৎলম্নবদী শাবান ফজবা হায়বহু ওইরগদৌবনী। বিপ্রদাস হৌত্তুনা ব্যবহার তৌঈ।

বন্দনা। মুখর্জী মহাশয়! মহাক মিষ্টর চৌধুরানী, বার-এট-লোনী। অসিদা অশোকবাবু হায়না হেক্তা কৌনরসি হায়নরক্লে। ৱারী-ৱাতাই কোন্না তৌসি ঐগী থবক লোইথোক্লখিগে হায়দুনা চঙশিল্লক্লুনা লূকথহুনা নমস্কার তৌরগা হায় — লাক্লিবা নীপা অসিনা মথোয়গী সমাজ চেস্থহল্লী হায়রগনি অদুনা মহাকী মমাঙদা থুয়াগী উফুলদী লৌজদ্রে অনৌবা কায়দা অসি ইন্দোমচাদগী তম্মকপনী খন্দুনা ৱারৌবিগনু।

বিপ্রদাস। বন্দনানা তমর্হুনা ইবুঙোগী ৱা তারে। হকচাং ঙমদহুনা তৌবনী, অদু নত্রবদী ঐ লাক্লুনা ৱারী-ৱাতাই শারগদৌবনী। ইবুঙোগী শকসি উথিবক্তন্নুরা তৌরে। ঙসি বন্দনানা অসিমা খুরুমজরা

থওনহনবা য়াম্না মুঙাইরে। বন্দনা! ঙসি লাকপসি অশোক বাবুগা শক থওনহন্নীংহুনা তৌবরা না অতৈস্ত্র লৈবরা ?

বন্দনা। না য়াম্না লৈ। অহানবদা মুখর্জীদগী কৈফিয়ত লৌবা। ঐগী হুকুম য়াওদবা মথা কুমথহুনা থবক পায়বীরিবসি করিগিনো ?

বিপ্রদাস। থবক চান্নবা পায়খ্রি, পায়রসিরা খল্লম্বতা মঙায়রি। তোক্লেসে হায়রগা খাতা ককাহু ঈস্থোক্তুনা থম্মী।

বন্দনা (হরাউনা)। কৈফিয়ত Satisfactory ওইরে। মতুংদসু ঐনা হায়বা থর থর ইনবীয়ু। ফরে অশোক বাবুগা বারী শাবিরো। মুখর্জী মযুমগী মতীক-মগুণ প্রজা শাসনগী অকিবা ফংলবা বারী—ককাহু তৌবীয়ু। ঐ মথক্তা ইচে অমুগা পোৎ-চৈ-ককা য়োমশিল্লুথিগে। হয়েং অযুক্কী ট্রেন্দা বলরামপুর চৎকনী। মুমিৎ লৈরিবৈদা চৎপনা ফগনি, অহিংদা চৎলবদী ঈংগনি। অশোকবাবুসু লেঙগনি হায়রি, অচৌ-অশাংগী ইমুংগী থবক-থনাসু থর য়েংনীওভী। যজ্ঞ তৌবা, ঘট স্থাপন তৌবা ব্রাহ্মণশিংনা মন্ত্র ককা শোনবা থীবহু য়েংনীওভী হায়রি।

বিপ্রদাস। নহাক্তী য়াম উররিনিদনা ?

বন্দনা। অশোক বাবুবু উত্রি হায়বগী বানী। ঐনা চৎসি হায়বদা মহাক য়াম্না হরাউখ্রে অতুদা ঐনা বোম্বে চৎপদা থিনবীগনি হায়রিবনী।

বিপ্রদাস। মিষ্টর!

অশোক বাবুনা য়াম্না ব্যবহার তৌনা ফজনা হায় — মহুম তৌবীগনু মহু য়ানবা হায়হুনা হঙ্গোইবীদনবা হায়হুনা ফৈজোম শেন্তুনা খুদোল খোঙুপ তোংহুনা লাকচরিবনী বিপ্রদাস বাবু। ইবেমা বন্দনানসু মহু তৌহন্নীওভী।

ঐ ইচেগা থবক থর তৌরুথিগে হায়রম্নগা বন্দনা থোকখ্রে।

বিপ্রদাস। (মুঙাইরহুনা) ফয়েদা অশোকবাবু। শম্না কৌনবা য়ারেদনা। খুল্লক্কী মীনীনা নীংশীংবসু নীংশিংদে ইকোইবু কোইনা থোকঈ। ঐথোয়গী খুল্লক য়েংবীনীওভী হায়বদাইদো অমুক্তং য়োবীরবদী য়াম্না মুঙাইজগনী।

ঐখোয় ইমুংগী মকোক ইমানী, ইমাগী ওইনা ঐনা থাজ্জোন তৌজরবনী।

বিপ্রদাসনা য়াম্না ফজনা হায়বত্তুদা অশোকস্তু য়াম্না হরাউনা হায় — ঐ শোয়দনা চৎচগনি। লাইরু-চুথবা কয়া লাকদৌরিবা, ওঝাশিং পণ্ডিত কয়া তিন্নগদৌরিবা ময়াম অদুগী পীজ পীথক! য়াম্না চাউথ্রবা থবক্নী হাগনে।

বিপ্রদাস (নোক্লুনা)। বন্দনানা হায়গৎলিবনী অশোকবাবু মানা করিনো অম শাম্নরিয়ে।

অশোক। অসিদা মাগী করি তোংজরিবা?

বিপ্রদাস। মাগী কান্নবা অনীনী অশোক বাবু। বলরামপুরগী মুখর্জীগী ইমুং অসি মানা অমুক্তং চোপহনগে শীংলিয়ে, অনীগুবদা অশোক-বাবুবু বোম্বেদা অমুক্তং পুনীংলি।

অশোক। চৎপনা ফগদোবা কান্নগদোবা লৈরবদী ঐস্তু বোম্বে য়ৌজবা য়াই। অদুগা মহাক্না বিপ্রদাস বাবুথোয়বু ইকাইহনগে শীল্লি হায়বত্তুদী থনবিরুগন্থু মতু ওইদবা য়ানী। ওয়াং ফাওবা বলরামপুর চৎপগী য়া অসি মেন তাদে। মূখর্জী.খায়গী মরমদা মহাক্না মন্দোনগা য়াম্না খৎন্নরে। মন্দোম্না হায় — বিপ্রদাসগী মমানা লৈবাক প্রজাগীদমক পুথ্রী তৌবত্থ ওথোক্লা ফবা থবক্নী থাগৎনীঙী, অদুগা পুথ্রী হোঙবা ককা হায়দুনা তৌরিবত্তুদী অরেম্বা কান্নদবা থবক্নী। মসিগুম্বা থবক য়াওরুবা চুমদে। বন্দনানা হায় — মখোয়দী অচৌবা মীনী। অচৌ-অশাংগী থবক্তা অসিগুম্বা উৎসব তৌবা পুন্নমক তৌনৈ। মসিদা করিস্তু ওককম লৈত্তে। ইনেনা অমুক হায় — অচৌবা তৌবা ওম্বা মীনা শেল পঙহন ছন্দোকচসন্থু ঐ করিস্থু হায়দে, ওপ্নমক্তবু মতু ফত্তে হায়বনিমা। নঙনা চৎকে হায়রিবসি ঐদী য়ানীংদে। বন্দনানা অমুক হায় — ইন্দোমচা মসিবু ফত্তবা থবক্নী হায়বত্তুদী ঐ য়ানীংদে। মশক মওং মুম থওত্রিবা থবক অদুবু মপান্দগী হেক্তমক কৈ ফত্তে হায়বা অসিদুম ফত্তবা থবক্নী। মাগী য়াত্থুদা ইনেনা শাউদুনা হায় — বাবাগী য়াথংদী লৌরবরা? বন্দনানা খুমই — বাবা করিস্থ খিঙেঙাই।

ঈচেগী মবুঙো মশা ঙমল্লে, মহাকপু থিনবগী থবক ঐঙোন্দা তারে। ইনেনা অমুক হায় — থবক অদু কনানা নঙোন্দা শিন্নৈ, মহাক মশানা হায়বরা ? বাহং অদু তাবদা বন্দনা রা ঙাঙদে। ঐদী মহাক য়াম্না শাউদুনা করি করি হায়রক্লদোবোই নীঙঙী। অদু তৌরক্তে, য়াম্না ঈংথনা তপ্না হায়রকঈ — মীনা মকম মরাং খঙদনা হংবা পুম্নমক লোইনা খুমগদৌবনী হায়বসী ঐ তমজরক্তে। মুখর্জী পুদুনা ঐ হংচিং বলরামপুর চংকনী, অসিদগী চেন্না হায়বা ঙম্মোই।

ইনেদী শাউদুনা হৌগংল্লে। ঐদী মখোয়গী মওং অদু য়াম্না য়েংনীঙঙী ঐসু চংপা য়াগল্রা হায়দুনা হংঈ। বন্দনানা হায় — ফত্তবা থগক্পী অশোক বাবু। মদু য়েংলুরবদী জাত তাগনী। ঐনা হায় — ইবেমনা তাদ্রবদী ঐসু তারোই, তাবগা অনীমক পুল্লপ তামিন্নরেদনা। ঐগী অমাঙবা থোইনা লৈতে। বন্দনানা অমুক হায় — মখোয় ময়াম অদু উরবদী নোক্লীংঙক্ননী। অশোক বাবুনী থাজবীরোই।

ঐনা মহাক্কী থাজবরা হায়দুনা হংবদা মানা হায় :— ঐদী থাজদে মুখর্জীদী থাজে ঐনা তৌরিবদী মহাক্না থাজবা অদু ঐসু থাজবা ঙম্বা। বিপ্রদাস বাবু! বন্দনানা বিপ্রদাস বাবুবু মপূক্নীংদা পূজা তৌঈ, জগৎ অসিদা মহাক্না কনাবুসু অসুম্না ভক্তি তৌদে।

মসি বিপ্রদাসসু খঙদবা নত্তে, ইনৌ নৌবা নত্তে, অদুবু মীগী মচান্দগী তাবদা ঙক্লপ তৌবগুম উই।

ঙহাক লৈরগা বিপ্রদাসনা হঙঙী :— বাবুগী লুহোঙবগী বাদী কয়দোরে, বন্দনা মশানা য়ানীংলবরা ?

অশোক। য়ানীংলেসু হায়দে, য়ানীংদেসু, হায়ম্রি।

বিপ্রদাস। মদুমক আশা লৈবগী মওংনী অশোক বাবু রা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈবদী মকম অয়াম্বদা য়াবগী মওংনী।

অশোক। ওইদবসু য়াই, থনবদী ঐসু অদুম খল্লী। (ঙহাক লৈরগা) লুরিবদী ঐদী লায়রৈ-নঙঙী, বন্দনাদী ইনাকখুল্লী। ঐখোয়গী

ইনেদৌনা শেলদা য়েংবা শেলদা খনবদী নত্তে। ইনেগা ঐগা পুক্নীং মান্নদে হায়বসি কমদৌনা খঙহনগদনো ?

বিপ্রদাসগী পুক্নীংদা নীপা অসিবু কয়া উশিংলমদবনী, অদুবু মহাক্কী লোথুপ-লোকোয় লৈত্তবা য়াঙাং অসিদা মাগী পুক্নীং ওনখ্রে। য়াম্না মুংশিনা হায়— অশোক বাবুখোয়গী ইনে অদুগী খুজীলবু চক্রবর্তী বন্দনাসু শোয়দনা নোংমদী খঙলকনী, মাসু য়ারকনী শেলগী য়া করিসু খল্লোই।

অশোক। মসি তশেংনা খঙবীরবরা বিপ্রদাস বাবু ?

বিপ্রদাস। ঐহাক্কী অদুম খল্লী।

অশোক। ঐগী পুকচেলদী খঙবীরবরা ? বন্দনা মশানা য়াববুদী বিপ্রদাস বাবুনা য়াবীবনা হেন্না কায়্রৈ ঐঙোন্দদী। বিপ্রদাস বাবুনা পেনবীবা মুমীত্তা ঐগী অবাংপা করিসু লৈত্রে।

বিপ্রদাস (নোক্ত্না)। ঐগী মায় য়েংদুনা, ঐগী য়া লৌরগা মাগী মপুরোইবা খনগনী হায়বা ইঙ্গিত অসিবু বন্দনা মশানা পীবরনে অশোকবাবু ? ফাগি তৌবা লঙনবা ওইরিনিদা।

অশোক। লঙনবা নত্তে অওইবা য়ানী।

বিপ্রদাস। কনানা হায়গে ?

অশোক। মসি চৌম্না হায়বা য়াবা পোৎ নত্তে বিপ্রদাস বাবু। মন্দোনগা খৎনবা মুমীৎ অদু ঐগী কাদা চঙক্না চৌকি অম চিংশিন্দুনা ফমগা হায়— ঐবু রোগে ফাওবা খরা খিন্নবীদবা য়াদ্রে। হায়বী-রকপা মতমদা ঐ লৈজে হায়দুনা খুমী ঐসু। অদুদগী বলরামপুর চৎকদোরি, মতম ওইরকপদা ঐ খঙহল্লরকে হায়।

অদুদা ঐন হায়— করে মতমচানা খঙহনবীরকউ। ইন্দোম-চাবু অমুক শাউহল্লিবসি করিগিনো ? মখোয়গী পূজা, হোমজপ আই-য়েবানচিংবা ময়াম অসি নশানদী খাজদে অদুগা অসিখু খাজবা

ওহ্নবদি লোইরে, তানরা কংদবা পোৎনী অমুক হায়রে। করিগী অতুম হায়রিবনো ?

বন্দনানা খুম্মী — ঐনা হায়রিবছ মীনম্বা নত্তে অশেংবনী অশোকবাবু ! মখোয়দোনা মন্নাম অসিবু ভশেংনা থাজবা ওহ্নবদী ঐদী পোকপগী মহৈ য়াল্লে। মুখর্জীনা মশা ওমদবা মতমদা ঐনা সেবা তৌরুই। থাজবা ওহ্নবা মওোল্লগী বর নিগনী।

অহুদগী বিপ্রদাস বাবুগী ম্বা হোৌরে। মী অমনা মী অমবু অস্তুক লুনা নীংবা, মাগী য়াইফনবা থনবা বন্দনানা বিপ্রদাস বাবুগী মফমদা তৌবা অসিগুম্বা ঐ উরক্লি। অস্তুম ভাওলম্বদগী নোংমা থোকখিবা থৌদোক অম তম্মী। মুমীৎ থরদী থেঙলে, বাবুদী ওমদতুনা লৈরি। আহ্নিক পূজাগী পোৎ-চৈ পুতুনা মানা প্রপ প্রপ লাকপদা মখোওদা করিনো অম থেংনরে। করিসু নত্তে পূজাদা করিসু অকায়বা লৈরোই থওনা থওনা বাবুগী থবক্তা অশোয়বা হায়বছ ওইখিগনী থন্দুনা অমুক ইরুজরুতুনা পুন্নমক অমুক ঈনৌ নৌনা লাওভী হায় অহুদা বিপ্রদাস বাবুনা শাউতুনা হায়বিখি হায় — "বন্দনা নও অয়ুক্তা মীকপ থোক্ত্র-বদি য়াহৌ থেঙলবদী পূজাগী থবক অসি ইচে অন্নদাদা শিন্নখ্রো।" নীংশিংবীরিবরা বিপ্রদাস বাবু ?

বিপ্রদাস। মওক নোমতুনা নীংশিংলি।

অশোক। অস্তুম তৌতুনা অচোইবা বা কয়ামুক ভাওনবদগী অহিং য়াম্না থেঙলোকখ্রে। মমৈদা বন্দনানা হায় —ইন্দোমচানা মখোয়গী চৎনবী অসি য়াম্না তাথী, ঐচাকসু তাথীরম্মী। মখোয়গীনা ফত্রা ঐখোয়গীনা ফত্রা থনফম থোক্তে। চাব-থকপগী বিচারসি করিমতা তৌরক্তি, মসিদা করিসু লৈতে হায়না খল্লমী। অতুবু হৌজিক্কী ঐগী রাখল অসি অনী কাংখ্রে, থল্লুরগা ঈকাই, নোক্ত্না খাওভী। অতুবু মুখর্জীনা পামদবা অমসুং য়াদবা থবক্তা মায় ওনশিন্নীংলুত্রে।

বিপ্রদাস। বন্দনাবু চাব-থকপা অমসুং শোরু-শয়বগী রাখল তৌরব্রা ? মাবু মহু থিজিনরুবরা ? নহাপী মন্দোনগী মনুমদা হনখিবদগী

মখোয়গী সমাজ, মখোয়গী হৈনজবা থৌনজরে য়াম্না শুংঙাইহন্নে হায়রম্মীনে।

অশোক্কী করিনো অম হায়রগে তৌরিঙৈদা বন্দনা চৎকনা হায়রয়ে — থবক পুম্নমক লোইহনা থনম্লবনী হয়েং অবুকী পূঙ মাপনগী গাঙীদা চৎকদৌবনী। পুজা শুংজানচিংবা থৌরেম ময়াম অমত্তু মতম চানা লোইখোকপিরম্মু। ঐগী ঈন্নাইবকসিদীনে ওয়োক ওয়োক্কপা হৈনজবা থবক ওন্তা ঐগী শরুক ওইরে।

বিপ্রদাস (নোক্না) উম ওইরিনিনে।

বন্দনা। মসিদা করম্বা সুমীৎ থাদা তোকখিগবা। হয়েংগী চানবস্তু লোইনা শীন্নবনী। ঐ লাক্লগা এনা পুশিন্নক্লগা চাগদৌবনী, ফিরোল শেৎপা ঐ য়াঙগদবনী অত্তুগা ঐপা চৎমিন্নগদৌবনী — অনাবা মীনী হায়বা। লেঙঙসি অশোক বাবু। ঙসি থুয়াগী উকুল ফকাদী লোইরোই মত্তু ফত্তবা থবক্কি, ইবুঙো-ইবেম্মশিংগী সমাজদা চৎনদে হায়রগা থোকহ্রে।

২৩

মতুংগী অয়ুক্কা ময়াম বলরামপুর চৎখ্রে। দ্বিজদাসনা লাওমলিবত্তু রাজসূয় যজ্ঞগা চপ মান্নখ্রে। মী থুংনবা শঙ পরেং পরেং। বাস্তোন তৌবা মী তৌদবা মী শঙ ময়াম অত্তু পিক থনখ্রে। অমুকস্তু কয়া অন লাকপা য়ারি।

বিপ্রদাস উবদা মমানা হায় — করিনো বিপিন! নপা অত্তু কংথনা য়েংবা য়াত্রেনা।

বিপ্রদাস। (মমাগী পদধূলি লৌরগা) করিস্তু তৌররোই করনি ইমা!

অদুনু নঙ কলিকাতা চৎপা য়াদ্রে ঐগী ঈনাক্তা লেঙদনা লৈরগদৌবনী।

বিপ্রদাস। খোইরুম তৌদুনা বা ঙাঙদনা লৈ।

বন্দনানা খুরুম্বদা দয়াময়ীনা আশীর্ব্বাদ তৌঈ — লাউ ইবেমা। পুনশীয়ুকো।

দয়াময়ীগী খোনফম অদু য়াম্না তরাম-তরাম তৌবা হায়বা অদুমক্তী খোক্তে। মাবু কৌদনা মথন্তা লাক্লিবনী হায়বা খঙঙী। মৈত্রেয়ীগী বা হৌদোক্লকঈ। দয়াময়ীনা মহাকপু থাগৎপা অদুবাই মঙায়। "মানা হৈত্তবা খঙদবা থবক লৈতে, মখোয়গী পাবুংনা ওম্থোক্লা নীংথিনা তম্বীপ্রমালে। মতৈমগী মশা অসি কয়া মুঙাইতদুনা থবক পুম্নমক মাতনা পুপ্রবনী, মা নৎলমত্রবদি হন্দক ওম্থোক্লা বাপ্রগদৌবনী।"

বিপ্রদাস। (ঙক্তনা) করি হায়বা ইমা?

দয়াময়ী। মুপীমচাসে থবক ওম্থোক্লা ফত্রে। মখোয় অনী লৈ-হৌরবদী য়ুম অসি লায়না পুবা ঙমগনী। কুমশিদী ঙমহৌদ্রে নোংমৈদী কৈলাস দর্শন শোয়দনা চৎকনি।

বিপ্রদাস বা ঙাঙদে তুমিন্না লৈ। দয়াময়ীনা হায়রিবদু চুমদবা নত্তে, মৈত্রেয়ী হায়বী মুপীমচা অসি থাগৎপা য়াই। অদুবু অম্মুম্না মী অমগী মতৌক মগুন থাগৎপসি মফম অমমুং মতম লৈ। মদু খিঙ্গং কাওমনখ্রে। মসি দয়াময়ীমু হৌজিক্তা ভাব তারকঈ। হায়দোকপ্রব-নীনা হজিল্লুবমু য়াত্রে।

দ্বিজদাসমু ময়াম্বখোয় লাক্লে হায়বা তারদুনা চেল্লক্লে।

বিপ্রদাস। দ্বিজু নঙনা তৌরিবা থবকসিদী ওম্থোক্লা চাউখ্রে করম্নো?

দ্বিজু। দাদানদী শীনবিদে ঐঙোন্দা লোইনা ঈম্থোকপিরে কমদৌনি? খোইনদী মুংশা থীবিরুমুদা।

বন্দনা। থরচ অসি প্রজাদগী খোক্তবদী শেনবুমদগী চৎপা তারি অসিবু মুংশা থীদবা য়ারিবয়নে দ্বিজুবাবু?

ময়াম বা-লাউনা নোকঈ। দয়াময়ীনা শাউশিন্নহুনা হায় — বিপিনবু ঙাই চিল্লহনবদী নঙস্থ নচেগা চপ হেক মাম্নরিয়ে বন্দনা! ঐগী ইচা অসিদী কায়জদবা মীনী। মাবু শোকপদী ঐ য়াদে, মঙোন্দা তাইনবা য়ারোই।

বন্দনা। লাম্না তাইনরুরবদী য়েকম চুম্না য়েরুস্ত্রবদী করিস্থ পাল্লোই, থোইনা শাউবা চুম্মোই।

দয়াময়ী। মাস্থ শাউববুদী শাউদে নোকপহুম নোক্লিদা।

বন্দনা। পূক্কা চাশিল্লবদী নঙন্দা পুবা তাই। মহুদা শাউবা অপঙবনী।

বিপ্রদাস। চুম্মী, অপঙবগী বাদা শাউরুবা য়াদে হায়না শাস্ত্রনা হায়রি।

বন্দনা। ইচেনা ঐঙোন্দগী হেন্না পঙঙী। শাস্ত্রনা হায়বা ময়াম অসি পূথোকপদগীনীদনা ময়াম্না ইতৈইবুঙোবু কিনরিবসে লুনা তৌরিবসে।

দয়াময়ী। বন্দনাগা য়েৎনবা ঙম্বা মী লৈতে। (ঙহাক লৈরগা) ঐগী বিপিন্দী য়াম্না ধর্ম্ম লৈবনী। চুমদবা মাগী ফংফম থোক্কবা পোৎ পাম্বা মী নত্তে। ঐনা চিংনরিবদী দি‚জুবুনী, মাদী মহু ঙম্বা জাতনী।

বিপ্রদাস। মহু চুমদবা বানী ইমা। মহাক্না প্রজা নৈগনী হায়বা! মহু থাজবা ঙাদবা ঙানী। মানহুম প্রজাদা তোংহুনা ঐথোয়গী ঈথক্কা হৌহনা থাজনা থীহন্দবহু কাউরবরা?

দয়াময়ী। অহুবুদী কাউত্রিনে। শীফম থোকপশিংবুদী শীরুম্ন হায়হুনা খিঙঙী, শীফম থোক্কবা মীদগীদী নমহুনা লৌবা ঙম্বা দি‚জুনী। মীন্নুংশিদী চাউঈ ঐ থঙঙী। অহুবু মাগী মথুক্তনী প্রজা ঙাগদৌরিবা।

বিপ্রদাস। মহু ওইরোই মুংশা থীবিরুম্ন ইমা।

দয়াময়ী। নঙ লৈবদগী মানা পঙতৌ-তৌবা ঙমদ্রিবনী। নত্রবদী ঙা মশাস্থ ঙাগনী, মীবুস্থ ঙাহনগনী।

দি‚জু। ইমাগী মমৈগী ঙা অহু চুমত্রে। ঐ ঈশা ঙাজরবস্থ মীবুদী কৈদৌঙৈদস্থ চেম্নরম্মোই।

দয়াময়ী । মতুদা থোইনা সুঙাইনীঙাইস্থ লৈতে, বান্নীঙাইস্থ লৈতে । নঙ অসে চিংবীনবা মী য়াওদবা ঔয়া য়াদে ।

দি.জু । অতু ইমানা শীন্নকইবা নক্রাও ?

দয়াময়ী । মঙনা হন্দক তৌরিবা থবকসিদী কনা অমতগী মরাস্থ তাদে দাদাগী হুকুম্নীদা মহায় । নয়াম্বনা নঙবু অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌ হায়বরনে? লাইবক ফতুনা মৈত্রেয়ী লাক্লম্বগী ফবনী ।

দি.জু । থবক হায় লোইথোকখিসি । অতুগা ইমানা থাগৎনীংবা মনা পীনীংবমথৈ থাগৎলু পীয় । হৌজিক্তী মতু অতুক থম্বীখো ।

বন্দনা । মনা, সার্টিফিকেট পীবা তারবদী কনানা সহি তৌগনি দি.জুব'বু ? মীথাঙ অহুমশুবনা তৌবা য়াবরা ?

দি.জু । মীথাঙ অহুমশুবগী মতীক নাত্তে, অহানবগা অনীশুবগা লৈরি হৌজিক । হায়রগা অনী নোকমিমৈ ।

বিপ্রদাসগা মমাগা য়েংনৈ, ভাব তাদে ।

অন্নদা লাক্লনা হায়ররে — ইবেমা বন্দনা ! বড়বাবুগী হীদাক ময়াম য়োমশিনখিবতু থেংনব্রে চেগী উপু অতু কদাইদনো মাঙহৌরবরা ?

বন্দনা । মাঙবা নত্তে, কলিকাতাদা অতুম লৈহৌই ।

দয়াময়ী । য়াম্না চাউনা শোয়রেনা 'তুদে কমদৌনি বন্দনা ?

বন্দনা । শোয়বা নত্তে, কাউবস্থ নত্তে, ইমা । ঐনা থনম্নগে হায়তুনা থনম্নবনী ।

দয়াময়ী । থনম্নগে হায়তুনা থনম্নবা ? অতুদী কম্নি হায়রিবনো ?

বন্দনা । হীদাক য়াম চাখ্রে, ওক্লে । নহান্দী ইমাগী নাক্তা লৈ-তবনীনা হীদাক চাদবা য়াদে । হৌজিক্তী ইমা লৈরবনীনা হীদাক চাদ্রবস্থ মরাইনা ফজরগনী ।

দয়াময়ী । নঙগী বাতা অসিস্থ ওম্বোক্লা ফজখ্রে মংশিখ্রেদা । অতুবু কয়াদী চুম্ফাত্তে ইবেমা । কয়িনা হায়ববু শুমকনীনা অসীদদী হেক হায়বদা ডাক্তর কবিরাজ ফংবা রায়দো ।

অন্নদা । কায়ত্রে হায়তুনা থনম্নবনী ইমা । কামথিগদৌবা

লৈরবদা শোযদনা পুবকলমগদৌবনি ইবেমা বন্দনাদা ডাক্তর কবিরাজ ওথাকপা অমদগি হেন্না থগুী।

বন্দনা। ইচে অঙ্গনা পঙহায় হায়জিল্লিবনী ইমা। ঐ কল্লিস্সু থগুবা পোং নত্তে। ঐনা থরদং থগুজহৌরিবা অসিদা ইতৈ ইবুঙোগী সেবা তৌবদগীনী।

অন্নদা। সেবাগী মতাংদদা ঐনা থগুী ইমা। ঐনা নোংমা রাখিবদা হায়নীংঙাই লৈখিদ্রে। য়ুমদস্সু কনা অমতা লৈতবা। বাস্নগী অনাবগী পাউ ফংবদা দিঙজুস্সু চংগ্রে, দত্ত বাবুনা ঢাকা চংগ্রে, বিপিন লাইহৌ কন্না হৌরে। মুমীং নীনি উরোন শারোন অত্তুম হৌগ্রে। হুন্নী গুবদদা লাইহৌত্ত ঙক্লা হৌগ্রে। ডাক্তর কৌত্তুনা হীদাক থারে, ডাক্তরগী মন্না তাবদা অমুক হেন্না কিরে। ঐদা অপঙবী মুপী নীদো, যুমদা পাউ থাসি হায়বস্সু বিপিন্না য়াদ্রে। অত্তুদগীদা পাথত্তুনা মথোয়গী মন্দোনগী য়ুমদা বন্দনাগী নাক্তা চেন্নবনী। ঐনা কপ্তুনা হায়রে — "বন্দনা ইবেমা নঙ শাউরনু। নথোয়গী নতৈ ইবুঙো য়ান্না কন্না নারে।" অত্ত তাবদা বন্দনাস্সু মানা লৈরস্বা ফিবম অত্তুদা ফুক হৌগংত্তুনা মন্দোন ফাওবা তাক্লমদনা ঐগী গাডী হেক্ত কাথত্তুনা ঐগা লাকমিন্নরে। য়ুম য়ৌবগা বিপিনগী থবক পূন্নমক মানা পুগ্রে। মুমীং তরেং-নিপান্নী ঙহাক্তা পোথাবা ফংদবনী। হীদাক পিজব-পীথক-পদা নত্তে, অয়ুক্কী পুজাগী থবক্তগী হৌত্তুনা মুমিদাং কাঞ্জল থাত্তুনা তুমহনবা ফাওবা। হৌজিক হীদাক থাররোই হায়রিবসি থাদবা য়াররনি ফররনি।

বিপ্রদাস। ফররনি ইমা। মানা তৌরিবসি অত্তুম তৌরসনু।

দয়াময়ী বা ঙাঙদনা মমীত্তা মপি তরং-তরং চেন্দুনা অত্তুম লৈরে।

মনাইন্নুপী লাক্তুনা হায়রে — ইমা ইবেম্মনা কলিকাতাদগী খুংলরিবা পোং ময়াম অসি কদাইদা থমগদগে হায়।

দয়াময়ীনা থুমত্রিঙৈদা বন্দনানা হায় — ইমা। ঐদা ম্লেছ মুপীনী হায়ত্তুনা অস্তুক চাউবা থবক অসিদা করিগুম্বা ঈথৌ পুদনা তুমিন্না

ফমতুনা লৈরগদ্রা ? ঐনা শোকপা য়াদবা পোৎসু য়াম য়াওরি।

দয়াময়ীনা মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা মাগী ফিজিদগী শো মপুল অতু পীরগা হায় —

থবক তৌদনা তুমিন্না লৈথোকপা য়াবরা ? পুকৈগী থবক অসি নঙোন্দা শিন্নরবনী। নখোয়গী নচেদা নত্তনা অতৈদা শিন্নবা য়াদবা থর্বক্তী ঙসিদগী থবক অসি নঙগী ওইরবনী।

বন্দনা। অসিদদী করি করি লৈবগে ইমা।

শো অতু মশক মুন্না থঙবা শোনী। দ্বিজদাসনা হাইফেৎ য়েংলগা হায় —

মতুদা লৈরিবা পোৎশিং অতুদী শোক-পনবগী বেয়া লৈত্রবা জাৎ ঙাক্তী। সনা লুপানা অয়াম্বনী। মখোয় অতুদী নঙনা পায়রুরবসু ধর্ম্মদা তৌজবা, লাইনীংবা কাঙবু অতুগী মকোক্তা থাঙৎকে হায়বা য়াগনী।

বন্দনা। ইমা ঐনা করি করি তৌগদবা ?

দয়াময়ী। ওঝাশিং পীজবা, লাক্লিবা ময়াম ওকপা অতুগা (দ্বিজ-দাসদা খুদোম্বী খিন্দুনা নীপা অসিগা থন্ন শেম্মৌ। হিসাব মক্কম থঙদে হায়দুনা মানা ঐগী শেল মাঙহনথ্রিবসি রামথ্রে। মসিমা তৌহনগনু ।

দ্বিজু। দাদাগী মাঙদা মহুম হায়রবীনু ইমা। দাদানা মতু অচুম্বা ওইনা লৌখিনি। হিসাব য়াম্না নীংখিজনা থল্লিবনী।

দয়ামরী। ঐ থঙদে বন্দনা নঙোন্দা শিন্নরধনী।

বন্দনা। মশাগী পৈশা মশানা খরচ তৌজবদা ঐনা কন্নি তৌরুনি ইমা।

দয়ামরী। মতু হায়রগা হেক ময়াবরা ? হয়েং নঙনা য়ুম অম পুবা মতমদা খরচনা কমদৌনা চৎলি, অরেম্বদা কয়া চৎথ্রে মসিগুম্বসি য়েংশিন্দবা য়ারোই।

বন্দনা। ইমানা হায়রিবসি কমদৌবা দ্বিজুবাবু হুকুমসি তারেদনা ?

দ্বিজু। তারে। দাদানা খরচ তৌনবা থবক ঐঙোন্দা পীরে,

ইমানা নঙোন্দা খরচ তৌদনবা হুকুম পীরে লান মচা অমদী খোকপা তারেদনা।

বন্দনা। করিসু খোক্লোই দি.জুবাবু। মীগী মশেন্দা ঐ অওং-অপা শারোই। ঐখোয় থংনত্রিডৈদা থবক অসি ইমাদা অমুক লান-শিনখ্রগা লোইহ্ৱ।

দয়ামযী। ঐদী নঙোন্দা শিনথ্রে লোইবে। অমুক লৌশিন্নরোই! অসিদা কান্নদে মমুং চঙসি নঙগী থবক মুম্না তাকে!

হায়রগা বন্দনাগী মখুৎ পায়দুনা চিংদুনা পুখ্রে।

নহান্দী মতম খজিক্তা লৈরম্বনীনা কদাইদা করি লৈবা বন্দনা করি অমতা খঙখিদে। ঙসিদী উরে — দলাল মথং-মথং, তাংদুনা লৈরিবা মরী-মতা ময়াম অদুগী ইমুং অমমমগী য়ুম অমমম চাউনা লৈখ্রে। অমরোমদা কচ্চরী-শঙ মদুগা কোন্নবা শঙ ময়াম, অসোমদা লাইশঙ, চাকশঙ, দয়ামযীগী অচৌবা শঙোল, চেকপন্না কোয়শিনবা লৈকোন অমসুং পুখ্রী। দুইতলাগী নোংপোক থংবা শঙ ময়াম অদুনা দয়ামযীগিনী। মদুগী য়ুম অমদা বন্দনা পুশিললগা হায় —

য়ুম অসি নঙগিনী, মসি নঙোন্দা শিন্নরবনী।

অসোম থংবদা সতীগা মৈত্রেয়ীগা পোৎ খন্দোক-খজিন, তৌরম্মী। দয়ামযীগী খোঙেস তাদুনা য়েংখোক্লকপদা বন্দনা উদুনা মখোয় অনীসু মখোয়না তৌরম্বদু হন্দোক্লমদুনা লাক্লে। বন্দনানা মচেগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্নে, মৈত্রেয়ীবুসু নমস্কার তৌরে।

দয়ামযী। য়েছ দুপীসিসু থবক অম পীবনা চুম্মী অদুনা ঐগী পুকৈগী শো মঙোন্দা শিন্নরবনী।

মৈত্রেয়ী। পুকৈ অসিদা করি করি লৈবগে ইমা?

দয়ামযী। য়েছ দুপীনা শোক্লবদী শোকউবা য়াত্রবা পোৎ য়াম্না লৈ।

বন্দনাবু খোঙ হাংদোকহন্দুনা ময়াম মমুংদা চঙলক্লে। ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী তৌননবা লুপাগী কোল ময়াম, কলিকাতাদগী অচোইবা

কায়হনা পুন্নকপা অমা শিকি ময়োম মঙাম পৈহনা লৈ। মমল য়াম্নবা মুগাগী, রেশমগী ফি ময়াম, দয়ামরীগী আলঙ্কারী। দয়াময়ীমা উপু অহু উতহনা হায় — মসিদা ঐখী পোৎ মথে লৈরে, মসি পিজনা কন্না তাম্নরিবনী, মসি অঙ থঙ্‌লো।

সতী। অস্থক চাউবা থবক অসিবু মঙোন্দা শিন্নরগা কমদৌগনা দৌরিবনো, মানা পুবা ঙমগনা? অসিদী লুপা-শংবাগী থবক্নী।

দয়াময়ী। লুপ-শংবাগী থবক হইকহনা মঙোন্দা পিরম্মিবনী। নত্রবদী পিজনা ঐবু য়াম্না লাকুগদৌরি।

সতী। অহুবু মলাক্নী মপান্দগী লাকপনীনো ইমা...............

দয়াময়ী (সতীগী বা লোইফাত্রিঙৈদা) নহাকচু মপান্দগী লাকপা। নখোয় লাক্নিঙৈদা ঐচু মপান্দগী লাকপা — মসিদা করিচু থবক লৈতে। ঐগী মতম লৈত্রে ঐ চংলে হায়রগা মথাদা কুমথরে।

বন্দনা। নখোয়গী য়ুমদা লাকুগা খুংশাপোর কাওবা হোনবা ফংলোইদৌরিদনা ইচে ঐদী।

সতী। হোয়নে হায়রগা নোকঈ।

———

৪

অরাব-মুঙাইতবা হায়বসি কদাইদগী কমদৌনা লাকখা মতমপনী। খবরা মৈ হৌরিঙৈ মতম অদুদা কল্যাণী কপ্পুসা লাক্লে — ইমা ঐবু হৌজিকমক য়ুম চংলসি হায়রে। গাড়ী মতমসু অথুনি মচুনু অসিদা লৈরবগী মরক্তা ষ্টেশনদা লৈরকনি হায়রে।

পুন্নী কংপা লোইখ্রা থাররি। দয়াময়ীমু হৌজিক্তম মাওবতী হন্নিলক্লি। ফচান্নবীগী বাহু তারকা লানা তাথিত্রেন — হংঈ — মাওনু কনানা চংসি হায়রিবা, শশধরনরা? করিগিনো?

ঐখোয়গী দাদা অচৌবনা য়াম থীনা তৌবীরে; য়ুমদগী তাঙ্খোক-শিরে হায়রুনা কল্যানী ও-খোংনা কপ্লে।

সতী, মৈত্রেয়ী, বন্দনা পুন্নমক লাক্লে। মন্নুংদা চাবগী, ঈশৈগী পণ্ডিতশিংগী শাস্ত্র-বিচার— রা — রা নিঙ্গি। শশধরনসু খুরুম্নরে — ইমা ঐখোয় চৎলে।

দয়াময়ী। করিগিনো?

শশধর। বিপ্রদাস বাবুনা ঐবু তাল্লে।

দয়াময়ী। মরমদী?

শশধর। মরমদী; মহাক অচৌবা মীনী অসি ওইরমালে। ময়ুমদা কৌরগা মীবু লাকচনা তৌবা অমসুং ঈকাইহনবা অসি য়াম্না লায়না থল্লী। অতুগা ঐসু জমিদার অমগী মচানী, পণ্ডহন হল্লবা মী নত্তে, লম্বীগী চাকনিবা নত্তে হায়বা অসিদংদী খঙহনবীয়ু।

দয়াময়ী (পাখক্তনা): বিপিন কৌরগা ঐ হংখিগে। ঐগী থবক খর বাংলি, পূজা কৎপদা মলোইরি। ব্রহ্মন-ভোজন তৌদ্রি। ভিক্ষারীশিং পিজদ্রি। নখোয়না শাউরিবনি হায়তুনা ময়াম অসি লোইদ্রিবৈদা চৎথবদী হৌজিক কৎলিবা পূজা অসিদা চোংথতুনা শিরনি ঐ। হায়রগা মমীত্তা মপি তরং-তরং চেল্লী।

মনেম্না কপ্লদু শশধরনা করিসু নাচুংদে। অচৌবদী ওইরগা ব্যবহার থর বাংলি হায়বা য়াই। ঈশম-শম্না হায়রকঈ — বিপ্রদাস বাবুনা হৌজিক ময়ামগী মমাঙদা 'খুৎ লোম্নতুনা লাম্লে হায়রবদী য়াই, অদু নম্রবদী কায়দে।

বিপ্রদাসনা খুৎ লোম্নতুনা লাম্লে হায়জবা হায়বসি তাবদা ময়াম ঈঙক ওক্লরে।

সতী। থবক অসি লোইথোক্লবা ময়াম চঙতুনা অমুক্ত হোং-নখিসি। মসিগী বিচার ইমানা শোইদনা তৌরখিনি। নহাকপু হেক চোপহনবা য়াবা নত্তে, চুমদবা ওইরবদী লাম্লে শোয়প্রে বায়ৌগয় শোয়-দনা হায়রগনি।

বন্দনা মমীৎ লাউথোক্তনা খোনফমদী মেওনা হায়— ইহ্‌ ইবুঙোদী চুমদবা অয়ানবদী তৌরম্মোই, কৈদৌঙৈদসু তৌদে।

মৈত্রেয়ীনা খোল খর কল্লপ্না হায়— তৌনখিবা মফম অদুদা লৈবিক্লবসু নত্তনা কয়ম্না খঙবীরিবনো? অদুদী শশধর বাবুনা শেম-জিন্দুনা হায়বা তায়েনে।

বন্দনা (মৈত্রেয়ীবু শংত্রিক য়েংলগা)। মা শেমজিল্লী হায়বা নত্তে, মুখর্জীদী চুমদবা তৌদে হায়বত্তনী।

মৈত্রেয়ী। চুমদবা, অয়ানবা হায়বদুদী মী পুম্নমকসু তৌনৈ। কনাসু লাই নত্তে, ঈশ্বর নত্তে। বিপ্রদাস বাবুদী ঐখোয়গী বাবাদসু অদুম তৌঈ।

বন্দনা। অদুম তৌরবদী শশধর বাবুদোনা চৎখিবনা চুমঈ। লৈবা চুমদে।

মৈত্রেয়ী। মা অসি খুম্নবসু অদোমদা খুম্নম থোক্তে, দিৎজু বাবুগা তৌনগদবনী মত্তাক্লা কৌদুনা লাকপনী।

সতী শাউদুনা বন্দনা নও চৎত্রো, নওগী থবক তৌরু চৎলু।

শশধর মনেমদা ইমা! অচুম-অয়ানগী বিচারগীদমক লাকপা নত্তে ঐহাক। বিপ্রদাস বাবুনা লাম্লে হায়গত্রা হায়রোইত্রা অদুদা খওগে লাকপনী। মত্রবদী ঐ চৎলে। কল্যানী ঐগী তুংইনবসু য়াই, ইন্দবসু য়াই, মা লৈহোরে, মপোক অসিমগী লোইরে।

ময়াগা মচাগা ময়ুমদা কৌরুবদগী দয়ামরীগী অয়াবা অম ওইরে। কয়ি তৌগদগে হায়বা খনবা থোক্তুনা দয়ামরীনা হায়—নখোয় অমুক্তা ভাইখো ঐ বিপিন কৌখিগে। অমনবু লাল্লবসু অমনবু লাল্লবসু ইমুং মনুং ভাঙ্গী। লৈবাক মমাঙদা ঐদা শিজনীংলে।

শশধর। ঐ ভাইজরি কৌহনবিক্লয়ো। বিপ্রদাস বাবুনা তৌ-খিবা লৈরবসু তৌদেদা হায়হনবীয়ু।

দয়ামরী। মীনম্বদী হায়রোই বিপিন্দী।

বিপ্রদাস কৌহল্লুদুনা লাক্লে, য়ায়া মুঙাইতনা উই।

হেক্তা। য়ারবসি চুমদে, নখেন্নগা নচশিংবু পুনশি অসিমনী ভাম্বোক-
পদী ঐ য়ানীংদে, নঙনা নীংবা থুংনবা তৌরো। লাকউ শশধর ! ঐগী ইতুং ইন্নকউ মানা হায়বা তাক্লু। শশধরগা কন্যানীগা পুন্না চৎলে, মৈত্রেয়ীসু মখোয়গী মীচঙ ওইনা অচুম ইল্লে।

সতীচু পাপংখিদুনা মা ভাওবা ক্লাওবা ভম্মরোইদৌরোই ঙনবনী। অচুবু মপুক কায়না য়াম্না ঈংথনা হায়— ঐখোয়গী নিংোল মরানা ক্রি তৌকরবনো অচৌবী শওদে অচুবু মরাল লৈতনা মহাকপু অসি য়োনা শাথীনা তৌরমগনি হায়বগী থাজদে। ওসিমক চৎলগদ্রা ?

বিপ্রদাস। ওসি চৎলোই, হয়েং চৎকনি।

সতী। সুম অসিদা অমুক হল্লকরোইদৌবা ?

বিপ্রদাস। হল্লকে খল্লে।

সতী। ঐগা বাসুপদা ?

বিপ্রদাস। নখোয় অনীসু চৎকদৌবনী, হয়েংমক নত্রবসু নোংমা মিনি কোম্বরবসু।

সতী। ঐখোয়সু কোম্বহৌরয়োই, হয়েংমক চৎকনি। বন্দনা ! নঙগী কমদৌনি হয়েংমক চৎলগদ্রা ?

বন্দনা। ঐদী খৎনবসু য়াওদনা ময়াম চৎপদা করিগী য়াও-রুগদগে ?

সতী। খৎনববুদী ঐসু খৎনদে। নতেগী মকম লৈত্রবদী ঐগীসু লৈতে। মসি নঙসু লুহোংওলগা খওলক্নী।

বন্দনা। মপুরোইবগী মকম লৈত্রবদী মাগী মুপীগিসু লৈতে হায়-বত্থদী ঐসু লুহোংত্রবসু খওদা। শোয়বা হায়বসিদি পুম্নমক মতৌনৈ, মহ মুমা খিদুনা খওক্রিদৌদা মপুরোইবনা তৌবা চুম্মী হেক্তা হায়বসিসু ঐদী কয়া য়ানীংদে।

সতীনা মনেম্বোকপু য়াম্না ভারৌঈ। বন্দনাদা ওনশিন্দুনা হায়—

নপুরোইবা লৈরম্লবদী নহাকসু য়ানীংলমগনী হায়রগা কপ্পা খাওদুনা চৎশ্রে।

বন্দনা। ইতৈ ইবুঙো! তৌরিবসি করিনো?

বিপ্রদাস। তৌদবা য়াত্রবনীনে বন্দনা।

বন্দনা। অদুবু ইমাগা কায়নবা য়াবরনে?

বিপ্রদাস। কায়নবা য়াদে চুম্মীনে। য়ানা মওং অমদা তারক্লব-সিদা মসি নত্তুবা লম্বী অম লৈত্রবনী নচেদী ঐগা চৎলগনি। নঙদী নোংম-নিনি লৈহৌখিগে হায়রিবরা।

বন্দনা। ঐ কয়া কুইনা লৈখিগদগে হায়বা ঙমদে। ঐদী য়ুম অসিদা ঈহান হানবা লাকপা মুমিত্তা উখিবা লম্বী অদুদা অদুম লৈরগা অনৌবা য়াকম পুম্নমক থেংনগনি।

অরাবা অমস্তুং নীংবা কায়বগী শককমদা বিপ্রদাসনা হায় — ঐ থোকপ্রগে অমুক উনসি।

বন্দনা মমীত্তা পি ঈরা চেন্দুনা উনরবস্তু ঐদী অরাপ্পদগী অদুম খুরুমজগে ; মতম অদুদা হায়বা ঙমদবস্তু য়াই, হৌজিক হায়জহৌগে— ঐগা নোকমিন্নরকইবা, কপমিন্নরকইবা, শাউনরকইবা, বারৌমিন্নরকইবা ময়াম অসিবু ঐগী মীনী লমগানবা নত্তে হায়না পুনশি অসিমা খনবা ঙমজগে। অরাপ্পদা লৈরবস্তু মসিমগা ঐ মন্ত্র ওইনা শোপ্পগে "মহাক্তী লুপ্পবা, পাপ লৈতবা, থম্মোই বাংবা মীশক্তী। জগত অসিদা কনাস্তু মাগী নত্তে, মহাকস্তু কনামতগী নত্তে" অসি হায়রগা ফিজিনা মমীৎ খন্দুনা চৎপ্রে।

থবক অদুদী নীংথিজনা অংগোয়বা লৈতনা পাঙথোকপ্রে। পুম্নোই লোইবদা নোংয়াই মতুং ওইরে। ইমুং অসি পুরিবা খ্বাইদগী মরু ওইবা শিংলী ভৎপ্রে হায়বসিমদী মপান্দগিদী কনাস্তু উদে। নোং-ঙানগদৌবা কুইরে, চাউপ্পবা কোল্লুপ অদু উম্মক চীকপ্রে মী পুম্নমক তারুবা মফমদা তুমপ্রে। বন্দনানা পুকৈগী থবক লোইশিল্লরগা মাগী কারোমদা লাকপদা দিংজদাসগী কাদা থাউমৈ মুৎলমত্রি। মতম অসিদা চঙলুরগা মীনা করি হায়গদগে হায়বা য়াখল অম পোক্তুনা নীংজিং-মাঙজিংনরম্বদগী ঙসি থোকখিবা ঈরাং অদুগী মরম খঙনীংবরা

হেক্তিন্দুনা দি,জদাসগী খোঙজীন য়োপ্পে, হংঈ — দি,জুবাবুবু হৌজিক তুমজ্রিবরাও ?

দি,জু। তুমজ্রি, করিগিনো হৌজিকপো ?

বন্দনা। ঐ চঙকপা য়াগত্রা ?

দি,জু। বেরা লৈতে।

বন্দনা চঙক্লে। চে মপে অমগা দি,জদাস কমু দা লৈরম্মী।

বন্দনা। ঙসিগী হিসাবলা ? দি,জুবাবু হিসাবতী করিস্নু চেল্লোই, অমুক খেঙবা কাওবা তুমপ্রবদী হকচাংহ মাঙলনি।

দি,জু। মাঙখিবনা হেন্না করে, অদু ওইরবদী চে-ম্নুং য়েংত্রেদনা।

বন্দনা। খরচ য়ামপ্ররিনি। দাদাদা মন্নামদু অমুক উৎকদো-রিবনীনে ?

দি,জু চেশিং অদু ঈস্থোক্লনা থম্লগা। চক্রবৎ পরিবর্ত্তন্তে দুঃখানিচ সুখানি চ। অরাবা মুঙাইবা হায়বসি মথৎ মনাউনী। দাদাদা হিসাব উৎপগী মতম অদু লৈত্রে বন্দনা দেবী! হিসাব! হিসাব ঐনা লৌবা তারে ঐনা হায়গদৌরিবনী — হিসাব কদাই, লুপানা কদাই, কদাই কদাইদা করি চৎপা ? (মকোক্তা মখূৎ অনী থম্লগা) ইমানা ঐবু চানবীবা ওইসনু, নীঙোলমবা শশধরনা ঐগী ইতেং পাংসনু। হন্দক্তী বিপ্রদাসগী মরলতা নত্তে, মশা কাওবা মাঙলগদৌবনী, মা হিংকম লৈতে।

বন্দনা। অহুম তৌনা কৈরেং তুরেং ঙাঙবহু খিৎ তোকখোনে। ময়াম অসিবু খামজিনবা ইন্না য়াররোইত্রনে দি,জুবাবু ?

দি,জুদাসগী মমীত্তগী পি চহুম চহুম চেল্লে। অহুগা হায় — শশধরনা অচুম্বা অমত্তা হায়রোই, দাদানা নীংখ্রিসিমা হোংলরোই। লোইরে, দাদাবু কংলরোই ঐহাক। তৌখ্রিবসিগী মরম নহাক্না খঙ-নীংলিবহু ঐনা খঙবা খরদী হায়গে, দাদাগী রাদী তোরুসি। ঐগী হায়জকম খেংকম ওইবা ইতৈমনী, লম্বীতুম্ব হৌজিক লৈখিত্রে।

বন্দনা। ইমাদী ?

দি,জু। ইমাদী হৌজিক কমদৌনি ? দোলাইনা য়াঙনা

চৎলিঙৈদদী মৃত্যুক মপা লৈতবা সারথীনী, চাকানা লৈখোমদা পুক্নবা মতমদদী মহাক্না কুমথত্নুা ঈনবা ওম্বা পোৎ নত্রে। হৌজিক ঐখোন্দা মতেং পীবিনবা কনাসু লৈত্রে। ঐনা মতেং নিংদোবা হায়বর নখোন্দগীদা মওায়রে। নহাক মফম অমদবু লৈরবসু অমদবু লৈরবসু নতেং নিরকপা মতমদা পীয়কো।

বন্দনা। ঐনা য়াম্না খঙনীংবত্নুদী হায়ররোইদ্রা?

দিংজু। ঐনা খঙবা অপুম্বা লোইনা চুমদবা য়াই অত্নু অমদী শেংলে — দাদা ওসিদী লোইনা মাঙলে, মহাকী করিমতা লৈত্রে।

বন্দনা খংপ্রেক খংনা হুংঈ — ইতৈইবুঙোগিবু করিমতা লৈত্রে? কমদৌন্না তৌখিবনো দিংজুবাবু?

দিংজু। শশধরগী শরৌনা।

বন্দনা। মত্নুগী ঝারি অত্নু অমুক্তা তাসি দিংজুবাবু। ইচেগীসু বাসুগীসু করিসু লৈহৌত্রবয়া?

দিংজু। লৈহৌত্রে। হৌজিক ইতৈমগী লৈহৌরিবা হায়ববু ইতৈমগী মপামদগী লাকদোবা লুপা খর অত্নুদা মওায়রে।

বন্দনা। মুখর্জীনদী মত্নু শোকউ য়ারোই।

দিংজু। য়ারোই, চরা হেনগে হায়গনি। মত্নুনসু কোম্নবা নত্তে।

বন্দনা। দিংজুবাবুনা কমদৌবা?

দিংজু। দাদানা ঈশিংদা লুপখিবগুম মাঙল্লে। ঐবুনা তাউত্নুনা থমস্লে। ঈশিংমরীক অমকাওবা ঈশাদা পক্কে। মসিনা কমদৌনা থোকখি — ইমাগী অকবা বাখন্দগী দাদাগী পূকচেল ভিংথদগী, ঐগীনা গ্রহগী খোঙচৎনা। অরোইহু অমগে তাও শশধরনি ঐখোয়গী দাদাগা অঙাং ওইরিঙেলা লাইরিক তম্নীরকই, য়াম্না চয়ে। পাখং-কাররবা কান্দা দাদানা ঐগ্রেরগী ঈচমগী কল্যানী মতোন্দা থাজত্নুনা থুহোঙবীরে। শশধরগী মপাগী অচৌবা জমিদারী লৈ, মরল মথুম য়াম্না লৈ, কারবারসু চাটনা তৌই হায়না তায়। চহী মরিরোম তৈবা নোংমা শশধর লাকনা হায়ররে — মাগী জমিদারী, সম্পান, কারবার অপুম্বা লোইনা যাওখিবা তাক্কে উপায় অম তৌত্নুনা কনখিরবা য়াত্রে।

ইমানসু হায়রে — উপায় তৌবীবনা চুমদ্রি দ্বিজুদী অঙাংনী মাগী পৈশাদী শোক্লুবা য়াদে হায়রে। শশধরনা চহী কাল্লিদৈগী শিংখনি হায়। ইমানা নাবালকী সম্পত্তিদী মাঙজনবা য়েংউ হায়রে। কল্যানী লাক্কনা দাদাগী খোঙ কোন্দুনা কপ্পরে — ঐবু দাদাবা সুহোঙখিরে অঙাংশিং লৈরে হৌজিক ঐনা লমীগী চাকথিবী ওইবা য়েংবা ঙমীগন্দ্রা হায়রে। দাদানা "চৎলো চৎলো ঐনা ঙসা উপায় তৌগনী" হায়দুনা কল্যানীবু সুঙাইনা মথুম চৎহনখ্রে। দাদানা সোই তৌদুনা শশধরনা ঐখোয়গী জমিদারী থাইবোক অম বন্ধক থমদুনা মাগী অচিনবা কায়খ্রে? খানবা ম্যাদ হেল্লবফাওবা হন্দোকপা ঙমদুনা জমিদারী তংখায় অদু মীগী ওইখিবা তারে। অদুগিনী তৌনরিবা অদে।

বন্দনা। চেশিং অদুনা করিগীনো?

দ্বিজু। ঐ সুংশা খীদনবা দলিলনী। মহান দাদানা কলিকাতাদগী পুরকপনী। মহাকসু ঙসিমক ঐখোয়বু হন্দোক্লুগন্দ্রা?

বন্দনা। খাঙ্গেশেংবা খঙজি দ্বিজুবাবু। মতম লৈরে ঐ চৎলে অমুক উন্নখিসি হায়রগা খোকখ্রে।

———

২৫

মচেবু চৌকিদা নমদুনা কমহল্লগা বন্দনানা মখোঙদা আলতা তৌবিরম্মী। মসি অন্নদানা লোম্না তাক্লম্বনী। অন্নদাগী মমীৎ অনী অদু ঙাংশংঙাঙলে, কপ্পনা পোমসু পোঁয়ে। বন্দনাদা ঐদী নচেগা উনবা ঙম্লোই হায়রম্মী।

বন্দনা। করিগিনো ইচে?

অন্নদা। ইবেম বন্দনা। ঐনা য়োক্লকপসি দ্বিজুদা নত্তেনে বিপিনবুসুনীনে। মমা লৈতবা মতমদা মহাক থা অনীদা মঙায়রি। মতম অদুদা কনাগী দয়ামরী কক্ক অমতা লৈবা নত্রি। অসি হায়রম্লগা

ফিজিনা মমীৎ থুমহুনা চৎখ্রে। বন্দনানা লৈপাক্তা যম্লগী মাগী থুকউ মথক্তা মচেগী মখোঙ থমহুনা আলতা তৈবা অহু লোইনীংখ্রে। মচেগী খোঙদা বন্দনাগী পি তোপ তোপ তারক্লে? মরুলুকথহুনা লৈৱনীনা মনাউগী মমায়দী উদে, মথুং লামশিন্দুনা মনাউগী মমায় নাম্থোকপিরগা হায়— বন্দনা নঙ করিগি কপ্লিবনো?

বন্দনানা মখোৱী চরম ফুম্না হায় — কপ্পদী ময়ামসু কপ্পী ইতোমত; নত্তেনা ইচে।

সতী। ময়াম কপ্পবনীনা নঙসু কপ্পা তারে হায়বসি নখোয় লাইরিক হৈবীগী ৱাখল্লা?

বন্দনা। কপ্পনা চুপ্প্রা য়েংলগা কপকনী, চুমথ্রগা কপ্লোই অসিনা ইচেগী ৱাখল্লা?

মনাউগী মকোক থঙৎলগা য়াম্না শুংশিনা নানবীহুনা সতীনা হায় তর্ক বাগীশগা ঐগা তর্ক তৌনবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। ঐনা হায়বদী অহু নত্তেদা। ময়াম্না কপ্লিবদী অসিনী — ঐগী করিমত্তা লৈহৌদ্রে, লোইনা মাঙখ্রে; মহুদী চুমদে। ইপুরোইবা লৈরি, ইচাসু লৈরি ঐগী করিসু অৱাংপা লৈতে। ঐগীদমক ৱানীংবাই করিসু লৈতে, নঙ ৱাগনু।

বন্দনা। ফরে, ইচে ৱারম্নু। ইচেনা ৱাত্রগা মী অতৈসু য়াদবা হেক ময়াবরা? ইচেগী করি মাঙখ্রে করি লৈহৌরি অহুদী ইচেনা খঙঙী। কপ্পতনা মমীৎ উহৌদ্রবশিং অসিগী অমাঙবহুদী কনানা মেনথংপিগনি? ইতৈ ইবুঙোদী নীপানী, হায়নীংবা হায়সনু। চৎলমদাইগী বিদায় তৌনবা মতমদা ইচে পি ইত্তা তাদবদী তৌগনুকো মখোয় য়াম্না মথবায় শোকনি।

সতী। কনা কনানোনে মখোয় হায়রবো?

বন্দনা। মখোয়বু খঙদ্রবরা? চহী তরামাখোইদা ইচে য়ুম অসিদা লাকপনী। মতম অহুদগী তিম্নরক্লবা লোইনরক্লবা মখোয়

অছুবু পূমকাউ কাউথ্রবরা? ইনেম্বোক, ইনাউনীপা, ইমুংগী মীনাই-মীশল, তাংদুনা লৈরিবা মরী মতা ময়াম, লাইশঙ, অতিথিশালা—ময়াম অসিবু ইপুরোইবগা ইচাংদনা হেল্লবরা? অনী অসিদনা ময়াম অসিগী মতুংশিনবা য়ারবরা? নুপী ঐখোয়গিদী মচাগা মরাগদনা লোইরে হায়বা য়াখল অছু লাল্লবনী। মতু থাইনগী লিরবা য়াখল্লী। তুংদা মী লাকপগী শউম কংদুনা বন্দনা মথা তাখিদ্রে। হন্ন' য়েংথোক্লকপদা দ্বিজদাস উরে।

দ্বিজু। হায়নরিবতু অরেম্বনী। শা উচেক্তবু কাংবু নাইবনী, মীওইবগিদী কাংবু লৈতে। ঙরাং দল অমদা লৈরম্বা ঙসি দল অমদা হেক মলাকপা য়াই। বন্দনা দেবী মপ্দোনগী কাংবুদগী চিং-থোক্লক্লনা দাদাগী কাংবুদা হেক মতিল্লরিবসি মঙায়। ঙসিদী মসি নৈনরুদুনা কাম্নদে হায়রগা মকোক্না সতীগী মখোঙ শোক্না খুরুম্মী। খুরুম্বদা দ্বিজদাসগী মরাইবক্তা সতীগী খোংদগী আলতা পকপ্রে। সতীনা মাগী ফিজিনা মতু তৈথোক্কে তৌবদা দ্বিজদাসনা হায়—মথন্তা মুৎচখিনি ইতৈমা। ঙসি নোংমতংদী লৈজরসনু। য়া অতু করিস্থ লৈতবা য়ানী, দ্বিজদাসনু নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়। অছুবু সতীদী য়াম্না মুঙাইরুদ্রমালে, মমায় লুকথদুনা কপ্প্রে।

দ্বিজু। মতম ওইরে হায়দুনা ইতৈমবু থৌগে লাক্লিবনী পোৎ-চৈস্থ লোইনা থাপ্রে, বাসুস্থ মফিময়োল শেৎপিরম্মে। গাড়ীদা ফমহল্লম্মে।

সতী মপী তৈথোক্লনা বাসুদী নঙ চৎলোই হায়বা খঙদ্রা?

দ্বিজু। খঙঙী, মফি শেৎপিগে হায়বা য়াদ্রদুনা ঐস্থ হয়েং লাকনি, ঐখোয়গী কলিকাতাগী য়ুমদনী হায়দুনা থেম্নগা য়াহৌরিবনি।

সতী। ইতৈমা নঙোন্দা য়া অম হায়গেনে। নহাকীদী অস্থক য়াম্বা কোল্লুপ, বাড়ীসম্বন্ধ, লৈহৌরিদো অমগা নত্রে অমগা ঙহাক মায়োক্লদুনা অন্না-পোথোকপা ফংগনিদো। ইতৈমগিদী কদাই—দাদাদী দাদা ওইত্রে ধ্যান্দ তৌদুনা লৈগ্রনীস্থ খঙদে, বাস্থ নত্রবদী

ওহাঙ্জা পোখাকম লৈরোইদৌরি ইতৈমগিদী। বাসু অসি পুথ্রগে হায়রবদু মত করি হায়রদগে ?

থিরু। ঐহু মসি হায়গে লাক্লিবনী, ওয়াংদম্মী থম্বনী। বাসু থাওম্রবদী ইতৈমগী পোখাকম লৈরোই, দেহ অহু থুনা কেমথ্রনি, মা পুথ্রো। ওহাক মতৈমগী থোঙ য়েংহুনা লৈরগা মঙ্গলগী পোং-চৈদা লাওগনী। ইচে অমুহু ঈশিংদা চোংথহুনা শিগ্রবরা চিংনরম্মী, শিবদী শিত্রিমালে, লোত্তুনা লৈরিমালে। মহাক নত্তনা মঙ্গলগী পোং-চৈ লাওনবা মী লৈতে। হৌজিক্তি থিবা কংলরোই থিরুহুনা কাম্রে। ইমাগী মুখম থোঙ লোনথ্রে, অসি থোক্কবা শাম্লম্মবনীনা হৌজিক্তি করিমু তৌনীঙায় লৈত্রে। শ্রীমতী মৈত্রেয়ী দেবীদা হায়রম্মগা মহাক্না ইমাদা অহুম তমজগনি। ঐদী ঈতাক তারুমম্রবত্ত য়ারে হায়রিবনি। চংলসি ইতৈমা। নখোয়বু গাড়ীদা থাঙ্গৎলমগা ঐগী দশা কোকচথ্রগে।

সতী। করিগিনো ইবুঙো নঙনা অমুক তফিং তফিং তৌরিবসিবো।

দিংজদাস পুম্নমদনা থোকথ্রে।

সতী। চংলো চংলো ইতৈমহ কুইররোই। বন্দনা ! নঙমু অসিদা কুইথরমু, য়াবমথৈ থুনা বোম্বে য়ৌথ্রো। কলিকাতা চঙ্রক্লকো খুরাতোন মথন্তা য়াম্না মুত্তাইহরিরোই।

বন্দনা মচৈগী মখোঙদা মকোক শোক্লা থুকমহুনা। ইন্দোমচাখোয়দা চংলরোই, অসিদগী বোম্বে য়ৌমবা চংথ্রমি, য়ারবদী হয়েংমক চংকে থল্লি। য়াম্না থুনা মরাম অমুক উবথিসিঙ্কো ইচৈ।

সতীনা মনাউবু চুপ্তুনা হায় — মহুদী মখোয়দা লৈঙ্গে। নঙগী লুহোঙবদা ঐবু তাক্লকউ হায়হুনা খুরাতোন্দা হায়। ঐ শোয়দবা লাকনি হায়রসিরা হায়রুসির। ওহাক থল্লগা মঙবু দিংজুদা লুহোঙগা য়ুম অসিগা থাম্বুগা নঙোন্দা শিমরম্নগা ঐহু ইমাগী তুংইন্দুনা কৈলাস দর্শন তৌগে আশা তৌরম্বনী, অহুবু মীনা অম নীংঈ লাইনা অম শীগ্লী। মহাজমুক্তী মপোক্কা ঐনা তৌজরকপনা ঐগী ইনেম ওইথা কংজরবনী, অহুবু কায়নরেদো। চংলমদাই অসিদা থুরুম্বা ফাওবা ফংদরে, থোঙ

লোনশিনখ্রে। থোঙ্খোঙদা পকপ উফুল লৌহুনা মকোক্তা হাপ্লগা হায় — ইমা! অসিন' ঐগী ..............— মা লোইত্রিবৈঙদা থৌরী চরম ফুন্দুনা ৱাম্থরে মিনিট অহুম মখি লৈরগা অমুক হায় — ইচে অমুস্থ থিবা ফংব্রে, মখোয় ইমাদগীস্থ হেনবনী। অমুক হীক্লা হীক্লা কপ্লগা হায় — নিমু হায়বা হোৎলোঙ অম লৈবনী, কদাইদা লৈপ্রবনো থঙদ্রে! অয়ুক্তদী নীংশিংলম্মী লাঙবন্থুদা মাবু পুমকাউ কাউরুরে, ঈশিংদা তাহুনবু শিরম্লগদ্রা। বন্দনা ইচেদা থর হায়য়ুক্নো।

মপান্দগী দিব্জদাসনা অমুক থৌরক্লে।

কৈদৌরিবগে ইতৈমা।

লাক্লে ইবুঙো হায়রগা সতী মপান থোরক্লে।

দিব্জদাসনা ষ্টেশন্দগী হল্লকপদা সন্ধ্যা মতুং ওইরে। য়ুম খুদীং মক থাউমৈ থাল্লী। মী পুম্নমক মখোৌ তৌহুনা লৈ। ইমুং অসি অচৌবা দশা অম তারে হায়বসি কনাস্থ খঙদ্রি। বিপ্রদাসগী মমাঙ থঙব কাগী মীহুথোঙ অহু লোল্লী। মায়কৈ অহু পুন্মমমই। মহাক্না কলিকাতাদা কুইনা লৈরুবনীনা নহালমথেস্থ অহুমকম্মই। সিড়িগী মথা থংবা কাদা অশোক লৈ। মীহুথোঙদগী উই মহাক আরাম চৌকিদা মথোঙ তিংথোক্তুনা লাইরিক পারি। মমৈখংবা কা অহুনা অক্ষয় বাবুগী লৈকম্মী, মাদা ইমুংদা লৈবরা হওয়া চাবা চথোকখিবরা খঙদে। দিব্জদাসনা মোটরদগী কুমথরক্তুনা মাঙ্গোল হেক কাবদা তিন তলাগী লাইব্রেরী কা উই। মসি মহৌশাদা সন্ধ্যা হেক ওইংগ্যা মমঙ্গ। ওসিদা মীহুথোঙ হাংলি, থাউমৈ থাল্লি। দিব্জদাস খঙলে বন্দনা লৈ। লাইরিক পাবা নত্তে, ময়াম উনরোইদৌবগী অচৌকপা অসিদা মী উংন্ননা কপ্লি। মাস্থ ওসি অহিংদং লেল্লগা বোম্বেদা হনগ্রগনি। অসিদা অমুক লাকপগী মরমস্থ উত্রে। অহুবু য়ুম অসিবুদা মহাক কৈদৌঙৈদা কাউররোই। ইফান হানবা সুমীতগী ওসী ফাওবগী মম্নুংদা থোকখিবা থৌদোক, ভাংমথিবা বা অমত্তা চীথদনা দিব্জদাসনা লোইনা নীংশিংলকই। মকম ইথঙ থঙহৌদনা লাক্লগা -শাউত্তুনা চংখিবা,

মরক্তা পুম্ভ অমরোম মহাক্কা য়ারী শাখিবা। নোংকমি নোকমি ভোম্বনা বন্দনানা হায়খি — শক উনদবদনী দি঳জুবাবু। ইচেনা চিঠি ইরকপদগী দি঳জুবাবুগী মরমদা ঐনা খঙদবা লৈতে — ইমুংগী মীবুস্ত য়াম্না নৈংওংলী হায়। দি঳জুদাসনা খুমখি — খঙনদবা মদা ঐবু অসুক হুল্লিবসি করিগিনো। বন্দনানা নোক্ত঳না খুম্নমী ঐখোয়গী ইচেনা দি঳জুবাবু য়েংনীংদ নুংশিদে হায়য়ে। অতুদগী কাগি তাত্থনা মখোয় অনী নোকগিল্লখি।

বন্দনাবু দি঳জদাসনী মশক মওং মুন্না খঙহনগে হায়থুনা সতীনা তৌবিবা লৌশিংনী হায়বসি মখোয় অনী অমত্তা খঙখিদে। মনাউ-তুপীব য়ুম অসিদা পুরক্লগা মখোও চাদবা মনাউনীপাবু অমুক্কুং লাকহনগে হায়না সতীনা লোম্না আশা তৌরম্বা থোকখিদ্রে। অয়ুংনবা ওইহুনা অতুম লাদ্র। সতীনা মনাউদা চিঠী ইরম্বুগী অর্থ — মখোয় অনীমক অমত্তা খঙদ্রে।

দি঳জদাস মথক কাখংখরে। য়ুখল হাইদোক্ত঳না চংখিবদা বন্দনা মতম্পাক্তা লাইরিক অম হাংদোক্ত঳না থম্লগা মীহুখোও লোমদা য়েংহুনা লৈরম্মী। পরেং অমফাওবা পাদে খঙনা খঙনা দি঳জদাসনা হংই —

করি লাইরিক পাবীরিবগে?

বন্দনানা লাইরিক থুমজিল্লগা লেপখত্ত঳না হায় — দি঳জুবাবু! অসুক থেঙনা চল্লকইবদী করিননো? কলিকাতাগী গাড়ীদী ওসাইনা চংখ্রেনা।

দি঳জু। থেঙলবসু হল্লকপদী হল্লক্লেদনা। হল্লক্তববু য়ারবনী।

বন্দনা। অওইবনী।

দি঳জু। ঐসু মতুমক থল্লমবনী গাড়ী হেক থাবদা বাস্থনা মীগুস্তা মঙক লীথোক্ত঳না মখুং মচা অতু হাইবদো লম্বী থেকখিবদা অতুম উহৌদ্রে। মাগা লোয়নবা চংলম্মদৌবু ঐসু।

বন্দনা বাস্তুসি নুংশিবরা দি঳জুবাবু?

দি঳জু। ঐ করি খুমসিগে। ভাইবওপান অসি তাঙ্গৈওয়য়ে ঐভোন্দা।

বন্দনা। ঈশ্বরনা শৌক্লিবনীদনা দিৎজুবাবু। অসিদা মান। মুণ্ডাইরিবনী।

দিৎজু। হোয়, মতুদা তারেদনা। ইমানা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈখ্রিবদো, দাদাগীসু নত্তে, ইতৈমগীসু নত্তে, বাসুগী খনবদগীনী। ইমানদী বাসুসি ইমানা য়োকপনী খল্লী। ইমাদী তীর্থদা নম্না লৈ, মাদী ঐগদা লৈবনী। মহাক টাইফোয়েডনা নাবহুদা ঐনা অহিং তুমদবা খা অনীনী। ঙসিসু মফি মরোল কনানা শেৎলী? ঐনা। মাগী ফুরীৎ ফৈজোম ঐগী আলমারীদা। মাগী লাইব্রিক শ্লেট ঐগী টেবিল মথক্তা। তুমসু ঐগী ফমুংদা। ইতৈমনা থাংতুনা পুখি, মীকপ হেক খোকপগা ঐগী নাক্তা হেক্তা চেল্লকই।

বন্দনা। অতুবু পিবু ঙম্মোক্লা থুনা কংগ্রেনে।

দিৎজু। মসিদী ঐগী হৌনশানী। মাখল অমনা মপা-মমাগা লৈরুগদৌবনী হায়বসিমা। ইতৈমা য়াওবতুনা কদাইনো খনবনী, দাদাগতা ওইরবদী ঐ লৈবা ঙম্মোইদৌবনী।

বন্দনা। করিনো দিৎজুবাবু? হায়বগা তৌখোক্লকপগা য়াম্না খেমরেনা। দিৎজুবাবু? লাইগুম্না খনবা, অতুক থাজবা, লুনা নীংবা দাদাবু থাজরক্ত্রবরনে? মথন্তগী দোখনা মরোল মরাল তাক্লবা মীবু থাজবা য়াদে হায়রিবরা?

দিৎজদাস কয়া মুণ্ডাইতনা খুম্মী — দাদাগী মা ঙাঙনতুনা কায়দে, মপানগী মীনা খঙবা ঙম্মোই। মাগী মাঙাঙ অসিদা বন্দনা মপুক্লীং কয়া মুণ্ডাইত্রে হায়বা উতুনা অতোপ্পা মাকম অম হৌদোক্ত্না হায় —

হয়েং বোম্বে চৎপা শোয়ত্রবরা?

বন্দনা। শোয়ত্রে।

দিৎজু। অশোকবাবুনা খিনবা তারিবরা?

বন্দনা। উম-মাগা চৎকনি।

দিৎজু। বোম্বে মেলদী অহিং অখেঙবদা থায়। ঐসু ষ্টেশন মাওবা খিনগনি। অয়ুক মুংখিন্নদী ঙম্মোই, খবক য়াম্না লৈ।

বন্দনা। বাবাদা টেলি অমতা তৌবিখো।

দিৎজু। তৌখিগে।

মিনিট অনীরোম বা ওাংদনা লৈরগা দিৎজদাসনা হঙ্গোইরপ তৌনা হায — বা অমতা হঙ্গে তৌববু তাংগ্না ইচা চাদে। হয়েং চৎথ্রবদী তাঙ্গা অমুক ফংলরোই, শাউরোই হায়রবদী হায়গে।

বন্দনা। ঐ করিমতা শাউজরোই, হায়বীযূ।

দিৎজু। নোংমা ইমানা শাউহুনা কলিকাতাদগী ইতৈমা পুহুনা চৎখিবহু নীংশিংলিবরা ?

বন্দনা। নীংশিংঙী।

দিৎজু। মরম খঙদবহুনা ইবেম্মসু য়াম্না ঙকথ্রেদনা ? খরায়সু য়াম্না মুঙাইখিদে। ঐগী কাদা চঙরুগা ঐবু করিনো অম হায়খিবহু নীংশিংলিবরা ?

বন্দনা। নীংশিংঙী, ঈকাইবদী ঈকায়থ্রে।

দিৎজু। বা অহুগী মমল করিমতা লৈত্রাও ?

বন্দনা। লৈতে।

ঙহাক তুমিন্না লৈরগা দিৎজদাসনা হায় — হোয়নে, ঐসু অহুম খল্লী। অহুদগী ঙহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হায় — ইতৈমনা হায়ববু ইবেমখোয়গী ইন্দোমচনা ইবেম্মবু অশোক বাবুদা পীগদোবগী হোৎনার হায়না। বা লোইনরবরা ?

বন্দনা। মদু ইমুং মমুংগী বানী, মপানদা মীগা ঙাংনবা য়াবা বাফম নত্তে।

দিৎজু। বা ওইনা ঙাঙনসি হায়বা নত্তে, চুপ্না খঙনীংহুনা তৌবনী।

বন্দনা (খোল কল্লগা) ঐগা দিৎজুবাবুগা করিসু খোক্লদে। মসিগুম্বা বা অসি হংবা য়াবা পোৎ নত্তে। দিৎজুবাবুদী লাইব্রিক হৈবা মীনী। মসিগুম্বা থিজিনবসি ফনা ইকাইকম থোকইনা।

দিৎজুদাস (ঈকায়হুনা মরাই মকশিন্না) ঐনা লানথ্রে। মীগী

শশধর। ইমা! দি.জুগী বাসি তাবীরেদনা। খামজিন্নবীগী অসুম ঙাওহনবীগনু।

দি.জু। ইমাদা বাকৎপনা চৎনরোই, শশধরবাবু ঐহাক বিপিন নত্তে হায়বসি ইমা খঙবনী। ইমাগী বা বেদবাক্য নত্তে।

ময়াম অতু ওকপগা কিবগা চপ মান্নবা বা অমত্তা ঙাওনখিদ্রে। শশধরসু বাসি লৃরে হায়বা খঙভী। হৌগৎলগা হায়রকই — ঐসু অসিদা ঈশিং কাওবা থকগ্রেরোই।

দি.জু। ঙসাইমখৈদী করিগী থকই শশধরবাবু?

কল্যানী (কপ্লনা) করিনো দাদা নহাক ঐখোয়বু হাংকে হায়রিব্রা? ইমা অমত্তগী খাওদগী তামিন্নবনী। নহাক্না ঐখোয়বু লোইখোক্কদৌরিবরা?

দি.জু। নগী তারগা হিংগনি খনব্রা? কপশিন্নরগা নখোয়না হাযরিমখৈ য়াগনি খনব্রা? নীংশিঙু — নঙনা কপশিন্নবদা মপুক ফবা ইয়াম্না থাজরবদনী, ওসি মহাক মরু ফংনা মাঙলিবা নত্রা? দাদা লৈত্রে, অতুবু নঙনা চরা হেন্নবা কান্দা ঐগী ইনাক্তা লাকউ মতম অতুদা নঙনা কপ্পা তাগনি, নঙগী উপাই তৌগনি হৌজিক্তী য়ারোই।

দয়াময়ী তুমিন্না তারম্নদগী খাঙবা ওন্নক্তুনা লাউরকই — দি.জু নঙ চৎখ্রো, অসুম্না চৈ খাংবসি বিপিন্না তম্বীরবরা?

দি.জু। উম্‌-তম্বীরম্মী। ইমা নশাগী মমল য়াম্না হম্বহল্লে, মতুংগী অমুক হেনহনসু হায়মন্নগা খোক্নব্রে।

দি.জলাস মাগী কা চঙহুনা কম্বুরে, পুঙ অনীরোম লৈরগা পুথম্নচিংবা পুহনা মৈত্রেয়ী লাক্তুনা হাম্মরবে — অমুক অনৌবা অশাবা খোংহুনা পুরক্লে, থকিকং চানবা তৌসি। অসিদা অসুম শেম্নগে।

দি.জু। কনানা হায়হনা তৌরিবনো?

মৈত্রেয়ী। কনানসু হায়রে, ঙরাংদগী কুরিসু চাদনা লৈরিবসি ঐদি খঙদ্রনে?

দ্বিজু। মরামদা খুঙজনা নহাক্তনা খঙলিবদা করিননো ?

খুন্ফম খঙদতুনা মৈত্রেয়ী তুমিন্না লৈরে।

দ্বিজু। করে, অদুম খনম্মো, ঐ লাম্বা কান্দা চাগে।

কা অতুগী মথি অমদা চাকচা ফিদা খাল্লগা চানবা পোং অদু নীংখিজনা কুপশিন্দুনা খনম্মগা মৈত্রেয়ী চৎখ্রে। ঈংখ্রবদা চাবা মুঙাই-য়োই ছায়রমই।

নোংয়াঙ্গী য়োরে। চখোম অমত্তং চাগ্গগা তুম্নগে হায়দুনা খুং-শা হায়দোক্নে মীং-মায় ভাখোকে হায়দুনা মপান খোরকপদা কনানো অম কম্নগী। মাঙ্গোনগী খাউমৈ কয়া ভান্দবদুমা শক খঙদতুনা হংবদা "ঐ মৈত্রেয়ীনী" হায়দুনা খুমকই।

দ্বিজু। অহিং অস্তুক থেঙলখদা অসিদা করিগিনো ?

মৈত্রেয়ী। চাবা মতমদা করিগুম্বা অরাং-অপা লৈরকত্রা হায়দুনা।

দ্বিজু। তৌরিবতু চুমদ্দ। মী য়াওদবসু য়ারে, করিগুম্বা য়াওবা তারবসু য়ুম অসিদা মী অতৈসু লৈরিদনা ? কনাসু লৈত্রবরা ?

মৈত্রেয়ী। নহালমথৈ খবক নোম্নরকপতুদা মহৈ মহৈ যানরতুনা তুমখ্রে।

দ্বিজু। খবক্তী ইবেমসু নোম্মরিবনী, কৈদৌদনা তুমত্রবা ?

মৈত্রেয়ী খুমদে। দিদিদাসনা অম নেম্না হায় — মপান্দা লৈবতু করদে ইমুংদা চঙকখ্রবা কম্নো চাবগী অরাং-অপা লেংলগ হায়রবসু। মানা হম্না রেঙকপদা মৈত্রেয়ী লৈরমক্রে, চামবসু লৈরমত্রে। করিনো তৌরিবশিদে হায়দুনা লৈমিন্নো মৈত্রেয়ী চঙকখ্রবা লোপ্পরে অতুগা নেম্না হায়রকই — অত-অথক লীংতুনা কনশিনখিবতুদা অরোবা অমুক শেম্মুরিবনী।

দ্বিজু। মনিন কারিনে অমুক থেঙবদা কদাইদগী লৌরু-রিবনো ?

বা য়াম্না হুমা হুমা থিগনবা মীস্থ নত্তে ঐহাক। অচুবু কৈরিনো খঙদে মীওোন্দা হায়ব য়াদবা। য়াদো নওোন্দদী হায়বা ওমী। ঐগী অয়াবা মতমদস্থ নহাকপুদী শোল্লী, নীংশিঙঙী।

বন্দনা (নোক্তু্না) হোৌজক্কা হায়খিবদাই — দাদাগী য়াদী মপানগী মীগা ওাঙনবা য়াদে। ঐদা মপানগী মীনী লমলাম্থনী।

দি্জু। ঐনা দাদাবু থাজদ্রে ককা হায়রিবত্বদী করিগানীনা? ঐনা তৌরিবসিদী করিস্থ খঙদেদো?

মৈত্রেয়ী চঙক্কু্না হায়রৈ — দ্বিজুবাবু হন্নকপদী ঐখোয় কনা অমত্তা খঙহৌদ্রেনা।

দ্বিজু। খঙদবা য়াম্রনে?

মৈত্রেয়ী। দ্বিজ্বাবুদা ওয়াংস্থ চাদে, ওসিস্থ চাদে অতৈ খঙব্রবস্থ ঐদী খঙঙী। ইমাগী কাদা চৎলসি।

দি্জু। ইমাগী কাদী থোঙ লোম্রিনা।

মৈত্রেয়ী। লোমস্মী, ঐস্থ কোম্না অহুম লৌরিবনী। উচিন-নাচীম্না থোঙ হাংদোক্কু্না নমহুনা স্নান পুজা তৌহল্লগা হৈ অমনীদং য়োংহল্লগা লাক্কিবনী। দি্জ্বাবু চাত্রবদী চায়োই হায়রে। ময়াম দি্জ্বাবুবু ওাইহুনা লৈরবনী লেঙওসি।

মৈত্রেয়ীনা মওোন্দা অস্থুম্না ওাঙবসি দি্জদাস অমুক্তস্থ ভাখিত্রি, অহুমা ঈঙক ভকই। ফরে চৎলসি হায়রকই।

মৈত্রেয়ীনা বন্দনাদা অদোমবুস্থ ইমামা কৌরি লেঙওসি হায়। অস্থুম্না ফাবোই করি ওই দি্জ্দাসবু মৈত্রেয়ীমা পুথ্রে। থাইগী তুংদা বন্দনাস্থ ইম্রগ্রে।

দয়ামরী ফমুংদা হীংহ্বনা লৈরস্মী নামা কাম্না উই। মীং অনীহু তাঙঙী, ইকুরকবকী শম অচোৎপহু ইচাই চাইনা লৈ। নুখুমদা ফকহুনা কল্যানীনা খুদ্র লোইরি। নাইকল অমদা শশবর চৌকিদা ফরি, অমত্তামদা অক্ষয়বাবুস্থ চৌকিদা ফরি। দ্বিজদাস চঙকপদা দয়াময়ী মমায় ওঙ্গোক্লক্কু্না চেপ্পা হীপ্পী। কলকাস্থ চঙশিন্দুনা মখোঙ

মনাক্তা কন্দী। ময়াম তুম্মিন্না লৈরম্বদগী শশধরনা ভাওবা হৌয়কই—
ভয়াংফগী করিম্নু চান্ত্রি হায়, ফথোম অমস্তং চাথোকও।

দি.জ.। হোয়।

মৈত্রেয়ীনা মকম শেমহুনা চানবা থেঙ্গত্তনা থগী।

শশধরনা অমুক হায়— করিগিনো অমুক থেংনা হল্লকইবদে?
মথোয়সীগী পুও অনীমথায়গী গাড়ীদা চংগ্রবনী। (নোকশিন্নহুনা)
কলিকাতাগী মুম অহুদী নহাক্কিনী হায়না?

দি.জ.। ঐগী য়ুমদা দাদানা চঙববু করি কায়বপেনে?

শশধর। কায় হায়বা নত্তেদো। অহুম হায়নৈ হায়বদনী।
য়ুমসি থাদোকখিবহুম্নু থাদোক্তবা য়াবনী, করিগুম্বা অম তৌহুনা
তেঙ্খিন্নবা য়াবনী।

দি.জ.। মহুগী লম্বী লৈরবদগী কৈদৌনা হোৎনহৌন্দ্রিবা?

শশধর। ঐবুদী ওম্বোক্লা থীনা তৌরয়ে, চোপহল্লে। অহুদবু
ঐনা চান্নবা হৌগত্রা? ফনবু ফজেনে বাতাদো। হায়রগা খেক্লা খেক্লা
নোকই।

দি.জ.। ঐনা হায়রিবহু য়াম্না ফবা বানী। মুপী-নহাদনব মচ
মরুমদা লৈবনী, দাদাদী মাঙদা লেপ্পা জাৎনী। নহাক্তনা মরুমদগী
চীরুপনী। হৌজিক ঐগা মায়োক্লরেদনা, চোংথোক্লরকউ। বা লোইরে
হায়না থনগহু? বা শেংদোক্লখিসি। ঐগী ঈয়াম্বা অহুদী অসিগুম্বা
মীশক্লী অচুম্বা ভাক্লপগীদমক লোইনা থাদোকপা ওম্বা, মঙোন্দা
চঙজরকপা মীগীদমক মশাদুগী শহুম কক্তনা পীবা ওম্বা। তৌকম
থোকপগীদমক, অচুম্বগীদমক্তী মানা তৌবা ওমদবা লৈতে। অমরোমদগী
অগাওবা জাৎনী অহুনবু অরাবা তাখিবনী। ঐদা মহাকম্বা নত্তে,
মথোয় ঐথোয় অম্বানী। নহাকম্বা শাউবা, বল্লকপা অমন খুদগী
জাথক লোইনা লৈবা মীশক্লী। দাদগী মবীতা উৎ তাইরগা নীঙ্খইদনা
লৈরিবদো, মহুগী মতীক চপ চাবা তৌখিনি, মহাকপু জেলদা থমখিনি,
দগীগী চাকনিবা ওইরম্বখিগনি।

মৈত্রেয়ী। চাগা নৌবা মতম য়াংঙি হায়বত্তুদা মসি থমত্রবদী শোক্করনি হায়তুনা হান্না থোয়াঙ তৌতুনা থম্মবনী।

দ্বিজদাসনা চাবা হৌগংপদা থোং থাকপা হৈবত্তু থাগংপদগী মৈত্রেয়ী মশানা থোংবনী হায়বা খণ্ডলে, চাবস্তু য়াম্না চারে, থোংবস্তু হৈ পীজবস্তু হৈ।

দ্বি.জু। য়াম্না চাম্বিল্লগা পুক লুডাইরোই, অনাবা পোক্লকনি।

মৈত্রেয়ী। কয়িস্তু শোকওই, ঙরাংদগী চরা হেল্লবনি, অসিবু য়াম্না চাবা-হায়গদ্রা?

দ্বি.জু। ঐদা নত্তে, চাদবসি অতৈস্তু লৈরম্বা য়ারি।

মৈত্রেয়ী। অতৈদী খণ্ডদে, ইমাদী ঐনা চংশোম অমনীদং য়োংহনদ্রে। ঐ লৈরমত্রবদী হৌজিক কাওবা থোঙ হাংদোক্কনা অতুম লৈখিনি। অতুগা ঐডোম্বা ঙাঙ-শকপদা ব্যবহার তৌবিগনু ঐ য়াম্না হল্লোইজে।

দি.জু। ফরে, অসিদগিদী নঙ মা হেক্তমক হায়রগে। নহাক ইচে অমুগী পাউ খণ্ডব্রা?

মৈত্রেয়ী। মানা কৈদৌরবা? মাস্তু চরা হোল্লিবরা?

দ্বি.জু। ইচে অম্বু লায়না তৌবা য়াবা নত্তে। ইমুং অসিগী মিনাইনী হায়বা নঙস্তু তাম্লিনি অতুবু ইমুং মাসদা মঙোন্দগী হেন্না চাউবা লৈত্রে ঐখিদী। মানা মী ওইহল্লকপনে ঐসে।

মৈত্রেয়ী। হোয় তাবদী তারে। অসিবুদী ইমুং অতৈদস্তু তৌনৈ অনৌবা পোং নত্তে। দি.জু বাবুনা চাবা হেক লোইবগা ঐ মাবু থিরুগে।

দ্বি.জদাসনা থল্লী চুম্মী, ইমুং অতৈদস্তু তৌনৈ কুইনা লৈরক্লবা মীনাই মপী নীপানা অঙাং ককা কোনবা — মতৌনৈ। মঙ্গুগী বাদী খণ্ডদবনীনা মৈত্রেয়ীনা চংনরিবা অতুদা হায়জবনী! মৈত্রেয়ীদা অমুক হায় — ইচেদী চরা হেল্লক্লবস্তু হৌজিক অতুক থেঙবদদী করিস্তু চাউ য়াল্লোইদ্রা মিনিট অহুম মরি লৈরগা — মী অংোম্বব অস্তুন্না সেবা

তৌবসি কনাদগী তম্মুই, নখোয়গী ইমাদগিরা হায়রুনা হংই।

মৈত্রেয়ী। ইমাদগী নত্তে, ঐখোয়গী ইচেদগিনী। মাগুম্না মপূ-রোইবগী সেবা নীংথিনা তৌবা ঐ কনামতা উদ্রি।

দ্বিজু নোক্কনা। মপুরোইবসি অতোপ্পদা চিংলবরনে? ঐনা হংবদী মী অতোপ্পা সেবা তৌবরুনী।

ও-অতোপ্পা! হায়রগা মৈত্রেয়ী ইকায়রুনা মরু লুকথখরে।

দ্বিজু। করে, নখোয়গী ইচেগী বা অমুক্তা তম্মু তাসি।

মৈত্রেয়ী। ইচেদী লৈত্রে, মচানীপা অমগা মুপী অনীগা থনম্নগা শিথিবা চহী অহুম শুরে। ঐখোয়গী ইতৈ চৌধুরীনা ইচেনা লৈতবা কুম্মোন ফাওবা য়োৎদ্রিবৈদা মুপী অম লুহোঙলে, কয়া চুমথিরবনো?

দ্বিজু। নীপাদী অহুম তৌই অচুম-চুমদা থিদে।

মৈত্রেয়ী। দ্বিজুবাবুসু অহুম তৌগদ্রনে?

দ্বিজ্। অমতরু হান্না হোঙথিগে, অহুদগী অতৈদী কোম্না থনগে।

মৈত্রেয়ী। অহুবু য়াম্না থুনা হোঙদবা য়াদ্রবনী নহালমথৈদী ইতৈমা লৈরম্মী। হৌজিক্তৌ ইমাগী সেবা কনানা তৌবীনি?

দ্বিজ্। থওদে। মচানুপীগা ময়াগনা তৌরবসু য়াই, কনানো অম লাক্কনা মহুগী থবক পূরবসু য়াই। সংসার অসিদা ওইথোক্তবা করিসু লৈতে। ঐখোয়গী বা তোকথিসি নশাগী বা তাথিসিনে?

মৈত্রেয়ী। ঐগী বাদী করিসু লৈতে?

দ্বিজ্। করিমতা লৈতে?

মৈত্রেয়ী ওহাক লুং-লুং লৈহুনা লৈরগা মোমোন নোক্কনা হায় — ও ভাব তারে। দ্বিজুবাবু ঐখোয়গী ইতৈ চৌধুরিগী বা তারম্বা তারে। নীপাদো ওম্থোক্না ঈকাইবা নাইথিরেদা। ইচে হেক লৈতবগা ঐবু লৌগে হায়রে।

দ্বিজু। অহুদগিদী?

মৈত্রেয়ী। চৌধুরীদী মরল য়াম্না লৈবা নীপানী। ইমাগা বাবাগদী

য়ারে। মখোয়না হায় — অহু ওইরবদী লীলাগী মচাশিং অসি মী ওইরনি। মখোয়গী ৱাখল্দা ইচেগী মচা য়োকপা নত্তবা ঐগী থবক অতৈ লৈতে অসি ওইয়ে।

ঐনা অহুদা হায় — ৱা অসি ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়রবদী ঐদী খোৱা য়ান্দুনা শিগনি।

দি.জু। করিগিনো নঙনা অহুক য়ানীংত্রিবদে?

মৈত্রেয়ী। করম্না য়ানীংকম থোকপগে? জগত্তা মসিদগী হেন্না মুঙাইতবা লৈরিবরা?

দি.জু। নঙগী ৱাসি চুমদে। জগত্তা মকম পুম্নমক্তা মুঙাইতবা হায়বহু লাকপা নত্তে। ইমানা দাদাবু য়োকখিবসিদী?

মৈত্রেয়ী। অহুবু অয়োইবদা করি তাঞ্জবগে? হন্দকী অসিগুম্না মুঙাইতববু ইমুং অসিদা থোকখ্রবরা?

দি.জদাস ৱা ঙাঙদনা লৈরে। মাগী ৱাসি লাল্লী হায়বহু য়াদে। মৈত্রেয়ীদা অমুক হায় —

মৈত্রেয়ী নঙনা হায়রিবসি ঐ য়েংলদী য়েংলরোই। চুম্মী, ইমুং অসিদা অচৌবা অরাবা অম থোক্লে। অহুবু নঙগী ৱা অসি খ্বাইনা খঙনরিবা অহুদগী করিসু হেন্দে। হায়রগা চাবা লোইহুনা হৌগৎলে।

মুংখিলদী কদাইদা চৎলুবনো খঙদে। সন্ধ্যা য়াচঙবদা হল্লকপা বন্দনাগী থোঙজীন্দা লেপ্লুনা হায়রে —

ঐ চঙকপা য়াগদ্রা?

বন্দনা। কনানো দি.জুবাবুরা? চঙবিরকউ।

দি.জদাসনা মমুং চঙকপদা উরে, বন্দনাদা হঙগী —

চৎপা তারেদনা? নোংমা কাওবা থীহুবা য়াদ্রে?

বন্দনা। চৎলেদনা। ঐনা নোংমতং লৈথরগা করিবু কাম্নগ-দৌরিবনো?

দি.জ.। কাম্নবা কাম্নদবগী ৱা খোইনা থল্লুত্রিয়ে। ঐনা থল্লিবদী

পুম্নমক চৎঋগা ঐগী মরুপ হায়বতু অমতা লৈহৌরোইদৌরে।

বন্দনা! জগৎ অসিদী অরিবা মরুপ চৎঋগা অনৌবা মরুপ অমুক লাক্কনা মহুৎ শিল্লে। মসি খন্দুনা অতুম লেনবা তারেদনা দ্বিজুবাবু!

দ্বিজদাস করিসু খুমদে।

বন্দনা। মতম খজিক্তা মডায়রে। বা অমনীদং হায়রমগে। কল্যানী পুতুনা শশধর বাবু চৎখ্রে হায়বসি তাবীররিনিদনা?

দ্বিজ। তাবদী তাপ্রি। চৎলম্বদি বারে খল্লি।

বন্দনা। চৎলমদাইদা ঈশিং খুয়া অমকাওবা শীরকহৌদ্রে। মখোয় অনী লাক্কনা ঐখোয় চৎলগে হায়দুনা ইমা খুরুম্নম্মী। ইমাসু চৎলো চৎলো হায়রগা মায় লৈখোক্কনা লৈ। ইমাগী ফিভম ক্যায়রে য়েংবা নুডাইত্রে। ঈকাইবনসু মী অমতা উনবা ডমদ্রে। মৈত্রেয়ীনা ইমাগী সেবা তৌরিবসিদী মচানুপী অতুনা ডম্বা পোৎ নদ্রে। নুপী অসি কৈ। ইমাবু কহনগে হায়রবদী মাবু নোংমা নীনিদং ফাতুনা থম্নবা তৌবীরু। মসিমা ঐনা হায়জগদৌবা অমনী।

দ্বিজ। কৈ মতু খোরুবা তৌগে।

বন্দনা। অতুগা দ্বিজবাবু থুনমক লুহোঙবীয়্ন।

দ্বিজ। কন্নিগিনো?

বন্দনা। অতু নত্রবদী অতুক চাউবা ইমুং অসি লোইরেদনা য়ান্না মাঙদ্রে ঐ খঙডী, লৈহৌন্নিবসিসু য়াম্নে। ইমুং অসিগী দান, ধর্ম্ম, মরী মতা কোনবা, অন্না-অনং য়োকপা — ময়াম অসি ডসি ডরাংগী খবক নত্তে, মতম কুইনা চত্থরক্লবনী। মসি পুম্নমক লোইনা লেপখিবা তারে। দাদানা শোয়্নবদগী খর মাঙখ্রে, মতু অহেনবনী চৎচঞসনু। খর লৈহৌন্নিবা অসি মাঙনবা লেঙহনবীদবা ডসি ঐনা চৎলমদাই অসিদা ভগবানগী মকমদা নীজরমগে।

দ্বিজদাসগী মীত্তগী পি চেম্লরকই।

বন্দনা। মখা তারকই — দ্বিজবাবুখোয়গী বাবানা য়াম্না অশা। তৌনা দাদাগী মথুত্তা পুম্নমক শিন্নরম্মী। অতুবু বাবাগী অশা

চপচানা থোক্তে। দাদাদৌ বাবাগী মকমদা লওজরবনী। পুম্নমক অসি খোমজিন্দুনা মকম চানা লেংশিন্দুনা দাদানা শোয়ঙ্খিবসি অমুক্তং মেনখত্রবদি পুনশি অসিমা দাদাগী অঙৈংবা লৈররোই, করিনা — দাদানা বাবাগী য়াথং হীক্তোকখিবা; বাবাগী নীংবা থুগায়খিবা, কত্তবা মীবু শাউনীংবদগী, মাবু তান্নরুবদগী। ঐনা হায়জবা মতুংইন্না তৌবী-রগা দাদাবু অমুক্তং ঈংনা শিহল্লু।

পি তৈথোক্লগা দিজদাসনা হায়:— দাদাগী বা কনা অমতসু অসুম তৌনা থন্নি বন্দনা। দাদাগীদমক অত্তাবা পুম্নমক থাঙবা ঙমগনী, পুবা ঙমগনি, অদুবু মাগী কোকথোং অসিবু ঐনা করম্না পুবা ঙমগদগে। ঙসি ঐ অকোয়বসি য়েংগে হায়দুনা ঙহাক চথোক্লই। মহাক্কী স্কুল পাঠশালা, টোল, পাঙল মচাশিংগী লাই-রিক তম্ফম— য়ামখ্রে। অসিগী মথক্তা অমুক প্রজাগী ঈশিং পীনবা খোং অচৌবা অম তৌরিবা অদুগী লুপা, চেদা থনম্লিবা মহাক্কী থৌরম ময়াম — মসিসু দান ঙাক্লী। মথোয়না লাক্কনা পীরো হায়ররগা ঐনা করি খুমগনি?

বন্দনা। মথোয় শোয়দনা ফংগনি হায়বিয়ু; পীবসু পীগনি। অদুগা বা অমতং হংজগে। নহালমখৈ ময়াম অসি মহাক্লা কনা অমতা থঙহন্ত্রা, কনাদসু তাক্তবরা?

দিজু। তাক্তে।

বন্দনা। করি মরম্নো?

দিজু। সোম্না মিংচৎ তানগে তৌবসু নত্তে। কনাদনো থঙ-হনগদৌবা? সংসার অসিদা মহাক্কী মরূপ লৈতবনী। অত্তাবসু মথক্তা পুই, মুঙাইবসু মথক্তমক ফংই। মাগী মরূপ হায়বদু মথক্তা লৈরিবা বা ঙাঙদবা ভগবান।

বন্দনা। অদুগা দিজুবাবু! মহাক কনাবুসু হুংশিত্রা?

দিজু। হুংশিদে, মহাক্লা হুংশিবা মী লৈতে। মী হুংশিবা হৈত্তবনী।

অনীমক ওহাক তুমীন্না লৈ।

বন্দনা। হৌজিক্তী দাদাগী থবক পূর্মমক দি.জুবাবুনা পুবা তাৱরনী। অমতা হুন্নোকপা য়াদে।

দি.জু। অদুবু ঐদি দাদা নত্তে ইথন্তনা কদাইদগী ওমগদগে ?

বন্দনা! অমর্তনা নত্তে অনীনা পুগদৌবনী অদুনা লুহোঙঙো হায়রিবসিনী।

দি.জু। অদুবু লুংশিদনা লৌবা য়াব্রা ? হোঙবা য়াব্রাও ?

বন্দনা। কররি হায়বা দি.জুবাবু। ঐখোয়গী সমাজদদি মদু হায়নৈ। দি.জুবাবুখোয়গী ইমুংদবু হান্না লুংশিন্নগা হোঙবরনে ? মদুগী রাদি তৌকপিরো।

দি.জু। ঐখোয়গী ইমুংদদী চৎনদে হায়ববু ঐদী হান্নগী মওং অসি য়ানীংদে। মসিনা নুঙাইনা পানবা য়াগনী হায়বা থাজদে।

বন্দনা। থাজদ্রবদী য়েৎনরুদনসু কান্নদে। নুঙাইগনি হায়দুনা ঐনা জামিন য়াবসু ওমদে। লুহোঙমদাইদা মীৎ পেন্নবা পুক্নীং নুংঙাইনবা শান্নবা লীলা য়াম্না উরে, মদুগী রাগনা অচীকপদা পুখিদুনা শান্নবা লীলা মচাসু কয়া উরে। মসিগী লাং অসিদা খোঙ থাংজিল্লুবা কান্নদে। বনদা কোয়দুনা শান্নরিবা সনাগী শজি কাদুনা য়ুম অসিদা পুরকপা কররিসু কান্নরোই।

মোমোন নোক্তুনা দি.জুনা হায়:— সুধীর বাবুনা নওগী পুক্নীং ঈচোই চোইহনখ্রেনে।

বন্দনাসু নোক্তুনা হায়:— উম অদুদগী দি.জুবাবুনা অমুক চোইহল্লে, অদুদগী অশোক বাবু অমুক লাকএ। মহাক্তং নাল্লোক্লবদী ঐগী দশা কোক্লে।

দি.জু। মহাক হান্নবদী অশোক্লা ? করিগীদো মাবু ফিক্করিবদে

বন্দনা। অমম ঈথঙ-থঙহৌদনা মহাক্লা লুংশিবা হৌরকইবা।

দি.জু। লুংশিবা পুখোকপা য়াদে অসিনিনে নওনা হায়রিবা।

বন্দনা মানী, মচু ঐগী থাশঙ্কী। ঐবু সুংশিন্নবদী ঐ চেনখিনি ছায়ছুনা ওরাং অশোকবাবুদা হায়বিরবনী। ঐগী লাইথক ফবদগী কলিকাতাদা লাক্কনা ঐহাক য়াম্না থওলে, হৈরে।

দিজু। মতম থজিক্তা ওায়রে, ঐবু করি তৌ হায়বগে নওগী অয়োইবা পাউতাক অম পীরম্মো।

লণ্ডনবগী মওংদা বন্দনানা মওক নোমছুনা হায় :— ঐগী পাউতাক পাম্মী ?

দিজু। পাম্বমক্কী। ঐদী দাদা নত্তে, মরুপশু লৈজদে পাউতাক পাম্মী। ঐবু লুহোঙ্ডুনু হায়বদো হোঙলগে। অদুবু সুংশিবা ফংদ্রবা মরুপ ফংদ্রবদী দাদাগী কোকথোং অসি করম্না পুগনি ?

বন্দনা। ফিরুম্ম দিজুবাবু। মরুপ লাকনি, মরুপকী মথে লাকপা কান্দা ভগবান্না শোয়দনা থান্নকনি খাজবায়্।

দিজুনা করিনো অমা হায়গে তৌরিঙৈদা মৈত্রেয়ী লাক্কনা মপান্দগী হায়রকই :—

দিজুবাবু লৈবরা ইমানা কৌরিয়ে।

দিজদাস লেপথংলগা হায় :— গাড়ী নোংয়াইদা থাগদোবনী। পুও তরামাথোইমথায়দা ঐ তাক্লগে শোয়গনিকো হায়রক্লগা তফিং তফিং চংখ্রে।

———

২১

অশোয়-অভাম লৈতনা বন্দনা বোম্বে য়ৌরে হায়না চিঠি লাকই। মতুগী পাউথুম্ন ওইনা দিজদাসনা ইথি :— হৌজিকমক্তী নহাক্না নহাল উথিবা ফিভম অতুদা অতুমক লৈরি, হাঁথনীঙাই থোইদোকপা লৈত্তে। মৈত্রেয়ীগী মপা কলিকাতাদা হৈনখ্রে, মশাদী থুম অসিগী

থবক পুত্থনা লৈরি, ইমাগী সেবা য়াম্না চথোম্না তৌই। ইমুংগী মী পুম্নমক্কুম্ মাবু য়াই। ঐসু মহাক্কী মথক্তা করিসু হায়নীঙাই লৈতে। বাবাগী অমসুং নহাক্কী মঙ্গলগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরি!

অত্থুদগী চিঠি পীথোক-পীশিন তৌনদবা থা অহুম হেল্লে। বন্দনানা মতৈ, মচে অমসুং বাসুগী পাউ য়াম্না তানীঙঙী অত্থুবু তানবা উপায় লৈত্রে। মথোয়নসু চিঠি পীরক্তে বদায়দা কমদৌনা লৈরিবগে হায়বা অমতা খঙত্রে। দ্বিজদাসদা হংগদৌবসু চিঠি ইগদৌবা ঈকাইরে। বলরামপুরগী রা অসুম থর-থর কাউশিল্লক্লে। লৌচৎ ব্যবহারদা য়াম্না কুপশিনবা, থাইনগী লোনচৎ হোংদ্রিবা মুখর্জীগী ইমুংদা মহাকপু পাম্মোই চন্নরোই হায়বসি মহাক থাজরে, খঙলে। অত্থুগা মথোয়গী কাঙবুগা মরী মতা ওইবা য়ারোই হায়বসিসু মহাক উই।

মরক অসিদা বন্দনাগী মন্দোনসু বোম্বেদা লাক্লে। মশা বয়া ফত্রে। ডাক্তরনা পঞ্জাবতগী বোম্বেগী হওয়ানা কৈ হায়থুনা লাক-পনী। টেবিলদা ময়াম চাক চারিঙৈদা মন্দোনা হায়:—

মিষ্টর রায়! অমতা পোকপা অঙাংসিদী লম হেনগল্লিদা।

সাহেব। মানীনে, ঐখোয়গী হুপীসিনা ত্তৌরিবা অসিনীদনা। মানা অমুক্তংবু য়াখিত্রবদি লোইরে, থেম-খোত্তুনা য়াবা পোৎ নত্তে। পিশক পীক্লিঙৈদগী ..................

বন্দনা। হায়বা ইন্দবী মচানী হায়থুনা ঐবু সুংশিত্রবরনে বাবা?

সাহেব। ইচাবু হায়বা ইন্দবী কনানা হায়রীবা?

বন্দনা। হৌজিক্তা বাবানা হায়খিবথুদী?

সাহেব। ঐ হায়দে।

মন্দোনসু নোকই।

বন্দনা। বাবা! ইমাসু বাবাদৌনা ঐবু য়েংনীংদবা জাৎলা?

সাহেব। নমাখুরা? মসিগী তাকম অসিদা নমাগা ঐগা থংনবা মপাং মাইথিত্রবনী। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী ঘড়ি থুগায়বগী মথানা নঙগী ননা লৈবদা কপ্পনা ঐঙোন্দা চেনশিল্লকও। বাবানা মখুু কোন্দুনা থম্মে। মমীত্তুমা নমাগা ঐগা ময়া ঙাঙমজে। অসি হায়রগা মচাবু চিংশিন্দুনা নানবী।

বন্দনা। হৌজিক্তি মুংশিত্রবরা বাবা?

সাহেব। তারিবরা মিসেস ঘোষাল। মানা ঙাঙলিবসে?

বন্দনা। অহৃদী—ঐবু লুহোঙথোকপিরগা মাই শংলনি হায়দুনা বাবানা ইতত্তুনা হায়রিবত্রদা করিগীনো? ঐসি য়াম্না মাইচিল্লবরা বাবাদা?

সাহেব। মিসেস ঘোষাল!

মন্দোন অঙইবনীনে বন্দনা। মচাম্নুপী চাউরগা মমা মপানা মারিবসিদা! নখোয়সু হয়েং নচা পোক্লগা খঙগনি।

বন্দনা। ঐ খঙজনীংদে।

মান্দোন। অহৃবু মমা-মপাগী মথৌ হায়বা অমদী লৈরিবা। অমরদী নহেদো। মচাগী ক্ষিবম য়েঙমত্রবসু মমা মপাগী অরানবা ঙাইদো। মসিগী অরাবসি মমা-মপাক্তনা খঙজী। প্রকৃতি লুহোং-ত্রিঙৈদা ঐনা মাখিবদা অহিং ককা তুম্না য়াদবনীনে। নখোয়গী বাবাদি মসি খঙলম্লিনি। নখোয়গী ইমা লৈরম্নবসু ঐনা তৌখিবত্রগা চপ-মান্নগদৌবনি। হৌজিক কাওবা লৈরম্নবদা মানা ঙাঙবনা সাহেবসু লৈকম খঙডোইদবনি। মীওইবা হায়বা অসিদা কনানা খঙগনি নখোয়গী ক্ষিবম অমা তাহল্লমত্রিঙৈদা কঙ্গু-মুংদা থোক্লবদা; করিগুম্বা অম থোক্লিবদা কয়া নীওঙমমোইদৌবা।

সাহেব শংকবত্তুনা লৈরে।

বন্দনা। ইন্দোমতামা পঙাংদা ঙাক্তশিন্দুনা বাবাবু য়াম্না নুংশা থীহল্লে। বাবা শিথিরোইয়ে। অরেম্বদা বাবাগী মুঙাইতনবা মাঙ্গ চিন্নবা থিং তৌমাং চাক্তাবা ককা লেপ্পত্রে।

সাহেব। নন্দোমচানা হায়রিবসি অচুম্বনি বন্দনা। ঐগী হকচাং অসিমু কয়া ফত্রে, থাজবা য়াত্ৰবনী। কনা নত্তবগী হায়রিবনী, কনানমু অমুম্না হায়বীরোই।

মন্দোন। হকচাংদী করিমু তৌদ্রিনা রায় সাহেব। ঈশ্বরগী থৌজাল লৈরবদী চহী চামনী পুনশিগদৌবা। ঐনা হায়রুবদী থাখল অমনী।

সাহেব। য়াম্না চুম্বা বানী মিসেস ঘোষাল। ইশানা খঙজে, ঐগী হকচাংসি মহৌশাগী নত্তে, কয়া ফত্রে। অদুনা মতম লৈরিঙৈদা পুম্নমক য়েংশিলহৌদবা য়াদে।

বন্দনা। ইন্দোমচা! বাবা ঙসি চাক চাদনা তোকপা তারে।

মন্দোন। মিষ্টর রায়! মসি তোকখিসি। সাহেবনা চাত্রবদী ঐ য়াম্না মুঙাইররোই।

সাহেব চাবদী কয়া চানীংত্রে, অদুবু শা-মতুম অমা কক্তুনা হত্রে।

সাহেব। নিঙোল মবা অদুদী প্র্যাকটিস থর নীংথিনা তৌরিবরা?

মন্দোল। হৌগৎলকপদা মঙায়রি অদুবু হাইফেৎ ফনা তাই।

সাহেব। অদুমু অদুনী, খাইগী মরুদী লমচৎনী। মরমচৎনা মকজত্রবদী মুপীমু মুঙাইবা ঙম্মোই।

মন্দোন। মদুবুদী মশানা তাবনী। ঐথোয়গী বাবাথোয়না তৌরম্বা নমুনা, চৎলম্বা লীচৎ-শাজৎ অশোয়বা তৌরিবসিগা করিমতা থেম্নদে। লমচৎ ফজে, মপুক চাউঙ্গ, পুকচেলমু তিঙঙী।

সাহেব। হোয়নে নহাক্কু ফনা কৈনে। ঐথোয়গীসিদা তরুক-তরেৎনি লৈরম্মী, মরমচৎ ব্যবহার ফজত্রে। (মচানুপীদা ওনশিন্দুনা) চুমত্রনে নুপীমচা? কৈনে নহাদো। মহাক চৎখিবা নুমীৎ অদুদী ঐদী চাম্না মুঙায়রখিত্রে, চাক ফাওবা চানীংখিত্রে।

বন্দনা। য়াম্না কৈবো বাবা। ব্যবহার ফজে, মরা-মখোলমু

ছুংশি। ঐনা হায়জবা অমত্তা য়াবীদবা লৈতে। মানা বেম্বে য়ৌনা খিনবীরক্তবদী ঐ য়াম বাপ্রদৌবনী।

মন্দোন। চাউথোক-খোত্তোকপসিমা মশাদা য়াওদবনী।

বন্দনা। মতুদী ইন্দোমচাখোয়গী ইমুংদস্থ উদে।

মন্দোন। শিংঈদকো নঙসে। লোইনা য়েংশীল্লমীবোরে ?

সাহেব। ম'সদী শুকপ্রবনীনে ঐনা হায়রগা মচা থাগৎলী হায়খিনি হায়তুনা তৌবনী।

মন্দোন। এঃ ঐস্থ য়াই।

বন্দনা। বাবা ওসি সন্দেশ চাত্রবদী কৈদৌরে হাউত্রবরা ?

সাহেবনা মচেৎ অমা ফক্তনা চারগা হায়ঃ— অসি ককাসি মহাক্লা শারিবনীনে। মানা কলিকাতাদগী হল্লকপদগী চাবা থকপগী মওংসিমা পুমওন ওনখ্রে। ভা থোংবগী মহী, সুক্তানী, শঙ্গোম অফবা সন্দেশ— করি করিনো য়ামখ্রে। অতুগা যুম অসিদা শা ককা পুশিলহন্রে। অহল ওইশিল্লকপসিদা বাঙ্গালীগী চাক এঞ্চাং অসিনবু হকচাং থরা সুংডাইবগুম তৌরে, লাম্বস্থ হেল্লে।

বন্দনা। ইন্দোমচাদী হৈনরিরোই !

মন্দোন। এ-য়াম্না হৈনৈ। ঐনা লাক্লিবসি হওয়া ওনবদা নত্তুনা চীঞ্জাক ওনবস্থ ফরিবনীনে। অতুনরা করিনো হকচাংসি য়াম্না থুনা হঙ্গৎপ্রেনে। থর ফত্রিবরনে বন্দনা ?

বন্দনা। য়াম্না ফরেনে অওইবা। থরা লৈখো ইন্দোমচা, য়াম ফহল্লসি।

মন্দোন। কুইনা লৈবা য়াদেনে। অশোক্লা চিঠি ইরকঈ। হন্দকী থা লোইরমদাইদা মহাক পঞ্জাবতা হওয়া ওনবা লাকনি হায়রকঈ। মা লাক্তিত্রৈদা ঐনা হাম্না পঞ্জাব য়ৌদবা য়াদে।

চাবা লোইরতুনা সাহেব হৌগৎকে তৌরকপদা মন্দোন্না য়াম্না হন্দোইনা হৌরকঈ: মিষ্টর রায়। বা অমতং লৈরে অত্তুবু মতমসি............................

সাহেব (কমথতুনা) মতম কৈ ছায়রবীয়ু ইকেদৌবগে ?

মন্দোন। অশোক অসি পৈশাদী কৈজদৈ অদুবু মাগী মচা, মরমচং অমিনা নোংমদী খুঙ্গীগী মরক্তা তিনবা শুমজরগত্রা থল্লী। মসিবু ঐখোয়গী বন্দনাগা........................

সাহেব। এঃ মতুদী কদাইদগী য়াগদগে মিসেস ঘোষাল। অশোককী মন্দোমচাগী ইবুংনা পোকপনী; মরী থিনরুরবদী মহাক্তী বন্দনাগীসু মামনা পোকপনী।

মন্দোন। মিঙ্গৌগী হাদনী, য়াম্না লাপথ্রবা মরীনী। ঐগী ইপাপোকপা ইবেনগা বন্দনাগী মমাগী মবেঙ্গোক্তা মচীম্নাউনী; ভদুদগী বন্দনানা ঐবু ইন্দোন কৌবনী। মসিদী করিসু বৈরা লৈফম থোক্তে।

ঙহাক করিনৌ অম থল্লগা সাহেবনা হায় :— ঐনা উবনে, বন্দনানা হায়রবা তাবনে অশোক হায়রবা নীপা অসি মতীক্তি চাবু চামনথ্রে। অদুবু বন্দনাগী মরা অমতং তাখিবনা চুমগদৌমালে।

মন্দোন। (নৌনা) ইবেম্মা, ইকাইহ্নু, নঙগী পূক্লিং অমত্তা হায়রক্লনা।

বন্দনা। ঐগী মত হংবগী করিসু কাম্লদে।

সাহেব। করি হায়রিবনো'হুদে ?

বন্দনা ঐ মতুগী অর্থ হায়বা উমদে। অসি হায় হায়হ্না ঐনা খিংবা, য়াদবসু নত্তে। ঐখোয়গী ইচে সতীনা লুহোংখিবসি মশাগী চহী তরানীথোই শুবদনী। মমা-মপানা থাজবা অদু মাংহ অত্তুম য়াখি। অদুবু মরাইবক্না জগত্তা ভাঙলবা মপুরোইবা কংখি। ঐসু অদুগুম্বা লাইবকতু থাজে। বিপ্রদাস হায়রবষু সাধুনী। মহাক্না ঐবু আশীর্ব্বাদ তৌবীরম্মী। ঐগী অকবা ওইগদৌবা মফমদা ঈশ্বরনা ঐবু থম্বীগনি। মহাক্কী ষাহে অদু কৈদৌউডেদষু অরেবদা তাররোই। ঐ বাবাগা য়াথং ভাকনী, পূক্লীংদা অকিবা চিংনবা অমত্তা থমজদ্রোই।

সাহেব মচাবু য়েংহুনা অত্তুম লৈরে, বা অমত্তা ভাঙদে।

মন্দোন । লুহোঙবা মতমদগী নচেদী অঙাংপিশক ওইরি অহুনা মাগী মত হংবগী রা লৈত্রি । নঙদি চাউরে নশাগী অক-ফগুগী বাখল তৌবা ঙম্লে । মীৎ উইশিন্দুনা লাইবক্কা তম্বা ঙাইবদা চুমত্রে ।

বন্দনা। চুম্বা চুমদবা খঙদে। ঐদী ইচেদৌনা লাইবক্কা তম্বা অহুম য়াগনি।

মন্দোন। অহুম তৌহুনা ঙাঙলগদী বাবানা করি লেপ্পা ঙমগনি ?

বন্দনা । ইচে সত্তীগী মতাংদা মখোয়গী বাবানা তৌখিবা, ইবুধৌশিংনা মখোয়গী মচা নিঙোলশিংগী মতাংদা তৌখিবা অহু-গুম্না বাবাসু তৌসমু ।

মন্দোন । নঙদী করিমতা য়েঙল্লোই খল্লবোই ?

বন্দনা । ঐ য়াম্না য়েংলে, খল্লে ইন্দোমচা । ঙক্লে, হৌজিক্কী বাবাগী আশীর্ব্বাদতা ঈন্থোক্কনা লৈরগনি।

মন্দোন (নীংবা কায়হুনা, খোল কল্লপা) । ঐখোয়সু লাইবকপু ঈথা-থাজদবা নত্তে। মুখর্জীখোয়গা সুমিৎ খরদং তোৎনক্করগা নশাগী সমাজ, শিক্ষা, চৎনবী-পুম্নমক হুন্দোকনি হায়বসিদী ঐখোয়দী খল্লুদে ।

নহাক অসে ঐখোয়গী বন্দনাহু নত্তবদৌনা তৌরে। ঐখোয়গা পুমতোপ তোপল্লে, তোঙান তাল্লে ।

বন্দনা । করিসু তোঙান তাদে ইন্দোমচা । নখোয় ময়ামদগী তোঙান তারগা মখোয়গা তিনখিগনিসু খক খল্লুগনু ।

মন্দোন । অহু ওইরবদী অশোক লাক্লবা টেলিগ্রাম তৌগ্র-গেদনা ।

বন্দনা । ঐ করিমতা হায়দে । তৌগে হায়রবসু তৌখো, তৌরোই হায়রবসু তোক্কউ ।

মন্দোনা সাহেবকী মিংদা টেলিগ্রাম অম তৌরগে হায়বদা সাহেব ঙহাক রা ঙাঙদনা লৈরগা হায় :—

মিসেস ঘোষাল! ঙসিদি তৌখিরুসি ।

মন্দোন। করিগিনো মিষ্টর রায়? বন্দনাসু য়াগ্র।

সাহেব। ওসি তৌবা য়াদ্রি। হায়রগা তুমিন্না লৈয়ে।

বন্দনাগী মন্দোন অদু কয়া নুঙাইদ্রে, তকশিনবসু ওমদ্রে।

সাহেব। মপা ওইনা খল্লিবনি। মমা লৈত্রবনীনা মমাগী শরুকসু ঐনা খনবা তাই অদুনা মতম খরা পাম্মী মিসেস ঘোষাল। মাগী বাসি ঐ ভাব তাবা ওমদ্রে। ওসিগীসিদা নত্তে। বাঙ্গলাদগী হল্লকপা মুমীত্তুদগী ঐ মাবু খঙবা ওমত্রবনী। মাগী অনৌবা ধর্ম্ম অসি ঐ খঙবা ওমদ্রি।

মন্দোন। অনৌবা ধর্ম্ম হায়বদী করিনো?

সাহেব। ঐসু মদু খঙদ্রিবনীনে। বাঙ্গলাদগী করিনো অম পুরকপদৌনা তৌরে। চাবা-থকপা হোংগ্রে, লৌচৎ শাজৎ হোংগ্রে, রাঙাঙসু হোংগ্রে, হান্নগীদু অমতা লৈখিদ্রে। অয়ুক ঙন্তা হৌরগা ঈরুজরে, অদুগা ঐগী খুয়াগী উফুল লৌরগা মকোক্তা হাপ্পী। করিনো নঙনা তৌরিবসিবো তৌরমদবা থবক ঙাক্তা তৌরে হায়রগা মানা খুম্মী:— বাবাগী খুয়াগী উফুল লৌবসিনা ঐগী ওসিগী নুমিৎ অসি হৌরবনী, মসিনা ওসিগী ঐগী থবক পুম্নমক্তা ঐবু কন্নগদৌবনী। অসি হায়রগা সাহেবকী মমীৎ অনীদু ঈরা চেল্লী।

মন্দোন (শাউনা)। অনৌবা নমুনা অসি মুখর্জ্জী ময়ুমদগী তম্লক্লিবনী। মখোয় অদুদী য়াম্না গৌরিয়া তৌগ্রবনী, ঙৌখিগ্রবনী। মসিদি ধর্ম্ম নত্তে ফত্তবা লৌচৎনী। পুজা ককাসু তৌরবরা মাবো?

সাহেব। তৌবরা তৌদবরা খঙদে— তৌদমালে। ফত্তবা লৌচৎনী হায়না খল্লী ঐসু, খিংবা ফাওবা খিংলিবনী। অদুগা মহৌশাদৌনা য়েৎ-লাকপসু তৌদে। তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। অদু-দগিদী ঙাঙনুদ্রে।

মন্দোন। মসি সাহেবনা শোনবননী। মসি ধর্ম্ম নত্তে, সুপরষ্টিশন হায়বদুনী। করিসু নত্তবদা খাজবা। মসি য়াবা চুমদে।

অশোক্কী মরমদা অমস্তুং ধর্ম্মগী মরমদা মপাগা মন্দোমগা ঙাঙনরিবা পুন্নমক অসি বন্দনাগী মকোক্তা হাপ্তে, চঙদে নাকোং অমদা চঙলক্লগা নাকোং অমদা অমুক থোকখি। অতুগা বিপ্রদাসনা মঙোনদা হায়খিবা "নখোয়গী নন্দোন অত্তুদী থর মুন্না য়েংনা চংলুকো" মসি বন্দনানা মতম পুন্নমক্তা নীংশিঙ্তী।

সাহেব। ধর্ম্ম হায়বসি চীন্দদী হায়, মসি করিনো হায়বত্তুদী অমুক্তা নৈনব্রি। মরক মরক্তা ঐগী ইচানুপী অসিবু পুমওন ওনহনখিবসি করিননো হায়বসিদী থল্লী। নোকপস্তু নোক্তে, নুঙাইবস্তু উদে অবাবস্তু উত্তে। ঐনা নশা ঙমক্রবরা হংলবস্তু করিস্তু তৌদে হায়। নোকমি নোকমি তৌহুনা য়ুমগী থবকস্তু অত্তুম তৌই। ঐস্তু ওস্তোক্লা নুঙাইত্রবনী মিসেস ঘোষাল। মাবু হান্নগী ফিভমদা অমুক হুম্মিলহনগনি হায়রবদী ঐগী অরৈবমথৈ পীবা পাম্মুরোই।

মন্দোন। মিষ্টর রায় করিস্তু রাবীরুস্তু। নোংম-নীনী মঙায় অস্তুম তৌরে হায়বদা। মখোয়গা মতম থরা তিন্নরুবদগী তৌবনী, মরাইনা মফজখিনি। অশোকতা ঙসি টেলিগ্রাম অম তৌগ্রগে, মা লাকলসস্তু করি হায়বগে ?

সাহেব। ঙসিমক ?

মন্দোন। ঙসিমক, সাহেবকী মিংদা।

সাহেব। থঙত্রে, ফগদোবা য়েংহুনা তৌবীরো।

অশোক হায়বা নহাত্তু ফবদী কৈয়ে। নত্রবদী বন্দনানা মাগা লাকমিন্নবা কদায়দগী য়াগবনো ?

মন্দোনস্তু নুঙাইরহুনা করিনো অম হায়গে তৌথংলকপদা বন্দনা চঙক্লনা হায় — হাজী সাহেবকী মচানুপীশিংনা ঙসি ঐবু চাগী বার্ত্তান তৌরকঈ। ঐ ঙহাক চংলুগে। হোরেল নুংথিনদা বাবানা আফিসতগী হল্লকপদা ঐবু ঙহাক্তা লৌবীরো।

মন্দোন। মখোয়গী অত্তুহুদী নঙ চা থক্লোইত্রা বন্দনা।

বন্দনা। থকওই ইন্দোমচা।

মন্দোন। করিগী থক্লোইদৌরিবনো ?

বন্দনা। ঐ থক্লীংদে। কাউগনুকো বাবা !

সাহেব। নও লৌরববু কাউই হায়রা ? (হায়রগা নোকই) অশোকনু লাক্লনি, ওসি মঙোন্দা টেলিগ্রাম অম থাগনী।

বন্দনা। টেলিগ্রামদী বাবানা থাবীরুনু, ইন্দোমচাবু থাহনবীয় মহাকী মিংদা।

মন্দোন। হোয়দা, ঐবু থাখো হায়রবনু থাখিগেদা। হয়েং লাক্লগদী থৌওইদবা ককাদী তৌবীনুকো, ইকাইহনগনু হায়বা।

বন্দনা। নুংশা থীরুনু ইন্দোমচা। ঐখোয় মীবু উশীৎ-থৌ-ওইদবা হৈতে। অশোকবাবু মশানু থঙলিবনে।

মচাগী য়া তাবদা সাহেব নুঙাইরে। মহাক্কী তুররীংবমীনীনা মচানা টেলিগ্রাম মশাবু থাহনদনা মন্দোনবু থানবা হাররিবতুগী কোচি অছু করিমতা থল্লুবা লৈতে।

সাহেব। ওসি আফিস কাখিবদা টেলিগ্রাম হেক্তা তৌরমগে। ওসি ইরাইনি, থোইদোকপা অপনবা লৈত্রবদী নিংথৌকাবা নুমীত্তা বোম্বেদা থুংলনবা।

দরওয়ান ডাক পুশিল্লকই। থবর-চে ময়ামগা চিঠিনু ফল-য়ামই। চিঠি ওাইবা অরেম্বদা তারে হায়দুনা বন্দনা ডাক্কী থল্লুবা কুইরে ! মঙোনদা চিঠি ইরক্লবা কনানু লৈত্রে থল্লমবনী। সাহেবনা লাউরকই— বন্দনা নওগী চিঠি অনী য়াওরি, মিসেস ঘোষালগীনু অম য়াওরি।

মশাগিদী য়েংপ্রদুনা মন্দোন্না বন্দনাগী চিঠিদু কনা কনাদগিনো থঙনীংদুনা মঙক থাঙক্লনা য়েংলগা হায় — অমদী অশোকী মথুংনী, অমদুদী কনাদগিনো ?

নরম লৈতনা হংবসি থুমদনা বন্দনানা মাগী চিঠি অনী পুদুনা মাগী কাদা চঙখ্রে।

সাহেবনা নোক্কৎলা হায় — অশোকা চিঠি ককানু চংনৈদনা

মন্দোনসু ফল্লদুনা হায় :— ঐহাকনু য়াম থঙলিপোৎনীদা।

নুংথিনদা হাজি-সাহেবখোইরোমদগী সাহেব মথন্তা হল্লক্লে। বন্দনা মখোয়গীদা চংলুদ্রে।

মন্দোন। বন্দনাদী চিঠি পায়রুনা মাগী কা চঙখিবদগী থোয়ক্তে।

সাহেব (নুংশা থীরুনা)। চাকস্থ চাত্রিবরা ?

মন্দোন। চাত্রি, অমুক্তা হৈ অনীদং চাখিবরুদগী অতৈ করিস্থ চাত্রি।

সাহেব তফিং-তফিংনা চংখিরুনা মচানুপীগী থোঙ নম্মুরে — নুপীমচা, ইবেমা !

বন্দনানা থোঙ হাংদোকই। 'মপানা পাখন্তনা হঙভী — করি তৌরবগে ?

বন্দনা। বাবা ! ঐ ওসি মুমিদাংগী গাড়ীদা বলরামপুর চংলনি '

সাহেব। বলরামপুরদা ? করিগিনো।

বন্দনা। ভিজুবাবুনা চিঠি অম পীরকই। বাবা পাগে হায়বরা ?

নঙ পাউ তাগে হায়রুনা চৌকি চিংশিন্দুনা ফমথখরে। বন্দনানা মপাগা থেংনরুনা লেপ্লগা চিঠি পাই।

ইবেম্মা বন্দনা,

অসিদগী চংখিবা ন্যুমিৎ অত্থ কাউত্রি। শুমাংদা গাড়ী মনাক্তা লেপ্তুনা মরক মরক্তা ঈ-পাউ পীনসি হায়রম্মী। অত্থদা ঐনা থুমখি—ঐদী মথোঙ চাদবা মীনী, চিঠি ইবস্থ কয়া হৈতে, খুত্তাস্থ লুদে। মসিগী থবকসি কনানো অমদা শিন্নবিরম্মু।

ঐগী বাতা অত্থদা তিঙক-তিঙক য়েংরুনা ওহাক লেপ্লগা গাড়ীদা চঙরুনা ফমগ্রে, মথা তারমদে। থনবিরম্বা য়াই — "অস্থক হৌনবা থঙদবা, চংলমদাই অসিদা ফজবা য়াহৈ অম ফাওবা তাহন্দবা মীশক অসিদা ভাঙরুনা করি কায়গবনো।" মত্থ হেক পাবদা, অমম্ভং তাবদা ঐগী ইরান পুন্নমক কোকপা য়াবা, অসিগুম্বা অরুবা য়াকম অম ইগে হায়না ঐস্থ আশাদী তৌজরম্মী।

জগৎ অসিদা থন্দুনা থোক্তবা অয়াবদী লৈয়গা অত্থগুম্বা থনবা থোক্তবা মুভাইবদী লৈত্রবরা থল্লিয়ে।

হায়াগী লাই অত্থস্থ মীৎ উইশিন্দুনা লৈয়গত্রা ? অমুক্তস্থ মীৎ পাঙ থোক্তনা য়েংবীয়রোইদ্রা ? ওথোক ওথোকপা ভাক্তা থোক্লে, মসি

অহুম লৈরগদ্রা ? মসি অমুক শেমশিনরবা, ওমশিলহল্লবা পাঙ্গল ইলৈমক লৈত্রবরা ?

উদ্রে, অহুগুম্বা শক্তি অহু উদ্রে। ভগবানস্থু লেঙদ্রে, মহাক্কী ভক্তস্থু লেঙদ্রে। মুংশীৎ য়াওদ্রবা থাউমৈগী মৈরি মথকলোমদা হাইগন্তুনা চাক্লি, মঙাল মরীক অমকাওরা কাদোক্তে।

দাদা হল্লকপা ওসি হুম্মি শুরে। অযুক ওন্তাদা পাড়ীদগী কুমথরকঙ্গ, তুংদা বান্থু। খোঙ্‌প য়াওদে ওকশমদা উত্তরী। অতৈ কনা অমস্থু য়াওরক্তে, গাড়ীস্থু হনদ্রে। ঐহাকস্থু যুমগী মরুমদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। পৃথিবী অপুম্বা থাশিগী নোঙয়াঈগুম্মা মমদ্রে মিনিট অনী অহুম লৈরগা অমুক পুমঙাল ঙাল্লে।

ঐহাক কুমথরক্লে। দাদানা— নতৈমা ওরাং অমুক লৈত্রে, নতৈমগী শ্রাদ্ধ তৌনবা তৌ, চাউহনগদ্‌স্থু শীকতরা তৌ। ইমানা কদাইদা লৈ ?

"ইমাদী ঢাকাদা, মচানুপীগী যুমদা ঐনা খুম্মী।

ঢাকাদা ? ওহাক তুমিন্না লৈরগা দাদানা অমুক হায় — লাকপদী ওমদবা য়াই। অহুবু মমাগী দায় ওইনা বান্থুবু চিঠি অমতং ইহল্লু।

ইহনগে হায়ত্তুনা ঐনা খুম্মী।

বান্থু চেনশিল্লকত্তুনা ঐগী ওকশমদা কোল্লগা মমায় লোৎশিনদ্রে, অহুদগী কপদ্রে। মানা কপত্ত মখোল থোক্তে, লোন য়াওদে। ঐনা ওসি ইব্রিবা চিঠি অসিদস্থু মহু কোংদোরুবা লোল লৈতে। শাতানবগী মথুত্তা তারবা শানা শিরমদাইদা মরোল য়াওদনা রাকচ্চবা অহুগা পাংথক্লী। মাবু কোল্লগা ঐগী কা তাম্না চেল্লক্লে, মাদী ঐগী থবাক্তা নপশিন্দুনা কপ্তুনা অহুম লৈরে। ঐগী পুক্রুংদা ইথস্তু হায় — বান্থু। নঙগী অমাঙবদগী নতৌনগী অমাঙবনা য়াম্না হেনগ্রবনী। নঙগীদি নঙবু তাকপী তীকপিনবা, নঙবু শেম্নবা মী ফংগনি, নত্তোনগিদী লৈত্রবনী, লোইরবনী। আশা থজিক্তুংদী লৈ — বন্দমানা ভাব ভাবীরবদী।

অহুম তৌত্তুনা ওহাক হৌথে। অহুদগী মপি তৈথোকপিরগা ঐনা হায় — কপকসু, বারুসু। ইমা লৈত্রে লৈত্রসু, বাবা লৈত্রবস্থু ঐ লৈরি। মথোয়গী লমনদী ঐস্‌ শিংবা ওরোইদবনী অহুবু চেনবদী চেল্লোই। ওসি হায়নীঙাই লৈতনা মাঙবা, পান্দমীঙাই লৈতনা বাবা মুমীৎ অসিদা মসি নত্তোনগী রাশক্লী।

অঙাং ওইন্নিঙৈদা বাবাগা ইমাগনা ঐবু লমহেন্নী ওক্কে হায়রুনা কয়া ঙাওঙী, দাদানা ঐবু কয়া চৈ। অহুম থাংচপ্পনা ভাওশিল্লকপশুদনা য়ুম অসিদা ওহাক্কা লৈনীংখিত্রবনী। য়ুম অসিদা চাবা থকপা হু চাবগুমত্রে ইতৈমনা ঐগী নাক্তা চওক্লগা হায়রবে — ইবুঙো নঙ করি পাম্মী; নঙনা নীংবা ইতৈমদা হায়য়ু। ঐনা শাউনা খুম্মী— ঐ করিসু পামদে ইতৈমা। য়ুম অসিদা লৈররোই চৎত্রনি।

কৈঁদৌঙৈ ?

ঙসিমক

অহুদগী ইতৈমনা নোকমি-নোকমি তৌরহুনা হায় —ঐগী হুকুম্মী চৎপা য়াদে। ওম্নগা চৎলু য়েংসি।

ঐ চত্রে, তোক্লে। অহুবু চৎপগী মুমীৎ অহু থাঙ্গৈশেংনা লাক্লবা অহুমদা চৎত্রে ইতৈমদো। ঐহাকপুদী চৎপা যাদে হায়রুনা খিংবীনবা কনা অমতা লৈরমত্রে তাইবও অসিদা।

কমদৌনা তৌখিবনো হায়রুনা ঐনা দাদাদা হংলুই দাদানা হায়— কলিকাতাদা লৈরিঙৈদা নতৈমগী মশা কয়া ফংলক্লে, বাখল তৌমনবদগী ওইরমালে। নোংচুপলোমদা পুরে, অহুদসু কয়া কায়ত্রে। অহুদগী হরিদ্বার য়োরে, মহুদদী লাইহৌসু তৌখৎলক্লে। অহুদগী অমুক কাশীদা পুরক্লে। অহুদা অহুম ফংত্রে।

ঐনা হঙঙী — ডাক্তরনচিংবা অথঙ-অহৈশিংবু ঈয়েং য়েংহনবীহৌত্রবরা ?

দাদানা খুম্মী — য়েংবগী হোৎনবগী অহুবাই মঙায়।

অহুবাই হায়বহু কদাইফাওবনো হায়বহুদী দাদা নত্তনা অতৈনা থঙবা পোৎ নত্রে।

ঐবু অমুক লাক্লরিবা, অমুক য়াহল্লিবসি করিগীনো ঐনা করি লাম্মথবগে হংগে নীংলম্বনী, অহুবু দাদাগী মায়থোং উবদগী ওমখিত্রে।

অহুদগী ঐনা অমুক হঙঙী —

করিসু হায়রমত্রবরা ?

দাদা। হায়রম্মী। শোয় তৎকদৌবা পুং তয়ায়োম লৈরিঙৈদা

ঙ্গান তাৱম্মী। ঐনা হুঙ্ঙী—সতী! ইমাদা হায়রমগদৌবা রা লৈবরা?

লৈতে হায়।

ঐঙোন্দদী?

লৈতে।

দি‌ৱজুদদী?

লৈ। দি‌ৱজুদা ঐগী আশীর্ব্বাদ পীবিয়ু, পুম্নমক মৈহৌরবনী হায়বীয়ু।

অহুদগী ইতৈমগী অহাঙবা কা অহু তাম্না চেল্লে। কোটো লৌবসি মহাক য়াম্না হঙ্গোইজৈ। ঐনা লৌখিবা কোটো অমদী মহাকী আলমারী মরুমদা লোত্তুনা থনম্মী। কোটো মমাঙদা ঐনা লেপ্লগা হায়—ঐ মুঙাইরে ইতৈমা। ভাব তারে নঙগী হুকুম। নহাক্না অমুক থুনা চৎখিগনি হায়বদী খল্লুদেদো ঐদী। নহাক্কী সংসারগী অবা-অনা থাদোক্তুনা লাইরৈবাক্তা চীক্লা মুঙাইনা লৈরে। ঐনা নঙবু হন্না হন্না কৌহুনা নহাক্কী অচীকপা মুঙাইবহু কায়হল্লী হায়হুনা হায়রোগনুকো। কৌদবা ঙমদহুনা কৌবনী অহুগা মকম অহুদগী উগনি—নঙগী ওক্সবা ননাওনীপানা ঙসি কাওবা নহাক য়াথং হীক্লোক্তি হায়বসি। নঙগী রাবদগী তারকপা ঐগী মীৎকী পি অহু কনা অমতনা উবা ফংদবা অসিমতংগা নহাক্না বন্ন ওইনা পীবিয়ু।

মাসিমা ঈতৈমগী বানী। হৌজিক ঐগী রা শরদং হায়গে। ঐবু লুহোঙ্ হায়হুনা য়াম্না তক্করম্বদাইদো। মরমদী অমুক চাউবা ভার অসি ইথন্তা পুবা ঙম্মোই ঈপাং অম চঙঙী। ঈপাং অহু মৈত্রেয়ী ওইগনি হায়না নহাক্না থনখি। ঐহাকসু করিমতা হায়খিদে। সংসার অসিগী মুঙাইবগী শরুক লোইশ্রবদা মমৈ-মকুম থর লৈহৌবা অহুগী রা য়াম্মুহুনা কায়ত্রে খল্লম্বনী। মহুসু ওইরোইদোয়ে হৌজিক্কী। ইতৈমা লৈখিদবসিদা পুমকায় কায়খ্রে। করি তৌহুনা কায়রিবা?

মৈত্রেয়ীনা হায় লৌবমখৈদৌ ওস্বা য়াই। কোকথোং অতু শুৰুদৌ ওয়্রোই হায়বসিমদৗ ঐ ভশেংমা খঙলে। অতুগা ঐগী কোকথোংদৌ হৌজিক্কা অমুক লুম্বা হেল্লে। চিরবা মতমদা মহাক্কা ঐখোয়গীদমক য়াম্না ৱাবীখ্রে। ঐহাক মাগী লমন তোল্লী, কৈদৌঙৈদস্তু কাঙৈরোই।

ওৱাং অহিং অথেঙবদা বাস্তু তুম্নবদগী কপলকএ। মাবু অস্তুম খেয়া খেয়া দাদাগী কা চঙলুরে। দাদা তুমমজিং লাইব্রিক পাহুনা লৈরম্মী। ঐনা করি লাইব্রিক্লো হংবদা লাইব্রিক খুমজিল্লগা দাদানা নোক্লহুনা হায় — নঙ কৈদৌবা লাক্লিবমো? দাদাগী শক য়েংলগা হায়গে খল্লম্বতু হায়দনা তোক্লে। বাস্তুস্তু তুম্নবদগী চুম্না কপচবনি, দাদাগী থবক (দরকার) করিস্তু লৈতে! অতুদগী ৱা অম নীংশিংলক্লে। ঐনা হঙভী — শ্রাদ্ধ লোইরগা দাদা কদাইদা লৈগদগে? কলিকাতাদা লৈগদ্রা?

লৈরোই, ঐ তীর্থ কোয়গনি।

কয়া কুইরগা হল্লকনি?

দাদানা নোকমি-নোকমি তৌহুনা হায় — ঐ হল্লক্রোইদবনী।

ঐস্তু চঙক্লহুনা দাদাবু য়েংহুনা অতুম লৈরে। মহাক্কা লেপখ্রিবসি হোংলরোই হায়বহুমদী ঐ তশেংনা খঙভী। দাদা সংসার থাদোকখ্রে। মুংশি খঙদ্রবা সন্ন্যাসী অসিগী মফমদা হাইজখোচ্চবা অরেম্বনী।

ঐনা হায় — বাস্তুদৌ কমদৌবা?

দাদানা হায় — হিমালয় মনাক্তা আশ্রম অম লৈ। অতুদা অঙাং মচা ময়াম য়োকঈ, মহৈ তম্বী।

ঐনা হায় — বাস্তুবু মখোয়দা শিন্নগে হায়বিরিবরা? ঐনা য়োকচরকপা নত্রা? অসি হায়রগা খুৎ অমীনা নাকোং মেনশিন্দুনা অহুম চেল্লক্লে। দাদানা করি খুম্বা তারক্লে। বাস্তুগী মনাক্তা কমহুনা অহিং চুপ্পা থল্লে, বুদ্ধি থোক্লে। নহাকপু নীংশিংলক্লে। নহাক্কা হায়রম্মী — মরুপ লৈতবা য়ারক্লবা মতম অতুদা ঈশ্বরনা শোরদনা নহাকী থোঙজীন য়ৌনা থারকনী। মসি থাজদবা তৌগম্বু হায়রম্বদাইদো?

মরুপ্না কনানো॰ কৈদৌঙৈ লাকদৌরিবনো অত্নদী খঙদে। অত্নবু ঐগী ভুঙাইকল্লবা মতমদা শোয়দনা লাকনি হায়বসিমদি ঐ থাজৈ।

দ্বিজদাস।

পাবা লোইবদা সাহেবকী মমীত্তা পি তরং—তরং চেল্লী। রুমাল লৌথোক্লনা ভৈথোল্লপা হায় — মুপীমচা ঙসিমক চৎলো। থোঙশঙবা নীপা অসিগা নঙগী মপু হিমুগা পুখো।

বন্দনানা খুরুমজুনা মপাগী খূয়াগী উযুল লৌরগা হায় — অত্নদী বাবা ঐ চৎনবা থৌরাঙ তৌক্লরগে।

———

২৭

ম্যানেজর বিরাজ দত্ত মোটর পুদুনা থৈশন্দা ঙক্লম্মী। বন্দনাবু ট্রেন্দগী পুথরগা গাড়ীদা পুশিন্দুনা কমহল্লে।

বন্দনানা হংঈ — দত্তবাবু ইমা য়ুম য়ৌরক্তি রা ?

দত্ত। লাক্তি রা ইবেমা।

বন্দনা। মৈত্রেয়ীদী ?

দত্ত। মাবু লৌক্লনবা কনাস্থ চৎখিদে।

বন্দনা। বাসুদী না—য়েক্কেদনা ?

দত্ত। করিস্থ তৌদে।

বন্দনা। মুখর্জীগা দ্বিজুবাবুগদী ?

দত্ত। বড়বাবুদী করিস্থ তৌদে। বাবুমচাদী শকফমস্থ য়েংবা কয়া কুঙাইত্রে।

বন্দনা। লাইহৌ ককাদী তৌদ্রেদনা ?

দত্ত। থাঙৈশেংবদী ঐস্থ খঙদে, থবকীস্থ কোয়না মচৎলী।

ঙহাক তুমিন্না লৈরগা বন্দনানা হায় —

অরাবা মরক অসিদা ইমাদী লাকনি থাজয়ে। অদুবু রায়বস্‌ু রানা শ্রাদ্ধগী থবক্তী শীন্দবা য়াদেদো। লাখৎপদী থর হৌরবরা ?

দত্ত। হৌগৎলে ইবেমা। ঐখোয়গী পুরেনগী শ্রাদ্ধদা তৌখিবা অদুগা চপমান্নবা লাখৎলিয়ে।

বন্দনা ভাব কয়া তাক্লাত্তুনা হংঙী — হায়বিরিবসিবু মুখর্জীবু পোকপা অহল অদুগী শ্রাদ্ধগুম্বা হায়বিরিবরা ?

দত্ত। মানী ইবেমা। অদুগা চপমান্নবা লাভীয়ে। ইবেমনা য়োয়বা উবীগদৌবা নৈয়ে। বড়বাবুনা হায় — দ্বিজু। ঙাওনু। থবক পুন্নমক্তী চাং হায়বা অম নৈবনী। বাবুমচানা খুম্মী — ঐসু খঙৈ চাং নৈ। অদুবু মী পুন্নমক্তী চাং অসি মান্নদে। বড়বাবুনা নোক্লুনা হায় — অদুবু নঙদী পুন্নমক্তা চাং মন্নাম অদু ঈহেন হেল্লোক্ল-মালেনে। বাবুমচানা খুম্মী — অদুবু হন্দক্তীসিগী মৎংদী মতু থিবীয়গনু, ঐবু ঙাকপীয়ু। চাং থুগায়বদী ঐ ঙমজগনি, ইতৈমগী মর্য্যাদা কায়হনবা হায়বদী মাঙহনবদী ঐ ঙমজরোই।

অদুগী মতুংদদী অনীমক বা অমতা ঙাঙনখিদ্রে। হৌজিক্তী ইবেম-খোয়না য়েংশিনবীগদৌবা মঙায়রে। থরচদী লুপা লীশিং কুন্থ দগী তাররোই।

বন্দনা। থরচ অসি বাবুমচাগী ঙাক্লা ?

দত্ত। হোয়।

বন্দনা। থরচ অসি য়ামল্লী হায়না থনবীবরা দত্তবাবু ?

দত্ত। শ্রাদ্ধগী দমকতী পঙয়াম য়ামদ্রবসু অতৈদা চৎস্রিবসি য়ামদ্রে। হৌজিক্তী থর য়েংবা চুন্মী। অদুদগী মথং অম লাকদৌবসু কুইদ্রে।

বন্দনা। মথং হায়বদে ?

দত্ত। ইবেমখোয় তাস্রিবরা ? শশধর বাবুগসু কেশ তৌনয়ে। মসিমসু শেনগী মথৌনি হায়রবা। কেশ ঙম্বা ঙমদবনা অমনী।

বন্দনা। মতুমদী মন্নাম খাস্বীহৌদবা করিমনো ?

দত্ত। ইবেমা! নীপা অসিমদী বড়বাবু নত্তে। থাম লাকপা

য়াবা নত্তে। মহাকপু খাম্বীমবা অমতং লৈরম্মী মহাকম্ব হৌজিক্তী স্বৰ্গীদা। অসি হায়রগা দত্ত নুংশাশোর মপী হোল্লী।

বন্দনা মথা হংল্লে। য়ুমলোমদা লাকপদা থেংনরে — লম্ফাংদা উতুপ মপৈ মপৈ। দয়াময়ীগী ব্রতগী মতাংদা শাখিবা শঙ ময়াম অহু অমুক নৌনা মেল্লামত্ত তৌখংলি। মপান্দা চাউরবা মাগুব অম শাগংলি, অহুদা মী ময়াম অম থবক শুল্লি বিরাজ দত্তনা তমখিবহু করিম্ব হেঙ্গংনা হায়দে হায়বসি বন্দনা খঙলে।

গাড়ীদগী কৃমথকরগা মথলোমদা কাথংখরে। ইহান-হানবদা দ্বিজুদাসগী কাদা চঙখরে। দ্বিজদাস মোঙ্গাউ অমদা ঙারত্নুনা হীপ্লম্মী। রুথল চিংথোকপগী মথোল তাবদা মীং পাঙন্থুনা হৌগত্তুনা যম্নগা হায়রক্কঙ্গ — মন্নপ ঐগী থোঙজাল য়োররক্লে।

বন্দনা। য়োরল্লেদনা হৌজিকপূ হীপ্তুনা লৈরবদী করিগিনো?

দ্বিজু। মীং উইশিন্দুনা নঙবু ধ্যান তৌরাম্নবনী অহুগা ইথন্তা অম্নম শোল্লম্লিবা — বন্দনা! ঐগী অব্বাবগী ঙমখৈ লৈত্রে। হকচাংদা পাঙ্গল লৈত্রে, পুক্লীংদা হৈনীংবা পোক্তে। হি অসি ঈনবা ঙম্মোই-দৌরিম্মালে, ঈয়াইদা লুপথীবা তারে, অসোম য়াংমা য়োররোই।

বন্দনা। য়োদবা য়াদে; নহাকপু ছুটি পীরগা হি হোনবগী থবক ঐনা লৌরনি।

দ্বিজু। অহুদী লৌরোকো। শাউত্নুনা অমুক চংশ্রম্নুকো।

মমাক্তা চঙশিন্দুনা বন্দনানা লৈপাক শোক্লা খুরুম্মী। মাগী থুয়াগী উফুল মকোক্তা হাপ্লগা হৌগংপদা মথোয় অনীমক্লী মীত্তগী পি চেম্থরকঙ্গ। বন্দনানা অস্নুম্না খুরুম্বসি মসিনা ঈহান হানবনী। বন্দনানা হায় — নহাক্কী মীত্তম্ব পি লৈবোরে। ঐদী খঙমদেদা।

দ্বিজু। ঐম্ব খঙমদে। পি লাক্লবা লম্বীহু নহালমথৈ থিংল-ম্মালে। মসি হাংখিবনা মৈত্রেয়ী কৌরগা য়ুম অসিগী থবক পুহল্লুদনা হায়রম্বা মুমীং অহুদা। মরুমদা ঐনা পি তৈথোক্লগা ইথন্তা হায়জৈ, শোঙ্গৈ — করিমতা নাচুংদনা ঐগী থরায় অমুক শোকহনবা ঙম্বা

মীশক অসিগী মফমদদী করিমতা হায়জগ্ররোই, মশোন্দা করিমতা নিগ্ররোই। অতুবু ঐগী বাশক অতু লৈত্রে হৌজিক। ইতৈমনা স্বর্গদা লৈগ্রে, শশধরগা কেশ তৌনবদগী ইমাসু মচানুপীগী ময়ুমদা চৎগ্রে। দাদানা সংসার থাদোকপগী সঙ্কল্প তৌগ্রে। মিনিট অমতং য়ুহারাবদা পুন্নমক উফুল ওনগ্রে। পুন্নমক অসি থাংবা ওয়ন্মী। বাসুনা মফম ঈখঙ খঙদ্রিবা আশ্রম অমদা চৎগ্রগনি তাবদগী লৈফম খঙদ্রে। থর লৈহৌরিবসি কল্যানীগী মচাশিংদা পীথোক্লমগা ঐসু চৎগ্রগে খল্লুরবনি। অতুদগী নংনা হায়রম্বা য়াদু থংনীং নীংশিংলকই। নঙনা হায়রম্মীদনা—ঐগী তঙাইফরক্তবা মতমদা ঐগী থোংজীন্দা মরূপ শোয়দনা লাক্কনি থাজো। ঐনা খল্লী ঐগী অয়োবী হায়বদু হন্দক্কী মতাং অসিনা, অসিদগী হেনবা অমুক লাক্করোই। অদুনা চিঠি হেক্তা ইগ্রবনা। থর-থর চিংনরম্মী। ইথন্তা হায়জে—চিংনগনু, অশেংবা মরূপ অম শোয়দনা লাক্কনি। নত্রবদী মাগী বা অয়েম্বা ওইরে, ইতৈমগী অরোইবা আশীর্ব্বাদ মমল য়াওগ্রে। মহাক্না থনম্বা কোকথোং অসি ঐ ইথন্তুনা কন্নম্না পুগনি। অসি হায়রগা মমীত্তগী পি মতুম মতুম তাই।

বন্দনা। ময়াম্না হায়নরিবা নহাক অসি হায়ন-খোংনবা করিমতা য়াদে মতৈমগী নত্তনা অতৈগী বা তাদে হায়।

দ্বিজু। নঙনা মুংশা থীরিবসি অদুরা? ঐনা মীগী বা কৈদোদনা তাত্রিবনো হায়বদু ইতৈমা লৈরম্মবদী মতুগী পাউথুম পীরমগদোবনী হায়রগা মপি তৈথোকঈ।

বন্দনা ওহাক বা ভাঙদনা মহাকপু য়েংতুনা লৈরগা হায়—নঙগী পাউথুম কংলে, ঐগী চিংনবা লৈত্রে। অসি হায়রগা দ্বিজদাসগী মখুং মাগী মখুং অনীনা পায়শিন্দুনা ওহাক লৈরম্মা হায়—নঙনা ওসাই য়ুহারাই হায়বদু নঙোন্দদা নত্তে ঐঙোন্দসুমী! উফুল ওনগদৌবমথৈ ওনগ্রে, কীঙ্কবা-য়াদবা, লেঙবা য়াদবা অদুদী ঐনা ওসি কংলে। দাদাগী নাক্তা চৎসি, ঐনা চৎপা সুমীত্তা মহাক্না অশীর্ব্বাদ

তৌবীখি— নঙগী ওইগদৌবা মীশক্তো ঈশ্বরনা পুরক্তনা শোয়দনা নঙোন্দা পীরগনি। সাধুগী বা অদু শোয়দনা অচুম্বা ওইগনি হায়বা ঐনা থাজখি। আশীর্ব্বাদ অদুনা অসুক বারিডৈগী মঙ্গংদা ফল পীবক্কনী হায়বা অসিমদী থল্লুদে। চৎলসি মহাকপু খুরুম্মুসি।

বন্দনা লাকএ হায়না লাউদুনা অন্নদা চঙক্লে।

বন্দনা। লাকএ ইচে।

বন্দনানা হোৎচন্দুনা অন্নদাবু কোল্লগা ইচে নঙগী শককম অসিদী কবিনো অম তৌখ্রেনা হায়রগা বা-বা লাউনা কপ্পক্লে। অন্নদাসু কপ্লে। বন্দনাগী মনঙন্দা মখুৎনা শিৎ-শিৎ নাল্লগা য়াম্না মুংশিনা হায়— খংচং-চংখিনু খর লৈখোকো ইবেমা। নঙোন্দা অতৈ কর্রিসু হায়নীঙায় লৈতে।

ঙহাক কপমিন্নরগা ফিজিনা মপি তৈথোক্লগা বন্দনানা হায়— বাসু কদাইদা লৈ ইচে।

অন্নদা। চাকরশিংনা ইরুজগনি হায়দুনা পুথ্রৌদা পুখ্রে

বন্দনা মাগী চাক্তী কনানা থোংবী?

অন্নদা দিজুনা। মবানী চাবসু চামিন্নে, তুম্বসু তুম্মিন্নে। (পি ’তথে ক্রন্না) বাসুগী মমাদা নত্তে শিরিবা, দিজুগী মমাসু শিরবনীনে বন্দনা। ময়াম্নদী নহাগী শ্রাদ্ধবু করিগী অসুক চাউনা শোনগদৌরিবনো হায়রে, ঋণ অসি উবদা পাথৎলে হেনমল্লে হায়রে। শিখ্রিবা অদুদী দিজুগী নহালমুক্কী মপোক্কী মমানী হায়বদুদী কনাসু খঙদে। অমননী খঙদে অমনী খঙদে মহাক্কা মমাগীনী, মতৈমগিনী, হাবদুনা তৌরিস অসিদা মমীৎ খিত্তং শংকউবদা শাউবন, মৈ থোক্কদৌঙ্গ।

দিজু। হৌজিক্তী করিসু মুংশা থীক্করগু ইচে। বন্দনা লাক্লবনীনা ময়াম অসি মঙোন্দা ঈনশিনথ্রগা ঐদী মরুমদা লৈথ্রনি।

অন্নদা। মহাক্তি মপান্দগী লাকপা মুশীনী অসুক চাউবা কোকথোং অসি কমদৌনা পুগনি।

দ্বিজু। মপান্দগী লাকপা মুপীতনা অসিগুম্বা কোকথোং অসি পুইনা ইচে। অসুক ব্বাবগী কোকথোং অসি ঐদী পূবা ঙম্মরোই হায়দুনা মাবু কৌদুনা হায়বনী। বাস্থবু মানা কোনগ্রবদী নখোযগী বলরামপূরগী মুখর্জী মযূম লৈরে' নখোয়গী পুরোল তরেংকী সম্মান লেঙদ্রে। ঐসু সংসাব থাদোক্কনি, দাদাদা নত্তে ঐসু ঙম্মী। সন্ন্যাস-তনী ঐনা লৌবা ঙম্মোইদবা, মদু ঐ অর্থ খঙদে। লুপা-শংবগী থবকসু লায়না হুন্দোকপা ঙমগনি।

অন্নদানা বন্দনাগী মথুং পায়রগা হায়— বাস্থবু য়ুমদা থস্বা ঙম্মোইদ্রনে?

বন্দনা। করিগী ঙমদগনি ইচে।

অন্নদা। অদুগা নিঙোল মর্বাগা কেশ তৌনরিবসিদি তোকহনবা ঙম্মোইদ্রা?

বন্দনা। অদুসু ঙমগনি ইচে। (ঙহাক তুমিন্না লৈরগা) ঐনা হায়বমখে য়াবীগনি হায়দুনা য়ুম অসিগী মৌ ওইগে য়ারবনী ঐহাকসু। থোক্কদৌবা মখেসু থোকপ্রে, অসিগী মথক্তা ইমাসু কায়নগদ্রা? মকদ্দমা অসি তোক্তুবদী ইমাবু কমদৌনা পুরক্কনি?

দ্বিজদাসনা মোন মথাদগী শো মপুল অদু লৌথোক্তুনা বন্দনাগী মখোঙদা লংশিল্লগা হায়— অসি লৌশিল্লো নঙনা হায়বা পুন্নমক ঐ য়ারে।

বন্দনানা শো মপুল অদু ফিজিদা কিশিল্লে।

অন্নদাসু হৌজিক্কা ভাব তারি, বন্দনাবু কোল্লগা অমুক কপ্লে।

বন্দনানা বিপ্রদাসগী ইমুং চঙদুনা ঐ লাকচরে হায়দুনা থুরুম্লে।

বিপ্রদাস। নঙ লাক্কনি হায়বা তারে বাবাগী টেলিগ্রামদগী, লন্বীদা করিসু তৌরক্কেদনা?

বন্দনা। করিসু তৌরক্কে, অপনবা লৈতনা লাকই।

বিপ্রদাস। কনা কনা লোয়নম্নকই?

বন্দনা। ঐখোয়গী থোঙশঙবা নীপাছুনে, ঐগী চাকয় হমুবা হিমুনে।

বিপ্রদাস। বাবা অনা অযেক লৈতেদনা

বন্দনা। থোইদোকপা লৈতে।

ঙহাক লৈরগা বিপ্রদাসনা হায়— দিংজুনা ঙাওরিবসি নঙ উরেদনা ?

বন্দনা। শ্রদ্ধগী য়ারা হায়বিরিবত্তুবো ? করিগী ঙাঙরুগদগে ? হৌজিক লাঙ্লবসিমক চপ-চাবনী। নত্রবদী মগুণ মাঙগনি।

বিপ্রদাস। নখোযবু পূজবা ঙমগদ্রনে ?

বন্দনা। মহাক্না ঙমদ্রবসু ঐদী ঙমগনি।

বিপ্রদাস (নোক্লুনা)। নঙ ঙমগনি হাযবদী থঙভী। নঙগী ফ্রং লাউবীত্থু তৌরক্লবদী তোক্লেদো। শাউহুদা চৎপবু চৎখিদ্রবদী ফৈনে।

বন্দনা। নহাক লাকপদী লমলাম্বা ওইনা লাকপনিদো, ঈকোক্তা অক্লম্বা লৈতেদা। হন্দকমুক্তী যুম অসিগী মৌ ওইনা লাক্লবনীনা, শাউনবা তৌরগা শাউবমখৈদী য়াই, হেক চৎখিবদী য়াদ্রে লম্বী থিংথ্রে। (শো মপুক অত্থু উত্তুনা) য়েংবীযুসে, ইমুং অসিগী উপু-মুংপুগী শো ঐগী ফিজিনা লোইনা লৈরবনী।

বিপ্রদাস হুভাইবগা ঙকপগা য়াম্নত্থুনা বা ঙাঙদনা অত্থুম লৈ।

বন্দনা। করিসু হায়নীভাই লৈজদে। মীওইবনা তৌবা পুম্নমক ভগবাম্না উদবা থঙদবা লৈতে। অত্থুগুমত্থুনা অথুপ-অরোল পুম্নমক লোইনা উবীরিবনি, থঙবীরিবনি। ঐনা চৎকদোবা মুামত্তা আশীর্ব্বাদ তৌবিখি— নঙগী অশেংবা পোৎ অত্থু নোংমা শোয়দনা ফংগনি হায়বিখি। মুমীৎ অত্থুদগী পুক্নীং অনী লোঙদনা ইন্দ্রে খুত্থুম চনবা, সতানা লাইনীং ওইবা, লীক্লাইগুম লুরবা পুকচেলনা মাগী ওইরবা সাধুগী বাহৈ অত্থু বেদবাক্যগুম্না ঐগী খোয়জিদা য়েক্লুনা থমজররক্লবনী। অসি হায়রগা মমীৎ অনীত্থ ঈরা চেল্লী।

বিপ্রদাসনা চঙশিল্লক্তনা খুং তিংথোক্তনা আশীর্ব্বাদ তৌঈ, বন্দনানা ঙহাক লৈপাক শোক্লা কুম্বহুনা খুরুমহুনা লৈ।

বিপ্রদাস। ঙসি নঙনা ঝংলিবা অদো মমল নাইদ্রবা লমী। ঐনা হায়গ্রিবসি মতম পুন্নমক্লা কাউগন্নু।

বন্দনা। নোংমকাওবা কাউজরোই। (ঙহাক লৈরগা) হকচাং ঙমদ্রিবঙদা ঐনা সেবা তৌজখিবহুদা মনা পীগনি হায়বিখি, মুমীং অহুদা লৌজহৌদে—নীংশিংবীরিবরা?

বিপ্রদাস। নীংশিংঙী।

বন্দনা। ঙসিদী মনা অহু বাম্নু ওইনা নিজরগে।

বিপ্রদাস। বাম্নুদী ইথম্তগী নত্তে, দ্বিজুগা ঐগগীনী। হৌজিক্তী দ্বিজু নঙগী ওইরবনীনা বাম্নু নহাক্নী ওইবা য়ারে লৌজরো।

বন্দনা। ঐবু ইমা কৌহনগনি।

বিপ্রদাস। মহুমক্নী। মমাম্নু মপাম্নু নঙনা পুল্লপ ওইরবনী। অহুগা মুখর্জীগী ইমুংগী অচোপ-অরেম নঙগী নথূত্তা।

শীল্লিবহু য়ারে হায়বগী মঙং ওইনা ঙহাক মরু লুকথহুনা লৈরগা হায়—হায়জগদোবা অমতংগা লৈরি। ইশা ইথহুগী শক খঙজদহুনা নোংমা য়াম্না শাথীনা লংজপ্রে, ঐগী অরানবা ইথন্তা ফাজরে। মহু-মতংগা ঙাকপিয়ু।

বিপ্রদাস। মহুদী ঙাকপীখিবা কুইরে। নঙগী থম্মোইনা কল্লা তাম্নরিবা মী অহু নোংমা শোয়দনা মশক খঙলগনি হায়বসি ঐম্নু অহুম শঙঙী। করিম্নু হঙ্গোইরুন্নু, ঈকাইরুন্নু।

বন্দনা মমীত্তা মপি তরুং-তরুং চেন্দুনা অমুক হায়—ভিক্ষা অমতংগা। ঐখোয়গী ঈরক্তা নোংমতম্নু লৈবীররোইদ্রা? খোয়বদগী হঙ্গোইবদগী নোংমতম্নু থরাম্ন পেম্না সেবা তৌবা ফংজদ্রি। হৌজিক্তী ঈকাই-হঙ্গোইবা অহুম্নু লৈখিদ্রে। মতম শরদংদী ইনাক্তঃ লৈবিখো মুমীং নীনীদা ওইরবম্নু পুজা তৌজখিগে। মমীত্তগী পি অহুনা তাকই হন্দক্নী মা অসি থম্মোইদা থুপ্পনা লৈরম্বদগী খিংবা ঙমদহুনা মথন্তা খোরকপা ঈফুংনী।

বিপ্রদাস মোমোন নোক্তুনা বা ভাংদনা লৈ।

বন্দনা। মোমোন নোক্তুনা বা ভাংদনা লৈবসিনা মহেক্নে ঐনা কিজবা। মন অহু ওস্থোক্লা কল্লিদা। শোঁদোকহনবস্তু য়াদে, খজিক্তা লেংহনবস্তু য়াদে। পাউখুম ফংলরোইদ্রা?

বিপ্রদাস চান্নবা নোংথোরক্লে। লুপ্রে, ঈংপ্রে, নীংথিজপ্রে। অসুম তৌনা নোকপসি বন্দনা অমুক্তা উখিদ্রি। তপ্লপনা হায়রকই— পাউখুম ফংলে, ঐ অমুক ওৎচররোই। অহুবু থরায় অসিদী ঈডং হায়বা ঈয়া য়াদে। কমদৌরগা পুক্লীং অসি ফাগদগে, কপ্পুনদা লৈনীংঙ্গে।

বিপ্রদাস। ঐনা য়ুম থাদোক্কে তৌরিবসি অরাবদা চোংথগে তৌবা নত্তে হায়বসি নঙনা তশেংনা খঙলকপা নুমীৎ অহুদা নঙগী হৌজিক লাওভিবা পুক্লীং অহু মথন্তা ঈংজখিগনি মহু খঙদ্রিবমখেদী ঈংলোই।

বন্দনা। মহু ঐদী করম্না খঙগনি?

বিপ্রদাস। ঐহাকপু থাজরগা। ঐ মীনবা, ওইদমা হায়দে হায়বসিদী নঙ খঙডীদনা।

নুংশাশোর মখী হোল্লগা বন্দনানা হায়— দাদাদী মীনম্বা ভাংদে হায়বসিমক্তনা ঐগী পুক্লীং অসি ফানবা ঈংহন্নবা হোৎনজরগে। খঙজহৌরগে— মহাক্তী মীওইবগী অথেংবী অরোইবা মুডাইবা অঈংবা হাংবা তীর্থ অহুদা চংগ্রে।

বিপ্রদাস। মানী। নঙগী পুক্লীং অহুদা নীংথিনা তাকপিয়ু— দাদাদী খ্বাইদগী কজবা, খ্বাইদগী চুম্বা, খ্বাইদগী থুম্বা লম্বী অহু থিবা চংগ্রে। মহাকপু থাম্বা চুমদে। মহাক্তীদমক বারুবা অন্নানবনী অমমুং লওজবনী।

বন্দনানা মমীত্তগী পি তৈথোক্লগা হায়— ঐ করিমতা হীক্তোকচরোই। পুনশী অসিমগী উনদ্রবস্তু হায়গনি— শোলগনি মহাক

অৱানবা লম্বী চংখিবা নত্তে, মহাক্কীদমক ৱাক্কবদী ঐখোয়গী ইৱাল ওইগনি ।

য়ুথলগী অহোবদা মঙক লীংশিল্লক্তনা বিৱাজ দত্তনা হায়—থবক অথুবা অমা লৈরে, ইবেমা অমুক্তা থোক্কপিরকপা তারে ।

লাকএ বিৱাজ বাবু । ঐ অমুক্তা চংচক্কখিগে হায়রম্লগা থোক্কখ্রে ।

---

২৮

মতীগী শ্রাদ্ধ লোইরে । চাক্লিবা, লৈত-লাইর, মুপী-অঙাং পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা হন্নরক্লে । ময়াম হায়রনৈ— মুখর্জী ময়ুমগী থবক্তী অসিমঙায়, অচৌ-পিশক থায়দে, পুন্নমক চপ মান্ননা তেম্মী ।

অয়ুক ওস্তাদা ইক্কজরগা বিপ্রদাসবু খুক্কমগে হায়তুনা বন্দনা চঙখিবদা কা অতুদা দয়াময়ী কমতুনা লৈরম্বা উবদা ঈঙক ঙকখ্রে । নোঙাল্লম-দাইগী ট্রেন্দা লাকপনি কনা অমতা খঙহৌদে । মমাগী মুত্তি অতু উবদা বন্দনা য়াম্না মুঙাইখিদ্রে, লৈহাউ লৈরেন মানবা কুচু অতু মুশিন মুখ্রে, শমসু ঈপৌ-পৌশিনখ্রে উফুল-ৱাইফুল তৈরে, মমীৎসু কুৎশিনখ্রে, লাইবক খুইরে, ময়ি ঙাক্তা ঙায়রে । বন্দনানা খল্লী, মুমীৎ খরদংগী মমুংদা অতুক নীংখিজগ্রবী, মগুণ লৈগ্রবী বিপ্রদাসগী মমানা অম্সুম তৌগ্রবনীকো । চঙশিন্দুনা খুরুম্লগা হায়— ইমা করম্বা মতমদা লাকপিবগে ঐদা খঙজহৌদ্রেনা ।

দয়াময়ীনা বন্দনাগী খদাং পায়তুনা চুপ্লগা হায়— ঐ লাকপগী ৱা হংতুনা কৈদৌনগদগে বন্দনা ? বিপ্রদাসগী মমা ওইনা লাকপদবু নহা-অহল লোইনা খঙবনী । বিপিন ! থবকসু লোইরে হৌজিক্তী । ইমা ইচা ওসিমক থোঙ-শাল্লসিনা ।

বিপ্রদাস । মুংশা থীবিসু ইমা । ইমা-ইচা চৎপা কল্লিসু কায়রোই, ওসিমক্তী য়াত্রি বন্দনাগী বাবা হয়েং থুংলনি । ইমাগী মৌমচা অসিগী

মখুত্তা য়ুম অসি শিল্লবমদনদী ফল্লম চৎকদগে ?

দযাময়ী রা ভাঙদনা কুইনা লৈরুরগা হায়— ফরে ফরে যাত্রা স্তৌগদবা মুমীৎ কয়ানি বাৎলি ?

বিপ্রদাস। ঙসি তরেৎনিদা মঙায়রে। ঙসিগা থানা নীপাম্নি হেক শুবা মুমীত্তা ঐখোয় যাত্রা তৌগনি।

বন্দনা। ইমা! ইমাগী কাদা চঙসিবা।

দয়ামযী মঙক হায়তুনা হায়— নঙনা হাযরিবহু ঐ য়াবা ঙমদ্রে। মুমীৎ খবসি অসিদা লৈরগে। ঐখোয় অনী অসিদগী অস্থম চৎগ্রগে। মনুংদা লৈহৌরিবা ময়াম অহু নঙগী ওইহৌববনী।

বন্দনা মথা তারমদ্রে। পদধুলি লৌরগা মক্ক লুকথতুনা চৎখ্রে।

বিপ্রদাসগী চিঠি যংবদা চয়োল অমগী ছুটি লৌতুনা রায় সাহেব বলরামপুরদা লাক্লে। মচামুপীবু দি্বজদাসদা কৎলম্নগা হনখ্রে।

লুহোঙবহু যাম্না শম্না তৌখ্রে। বড় যাত্রানচিংবগী থবক লৈখিদ্রে। য়াওং-শঙ অহুমু ঈচীক চীকই!

মখোয়গী অচীকপা কা অহুদা দি্বজদাসগী মকশিনবা মায়থোং অহু য়েংলগা বন্দনানা হঙভী—

করি খল্লিবনো ?

দি্বজদাস। নঙগী বা খল্লিবনি নঙ ঐঙোন্দগী হেম্না চাউই।

বন্দনা। করম্না ?

দ্বিজদাস। লোইন' মাঙথিবা তারে, কলহৌদবা যাদ্রে হাযতুনা অরাবগী লন্দীদা নঙনা ঐগী ইনাক যৌরক্লিবসিনীদনা।

বন্দনা। নহাক্তী লাকওইদ্রা ?

দি্বজদ'স। লাকওই।

বন্দনা। ওইদবা ব'নী! ঐনা খল্লম্বা অহুদা খঙব্রা ? নহাক্তী ঙকশমদা লৈ-পরেং হৎক্লিউই মতমদা ঐনা খল্লী— ঐনা তৌজরকপগী মহৈনা নহাকৎম্বা ইপুরোইবা ফংজবনী। বাম্বু ফংলে, ইমা ফংলে, দাদা ফংলে অহুগা চাউখ্রবা ইমুং অসিগী কোকথোংশু ফংলে। ঐন' লৈরম্বা সমাজ অহুনা ফংগদৌবদী খঙব্রা ?

দিৱজদাস। খঙদে।

বন্দনা। ঙসি তোক্লসি। ইশাগী থোইদোক হেন্দোক্লা লাইবক ফবা মুমিৎ অসিদা মীগী অমাঙ-অতোং অৱাংশ অপা য়েংশিল্লুররোই। ঐগী ইৱাল ওইরনি।

দিৱজদাস। করিসু ওইরোই হায়রু।

বন্দনা মঙক হায়দুনা য়াক্লে। তপ্না হায়— ঙসিদী নহাক য়াম্না ৱানা উৱে, তুম্মো, ঐ কোক্তা নানবীগে (মিনিট অনীরোম লৈরগা) ইচেগী ৱা নীংশিংলকই। নহাক ইতৈইবুঙোগা চৎকনী হায়বা অদুদা ঐনা হায়—ইচেদী খৎনবসু য়াওদনা করিগী চৎকদৌরিবনো ?

ইচেনা হায়খি— ইপুরোইবগী মফম লৈত্রবদী ঐগী সু লৈত্রে। নপুরোইবা লৈরবদী নঙসু খঙগনি। নহান্দী খঙদে ঙসিদী খঙলে। নহাক লৈত্রবদী ঐসু নোংমা ফাওবা লৈরোই।

দিৱজদাসনা বন্দনাগী খুৎ পায়দুনা মপুক্তা থম্লগা মমীৎ উইশিনখ্রে, ৱা অমতা ঙাঙখিদ্রে।

নোংমাইজীং লাক্লে। বিপ্রদাসগা মমাগা চৎকদৌবা মুমীৎনী। দয়াময়ীগী তীর্থ কোয়বদী নোংমা লোইগনি। মুমীৎ অদুদা য়ুম (ইমুং) হায়বা পোৎ অদুনা মহাকপূ অমুক য়ুম অসিদা চিংশিল্লকপসু য়াই, বিপ্রদাসবুদী অমুক পুরক্লরোই। মী খরনা থাজে খরনা থাজদে।

মোটর থাদুনা লৈরে; অকোয়বদা য়ুমগী মম্লামসু লৈরে মুপীমথৈনা চুইতলাগী মাঙ্গোলদা কপ্লি।

বিপ্রদাস। দিৱজু উদেনা কব্রিনো ?

কনানো অমনা হায়— মহাক্তী য়ুমদা লৈতে, থবক অমগী চথোকখি।

বিপ্রদাস (নোক্তুনা)। চেনখ্ররিনি, মচীন্দনি থৌনা ফবা পাংদবনা ঙকখ্রবনী।

বন্দনাগী খুৎ পায়দুনা বাসু লেপ্লম্মী। মপাদা হায়— বাবা নহাক কৈদৌঙৈ হল্লকনি, য়াম্না থুনা লাকউকো।

বিপ্রদাসনা মচাগী মকোক্তা নানবদমক নানবী মচানা হায়বত্থু খুমদে।

বন্দনানা মনেমগী পদধূলি লৌই।

দয়ামযী মমৌদা। বাস্থ লৈহৌরে, মন্দির মনুংদা লৈহৌরে নকুগী রাধাগোবিন্দজী! ঐনা করিগুম্বা হন্নকপা থোক্লবদী পুন্নমক অসি নঙোন্দগী অমুক ঐনা লোইনা লৌশিনগনী। অসি হায়রগা ফিজিন মপি তৈথোকই।

বন্দনানা লাপতক্লা বিপ্রদাসবু খুরুম্মী। খিত্তং চঙশিল্লগা মমীত্তা মপি তরং-তরং চেন্দুনা থৌনাউ ফুনবদগী থোনফম কায়না হায়—কলিকাৎ তাগী পুজা-শঙদা ঐনা লোত্তনা লৈরগা উখিবা মুর্তি অদু ঙসি অমুক উরি। ঐগী অরাবা লৈত্রে। করাইদা লৈরুগদৌবা মফমদা থঙত্রে। ঐনা পুরুংদা কৌরকপা মতম অদুদদী অমা হায়গে হায়বীয়ু অমা হায়গে হায়বীয়ু লাক্তবদা য়ারোই, শোয়দনা লাকপিগদৌবনী।

বিপ্রদাস হাইফেত্তং নোক্লগা মচানীপানা হংবদা খুমখিদবা অদুং খুমদ্রে

গাড়ী থাদ্রে

লোইরব।

